★ কত্থবা ★

ঐগী মরুপ শ্রীবীরেনগী মফমদা
লাইরিক অসি কত্থরি।

Where is the Life we have lost in living ?
Where is the wisdom we have lost in knowledge ?
Where is the knowledge we have lost in information
The cycles of Heaven in twenty centuries
Bring us farther from God and nearer to the Dust.

Choruses from 'The Rock', 1, T. S. Eliot

# মণিপুরী সাহিত্যদা
# অনৌবা মীৎয়েং অমা

শ্রীনোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
ফেলো
মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্য বিভাগ
মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়



ভী আই পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল




MANIPURI SAHITYDA ANOUBA MEETYENG AMA

Critical Essays on Manipuri Literature and Theatre

BY NONGMAITHEM TOMBI SINGH

V I. PUBLICATIONS, IMPHAL, 1985

অহান্বা ফোঙবা : সেপটেম্বর, ১৯৮৫

ফোঙবা : ভী, আই, পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল

নম্বা : পদ্মা প্রিন্টর্স, পাওনা বাজার, ইম্ফাল

মখুৎ যেকপা : থোইদিংজম তোম্বী সিংহ

মমল : লুপা কুন্থ্রা ( লুঃ ৩০/- )

# হীরম-লামায়

রাহৈ খরা

শকতাকচবা

## সাহিত্য

১। মণিপুরী সাহিত্যদা রিনাসন্স :
চাউবা কমল অমসুং অঙাংহলগী মতম/১

২। উপন্যাসকার অমা ওইনা থ্বাইরাকপম
চাউবা/১৩

৩। পাচাগী 'অনৌবা পাউ অমা' :
তাইবঙদগী নাম্থোকথ্রবা আম্বা অমা/৩৫

৪। মণিপুরী বারী মচা /৪৫

৫। ভারতকী নীংতম্বা আন্দোলন অমসুং
সাহিত্য/৬১

৬। মণিপুরী সাহিত্যগী সমস্যা /৭৮

৭। কবি নবদ্বীপচন্দ্র সিংহগী পুন্সি অমসুং
মহাকী মতম/৯৭

৮। সাহিত্যদা রিয়্যালিজম /১১৫

## থিয়েটর

১। ভারতকী ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী
খোংজুন লীবা/১৩৩
২। মণিপুরী থিয়েটরদা লোক কলাগী
মচাকশিং কলাগী ওইবা খুৎশেমদা
শীজিন্নবাঃ মাসগী সমস্যা নৈনবা/১৪৯
৩। এসিয়ান থিয়েটরগী শক্তম /১৬৩
৪। সংস্কৃত থিয়েটরগী মশক অমা-
কুডিয়াত্তম/১৭৯
৫। ভারতকী অনৌবা ড্রামাগী য়াওন্দা
রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী দান/১৯২
৬। মণিপুরী থিয়েটরগী য়াওন্দা
অঙাংহলগী খুদোল/২০২
৭। জি. সি. তোংব্রাগী তাইবঙ /২১৯

## ইনডেক্স

অইবশিং তাকপা/২৩৭
হীবম তাকপা/২৪৩

# ঋাহৈ থরদং

মীৎয়েং পাক্লা য়েংবা হায়বসি অকবা থবক অমনি। ঐখোয়গী পীক্লবা লৈবাক, পীক্লবা সহর, পীক্লবা লৈকায়, পীক্লবা য়ুম, মীৎয়েং পীক্লবা মীয়াম মরক অসিদগী অপাকপা মীৎয়েং য়েংনবা ফুংশিং কয়া ফংদে। অদুনা ঐখোয়না য়েংবা মীৎযেংদা পাক্লা য়েংবা ঙমদবগী মওং অমা লৈ। লাইরিক অসিদা ঐনা মণিপুরী সাহিত্যগী হীবম থবদা নৈনজরিবা অসি যাম্না ফজরবা, মরীক চুন্নবা অনৌবা মীৎয়েং ঙাক্তনি হায়না দাবী তৌবা ঙমজদে। ঐনা হোৎনজখিবদি — ভারত অমসুং মণিপুরগী সংস্কৃতিগী পরম্পরা অদু মাঙদা থনগা পোৎশিং, অসিগী মশাগী তোপ তোপ্পা শক্তম করি লৈবগে হায়বদু প্ুথোরবা হোৎনজবনি। ঐনা হোৎনজরিবা অসি তশেংনা মহৎ যাল্লে হায়না লৌজনা ঙমজদে। মরমদি থবক অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ঐঙোন্দা লৈবন্রিবা অরাৎপা, অশোনবা, খঙদবা মচাকশিং মযাম অদু ময়েক শেংনা চোঙথোক্লকখি। অদুনা লাইরিক অসি ফোঙনবা মতুংদা ঐহাক অসি কয়া য়াম্না নেমনা পাক্লা লৈরম্নিবনো হায়বসি ইশা ইতোমত খঙজরকই। লাইরিক অসিনা ঐঙোন্দদি ঐগী ইশক খঙজনবা অনৌবা পাডা অমা ওইনা থোক্লরে।

ঐহাক অহানবদা লাইরিক ফোঙনিংবগী নেষা কয়া লৈরমদে। অদুনা লাইবিক ফোঙনবগীদমক্তা হোৎনকবা তৌদে। ঐবু ফুংশিনা মকুপ-মপাঙ কযানা (মক ওইনা শ্রীনীরেন্না) লাইরিক অমা ফোঙনবা তক্তনা হায। অদুদগী লাইরিক অমা ফোঙলসিবা হায়না পূক্নিংদা থল্লকই। মদুগী ফলনা লাইরিক অসি ওইরকখিবনি। ঐবু লাইরিক ফোঙনবা পাউতাক কয়া পীবিখিবা মকুপ-মপাঙশিংগী মফমদা লমন তোল্লবনি।

লাইরিক অসিদা য়াউরিবা ৱারেংশিং অসি চহী কয়া কান্ন-কান্ননা চেফোঙ কয়াদা ফোঙথ্রবা, সেন্নিনার কয়াদা পাথোকখ্রবা পেপরশিং অতুগা নৌনা ইবা খরসু য়াউনা ময়াম অতুগী খোমজিনবা লাইরিক অমনি। অতুন্নদি ওইরগা ৱারেংশিং অসি চোইথোম খোমজিনবদি নত্তে। ফোঙলবা অমসুং ফোঙদ্রিবা ঐগী ৱারেং ময়ামদগী ঐগী মরুপ শ্রীবীরেনগা ইবান্নি কয়ারক হন্না পামিন্নতুনা খন্ননৈনরবা মতুংদা মপুং ওইনা ঐগী ইরম্মাই অশেংবা মোত ফোঙদোকপা, চুম্নগী পাউ পীবা অমসুং খুংথাং ওইনা ইথোকপা নত্তবা, মতম কুইনা পুন্সিগদবা ৱারেংশিং খরা খঙ্গৎ-লগা ফোঙবনা পান্দম ওইজখি। অসুম্না খন্দোক্লুনা মন্থোকখ্রবা মতুংদা ঐগী ৱারেং ময়ামতুদগী শুপ্নগী মঙাথোকপগী শরুক অমরোম লাইরিক অসিদা য়াউখি। লাইরিক অসিদা খঙ্গৎতুনা য়াউরিবা ৱারেংশিং অসি নৌহৌনা অমুক শেমদোক্লবা, অমুক হন্না ইথোক্লবা, ঐগী অনৌবা ফংলকপা জ্ঞানগা চুংশিন্নরবা ডাক্তনি। কনাগুম্বনা হান্ননা থেংনবিখিবা ৱারেং খরদা অহোংবা পোইনা থেংনবিদ্রবদি মতু ঐগী অহোংবা ৱাখল লৈততুনা তৌবনি হায়না লৌবিগনি :

ঐগী ৱারেংশিং অসি 'সাহিত্য' অমসুং 'থিয়েটর' হায়তুনা শরুক অনীথোক্লা থায়দোক্লি। তোথায় তোথায়বা ৱারেংশিংনা পূনশিনবা ওইরবসু 'থিয়েটর'গী শরুক্তা য়াউরিবা বারেংশিং অসিদা ভারতকী থায়নগী পরম্পরাদগীনা হৌজিকফাউবদা চত্থরক্লিবা থিয়েটরগী মশক অমদি থেংনবিগনি। মসিদা য়াউরিবা 'কুডি-য়াত্তম'গী মরমদা ইবা ৱারেং অসি ঐগী মরুপ শ্রীবীরেন্না য়াহুনা হাপ্লা নত্তে। ৱারেং অসি হাপ্পবা শ্রীবীরেন্দা হৌদোক্লুবদা মাগী মহৌশাগী হৈনজবী মওংদা মমায় শুকতোক্লুনা, মঙক হাইরতুনা হংলকই— "নঙবু কুডিয়াত্তমগী মরমদা কয়াম খঙলবগে ? নহাক্লা ইরিবসিদা পণ্ডিত ময়াম্না খঙনদবা অনৌবা ৱাফম করি হায়বা

ঙম্লিবগে ?” মরুপ ওইরবস্থু ঐহাক মায় হায়ফেৎ ঙাঙই। চুমই, কুডিয়াত্তমগী মরমদা ঐগী ওইবা অনৌবা অমা থোইনা হায়বা ঙমদে। তৌইগুম্বস্থুং ঐনা শাগৎচরিবা থিয়েটরগী পরীং অমস্থুং থৌরাং অসিদা সংস্কৃত থিয়েটরগী মশক অমদি তঙাইফদনা উৎপা পামখি। মসি য়াউত্রবদি শাগৎলিবা মওং অসিদা অহোবা, অৱাৎপা অমা ওইনা থোক্লগত্রা থনখি। ঐনা হাপনিংবগী মওং উবদা শ্রীবীরেম্না তুমিন্না লৈবগী খুদোংচাবা লৌতুনা ৱারেং অসি হাপখিবনি। ‘থিয়েটর’গী শরুক অসিদা মণিপুরগী বৈষ্ণব থিয়েটর (মাণ্ডব লীলা), শুমাং লীলা অমদি হৌজিকী মণিপুরী থিয়েটরগী ৱারেংশিং হাপ্লবা থৌরাং তৌজখি। অদুবু, ৱারেংশিং অসিনা খরা শাংমনখিবা, চাউমনহিবনা লাইবিক অসিগা চান্ননা অমুক পীকশিন্না ইথোক্কদবত্থু ঐঙোন্দা অৱাবা অমা ওইনা থোক্কদবদগী অমদি তোখায়বা লাইরিক অমা ওইনা কোন্না ফোঙলগে হায়বা ৱাংখন্দগী ৱারেংশিংত্থু হাপচন্ত্রে। পূয়মক অসি মথং মথং ফোঙদোক্লবা হোৎনগে খঞ্জরি। করিগুম্বা ঈশ্বরগী থৌজাল যংজরবদি মতুংদা ফোঙনবা তৌজ-ৱকখিগনি।

লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা মরুপ-মপাঙ কয়াগী মফমদগী মতেঙ য়াম্না ফংজখি। মখোয়গী মতেঙ অমস্থুং থৌগৎ-পীবনা লাইবিক অসি পুথোকপা ঙমজখিবনি। ময়ামগী মন্নুংদা খ্বাইদগী ৱার্বিখবদি ঐগী মরুপ— কবি শ্রীবীরেন্নি। শম্না হায়রবদা, লাইবিক অসিদা য়াউরিবা ৱারেংশিং অসি খনবগী ভচোবা পোৎলুম অসি মানা পুবিখি। শ্রীবীরেন্দি মশা শোনবনিনা অয়াম্বা মতমদা ঐনা মখোয়গী য়ুমদা চৎলি। মখোয়-গীদা ইবান্নি ফমমিন্নতুনা কয়ারক হম্না পামিন্নে, নৈনৈ, অচুম-অৱান কয়া শেমদোক-শেমজিন তৌই। মহাক ৱা য়াম্না পেৎলি, তুকা য়াম্না থি, মরৈ ফৈ অমস্থুং বুদ্ধি য়াম্না থোই। মাবু য়াহনবা

হায়বসি অন্নায়বা থবক নত্তে। মাগা ফমমিন্নহুনা ৱারী শাখিবা, খন্ন-নৈনখিবা মীৎকুপশিং অহু ওন্থোক্লা হুংঙাইখি অমস্তুং ঐগী পুন্সিগী তাঙলবা মীৎকুপশিংনি হায়না লৌজৈ। মসিগী মথক্তা, লাইরিক অসিগী ওইনা শ্রীবীরেন্না য়াম্না শাংলবা ৱাহৌদোক অমস্তু ইবিরি। অহানবদা ইবিয়ু য়াদে। হন্না হন্না হায়বদগী নাম্থোকপা য়াক্লহুনা দস্তি ওইনা ইখিবনি। মহাক্কী ৱাহৌদোক্তা ইবান্নিগী হৌগ্রবা পুন্সিগী থোদোকশিংবু নৌহৌনা মায়খুম হাংদোক্লকপদা পুক্নিংদা হুংশিবা ফাওরকই। ৱাহৌদোক অসি, ময়ামগীদি খঙজদে, ঐঙোন্দদি য়াম্না হুংঙাইজৈ। মরমদি— ঐবু খঙবিহুনা, ঐনা হোৎনজনিবা খরা অসিবু শীংথাবিহুনা থাগৎ-ৱাহৈ অমা-অনীদং ওইরবস্তু হাযবিবদা কলম পাযজরিবা ঐথোয়গী (কলাকারশিং) মসিমুক হুংঙাইজবা অ'স কদায়দা লৈরমগনি! তশেংবমক, ঐগী মকপ শ্রীবীরেনগী মপান্না লাইবাক অসি পুথোকপা ঙমজবনি। মঙোন্দা ঐগী শিংঙমদ্রবা লমন তোল্লবনি।

ঐগী মরূপ-নপাঙ অতৈ কয়াস্তু— শ্রীএ. চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, ইনাউশিং— শ্রীযুম্লেম্নম ইবোমচা সিংহ, শ্রীথাংজম ইবোপিশক সিংহ, লমাবম বীরমণি (মরক মরক্তা প্রুফ য়েংবিবা, লাইরিক অসি যঙনবা কয়া হোৎনবিবা) অয়াম্বা মতমদা মতেঙ পাংবিখি। মসিগীদমক থাগৎচরি অনস্তুং তৌবিমল খঙবা উচ্চরি। লাইবিক্কী মখুম অসি ইয়াম্বা শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহনা য়েকপীবনি। ঐঙোন্দা পোক্লকপা ৱাখল অমা— থায়নগী মৈতৈ ফুঙ্গা পানীদা হন্নবীগী শূক্লা থিঙ্গৎখিহুনা সোবারেন অসি ৱাংখৎখিবগী ৱারী অসিদা ঐনা মীগী তৌবা ঙম্বা শক্তি, কলা-কৃষ্টিগী শক্তিনা প্রকৃতিবু জয় তৌহুনা মীওইবনা অৱাংবা সভ্যতাগী থাক অমদা কাখৎপা ঙম্মি হায়বসিগী ভাব অসি খঙ্গরুই। (ঐগী মরূপ শ্রীবীরেন্নদি— মমাঙৈগী মীশিংনা ইচম চম্না লৈরম্বা, অচুম্বা অমস্তুং মোরেল তেঙ্গী ফজবা মশক অহু মতমগী মতুংইন্না নোংম নোংমগী

তাইবঙ মীদগী থাপতোকখি, খায়দোকখি হায়না অর্থ হল্লি।) তশেংবমক, ঐহাক্কা পামজবা বাথল অদু ফোঙদোকপীহুনা লাই অসি য়েকপীবকই। মসিগীদমক্তা ইয়াম্বা থোইদিংজম তোম্বী সিংহবু হন্না হন্না থাগৎচরি। অদুগা মনুংদা যাউবিবা লাইশিং অসিনা ইনাউ ইবুঙো শ্রীএইচ. কেপেন্দ্র সিংহ কোংবা বাজারদা লৈবনা য়েকপীরকপনি। মসিগীদমক্তা ইনাউ কেপেন্দ্র সিংহবুসু হন্না হন্না থাগৎচরি।

লাইরিক অসিগী লামায় ৬০ ফাউবা অসি হাঙবম মবক্তা লৈবা নোঙ্গারৈমা প্রেসদা নম্বনি। প্রেসকী মপূ তামো কালাচাঁদ সিংহ লাইবিক অসি নম্বা হৌগৎপীরম্লগা মনুং-মতম চাদনা তেংবান থাদোকখ্রে। লাইবিক অসিগী অরোইবা শরুক উবা ফংদনা শিথ্রবা তামোগী থল্লুবদা পূক্নিংদা নুংঙাইতবা ফাউই। অকোনবগী শরুক অসিদি পদ্মা প্রিন্তর্স, পাউনা রোডদা নম্বনি। প্রেসকী মপূ শ্রীশামুরাইলাৎপম গোপাল শর্মা শ্রীএল, চন্দ্রমণি সিংহ অমদি অতৈ ইচিন-ইনাউ কয়ানা থবায য়াম্না য়াউনা হোৎনবিহুনা লাইরিক অসি নম্বিখি অদুগা অয়াম্বা মতমদসু ঐবু তেংবাংবিখি। মসিগীদমক্তা প্রেসকী ইচিন-ইনাউ পুম্নমকপু থাগৎচরি।

শ্রীনোংমাইথেম তোম্বী সিংহ

আগষ্ট ১৫, ১৯৮৫

কৈশামপাৎ, লৈমজম লৈকাই,

ইম্ফাল

# শক্তাক্চবা

শ্রীনোংমাইথেম ভোম্বী ঐগী মরূপনি, য়াম্না নক্লনা মতম কুইনা তিম্নরক্লবা। অদুবু, কদাযদা করিদা মাগা ইহান হান্না থেংনদুনা খঙনগ্রিবনো হাযবদু চপচানা হায়বা ঙমদ্রে। ঐনা জোনষ্টোন হায স্কুলদা ক্লাস নাইন নগ্রগা টেন তমলিভৈদা ছাত্র ছাত্রীশিংগী অপূনবা থৌদোক অমদা থেংনখিবা ওইরম্বা য়াই। চপচানা নীংশিংদ্রে। (মাস্থু ঐস্থু মতমদুদা ছাত্রগী লুচিংবা ওইরম্মী, মানা মখোযগী স্কুলগী, ঐনা ঐখোয স্কুল. মহাক আর. ডি. এস. হায় স্কুলগী ছাত্রনি।) ইহান হান্না থেংনখিবদু অচৌবা কাউবা ঙম্মরোইদবা থৌদোক অমা ওইখিদে। মী অমগা মী অমগা অদুক তেঙ্গা ইচম চম্ন উনখিবা মউনা অদুনি। থোইদোকপা নীংশিংনিংঙাই ওইখিদে। ঐনা ক্লাস টেন তমলিভৈদা লাইবিক ভম্মিন্নবা মরূপ মপাং খরগা (তেজেন্দ্র, মধুসূদন, কালা শর্ম্মা, লিলেন্দ্রনচিংবা) সাহিত্যগী সংস্থান অমা লিংখৎসি হায়না ইস্কালদা লৈবা হায স্কুলগী ছাত্র ছাত্রীশিংগী অপূনবা মীফম অমা জোনষ্টোন হায স্কুলগী নোংচুপ হোলদা কৌখি। মীফম অদুগী সভাপতি শ্রীকৈশাম কৃষ্ণবিহারী সিংহ ('ঙসি' খবরগী ইডিটব) না ওইখি। মিটিং অসিগী কনভেনরশিংগী মনুংদা ঐস্থু অমনি। কনভেনর ওইবিবা ঐখোযগী মরু ওইবা রাথলদি শ্রীকাংজম পদ্মকুমার সিংহনা ইন্‌ডটর ওইদুনা 'শেহৌ মরূপ' হায়বনা লিংখৎতুনা মখোয় কুমগী নহারোল শৈরেং ইবশিংগী শৈরেং লাইরিক 'পোমশাংনবী' ফোঙবা থেংনকবগী হায়বিবা 'শেহৌ মরূপ' অসি অমুক হিংগৎহন্দুনা ঐখোযনা ইবা শৈরেংশিং ফোঙ্গস হায়বা অশীকপা পান্দম অমদা কৌরুবন। অদুবু ছাত্র ছাত্রীশিং ময়াম তীন্নলক্লবা মতমদদি

রাকম অসি কৃপা নৈনবদা অপীকপা পান্দম অসি তোকখোক্তনা ভুংবুইনা লৈহৌগদবা নহারোলগী সাহিত্যাগী সংস্থান অমা লিং-খংলসি হায়দুনা 'নহারোল সাহিত্য প্রেমিক সমিতি' কৌদুনা লিংখংলে। মসিনা তুংদা হৌজিক্কী 'নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি' ওইখি। মসিদসু শ্রীনোংমাইথেম তোম্বী সিংহসু য়াওখি। অদুবু, অরুংবা থরানমিচাকতি ওইখিদে মহাক। সংস্থান অসি লিংখৎলগা থবক তৌদনা ভুমিন্না অদুম লৈখি। ঐখোয়না মরু ওইনা পাম্বদি, ঐখোয়না ইবা শৈরেং, রারীমচা, রারেং থররদনি খণ্ডদে, মেগাজিন্দনি খণ্ডদে, লাইব্রিক ওইননি খণ্ডদে, করিনো অমদা অসুম লেপ্পনা ফোঙবনি। য়াম্না ফোঙনীংলম্মী মতমদুদা ঐখোয়। ঐখোযনা পাম্বা পূম্নমক হেক্তা ওইবা য়াবা ৮৫ হায়বসি কোম্না খঙলকই। মবক্তা অমুক্তং বীর টিকেন্দ্রজিৎ নীংশিং খোরম পাঙথোকখিবা নত্তুনা করিসু তৌদনা তুমদুনা অশিবগা পাংথক ওইনা লৈখি। মরক অসি রারী লৈতে।

ঐ মেট্রিক পাশ তৌরে। ডি, এম, কোলেজদা পি, ইউ, দা মিং চল্লে। কোলেজগী ছাত্র ছাত্রী মীয়ামগী সমুদ্রনি—কোইলাং লাংভি, মণিপুরগী ছাত্র ছাত্রী লোইনা শুববোই নীংভি, অমতা চিংথদ্রবোই থল্লি। য়াম্না যাংথ্রে। হান্না খঙনবা কয়া, খঙনদবা নোনা খঙনৈ, রাবী কয়া শানৈ। হান্না খঙনবা কযা কৌনৈ, নোকমিন্নৈ। কাবক কাবক খঙনবশিং চেৎনা নক্রনা তিন্নরকই। যামথ্রবা মীযামদুগী মরক্তগী তিন্ননীংঙাই ইরৈ লৈত্রবগুম অকক্লবা মী অমা অনীদং করম্বা ময়ায় লৈবনো খঙদে অমনা অমবু চীংশিন্নৈ; নক্রনা তিন্নরকই। সবজেক্ট তিন্নবা ক্লাসতা নুংতিগী ফাম্মৈ, ক্লাস লৈতবা ওফ পেরেটতা লম্পাক্তা ফম্মিন্নৈ, ফাগি জগাই কয়া তৌমিন্নৈ, কান্তিন্দা চা থকমিন্নৈ, ক্লাস লোইরগা কোলেজদগী হনমিন্নৈ, ছাত্রী কয়াগী মতুং সাইকলদা ইন্নমিন্নকই, লৈশাবী পাখংগী ইরাং কয়াদা য়াওমিন্নৈ—অসুম্না মান্ন মান্নবা

ি ন্নখি। মসিদা য়াওখি - নোংমাইথেম তোম্বীসু ঐসু। অসুম তপ্পা তপ্পা ঐগী পুন্সিনা মাগী পুন্সিদা য়াওরুই, মাগী পুন্সিনা ঐগী পুন্সিদা ভিন্নে। সাহিত্তা পাম্বগী মান্নবা অমা লৈবসিনা ওইবা তাই মানা ঐডোন্দা, ঐনা মাডোন্দা চঙশিন্নখিবসি। সাহিত্যগী ৱাংমদা, পুন্সিগী থোদোক কয়াদা মাগা ঐগা তিন্নরবসু মাগা ঐগগী মরূপ ওইবগী মক ওইবা ৱারীদি নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী থবক্কী ৱারীমি, মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারীনি। ঐখোয় কুমগী মণিপুরী সাহিত্তাগী ইতিহাসকী ৱারীনি হায়বমক য়াই। ঐখোয় কুমগী অহল্লোন নহারোল অনীমক্কী সাহিত্যগী ইতিহাসতা পূন্না য়াওমিন্নখি, সাহিত্যগী থবক কয়া তৌমিন্নখি, সাহিত্যগী থোদোক ৱাথোক কয়া থেংনমিন্নখি, সাহিত্যগী মীওই কয়া উনতুনা ৱারী কয়া শামিন্নকই। ঐখোয় পূন্না থেংনমিন্নহৌই, সাহিত্যগী লাই ওইগ্রবা পণ্ডিতরাজ অতোম্বসু শর্ম্মা, লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল, মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহনাচংবা অহল কয়া। সাহিত্তাগী সভা কয়া, অধিবেশন কয়া য়াওমিন্নরকই। ঐখোযগী মতমসি মনিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা য়াওন কয়া লাকপা মতমনি। সাহিত্যগী ঈতৌ কয়া থোকই। ঐখোয়গী মতমসি খুইদগী নোংলৈ নুংশিৎ কনবা মতমনি হায়বা য়ায়— ৱারীমচাগী, লীলাগী, শৈরেংগী উপন্যাসকী জগৎতা। শ্রীশীতলজিৎনা মণিপুরী ৱারীমচা পোকপিরমতুনা অমুক শ্রীবজনীকান্তনা য়োকথৎপিরকলবসু মপূং মরৈ ফাবদি ঐখোয়গী মতমদনি (শ্রীমতী বিনোদিনী, শ্রীকুঞ্জমোহন, শ্রীপ্রকাশনচিংবনা ৱারীমচা ইবা কাঙবু অমা ওইনা ইনবকপা মতমনি।) শৈরেংদসু অতু মডায়, শ্রীনীলকান্তনা অনৌবা কবিতা পোক্লুয়বসু আধুনিক কবি ময়াম চেংপোরকুনা শারেপ ফাবদি ঐখোয়গী মতমদনি; উপন্যাসসু কমলনা পোকলময়বসু পাচা মীতৈগী মথুংতা মীওই চপ চানা শুবনি। পরিষদকী অধিবেশন্দা তৌবা কবি সম্মেলন অমদা কবিতা পাবা কবি অমদা,

ত্তারিবা সাহিত্যগী অহল অমদা মুংঙাইমনখিহুনা লুপা চংশী অমা লৌথোক্লুনা থাখিবদা কয়া নোকমিল্লখি। ঐখোয়না য়াম্না নহা ওইজরবস্ত্র মণিপুরী সাহিত্যগী মচাক কয়া শাগৎপদা শরুক য়ামিল্লখি, কোইচেন চেন্দুনা নোংজ্নুংশা খঙদনা, কুস্বী কালেন নাইদনা অহল্লোন কয়াগী মড়ুং ইন্দুনা। মতমহুদা সাহিত্যগী অহল্লোন পূম্নমকসি লাই ওইনা উখি, য়াম্না হৈববোই, য়াম্না খঙলবোই মীংখি নৌশ্বিনা ঐখোযগী ৱাথন্দা।

কোলেজদা পি, ইউ, তমলিবৈদনি। নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা অমুক চঙ চঙ লাউনা হিংগৎলকখি। মতমসি-দদি তোম্বীস্ত্র সমিতিগী অচঙবা থরানমিচাক অমা ওইবকই। মতম কুইনা ভুমুবদগী তৌগৎলকপসদা কোলেজদা নৌনা থেংনবা মণিপুরী সাহিত্যগী ওঝা রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ (কবি) না সভাপতি ওই। থনক তৌরে। অহানবা থবক্তি কৈশামপাং থোকচোম লৈকাইদ লৈবা মাঙব অমদা তৌখিবা চহীগী মীফমনি। উজোম য়াম্না চাউনা লাঙভি, মাগুবকী লৈমায়দা আলপনা চাউনা য়েকই, লৈতেং কয়া শেম্মী (মসি ওঝা সুরেন্দ্রজিৎকী অপাম্বনি) কবি অহল্লোন, নহাবোল কয়া শৈরেং পাবিনবা বাত্তন তৌই, আধুনক ঈশৈ শকপিনবা মমিং চৎলবা কলাকার (শ্রীপহারী, শ্রীমধু শর্ম্মা, শ্রীসনসম ইবোপিশক, শ্রীশ্যাম শর্ম্মা, শ্রীতোম্বীসনা শর্ম্মানচিংবা) কয়াদা হায়জকই ঈশৈ শকপিযু হায়না। মুংশিবি-হুনা লোইনা লাকপি। কবিতা পানবা কবিশিং (নহারোলনা অয়াম্বন) যাম্না লাকই। কবি থরা পারবা মতুংদা নোংমাইথেন তোম্বীনা মাইত্তা "হৌজক, মতম লৈরে, লেংহৌববা কবিশিংদ কবিতা পাহল্লরোই" হায়না লাউথোক্লুবদগী কাব কয়ানা শাউখি। অহুবু, কুইনাদ শাউনখিদে। সাহিত্যগী মীফম অসিদা ঐখোয় লোইনা কৈফজোম শেৎলি, পুময়াৎলিংলি, লাইবক্তা চন্দোল থিল্লি, লৈপরেং অমমমস্ত্র পুনরকই— হোরেল সভাপতি ওইবা, রা ভাঙবা,

কবিতা পাবশিংদা লৈপরেং হুরুনবনি। মসিগী মওংসি তোম্বীনা হৌদোকখিব্রা খল্লি। মীকমদা ছাত্র ছাত্রীশিং, পাখং লৈশাবী কয়া বার্ত্তন তৌই; মফি নাম্না নাম্না শেংতুনা য়াম্না লাকনৈ। অচৌবা থৌদোকনি নহারোলগীদি।

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী ভাল্লিঙৈগী ইতিহাসতি তোম্বীখোইগী ইমুংগা তংন-থানবা লৈতনা লোয়নরকই। সমিতিসি মখোয়গীদা চাউরকপনি। মতমচুগী সমিতিগী কাউবা য়াত্রবা মমিং য়াম্না চংখিবা থবক্তি 'থাগী সাহিত্য সভা' কম্বনি। থা খুদিংগী কম্মী। মসিদা নহারোল ঐখোয় লেংগানা ইবা শৈরেং, ৱারীমচা, ৱারেং মাংজোননা লৌশিল্লি; মচু অমুক অথণ্ড অহৈ (মিং অমতং পল্লবদা শ্রীপদ্মকুমার সিংহ) দা পীচুনা অশোয় অঙাম য়েংহল্লি। সভাদা খুংইশিংচু অমুক অইবা মশা মশানা পাখোকই। খুংইশিংচু পাবা লোইবগা মাংজোননা পাহল্লবা অথণ্ড অহৈশিংচুনা মখোয়না থনবশিংচু অমুক পাথোকই, কমডিং লমতাকই। ইবা তম্বগী মওং অমনি। মচুদা তোম্বীসু মানা ইবা ৱারীমচা, ৱারেং কয়া পাখি; ঐসু শৈরেং, ৱারীমচা কয়া পাখি। পাচা মীতৈ, খিয়াম ইবোহল, কালা শর্ম্মা, তেজেন্দ্রনচিংবা কয়া মানা মানা ইবশিং পানখি। মতম অসি ঐখোয়গী ক্রয়েটিভিটিগী শেমগৎপগী মতাংনি। মতম অসিদা ঐখোয় খুদিংনা সাহিত্যগী মচন শুনা— ৱারীমচা, শৈরেং, ৱারেং ইনচুনা পানরবসু মমৈথংদদি মাগী মাগী অককবা লম্বীদা চংনখি — পাচা মীতৈনা উপন্যাস ইবা অমা ওইখি, ঐনা ৱারীমচা, শৈরেংতমক ইখি। তোম্বীনা সমালোচনাতমক ইখি। মতমচুদগী তোম্বীগী লম্বী থোনবা হৌগ্র-বনি। নহারোলনা ইবা শৈরেং, ৱারীমচা সমালোচনা তৌনবা সমিতিনা মাঙোন্দা শীম্নে মতমচুদগী হৌনা। ঐনা ইব— 'বসন্তরাস' কৌবা শৈরেং অমসু মানা সমালোচনা তৌচুনা সভাদা পাথোকখি। অসুম্না তুংদা সমালোচক অমা ওইরক্রবগী যুক্তম

খোনবা হৌথি। অসুম্না ফম্বা থাগী সাহিত্য সভা অদু য়াম্না কাম্নথি ঐথোয়গী সাহিত্যগী থোঙচৎতা। সভা মন্নুংদা, মরক থৎতুনা আধুনিক ঈশৈ কষা শকই— চোকথরবা হকচাং তেথৎহল্লি, চাক লাম্বা থাঙনৈ (অযুক্তা যাম্না থেংলবা ফাওবা সভা লোইদে।) ঈশৈ ঁশেকপী কযাদা মেদল শ্রীপদ্মকুমারনা পীখি। অসিগুম্বা সমিতিগী থাগী সভা অসি নোংমাইথেম তোম্বীখোইগীদা থা খুদিংগী ফম্মী। মখোয়গী অৱাং শঙ্গোইদা লৈমাযদু শেংনা য়াই ভৈথোকতুনা হৈকক শেমদুনা থেনগৎলি, ধপ থাউমৈ থাই, হৈনৌ মনা পরেংনা কোযনা থাজিল্লি— পূজা তৌবা, নত্রগা যজ্ঞ লিংথৎপগী মওংনি। হেক চঙবদা, হেক উৱদা পুল্লিংদা ইশেং শেংবগী য়াথল অমা পোকহল্লি। পুক্লিংসি ইইং ইংঙি। মওংসি কনাগী মকোক্তগী থোকলকপনো, কনানা তৌরিবনো থোইনা খল্লুদে। ঐথোযনা মখোযগীদা যৌখিবা মতমদা হান্না শেমদুনা অদুম লৈবম্মী। মসি তোম্বীখোই ইমুংগী বাথলদগী পোয়কপনি হাযবসি কোম্থংদা খঙলকই। (মসুম্না ধর্ম্মগী থৌরম মানবসি পামদবা কাঙবুনা সমালোচনা তৌদুনা য়ায়ী শাথিবগী পাউসু অদুম তাখি।) অমুথক্তি, অযুক্কী ঙনৌ ঙনৌবা মুমিৎ নঙালদা তোম্বীখোইগী গোবর্দ্ধন মমাঙদা সভা ফমখি। (তোম্বীখোইগী ইংখোন্দা য়াংনা খোনগৎতুনা চীংথুম মচা অমা শেনদুনা মতোন্দা চেৎকী মন্দির মচা অমা শাদুনা, ঙোমান, হৈনৌ, বোকুলনচিংবা উপাল কয়া, হৈলৈ কযা থাদুনা বৃন্দাবনগী গোবর্দ্ধন শেমদুনা লৈ। মদুদা চহী খুদিংগী হিযাঙ্গৈগী নোংমা পানবদা গোবর্দ্ধন পূজা তৌদুনা চাউনা উৎসব কৎলি।) উনা মরক ফাওদুনা ঙনৌ ঙনৌবা কোয়ৌ নহা অঙানবগী মশেয়া চৎলকপদা শেঙলবা মঙাম্না ফুদোংলবা নীক নীক লাউরবা মালেমগী শক্তম উকবদা শ্রীশঙ্খেবম নাদীযা সিংহ অমসুং সুরেন্দ্রজিৎ কবি অনীগী থম্মোয় পেৎথরক্কনা মমিৎতগী পি তানা কপখি, কাউবা ঙমদবা থৌদোক

অমা ওইখি। সভাদা শীজিন্নখিবা মাইক্কী অরাইমন, মাইক পুরকপগী রিক্সা ভারা পীনীংঙাই পৈশা লৈতহুনা লাকলিবা মরূপ মপাংশিংদগী কোইনি নীবগী হুংশিরবা রারী কয়া রেকোর্ডতা লাচন্দবা ইতিহাসকী শরুক ওইনা লৈখ্রি। সভা লোইরবা ফাওবদা থবায় য়াওবা কয়াদি চোস্তনা ফমথহুনা মখা তানা নৈনহৌবা, রারী শাহৌবা কয়ানি। মহুদা থকখিবা চা, (সভা ফমলিঙৈ মন্নুংদা লাক্লিবা পূন্নমক চা পীথকপস্ত য়াওখি) সভাদা থেনগৎনবা হৈরুক লৈবগী পৈশাগীদি কয়া রাখিদবগুম তৌখি। খরচ অয়াম্বা (মরক মরক্তা ঐখোয়না পুথোকখিবা য়াওরবস্ত, মমিংতা ওইনা পুথোকখিবনি, মহুনা ওকপা নত্তে) তোম্বীখোই ইমুংনা পুথোকখিমাল্লে খল্লি। সিদা নত্তে; মী তিনবগী চাইথোক্লম্বা কয়া লোইশিনবা, অতৈ অতৈ মথী মকুম কয়ামরুম থা খুদিংগী নৈববু খাঙবা হায়বসি অরাইবা নত্তে; অমুক্কস্তু নত্তবা থা খুদিংগী লেপ্পা নাইদনা নৈরকপবু অমুক্তা শুক্কোকপগী ইঙ্গিৎ মচা অমতা উখিদে। মতমহুদা অঙাং ওইবগী ইঙাও ঙাওহুনা খল্লুদ্রবস্তু, হৌজিক্তা খল্লকই— পূন্নমকসি সাহিত্য, সংস্কৃতিবু থম্মোয় শেংনা পামজবননি; তৌশিন্নবা মচেৎ অমতা য়াওদবগী খুদমনি। সমিতিনা নোংমাইথেম তোম্বীখোইগী ইমুং মনুংদা য়াম্না শৎখি, য়াম্না নৈখি। মসিগীদমক সমিতিনা মখোয়গী লম্মন য়াম্না তোল্লবনি।

মতমহুদা ঐখোয়না অঙাং ওইবনিনা থেংনরবস্তু পোইনা খন্থরুদে, থোইনা খঙহুদে। কোন্থংদা খঙলকই— মখোয়গী ইমুং অসিদি হাম্নদগী হোনা তংনা থানদনা মণিপুরী সংস্কৃতিগা ইরোয়নরকই। তোম্বীবু পোকপা পাবুং ৺ব্রজবিধু লৈবাক্পা খঙনরবা মনোহরশাইগী পূং য়ৈবা ওঝানি। তবলা হৈবা, পখ্বাজ হৈবা, ওঝা গুরু নাইনা তম্লকপা, ঘাবানা মশক থঙনা হৈরকপা, নৈনরকপা লৈবাক্কী ওঝা অমনি (মতম থরা শান্তিনকেতন্দা

লৈছুনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগা লোয়নবকপগী য়ানীস্থ লৈরি। তংশংনমক সঙ্গীত কলাদা মপুঙ্গি কংথোকপ্রবা পাবুংনি। মসিদনা লোইবা নত্তে ; তোম্বীগী ইচে ইস্কুল হনবী শ্রীমতী বিমলা দেবীস্থ শাস্ত্রীয় সঙ্গীত হৈবা, ফজনা শকপা কলাকাবনি। ইমুংসিদা পাশথেলা কয়া, মাণ্ডব লীলা কয়া লিংথংতুনা ভারতকী, থোই-দোক্লা মণিপুরগী ট্রেডিসনেল থিয়েটর কয়াগা শয়রক্লবা ইমুংনি। মণিপুবী থিয়েটবগী অঙনবা মতমদা ষ্টেজদা থোক্লুনা লীলা কয়াদা কুমথিবা, শ্রীগীতচন্দ্রগী লীলা কয়াগা শাগোয়রকই। মসিগী মথক্তা, বৈষ্ণবকী অচেৎপা যুক্ষমদা লিংবা ইমুংনি। পূয়মক অসিনা উৎলিবদি ভারত সংস্কৃতিগী, ধর্ম্মগী (থোইদোক্লা হিন্দু ধর্ম্মগী) অমদি পূং ঈশৈ জগোই লীলাগী, (থোইদোক্লা মণিপুরী সংস্কৃতিগী) পরম্পরাগী অচেৎপা যুমফমদা চাউরকপা তোম্বীনি। হায়রিবা পরম্পরাগী মীৎয়েং অমদি য়াথল অসি মশা খুঙনবু ওইরবস্থ, খুঙদনবু ওইরবস্থ মাগী ঈদা তোংদা য়াওপ্রবনি, শা-গোয়প্রবনি। অদুনা য়াকম অসি মানা লাইরিক লাইশু তম্লু-বদগী ফংলকপদু নোনা চার লিংদুনা থারবা, হৈনদ্রিবা অমা নত্তে। লাইরিক লাইশু তম্লুবা, পারুবদগী ফংলকপা জ্ঞান অদুনা হান্না মতোন্দা লৈরম্নবা মশক থোক্ত্রবা য়াথলবু মচু লেক্লুনা মশক থোকহল্লকপদনি।

ঐখোয়গী মতমসিদা সাহিত্যগী, সংস্কৃতিগী লমদা থাদগী য়াংদগী নোংচুপতগী নোংপোক্তগী লুংশিং কয়া কম্না কম্না শিং-চিম্রকই। মসিদগী সাহিত্যগী, থিয়েটরগী মুভমেন্ট কয়া থোরকই। ঈংহৌশিং অসিনা ঐখোয়খুদিংবু প্রোভোক তৌই ; মোত কয়া খেন্নৈ, মীৎয়েং কয়া মাম্নদে। মোত মাম্নদবদগী, মীৎয়েং থেম্নবদগী মবৈ কয়া য়েংনৈ, কয়া শংকংনৈ ; কোইলাং লাংডি। ঐখোয় খুদিংগী সেন্সিবিলিটিস্থ মপাঙ্গল কনখৎলকই ; এক্তিভ য়াম্না ওইরকই। ঐখোয় য়াম্না মুংঙাইথি। ঐখোয় য়াম্না হিংথি। তোম্বীগা

ঐগা মোত য়াম্না মাম্নগন্দে; খঙদি খঙনৈ। মাস্তু মাগী মোত য়াম্না কম্না লৈবা, ঐস্তু ঐগী মোত য়াম্না কম্না লৈবা মীতানি। লেপখিবা খোঙফমদগী হন্দোক্লদে।

মাগী অহানবা ওইনা ফোঙলিবা লাইরিকসিগী মতাংদদি, মসিদা য়াওরিবা ব্লারেংশিং অসি মতম মতমগী ওইনা সাহিত্যগী চেফোঙ কয়াগীদমক, সেমিনাব কয়াদা পানবা, 'খোল্লাও' হায়বা লুংতিগী ফোঙবা খবরদা য়ুমশকৈশ খুদিংগী 'খোংনাংথাবা' হায়না মিং লোৎতুনা ফোঙনবা ইখিবা ময়ামদগী তুংকুইহৌগদবা খবদং থনগৎলগা পুথোকপনি। মসিদা যাওদবা কয়া অমস্তু লৈহৌরি মাগী মখুৎতা। অস্তুম চোইনা চোইনা লৈগদবগী মতুংতা লাইরিক ওইনা অমতংদি পুথোকউ হায়না ঐনা হায়বদা, মানা হান্না ফোঙনীংহুনা লৈরম্বগা মপা চানরুহুনা লাইরিক অসি নমখিবনি। ব্লারেংশিং অসি ঐগীদা মানা পুরক্কুনা ইতোমতা কয়ারক পাখি। মাগা ঐগা ঐখোয়গী মাঙোলদা অয়ুক কয়া, নুংথিল কয়া ফম্মিন্নহুনা পামিন্নরগা পূং কয়া চঙনা হন্না হন্না কয়ারক নৈনখি। মতু ফনা হুংডাইখি। ব্লারেংশিং থনগৎপদা ঐগী ব্লাখল ফনা য়াম্না য়াংখি। ব্লাংরেংশিংসি ইরমদাইদস্তু মরী লৈনবা মীওই কয়া উনবা মাগা ঐগা চৎমিন্নে; ব্লারী কয়া শামিন্নরুই; ঐনস্তু ধাহং কয়া হংহুনা মাঙোন্দা মতেঙ কয়া পাংখি। অতুবু, লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মাগী মোতকী মতাংদদি ঐনা করিস্তু শোক্লুদে, মাগী ওইনা অতুম লৈরি; ফোঙদোকপদা, ব্লাখল খনবদা ময়েক শেংলমদবা অতুতং ময়েক শেংনবা ঐনা মতেঙ পাঙজবতনি।

লাইরিক অসিদা, খুৎথাংদা ফংলকপা, হাকথেংনবা ফংলকপা নত্তবা ব্লা কয়ামস্তু য়াওরি। অতুবু খুৎথাংদা ফংলক্লবস্তু, ব্লাফম অতুগী মতুং য়াম্না লুথনা লুপথক্লরগা মুন্না খঙনবা হোংনহুনা, মাগী মীৎয়েং অমদা পুথোক্কুনা ময়ামদা শক্তাররবা হোংনৈ।

মণিপুরী সাহিত্যদা, মণিপুরী সংস্কৃতিদা মানা য়েংলিবা মীৎয়েং অসিদি অনৌবা অমনি। অকক্নবা লেখক অমা মানা নৈনরকপদা, লেখক অমুত্তং তোখায়না পুথোক্তুনা সমাজদগী নাইতোম তাহন্দুনা তোথায়না নৈনদে। সমাজগী ওইরিবা ফিভম অমদি মশক অমা পুথোরকই— সমাজগী পোৎথোক ওইনা। 'কবি নবদ্বীপচন্দ্র সিংহগী পুন্সি অমস্তুং মহাক্কী মতম' হায়বা ৱারেংদা নবদ্বীপচন্দ্রগী সমাজ নৈনরুরগা পুথোরকই— "নবদ্বীপচন্দ্র মণিপুরী বিনাসাঁগী পোৎথোকনি।" (লঃ ১১২) অতোপ্পা ৱারেং 'মণিপুরী সাহিত্যদা রেনসন্স : চাউবা কমল অমস্তুং অঙাংহলগী মতম'দা মণিপুরী সমাজ অমদি বেঙ্গলগী সমাজ অনীগী মশক মুন্না নৈনকুরগা মণিপুরী রেনাসন্সকা বেঙ্গলগী থেন্নবা মশক পুথোরকই। শ্রীহিজম অঙাংহলবু ঐথোয় খ্বাইনা খঙনবক্লিবা অসি নত্তবা অনৌবা অঙাংহল অমা পুথোরকই— অঙাংহল, মণিপুরী থিয়েটরগী য়াওন্দা য়াম্না মরু ওইবা খুদোন তয়ম্বা বিয়্যালিষ্টিক ওইবা লীলা ইবা অমা ওইনা। হেন্না রিয়্যালিষ্টিক ওইবা লীলাদি মানা ইবস্মী, ললিতকী 'অরেপ্পা মরূপ'তি বেঙ্গলগী ছাচাদা হৈবনি, অঙাংহলগী লীলানা মতমতুদা হেন্না রিয়্যালিষ্টিক ওই— থিমদা, ট্রিটমেন্টদা। 'সাহিত্যদা রিয়্যালিজম' নৈনবদা নোংচুপকী রিয়্যালিজমতমক নৈনবগা তোক্কে. ভারতকী ধর্ম্ম অমস্তুং দর্শন (মরু ওইনা হিন্দু ধর্ম্ম অমস্তুং হিন্দু দর্শন) দগী চিংথোক্কুনা হিন্দীগী প্রেমচন্দ, বেঙ্গলগী শরৎচন্দ্রগী থুৎই নৈনতুনা ভারতকী তোপতোপ্পা রিয়্যা-লিজমগী মশক পুথোকই। 'ভারতকী ট্রেডিসনেল থিয়েটরগী থোঙগুন লীবা' অমস্তুং 'ভারতকী নীংতম্বা অন্দোলন অমস্তুং সাহিত্য' হায়বা ৱারেংশিংদা ভারতকী অপূনবা শক্তম নৈনবদা মণিপুরনা তৌরিবা দানস্তু হাপচিন্দুনা হেন্না মপুং ফাবা শক্তম অমা শাগৎনবা হোৎনৈ। 'উপন্যাসকার অমা ওইনা খ্বাইবাকপম চাউবা' হায়বা ৱারেং অসিদা ভক্তি অমস্তুং প্রেমনা মপুং ওইবা

বৈষ্ণব মোর‍্যালিটিনা য়োমহুনা শাগৎপ্রবা উপন্যাসকারনি হায়না চাউববু নৌহৌননা শক্তাক্লককই। ঐতিহাসিক উপন্যাসকার অমা ওইনা চাউবগী অশোয়বা কয়া লৈরিবসিস্থু মাগী মতমদা মরা তানা লৈরিবা বৈষ্ণবকী মীৎয়েং, বৈষ্ণবকী পুন্সি, বৈষ্ণব দর্শন অমদি বৈষ্ণব মোর‍্যালিটি অহুদগী নাম্থোকপা ঙমদবদগী থোকপনি। তোম্বীগী ৱাহৈদা, "লবঙ্গলতা'দা উৎলিবা মতম, সমাজগী চৎনবী, পুন্সি মহিং অসি খাগেম্বগী মতমগী নত্তে, অইবনা হিংলিবা মতম অহুগী সমাজনি। চাউবনা লৌরুবদি ইতিহাসকী ৱারীনি, থায়নগী পুন্সি অমসুং সমাজ নত্তে।" (লঃ ১৮) মাগী মীৎয়েংদা খ্বাইদগী মরু ওইরিবদি পরম্পরাগী ৱাফম অসিনি। ভারতকী পরম্পরা হায়বসি চহী কয়া চঙনা ধর্ম্মদগী দর্শনদগী (মরু ওইনা হিন্দু ধর্ম্মদগী) শাগৎপা, ভারতমচা খুদিংগী ঈদা তোংদা, থৱায়দা চঙপ্রবা, মশা অমতা ওইশিনপ্রবা, অমুক থাইদোক্লবা য়াদ্রবা মরা তাপ্রবা অমনি। মশা থঙনবু ওইরবসু থঙদনবু ওইরবসু থাদোক্লবা য়াদ্রবা, নাম্থোকপা ঈয়া য়াদ্রবা অমনি। অমুকসু, ভারতকী পরম্পরা হায়বসি মণিপুরগী পরম্পরানি, মণিপুরী পরম্পরা হায়বসি ভারতকী পরম্পরাগী শরুক অমনি। ভারতকী পরম্পরা হায়বসি ভারতকী তোঙান তোঙানবা লমগী পরম্পরা কয়ানা শাগৎথিবনি; তোঙান তোঙানবা পরম্পরাগী মনুংদা চেল্লিবা অমতা ওইবা পরম্পরাগী মশক অহু পুথোক্লবা মানা হোৎনরি। (তৌবদি, হিন্দু পরম্পরাগী মশকতনি মানা পুথোকলিবসি।) ভারতকী পরম্পরাগী চেৎলবা য়ুমফমদা থোঙফম চেৎনা লেপ্লগা নৌহৌননা মণিপুরী সাহিত্যদা, সংস্কৃতিদা য়েংলকপনি। মীৎয়েং অসিমক অনৌবা মীৎয়েংনি। য়েংলকপদা পাকশন্না, মীৎয়েং পাক্লা য়েংবা, থিজিনবদা মন্নুং হুজিন্না খিজনবা মওং অমদি মাগীদা য়াওরি।

মানা লাইরিক যাম্না পাকবদগী খোমজিন্নবা জ্ঞানগী চাউরবা পূক্কদা ঐগী কনিস্ন হাপনীংঙাই লৈতে। মানা পাবনা ঐনা পাবদগী য়াম্না তেল্লি। অদুনা, লাইরিকসিদা যাওরিবা জ্ঞানগী চাউরবা পূক্ক, ৱাথল, পাক্লবা মীৎযেং, কল্লবা মাগী মোত পূম্নমক অসিদি খঙহৈববা অপাবশিংনা কৃপা শোযদনা নৈনরক্কনি নীংজৈ। ঐনা ইবিবসিদি তোম্বীবু ঐনা খঙজবা শকক অমতংনি। মসিনা লোইবা নত্তে।

লাইরিক অসিবু ঐঙোন্দা কংথোকলিবা অসি ঐদি পামজদে, যাম্না ইকাইজৈ। অদুবু মাগীদি অপাম্মনি মসি। চহী কযা যাম্না কম্না হোৎনদুনা ইবল্লবা ৱারেংশিং অদুনা চোইনা চংইনা তাদুনা লৈবন্নদগী মতম কুইনা লৈহৌরগদবা লাইরিক অমা শুইনা থোববপসিদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজৈ। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মাগী মোৎশিং অসিগী মপুন্সি শংবা তেনবগী ৱাদি মাগী পুকচেল শেংবা অমদি ৱাথলগী মযেক শেংবদা লৈরে।

—নোংথোম্বম শ্রীবীরেন

১০ আগষ্ট, ১৯৮৫ ইং উরিপোক, ইম্ফাল

# মণিপুরী সাহিত্যদা রেনাসন্স : চাউবা, কমল অমসুং অঙাংহলগী মতম

রেনাসন্স (Renaissance) ফ্রেন্স অমসু লাটিন ৱাহৈনি। অর্থনা অমুক হন্না পোকপা, অনৌবা মপোক, হিঙ্গংহনবা হায়বনি। শীজিন্নবা মতমদা ৱাহৈসিনা কোল্লিবা অর্থগী পংথৈদি য়ম্না পাক চাউই। অয়াম্বনা খঙনরিবদি—১৭ শুবা শতাব্দীদা ইটালিদা অরিবা ক্লাসিকেল গ্রীক অমসু লাটিন সাহিত্য, শিল্পকলা, কলাবিদ্যাবু নৌহৌনা অমুক হিঙ্গংলকপা অদুগা মসিনা থোঙফময়তুনা য়ুরোপ পুম্বদা ১৫ শুবা অমসু ১৬ শুবা শতাব্দীদা শন্দোকখিবা নৌহৌনবা হৌরকপা কলাবিদ্যাগী অচৌবা ঈচৌগী মতমশুবুনি। মসি মধ্যযুগতগী অনৌবা য়ুরোপ পোক্লকপগী য়াম্না মরু ওইরিবা মতমশুনি। সাহিত্য, কলাবিদ্যা, লাইয়েকপা, য়ুমশাবা, বিজ্ঞান অমসুং মীওইবগী লাইনিংগী হীরম খুদিংমক্তা ইনৌ নৌবা মশক অমা লাকখি। অরিবা ক্লাসিকেল লিট্রেচরদা কজবা থিবগী খোঙচংনি। থবক অমসু ৱাখন্দা নি তম্বা, লন্নাই মীওইগী মশক অমসুং মমল নোঙ্খা মীওইবগা পুন্সিগী শরুক খুদিংমক্তা থরায় হাপ্তুনা মীবু মী মগুম ওইনা য়েংবা, য়াম্না ঈখৌ লাংবা অমসুং মনুং হঙ্জিনবা হীউমনিজমগী ৱাখল উংপা, শাংলবা অনৌবা য়ুগ হৌবগী মতম অমনি। অদুনা রেনাসন্সবু জোন এদিশন সিমোন্দসনা "রীডিশকভরী অব ৱর্লড অন্দ মেন" হায়। বাইবন্দগী ৱাহৈ পুরগা ইতিহাসকার অমনসু " ডিসকভরী অব এ নিউ হেবন অন্দ নিউ অর্থ " হায়না শীংথানৈ। গ্রীক্কা নরুবদগী অমসুং

রেনেসন্সগী ট্রেদিশন লেবদগী ইটালিদগী রেনাসন্সগী হৌফম ওইখি। ইটালিদগী ফ্রান্স, ইংলেণ্ড, জর্মনী, পোর্টুগাল, পোলেন্দনচিবা য়ুরোপ পুম্বদা মথং মথং শন্দোকখি।

ইটালিদগী হৌখ্রগা য়ুরোপ পুম্বদা শন্দোকখিবা ( মথক্তা শন্না পঞ্জখিবা ) রেনাসন্স অসিগী থৌদাকশিংদা থোঙগা মান্নবিবশিং য়ুথুংদা শন্না রেনাসন্স হায়না অস্থুম শিজিন্নখি। মতমদা রেনাসন্স অসি থবা মখোয় কপা অর্থদা অস্থুম্না হনবা য়াই— "Any period similarly characterised by enthusiastic and vigorous activity along literary, artistic or other lines, strictly, such a period when distinguished by a revival of interest in the past or a return to old Masters for inspiration as the Irish Renaissance". (Webster's New International Dictionary).

পৃথিবী অমসুং ভারতকী সাহিত্য কয়াদা রেনাসন্স লাকখিবগী থৌদাক ঐখোয়না ইতিহাসতা থেনবা। ব্রিটিশকী শাসন মথক্তা ব্রিটিশকা শন্নবদগী ভারতকা নোংচুপকী শিক্ষা লাক্খি। মসিগা লোয়ননা অনৌবা ভেল্যু, অনৌবা খল্লম, মীৎয়েং লক্লুনা সমাজগী, ধর্মগী অমসুং কলাবিদ্যাগী হৌবম কয়াদা অহোংবা লাকখি। অমনা ১৯ শুবা শতাব্দদা বেঙ্গলদা অনৌবা ভাবতকী অনৌবা পুন্সি হৌদনা ভারতকী রেনাসন্স লাকখি। ই ১৮৯১ দা ব্রিটিশনা মণিপুর লৌশিল্লবা মতুংদা ২০ শুবা শতাব্দী হৌরংলকপদা মণিপুরদা রেনাসন্স লাক্খি।

ই ১৮৯১ দা ব্রিটিশনা জয় তৌববা তুংদা মহারাজ চূড়াচান্দনা পানবা ( ই ১৯০৭ দগী ই, ১৯৪১ ফাওবা) মতম অসি মণিপুরগী রেনাসন্সগী মতমনি। মতমসিদা মণিপুরদা "নেটিভ রুল" লাক্লুনা মণিপুরী ইতিহাসতা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি। ব্রিটিশনা

পীবা "সানাদ" গী মতু ইন্না মণিপুরদা বৃটিশকী শক্তি লাকপা হৌখি। রাযেন থৌদাদা, চাউখৎ থোৱাদা, মহৈ-মশি তম্বদা, রাজনীতিগী রাখন্দা অনৌবা চেতনা অমা লাক্কনা ২০ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা নৌহৌননা অনৌবা মীৎকপ থোক্লকই। ই, ১৮৯০ দগী "লান্নুপ" মুৎথক্তুনা নমতুনা থবক শুহনবা মীনায়গী রাখল লৌথোক্কনা মী অমগী মমল লেপ্পা, নীংতম্ববু ইকাথখুম্নবা হৌখি। মসিনা মীওইবা মশাগী মনি মথা তম্বা রাখলগী শক্তি হেঙ্গৎহনখি। গোর্দোন, নথলনচিংবা পোলিটিকেল এজেন্ট-শিংনা কন্না হেৎনবদগী ই ১৮৮৫ দা জোনোষ্টোন স্কুল লিংত্নুনা মণিপুরদা নোংচুপকী মহৈ-মশি তম্বা হৌখি। ২০ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা প্রাইমারী স্কুল ১৭, মিডল ই লিশ স্কুল অমা লৈরে। ই ১৯১০ দা ইডুকেশন ডিপার্টমেন্ট লিংখৎলে। মসিগী ফলনা নোংচুপকী সভ্যতা য়োরক্লে, অনৌবা মীৎয়েং, অনৌবা রাখলগী ময়োল চোংবা হৌখি। মধ্যযুগকী অমনবা রাখল, পেনথোকপা, চাবোল-শুরোল কয়াদগী চৎনরক্রবা রাখল থবদা অনৌবা যাওল লাক্কনা মীৎয়ে পাকথোক্লকই, পৃথিবীবু পাক শন্না য়েংবা ঙম্লকই।

ই, ১৯২০ অতূরাইদগী রাজনীতিগী চেতনা লাকপা হৌরকতুনা ১৯৩০ গী মতমদা মঙ তানা শাবেপ ফারে। 'নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী' ই ১৯৩৭ গী চীঙা মীফমদা "হিন্দু" হায়বা রাহৈ অসি লৌথোক্লুনা চপচাবা রাজনীতিগী সংস্থান ওইখি। নেতা ইরাবতকী কমজিং মথাদা মণিপুরদা রাজনীতিগী অকনবা ঈহৌ লাকখি। গণতন্ত্রগী শাসন দাবী তৌখি। মণিপুরদা য়ুনিকেমারেল লেজিসলেচর লিংখৎসি হায়বগী ঈহৌ অমা লাকখি। মসি ভারতা যায়না ওন্না গণতন্ত্রগী রাখল লাকপগী মমল লৈরবা ঈহৌ অমনি। ইং ১৯১০ গী অতূরাইদা মণিপুরদা ছাপাখনা লৈরে। 'মৈতৈ লৈমা' অমসুং 'জাগরণ' (মপান্দা ফোঙবা), মৈতৈ চনু (সম্পাদক—হিজম ইরাবত) জ্যোতি, যাকাইরোল, দৈনিক

মণিপুর (গেন্টুজেল চে—সরকারগী মায়োক্ত। ই.খি'খি), মণিপুর মতম ( নুংভিগী চেকে ৬ ), অনৌবা যুগ ( সম্পাদক—ইরাবত ), মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী পত্রিকা, মৈতৈ লৈমা অসিনচিংবা চেফেংও কয়া ফোংডনবক্কুনা অওনবা মণিপুরী সাহিত্য শাগংপা হৌখি। নিংথৌগী থৌজাল মথাদা মীথরগী ওইরম্বা সাহিত্যতু মীযামগী ওইবা হৌখি। ই. ১৯২৬ দা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যবু পবেশিকাদা থাহনবা য়াখি। মতমসিদা মণিপুরী সাহিত্য অসি ভানকলাব অমা ওইনা মশক নাইনা চাওখংলকই। অসুম্না মণিপুরী জগোই অমদি কলাবিদ্যাগী হীরমদসু নৌহৌনন। চাওখংলকখি। অদুনা ২০ শুবা শতাব্দী হৌগংলকপা মতমসি মণিপুরী সাহিত্যাগী অনৌবা যুগনি। য়াকায়রেল শকপা মতম্নি। মতমসিদা চাউবা. কমল, অঙাংহল, নবদ্বিপচন্দ্র, দনেন্দ্রজিৎ, ইরাবত, ময়ুরধ্বজ, মীনকেতননচিংবা খুৎমবা কাডবু অমা চা থোরকখি। মখোয়না অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যাগী মশক অমা শাগংলম্মী। মতম অসিবু শীংখানরত্ননা শ্রীনীলকান্তনা হায়— "২০ (কুন) শুবা শতাব্দীগী হৌগংলকপদা অমুক যাহৌনকই। মণিপুরী সাহিত্যগী রেনাসন্স হায়বমক য়াই।" (অচাইবা লে) অদুনা রেনাসন্স শাংকায়রকুবগী মকুওইবা ঈশিং নুংশিংবা ফিভম ২০ শুবা শতাব্দী হৌগংলকপদা চপচানা লৈবে হায়রা য়াই। খুৎমাবা অইবশিং অসিগী মথুত্তা মণিপুরী সাহিত্যগী রেনাসন্স লাকখি হায়না হায়রুবগী মরমদি মখোয়না য়াম্না ভাব তানা, অকরুবা পান্দম অমগা লোয়নননা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক অমা শাগৎনবা হোৎনখি।

মমাংঙৈগী সাহিত্য অসি জাতি অতুগী অপূনবা থাখল, মীংয়েং অমসু ভেল্যু অতুগী অপূনবা মশক্তা দান তৌবনি। অরিবা মতমদগী চৎথরকিবা থাখল থারাতু য়বনি। থোক্তইদোক্না প্রতিবাদ তৌদে। অদুনা মশা মশাগী তোপ তোপ্পা মীংয়েং

অমদা সাহিত্য ইনরমদে। পানজি, লাইশোন-তিনশোন, সাহিত্য খন্নচিংবা হীরম কয়াগী মরমদা ইরম্লিবা মমাংঙৈগী লাইরিকশিং অসি হায়রিবা তোখায় তোখায়বা হীরমশিং অতুগী পদ্ধদা লৈতনা। হীরম অতুদা হেন্না চাওখৎনবা, হেন্না ফগৎনবা পাউ য়াম্না পীবা, নৈনবা নতুনা অইবা মশাগী মরন্নাইগী ওইবা মতৌ তোপ তোপ্পা রাখল পীবা নত্তে। অতুনা মমাংঙৈগী সাহিত্যদি জাতিতুগী অপূনবা সাহিত্যগী অপূনবা মশক অমা ওইনা অতুম্মক লৈ। অতুগা অনৌবা য়ুগকী খুংমাবা লেখকশিং অসিদি মীওইবগী পুক্নিং-রাখলগী লমদমদা চঙজনা লেখক মশাগী তোপ তোপ্পা মীংয়োং অমা পুথোরকই। অসুম্না লেখকশিং অকোয়বদা লৈরিবা এক্স-পেরিয়েন্সশিংগী .র রকপা মীওইববু নৌহৌননা কুপ্পা য়েংলকপা মাংয়োং অমা অনৌবা য়ুগকী অইবশিং অসিদা থেংনৈ। ঐখোয়না উত্লিবা, ঙাক্লিবা, থেংনল্লিবা মীওইবগী পুক্নি-রাখলগী হুংগী ওইবা খুদোং ফজবগী মশক অমা উৎলকপা, মীওইবদা য়েংজনা মীওইবগী সমস্যা কয়া পুথোক্লকপা হৌবসি অনৌবা লেখকশিং অসিগী মতমদগীনি। মখোয়গী মথক্তগী সাহিত্যগী ফজবা খুংশেম, মফম মতম পুন্নমক্তা লৈরগদবা ফজবা অচম্বা কয়া পুথোরকই। অনৌবা নমুনা, দিজাইন, অনৌবা সাহিত্যগী মওশিং, য়ারী মচা, রচনা, উপন্যাসনচিংবা কয়া চাংয়েং তৌজনা ইরকই। মখোয়না অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক অমা শাগৎলম্মী। চাউবা, ( রাখল, ফিদম, থাম্নগী লৈরা ), কমল ( লৈ পরেং, মাধবী ), হিজম ইরাবত ( শৈদম শৈরেং ), চিঙাখম ময়ূরধ্বজ ( শৈরেং অনৌবা ), পুখ্রম্বম পরিজাৎ ( থোগল্লেন ), শোরোকখাইবম ললিত ( অরেপ্পা মরূপ, সতী খোনা ), অশাংবম মীনকেতন ( বসন্ত শৈরেং ), নবদ্বীপচন্দ্র ( মেঘনাদ তুবা কাব্য, তোন্ন লাইজিংলেম্বী ), অঙাংহল ( খম্বা-থোইবী শৈরেং, থম্বাল, শীংজেন ইন্দু, জহেরা, ইবেম্মা, য়াইথিংকোন্থু ), দরেন্দ্রজিৎ ( খম্বা থোইবী (নাটক), ভাগ্যচন্দ্র,

মীওইবগী পান্দম্কম অমা থিবগী রাখল পোবহনবা, ২। মজাতি অমস্তু মমারেল হুংশিবগী ঈনোং পীবা, ৩। হেন্না পাক-চাউনা য়েংবা ওন্নগী মীৎয়েং অমা পীরকপা অসিনি। অসিগুম্বা প্রভাবওগী মাকপা রাখল অমস্তু মীৎয়েং অসিগা লোয়নননা খুং-মাবা অইবশিং অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক অমা শাগৎলম্মী।

নোংহৌনা মীংকপ থোক্লকপগী মতমসিদা মাওউরবা মপা-মপুগী মনগৈ নোংহৌননা ফংবগুম অমাদ মংম কুইনা মীরাঙ্গিরুরবা মমারোল অমস্তু মজাতিগী সংস্কৃতিগী পূক্কেবু অহানবা ওইনা টা। ফংবগুম য়াম্না থোইরাওবা থম্মোয়গা লোয়নননা ফজবা থিবগী থোওংৎ অমদা অইবশিং অসিনা চেংশিনখ। শংক্লকবা য়াকাঙ্গ-রোল ওটিং য়াম্না তেংথা নাইহৈবী থোৎজেন্নি থম্মোয় চাবপগী, নীংমেদবগী, তকশী শোনবগী। মাওউরবা মশক, মগুণ, মওল ওম্না চংবা খওজরকই। অদুনা মণিপুরী মশানা শক্তম—আইডেন্টিটি থিরকই। মমা পোক্লকমগী অনৌবা শক্তম উবদা মমা-নৈবা নেদমতা থোঙ্গল রাংনা শৈথাই, মখল-মখা করাগা লোয়-নননা নৈজ্জনা সেথোন্নি। অদুনা স্বদেশ প্রেমগী ঈহৌ, মী ওন্নগী ঈথোলা বা, থম্মোয় পেম্না নাকিবা লৈতনা লাউখোবগী থোনজেন্নি। অইবশিং অসিগী প্রতিভাদগী থোক্লকপা কল্পনা শক্তিনোমগী ফজবা, চাংলেম্না, মতীকচম্না মফোওদোক, মণিপুরী সাহিত্য অসি অরানবা রাখল ফোওদোকপা ওম্না, য়াম্না ইনাক খুল্লবা সাহিত্য ওমা ওইনা হাঙ্গৎলকই। অদুনা মণিপুরগী রাখলগী পূক্কেল (ইন্টিলেকচুয়েল হেরিটেজ) অনৌবা মশক অমা শাগত্লুনা অনৌবা ভেল্যুগী রাখল অমা ওইনা মতোমতা লেপচবা ওমখি।

মৈরেবাক, মমারোল অমস্তুং মজাতি হুংশিবগী ঈহৌ অসি খুংমাবা অইবশিংনা উংলম্বা খ্বাইদগী মরু ওইবা সাহিত্যগী শক্তম অমনি। খ্বাই চাউবা (১৮৯৩-১৯৪৯) মৈতৈলোনবু থম্মোয়

শেন। হুংশিজখিবা কবিনি। মৈতৈলোন অমসুং মৈতৈ সাহিত্য চাউখৎনবা হোৎনবনা পুন্সিগী মরু ওইরবা থৌদাং ওইখি। মাগী খুৎইদা থায়নগী মণি মুক্তা ফজবা লন কয়া মাইথুম হায়দোক্লুনা উহল্লি। মণিপুরগী অঙনবা সমালোচক অমগী ফিরেপ্তা 'খম্বা থোইবী শৈরেং' অসি মহাকাব্য অমনি হায়না ফজনা থাঙ্গৎলমই। 'লবঙ্গ-লতা' দা মণিপুরগী ফজরবা সংস্কৃতি কয়া উৎপগা লোয়নননা মৈতৈ চনুগী চরিত্রব অন্নাংবা থাক্তা পুখৎলমই। রাস, শয়ন, খুবাক ঈশৈ মৈতৈলোন্না শরুনবা কন্না হোৎনখি। মসিনা বাংলা লোন্না য়াই থারবা মৈতৈ মচাশিংদা মীৎকপ থোকহনখি। 'মিত্র সমাজ'' লিঙখৎতুনা অমসুং 'মীনাইদগী', 'জ্যোতি' গী সম্পাদক ওইদুনা, ছাত্রশিংগী তম্নবা টেক্সবুক কয়া ইদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌখি। মাগী মপুং ওইবা দানি—মণিপুরী শৈরেংগা মশক অমা শাগৎলম্বা অনৌবা মণিপুরী রচনাগী ট্রেডিশন হৌদোক্লম্বা অমসুং মৈতৈলোন চাউখৎনবা হৌরম্বা অসিনি। মাগী ''মীতৈ কবি'' অমগা ওইনা লৈহৌরগদবা য়াকাইরোল মতমগী শৈরেং অমনি।

ডাঃ কমল ( ১৮২১-১৯৩৫ ) অসৈগীগা খরা থেল্লি। মৈতৈলোন অমসুং মজাতি হুংশিবগী ৱাখল লৈরবসু মচান্দা হ্যামেন্টিজমগী ৱাখল্লা হেন্না মপু ওই। স্বার্থত্যাগ অমসুং বিশ্বপ্রেম অসি হ্যামেন্টিজমগী ৱাখলগী শগৎলকপা মাপা। সাহিত্যগী দান্নি। অথুবা মীৎয়েং লানখোক্তুনা অপাঙ্পা তাইব মীৎয়েংগী ৱাখল অমা মাগী সাহিত্য খুৎশমগা থননই। কবিতাগী মহাও চঙবা পোইএতিক প্রোজ, পোৎ-মেঙলবা ফজরবা ৱারেংগী শৈলী অমা মণিপুরী সাহিত্যদা হানলগা তৌরমই। প্রকৃতিগী মফমদা চঙহনা প্রকৃতিগী ফজবা শক্লোন কয়া পুথোক্লম্বা মণিপুরগী অহানবা উপন্যাস ইবনি। মাগী 'মৈতৈ চনু' য়াকাইরোল শকপা হুংশিরবা শৈরেং নি। অঙাংহলনা ( ১৮৯২-১৯৪৩ ) অসৈ সাহিত্যগী প্রভাব

থোক্কইনা চওদনা মৈতৈগীতা ওইবা সাহিত্যগী মশক অমা পুথোক-লম্মই। ভর্জিলনা থাযনগী রোমানশিংগী ফজবা মশক থোম-জিন্দুনা পুথোক্লকপগুম অমসুং- সার ৱালটর স্কোটনা স্কোটলেণ্ডগী হৌখ্রবা মী চংকী মরমদা শকখিবগুম ঐখোয়গী কবি অঙাংহলনা 'থম্বা-থোইবী শৈরেং' অমসুং 'শীতেল ইন্দু' দা মণিপুরগী অরিবা ফজবা খুংশেম ক্ষ্যাগী মরমদা শকখি। পাকচাউনা কোল্লিনা থৌদোকশিং, ৱারী লীবগী মওং, শিজিন্ননিবা ইডিয়ম কয়া অসিদা অঙাংহল মশাগী তোপ তোপ্পা দান যাউবি। মণিপুরীশিংগী অরিবা পুন্সি মওং, ইথোজ, ভেল্যু উৎপা অত্যাচবা খুৎশেম্মি। খাদিগী ফিরেল শেৎতুনা পুন্সি লেনখিবা কবি অসিনা সমাজিক নাটক 'ইবেম্মা', 'পোক্কবী' ইত্তুনা বাংলাদগী পুবা নত্তবা মণিপুর-গীত ওইবা সোসিয়েল ড্রামাগী ইতিহাস শাগৎলম্মী। অরাবা দশনদগী অনেগ রাখল ফাউবা ইচম চম্না ফোংদোকপা ভম্বা ৱারেংগী সাহিত্য 'থম্বাল' গনমই। হিন্দু মুসলিম অনী নুংশিনবগী ফজরবা ৱারীদা শাগৎপা 'জহেরা' মৈতৈগী পুন্সি মশক উৎপা অত্যাচবা উপন্যাস অমনি।

দরেন্দ্রজিৎ (১৯০৭-১৯৭৪) আদর্শবাদীনি। মাগী 'ইরৈবাক' তা (শৈরেং) স্বদেশ প্রেমগী অয়োবী খুদম উৎলি। সংস্কৃত, বাংলা অমসুং ইংরেজীগী প্রভাব ফারবা কবিগী খোইজদগী 'মোইরাং থোইবী', 'ভাগ্যচন্দ্র', 'কংশবধ' (মহাকাব্য) পুথোক্লকই। সংস্কৃত অমসুং মণিপুরী লোন অনী য়ানশিন্নত্তুনা লোনগা মংফাঙদোক্তা অনৌবা চাংয়েং অমা তৌরমই। নবদ্বিপচন্দ্র (১৮৯৭-১৯৪৬) লাই-রিক-লাইশু অমসুং সমাজ চাউখৎনবা হোৎনবদা পৱাব লুপ্পখিবা কবিনি। মাইকেলগী 'মেঘনাদ বধ কাব্য' মণিপুরীদা হন্দোক্লুনা মণিপুরী সাহিত্যদা অচোবা দান অমা তৌরমই। যুমদা খুংকা মেচিন শেমগৎতুনা, ছাপাখানা লিংখৎনবা চাংয়েং তৌই। মশাগী লাইরিক ফোংদোকপা "লাক্কও ইমা মৈতৈলোন। / উৎনা খুপ্পা

মৈগল্পী / অঙাং শৈরেং অমম্বা। / থাওৈমেগুম্না ঙালহনবিরো।"
—মমাবোল নুংশিবগী শৈথা অমনি।

মথক্তা পল্লিবা অইবশিং অসি নত্তবা অতৈ থরম্ম লৈরি। মখোযগী থুংঙই, রাখল অমম্সুং সাহিত্যগী দান অপৃম্বা মথক্কী খুংমাবশিং অসিদগী থোইনা তোপতোপ্নে। এখোযনা হৌজিক খুংমাবা অইবশিং অসিনা ইরম্লিবা বিষয়, রাখল, মীংযে অমসুং সাহিত্যগী শক্তমগী অপোবা কাংলাং অমা শাগৎপা যাই। মতুদি—১। যায়া আদর্শ ওইববা মীংযে, রাখল উংপা, ২। বৈষ্ণবকী দর্শন, ধম্মগী মীংযেদা মীওইবগী মমল লেপ্পা, ৩। মণিপুরগী লৈক্পাল্লিবা অনিবা জগৎ, মশাগী কৃষ্টিগী মঙাল উৎপা, ৪। অরাংবা মথলগী আদর্শ ওইরবা নুংশিবগী শংকোন উংপা, ৫। মমাবোল, মজাতি নুংশিবগী রাখল কাংদেকপ, ৬। ইতিহাস অমসুং অনিবা রারীশিনা অযাম্বা থুম্মম ওইবা, ৭। অনুবাদ কযা তৌরম্বা অমসুং ৮। লোলগী চাযেং কয়া হৌবা অত্তগা অনৌবা সাহিত্যগী খুংশেম কযা পুথে ক্রম্বা অসিনচিংবা অসিনি।

লোইনম শাসন মখাদা হিবগী লৈঙাকলোন্দা পেন্দবগী অমসু মাচং মীখায নাইবা সমাজগী পথাপ্তা নু ঙাইতবা শাউ-নিবা পোক্তুনা খুৎমবা অইবশিং অসিনা থোনা ফনা, ঈচং থোনা রাহং হংব্রা, প্রতিবাদ তৌরা? সরকার অমসু সমাজনী-তিবু শীংনখিবা? পাটখুমদি—তোখিদে। মকাক্কো না, অকনবা আন্দোলনগী মশক ওইনা লানহৌখিদে। মাইকেল মধুসূদন্না বাংলা সাহিত্যদা থৌনা ফনা যাম্না কনবা লালহৌ অমা তৌখিবত্তু মণিপুরী সাহিত্যদা লৈত্তে। মাইকেলদা "দি জেনিয়স ওফ দি পোইট রাজ বেবেল্লিয়স বাদব দেন ট্রেম্নুয়স" হায়বত্তু ওইখিবনি। বঙ্কিমচন্দ্রনা বন্দে মাতরম ইত্তনা দেশভক্ত অমা ওইবা ঙমখিব—"এ সিযাব এন্দ এ নেসন-বুইন্দর" অত্তু

মণিপুরদা লৈখিদে। বৃটিশকী গুংশৈনবা, তমখিবা লিচৎ-শাজং উৎপা লাইনিক শ্রীদীনবন্ধু মিত্রগী 'নিল দর্পণ' গুম্বা লাইবিক মতমতুদা থোকখিদে। অতুগা সাহেবকী মতৌ তম্বা বাঙ্গলী মচাশিংবু নোক্কনুনা ইবা বঙ্কিমগী 'চন্দ্রশেখর' অতুগা রাজনারায়ণ বাবুগী 'সেকতাল' নচিবা লাইবিক মখল অসিসু লৈতে। মসিগী মরমদি মতমতুগী বেঙ্গলগী সমাজগী ফিভমগা মণিপুরগীগা খন্নবা লৈ। বেঙ্গলদনা অকনবা ঈহৌ অহুম পুনশিনখিবনি— ১। ধর্ম্মগী ঈহৌ, ২। সমাজ সংস্কারগী ঈহৌ অমসুং ৩। সাহিত্যগী ঈহৌ। মসিগী মথক্তা রাজনীতিগী অকনবা চেতনা লৈখি। ফিউদেলিজমগী ভেল্যুশিং কাযথবক্তুনা সমাজদা ময়াম ওইবা থাকী মীওই কাংচলপ থোক্কনুনা অনৌবা মীৎযেংদগী শেম্বা সাহিত্য কয়া পুথোক্কখি। মণিপুরদা রাজা রামমোহন রায়খোযগী ব্রহ্ম সমাজগী অকনবা ঈহৌসু লৈখিদে। অমাং-অশেংগী, খাজনা কনা লৌবগী পন্নদবা লৈরবসু মতুদা ঈহৌ। অমা ওইনা প্রতিবাদ তৌখিদে। ইরাবতনাচংবনা সমাজ সংস্কারগী থবক খরদি তৌখি। মতু সাহিত্যালোমদগী লেখকশিং দগী থোক্কখিদে।

মণিপুরী সাহিত্যদা প্রতিবাদকী ঈহৌ লাক্কবগী মবম লৈ। চহী চনী চঙনা শাগৎখিবা হিন্দু ধর্ম্মগী শাক্তু, ঈথিল অহু অসুম অসুম মণিপুরী কুষ্টিগা য়ানশিন্নতুনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি মবা চেৎলবা মণিপুরী পুন্সি ওইখি। ভারতকী সংস্কৃতিগী তোপ তোপ্পা মগুণ হায়ববু পুনশিনবা অমত্তা ওইনা য়ানশিনবা ভম্বগী শক্তিসিনি। অসিগুম্বা মরা চেৎলবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মৃক্ষম অতু করি অমত্তা কাযদনা লৈখি। মসিগী মথক্তা ধর্ম্মদা পুক্নি চঙলবা মহারাজনা ধর্ম্মগী হীবম কয়দা চাউখৎনবা তৌখি। অতুনা বেষ্ণব ধর্ম্মগা মরী লৈননা শাগৎলিবা পুন্সি মহিং, ভেল্যু সিষ্টেম অতু থুগাইখিদে অতুগা মতুদা প্রতিবাদ তৌনিংঙাই মরমসু লৈখিদে। অহোযনহুম ভেল্যুশি অসিগী অনৌবা ফজবা মশক কয়া পুথোকখি।

মসিগী মথক্তা শক্তি পাম্বরিবা, লাইবিক-লাইগু হৈরবা, মথক্তী থাক্তা লৈরিবা মীওইশিং অসিনা সোসিযেল্স সিস্টেম অসিদা আন্দোলন তৌদবনা লৈবাক্কী মীচম প্রজাগী ঈহৌ অমা ওইনা লাকখিদে। নো চুপকী শিক্ষা কংবদগী অমদি লৈবাক শাসনগী মওংদা অহোংবা লাকপদগী মযাম ওইবা থাক্কী মীগুম কাওলুপ অমা সমাজদা লৈনবস্তু ফিটুন্দিযেন্স ইকোনোমিদা মুক্তবা লৈতবনা মখোযগা অভৈ কাগুলুপশিংগা লৈনবা মবীদা খেন্নবা লৈতবনা মখোমগী ওইবা তোপতোপ্পা ভেল্যু শেমগৎপা ওম থদে। অদুনা মযাম ওইবা থাক্কী কাগুলুপ্তা লৈরিবা অইবশিং অসিনা মখোমগী সাহিত্যদা মযাম ওইবা পাক্কী মরমচং উত্তুনা ইবা সাহিত্য পুথোকখিদে। ইরাবতনা সমাজগী সংস্কারগী মওংদা, মেশলিমিষ্ট ঈহৌগী ঈবাংদা ঈপোম খবদি হৌহনখিবা অদুতনি। মদুনা সাহিত্যদা অকামবা শাফু অমা ওইনা মমি তাবা ওমখিদে। নিংথৌনা যোকখৎপা, কনখৎপা, ধর্ম অদু মপূং ওইবা মশক্তা চংথরক্লিবা পবম্পাবাদা অকাইবা থোইনা লৈতবনা মসিগী মাইয়োক্তা অইবা অমত্তনা কলম পাযখিদে। অদুনা মণিপুরদা রেনাসন্সকী মপূং ওইবা ঈহৌদি সাহিত্য কলাবিদ্যাদা উবা ফংই। অনৌবা থাক্স, অনৌবা মীৎযেংদা, অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শাগৎলম্বা, মৈতৈলোনবু সুংশিনা য়োথংলম্বা অমদি থায়মগী শুদ্ধি অমসুং সংস্কৃতিবু নৌহৌনা য়াকাহনবনা মণিপুরী রেনাসন্সগী মপূং ওইবা মশক্নি।

১৪। হিষ্টরী ওফ বেঙ্গলী লিটেরেচর, ডাঃ সুকুমার সেন, সাহিত্য একাদমী, ইং ১৯৭৪, লাঃ ২১২
১৫। মথক্কী নং ৭ তা য়েংবীয়ু।



## পাচাগী 'অনৌবা পাও অমা' ঃ তাইবংদগী নাক্লেংখ্রবা অাম্মা অমা

হৌজিক্কী অনৌবা উপন্যাসকারনা বাকং অমা হংলি : "Who am I and what is of my experience ?" মসি অর্থ য়াম্না চেন্না, মরো লৈবা বাক নি। বাকম অসি লৈথায়ত্না থিবদা হৌজিক্কী পুন্সি মহিংনা পুরক্নিবা উপন্যাসকী অনৌবা মশক অসি ময়েক শংনা চোংথোক্লক্নি। হৌজিক্কী উপন্যাসতি ফজনা শেমশাত্না পরীনাইনা নুংঙাইরবা বারা অমা লিবা নত্তে। অদুগা উপন্যাসতা য়াউবা মাওইশিংগা (চরিত্র) অবা নুংঙাই, থোদোক বা থাক থনক শৌরমশিং ময়েক্ললানা উংনবা হোৎনবদা পুক্নিং থিংজিনবসু নত্তে চরিত্রশিংগী নুংগী মপাউথাল (inner experience) অহু ঈৎপনি। অদুনা 'experience is flux and the novelist must cummuicate it' হায়বা থোল্লাই অমা লাক্লি। অদুনা হৌজিক্কী উপন্যাসতা প্লোট, থিম, করেক্টর অসিনচিংবা অসি মচাতানা খায়দোকপা ঙমদ্রে— 're-velation of character is the only plot' হায়বত্ত ওইরে। মরম অসিনা মাংশাগী চংরক্নিবা মওংশিং অসিদগী

য়ান্না শাথিনা হোংমনখ্রদুনা হৌজিকী নোভেলবু 'এন্টি নোভেল' হায়না শোয়নাইরবা মিথোল অসি থোল্লিবনি। মসি হোংলকপগী মরম কয়ামক্রম লৈ। মত্ত মফমসিদা লৈনফম থোক্তে। রাফম থরসি কোইনা কায়রুবগী মরমদি পাচাগী উপন্যাস "অনৌবা পাও অমা" হায়বা অসি মীংয়েং অশোমদগী য়েংবনা ভর্থ থোকপা অমত্তং চুশিন্নদ্রে হেল্লি। পাফম অসি মহাক মশামক্না (তাং ২৭।১।৭৪ ইং. নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী থৌরম অমদা) ভায়খিবা পাফমগী ময়েক শেংনা থগৎলী ভমই,—"অনৌবা পাও অমা" পূ. ৮ দগী রাসীনি। অনৌবা অম. চাযেংবনি—রারী হায়বসি মংকুম খুদিংগী রারী লৈতরা? মুমদগী বাজার কাউবা লাকপা অসিদা রারী লৈতব্র?" মসিদগী থগৎনা ভমদি মহাকা তৌরবা চায়েং অসি শোয়বা লৈতনা মীংকুম খুদিংগী কোইশাউ পাইরবা মীওইবগী নুংগী এক্সপিরিয়েন্স অদু উংনবা হোৎনবনি। মাগী কয়দা 'রারী' অসি মথং মনাউ নাইনা থৌরদোক (chronologically unfolding of events) অদু নত্তে—the flux of experience, the inner impression অদুবনি। মসিগী খুংই অসি মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবনা। উপন্যাস মচা অসিগা শোয়ননা থগৎনা ওন্নবা পাচাদগী শন্দ লাকবা, অমদগী থগৎনা ভমন্নবা পাচাগী শক্রোন অমা লাক্লে।

ইং ১৯৭০ দা ইবা, লমাই ৪২ পানবা নুমিৎ ২০ নিংরামদা ইবা লোইখি হায় ) উপন্যাস মচা অসি পুংখরতগী থৌদাকনি। রারী লিরিবা 'ঐ' হায়রিবসিনা মুয়োনফম য়ুম অমদা মাগা লেমিন্নরী হাউজবী ( কবুই নুপী ) ইওৌল্লনা কৈথেন্দা চৎথ্রিভৈদা থোকপা নীংশিং থৌদোকশিংনি। প্লোট নাইনা থৌদোক পরিং অম শাগৎনুনা ইবা উপন্যাস নত্তবনিনা মসিগী রারী অমা লৈতে। অদুবু হায়ফং শাগংপা য়াবা থৌদোকশিং থরদি য়ান্না

হায়বতুনি : চরিত্র অমা ঙয়েকনকই। (‘ঐ’ গা উপন্যাসকার মনামন্বী পুন্সিনা কয়া য়ায়া মরী লৈনবগে? লোভেজ অসিদা পুন্সিগী মচাং কয়াম য়াউবগে? নৈনবা য়াবা নাকয়ি। অদুবু লোহং অসি উপন্যাসকারগী পুন্সি বারী ইরক্কদবা তুংগী পণ্ডিতশিংগী মখুত্তা শিংজরে।)

হারী লিরবা ‘ঐ’ হায়রিবা লিপা অসিগী পুন্সিসি মপু পান-লকত্রবা পুন্সিনি। লিক্রিত্তা মাগী য়ায়া ঙংশিজরবা মপা কায়-নখি। পোলোইগী মৈ চুবগী তমথিরবা থোংদোক মহাক্না কাউবা এমদে। চহী ৪০ শুড্রিবী, মো নহা ওইরিবী মমানা অতোঙ্কা লিপা অমগা (মহাক্না ‘য়েক্রবা’ কৌই) লৈগিনখি। অনৌবা ‘য়েক্রবা’ মপা অদুগা মমাগা অহিংদা তুমামরবা, লৈনবা মরাং ‘ইমানা থাখুমফিনাউবা লোংগো কগা, ইমানা কোয়া কোয়া ক্ষিথক চি খংথিবা, ইমান য়েক্রবগী নাক্তা চঙখিবা, ইমানা য়েক্র-বদুদ তাজনী উরী ওইখিবা য়েক্রবতুনা ইমাদ, ইমানা য়েক্রং-দুদা” অদুগা শিথবা মাগী পাবুং নীংশিংদুনা থমোয় শোক্না চা-কংপা—“উই! পাবুং ঐ উই। ঙাংবা থেক্রেরোই। পাবুং ইমাদা কুনাসিনা লেকখদুনা তাই। ইমানা মাপু ঈংপোরবী মচিন্না চিনচুপ্পখিবা থাবুংপুং থক চেংজং লোন্নি অহিং য়ুদিং। পাবুং ······।”) কৈথেন্দা মাপু পুদুনা অচা অথক অহাউবা ঙা মতুম পীজবা—ফিডা য়াক্তুনা অমুম অমুম পুনশিন্নকপা পুন্সি অসিদা শাথিনা নীংবা কায়খি। অদুদগী মপা অমসুং য়েক্রবগী হুমদা থাদোক্লমতুনা মাগী তুংশিজরবা মরুপ প্রোঃ ইবোচৌবগীদা শ.ই-দাখি। অতুম্ব চুন্নগী তুমকম, অমা কায়দোকম অমা ফংবগী হাতনি। অমুক্না লমজা সারাগী পুন্সি ওইখি। তুমুদা, মোরেদা, ওক্রুবীশিংগী মরক্তা অদুগা গঞ্জা, কানী, য়ু, শাংঙা চাংথকতুনা ‘সনা লৈবাক অসিগী মকম কয়াদা মশা কোইশাই পাইরুই।’ অদুদগী নোংমা, মো নহা ইঙৌল্লগীদা য়ু থকপা চৎপদা পুন্সিসনা

—উপন্যাস অসিনা থাম্মা শাথিনা নীংবা কায়রবা হৌজিক্কী পুন্সিগী শক্তম অমদি মযেক শেংনা উৎপা ঙমই। মসি উপন্যাস অসিগী মমলনি হায়না লৌদবা ঙমদে।

অইবগী পুন্সি খোঙচত্তা থেংনরকপ তমথিববা থৌদোক-শিংনা শাথিনা নীংবা বাযবকপগী মশক উপন্যাসকী 'ঐ' হায়বা চরিত্র অসিদা উৎলি। মরুপ মপাংশিংনা মাবু মরুপ অমা হায়না খনবিদে—"যোংনা শিংবা মীগুম থম্মা।" মাবু উশিদে, বরেম্মি। অদুবু "ঐগী ফিলোসফি লৈ। ঐগী সাইকোলোজি লৈ। ঐগী মীৎয়েং লৈ। ঐগী পুন্সিগী ঊফু লৈ।" পুন্নমক অসি কনানসু থৌশাদে। অদুনা লোমা লোংমগী মতু শোম্বরই। মাগী শক্তম মাঙথি। থেংনাশিখিদে। পুন্সিগী তমথিববা মীৎকুপ লযানা যাই পানা নোকশিনখি—"মখোয় খুদিংমক্কী মফমদা ঐসু পুন্সি অসিগী অশেংবা মশক তাক্কনা অনৌবা পাউ বয়া তমনিংখি, অদুবু মথং মথং তানিদে।" অদুনা পৃথিবী অসিদা মী অমা ওইনা হিংবগী মমল মাগী মফমদা লৈতে। মহাক 'মাপ্রব মী" হায়নদ্রে ইরে। অদুনা পাচানা হংবা পামই—পুন্সিগী মমল থৌদং। সমাজ অসিনা পিরবী মমল বরম্না লেপনি? অচুম্বা মশা খঙদনা পুন্সিগী মশক্তি মচেং মচেং তারবা পুন্সি ওইরা মশ না তাবনি। মসি হৌজিক্কী মতমগী শাথিনা নীংবা কায়রবা পুন্সিগী তমথিরবা শক্তম অমনি। মীওইবগী মমল অমম্লুং অশেংবা মশক খঙপ্রবা সমাজসিদগী লংদাই তঙুনা নান-থোকপ্রবা, নাইতোম তাববা আত্মা অমনি। নাইতোম তারবা আত্মাসিনা মসিগী মমল, মশক কোইথি থিবা চৎলি। মসিগী খোঙচৎ থু দানবী ইডেল্লি থেংনখবনি। মচুম্বু মাগী মনাক্তা ছাইংহার্দ ওইনা বাযদোকফম ফংবা রাতনি—মথান্দগী মাগী মাংপ্রবা পুন্সি অহুদ ফংবা ঙমদ্রে। চুম্বগী নোকমিন্নবা,

মুংঙাইমিন্নবা, যু থকমিন্নবা। "ঐগী খোঞ্জেল লৈতে। ঐগী োশিং লৈতে। ঐগী ইশক লৈতে। মখোয় ময়ামগী মরল, ঐগী ফমফম লৈতে। নত্ত, ঐগী মাতখ্রবা ঈশক হন্না পাবিরিবহন্না?" ইতেল্লৈদা হংবা মাগী রাংহংনি। ইতেল্লৈদগী মতুংগী পাউখুম ফংবা ভমখিদে।

অতুনা মহাক ইতেল্লৈ থাদোক্লনা চৎপা তাই মরমদি ভাইহাক্কী শুজ্জংয়াইনা পুল্লিবা, মায়াগ্গী মশক ওইরবা তাইবং অসিদগী অশেংবা, অচুম্বা অতু ফংবা ভমদে। মসিগী বাখল অসি উংননবা পাচানা য়ামা ফজনা, সিম্বোলিক ওইনা 'অনৌবা পাও" অসি শিজন্নরি। ইতেল্লৈনা মতোন্দা তাইবংগী অমস্তুং পুন্সিগী পাও কয়া ভমই　অতুবু মতু "অনৌবা পাও" নত্তে। মপা শিবা "অনৌবা পাও" নত্তে। নুরজান, রোমীলা, ফোক্ক-নরনচিংবগী থৌদোকশিং 'অনৌবা পাও' নত্তে। মতোন্দা ভসিফাউবা মাবু পেলহনবা ভম্বা 'অনৌবা পাও' অমত্তা থাহনবা ভমগ্রি। অতুনা মানা ইখৌলাংলিবা 'অনৌবা পাও' অসিদি—তোং নত্রবা, অশেংবা অচুম্বা, মতম পূম্বগী মমল নায়বা 'অনৌবা পাও' অতুনি। মসি তাইবংসিদা কদায়দা ফংগনি? কনানা পীবা ভমগনি? মসিগী ইখৌলাংবা অসি লৈরমগ্রবদি মহাক প্রোঃ ইবোচৌবগীদা নত্রগা ইতেল্লৈগীদা পোন্থোক্লনা লৈরম্বা য়াই। অতুনা উপন্যা। অসি পুন্সিগী অচুম্বা থিবগী তুংগী লোয়নাইদ্রবা খোঙচং অমনি। নাইতোম তারগা আম্বাগী লোয়নাইদ্রবা অরা-শৈহেক অমনি। (ঐনা খঞ্জবদি—পাচা তুংদা মিষ্টীক অমা ওইরকদ্রা নত্রগা ঈশ্বরগী মফমদা চঙজরগদ্রা! মসিদি মাগী তুংগী পুন্সিনা তাকখিগনি। হৌজিক্তি কনানা হায়বা ভমগনি!) মসি উংনবা হোংনবদা তুংগী মরী-মরী শমজিন্নহনা লৈগ্রবা এক্সপিরিয়েন্স কয়া মায়খুম হাংদাব্রকই। খজিক্তংনা কোংদোকপা, মকক মাক ওইবা

ৱাকমসি ই.ঙৱেনদি খঙদ্রি। ইঙেলেগা মবাম্নী লৈনখিবা অচেৎপা মরী নৌ·শিংলুবদা থম্মোয় কায়খি—"ঐনা মাবু কোন· শি'ল্লি 'চ'না। ইথাদা চে না। অহুদগী—হৈ, লৈ, ঈচেল, টিং-পাৎ, থা থৱাম্নীচাক, অতিয়া, ওইহল্লিংবা খুদিংমক চেং-শিন্নরবা খু·কোন অহুগী মহু·দা, ঐখোয'নিতগী ওইবা তাইবংমা শেমগ্রবনি।" অহুদগী পাথৱক্লিবা থম্মোয় ফাথৈ—"পুন্সিগী খোংজেন্দা খুদি কযা থিখি, অহুবু ঐগী পুন্সিনা লৈভবা তারবদি মখোয খুদিংমকস্মু পুন্সি।। লোযননা লৈতবা তারবনি। লৈতবা তারবনি।" অগাবা মযামসি নমথরগা মপুক্লিংদা অকনবা ৱাবেপ লৌখি—"চংপদি শোযম্রে ঙসি, মহাক মতোমতা লৈহৌবগনি, মীৎকপ থোক্লকপদা ঐহাকপু মহাক্লা উবা ফংলৱোই। ম.চৎ মকায ঙাক্তনি অহুবু·· মাগী অনৌবা পাওদমফম কযাহু ঐ লৈত্রবদি কনাদা অমুক তমহৌবগনি।" ই.ঙলৈ হল্লকত্রিভেদা যু থক্লা থক্লা থল্লি— "বোরেল মী ঙম্নমক চৎগ্রগা ঐনা মাবু যে্গনি, ঐগী মা'গ্রবা পুন্সি, ঙম্নমক মাগী মীৎয়েন্নুংদা লৈরবা হাৰনা। ঐগী থম্মোযদা কপ্লকপা যাই হৌক্লা হীক্লা কপ্লক্তবা যাই, অহুবু···।" অস্মুম থল্লিউে মতোমতা ঙাইহৌরে, ৰযাম চৎখ্রে। ইঙেল্লি শম পুন্তনা কৈথেন্দগী হল্লক্লে। নুমিদাং মৈ থাঙ্গৎপগী মতম ওইরক্লহুনা ইলেকত্রিক থাউমৈগী মৈঙাল্লা স্না কৈথেল পুমঙান ঙানখ্রে। অহুবু ইঙেল্লেগী শীক্লবা যুমসিদা পোদোন মচা অমতংগী মুংলিবা মঙাল অমা ঙাল্লি। "·· মৈঙাল মচা অসিমস্মু ঙসিদগী মুৎগ্রগনি ঐঙোন্দগী। মীৎয়েং-দগী, মতম চুপ্পগী, শোযদনা মাংগ্রগদবনি। মা'গ্রগনি, অসি নস্তবা করিদি লৈরি ঐগী অতোপ্পা লাইবক ? ··· অমম্বা তাইবং !! অমম্বা থম্মোয় !!" ৱাহৈ থৱা অসি—ইমুং-মনুং, সমাজ, ধর্ম্মগী লাংদগী নাম্থোক্লবা, তাইশিন্নবা য়াদনা নাইতোম তারবা Stephen না ( A Portraid of the Artist as a Young

Man ) মাগী পোক্নফম লমদম Ireland থাদাক্লুনা চেনখ্রগে হায়না খনখিবত্রু নীংশিংলবনি। মাগী মরূপ Davin না অাইরিশমেন ওইদুনা তস্বম লৈশি হায়দুনা খেন্নদা মহাক্না হায়খি : 'When the soul of a man is born in this country there are nets flung at it to hold it back from flight. You talk to me of nationality, language, religion. I shall try to fly by those nets."

---

# মণিপুরী বারী মচা

মণিপুরী সাহিত্যদা বারী মচা য়াম্না থেঙনা চঙলবই। তশেংনমক হায়বা তারবদি মণিপুরী সাহিত্যদা বারী মচা চঙলবপসি অনীশুবা লাঙ্গাওগী মতুংদগীনি। মরমদি মণিপুরী সাহিত্যদা বারী মচাগী ইহান হানবা লাইরিক ওইনা ফোঙলকপদি ব্রাঃ বুঃ শীতলজিৎ সিংহগী "লৈকোলম্বুংদ।" হায়বা ইং ১৯১৬ তা ফোঙবা লাইরিক অসিনি। অদুম ওইনমক মসিগী মমাঙদা চেফোঙ, পত্রিকানাচিংবা শরুদা বারী মচা থরদি ফোঙবা হৌত্রে। অদুনা পৃথীবীগী অতৈ সাহিত্যশিংনা তৌ বগুম্না মণিপুরী বারী মচাদা অহানবা মশক উৎলকপা অসি চেফোঙ, পত্রিকানচিংগী বয়ানা মপান ফগৎলকপগা য়াম্না মরী লৈনৈ। অনীশুবা লাঙাওগী মমাঙদা য়াকাইরোল, ললিত মঞ্জরী পত্রিকা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী পত্রিকা, তরুণ মণিপুর, মণিপুর মতম, নহারোল অসিংচিংবা চেফোঙ বয়া ফোঙলমই। চেফোঙশিং অসিগী মরুদা "য়াকাইরোল" (ইং ১৯২৯ দগী ফোঙবা হৌবা অমসুং "ললিত মঞ্জরী পত্রিকা" ( ১৯৩৩ দগী ফোঙবা হৌবা ) অনী অসি থোইদোক্না শীংথানবা য়াই। "ললিত মঞ্জরী পত্রিকা" হায়বা অসিদা মণিপুরগী মমিং চৎলবা অইবা কয়াগী শৈরেং ওয়ারেং বারী মচা কয়া ফোঙখি। মসিদ নত্তনা মণিপুরী সাহিত্যদা মমিং লৈরবা লাইরিক কয়া খাইরাকপম চাউবগী "লবঙ্গ-লতা", দরেন্দ্রজিৎকী "মোইরাং থোইবী", মুতুম বাপোনগী 'বিজয় পঞ্চালী', 'মধু-মালতি' অসিনচিংবা অসি মথং মথং ফোঙলকখি। চেফোঙ অসিমক্তা

ইহান হানবা ওইনা ইং ১৯৩৩ গী ২শুবা মশীং ওক্টোবর ১ দা ডাঃ কমলনা ইবা "ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা" বৌবা ৱারী অসি ফোঙখি। মথংগী মশীংশিংদা শ্রীকৃষ্ণমোহনগী 'লমন', অয়েকপম শ্যামসুন্দরগী 'হেম-প্রভা', বীগী 'হূংশি লমন', তেলেম অবীরগী 'ফাঁসিগী হুকুম' অসিনচিংবা বারীমচা কয়া মথং মথং ফোঙলকই। মসিদগী ঐ:খোয়না খঙবা ঙম্বদি অনীশুবা লানজাওগী মমাঙদা ফোঙবা চেফোঙশিংদা মণিপুরী ৱারী মচাগী য়াওন লাকখ্রে। ৱাফম অসি খুৎমাবা শীতলজিৎকী 'লৈকোনমুংদা' হায়রবা লাইরিক্কী কৈফিয়েৎতা পল্লি—"ঐখোয়গী ইরোল্দা ঙসি ফাওবা ওয়ারী মচাগী লাইবিক অমফাওবা ফোঙদ্রি, পত্রিকানচিংবদা অম অনীথক মূন-মূন মোংবদি মযাওই।" মসিদা মূন মূন মোংলিবা ৱারী মচাশিং অসি অঙনবা চেফোঙশিংদা ফোঙখিবা ৱারী মচাশিং অহুনি।

হায়রিবা চেফোঙশিংগী ৱারী মচাশিং অসি অহানবা খুৎথাব। ওইনা তৌবনা মখোযগী খুৎইদা, মফোঙদোক্পা অমদি টেক্নিক্কী মরমদা মওং তাবা শক্তম অমা শাগৎপা ৱানা থোকই। ভারতকী চংথরক্লিবা বাকোই শুহনা বারী লৌবগী ট্রেডিসনগী মরুদা শাগ পা ওইবনা ৱারী লৌবদা শা.না, শাংনা থাবা, পাঙা ঙ.ব, মফম মতম শন্দোক্পা তাকপা, অচুম-অরানগী বিচার নত্রগা করিগুম্বা কান্নব। ৱাফম অমা তাকপদৌনা তৌবা বিচার নত্রগ করিগুম্বা ৱাফম অমা তাকপদৌনা তৌবা ৱারীনা অয়াম্বনি। ৱাবীশিং অয়াম্বা পাউতাক পীনবা হোংনবনা নমই, কল্পনা শক্তি ৱাংলি, অ.দর্শ ৎইবা, বাহেনজিনবা অপাম মুংশি অমদি থম্মোয়গী ঈহুন্না হেন্না উংলি। ৱারী মচাশিংগী মমুংদা ডঃ কমলগী 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা', কৃষ্ণমোহনগী 'লমন' অনী অসি চাউরাক্পা শীংথানবা য়াই। ৱারী মচা অনী অসিনা ৱারী মচা কলাগী ফজবা খুৎশেম য়োনা উৎপা ঙমত্রবস্থ অঙনবা

মণিপুরী ৱারী মচাগী শক্তম অমদি তাকপা ওমই। মখোয়না অনৌবা কলা অসিগী য়ুম্ফম থোনবা হৌখি।

"অস্নুম্না চৎথরকপনা, অনীশুবা লাম্লাওগী মতুংদা মণিপুরগী অনৌবা পুন্সি অমা হৌগংলকপগা লোয়ননা শ্রীরাজকুমার শীতলজিৎকী মখুত্তা মণিপুরী ৱারী মচাগী মওং তাবা শক্তম অমা লাকখি। মহাকপু মণিপুরী ৱারী মচাগী অপোকপা হায়না কৌবা য়াই। মাগী ইং ১৯৪৬ তা ফোঙবা অহানবা ৱারী মচাগী লাইরিক 'লৈকোনম্নুংদা' হায়বা অসিদা ৱারী মচা মঙা য়াওই—যুবতী, নক্লবদগী, পেন্নবা, লাইরিক লেংবা! চহী অসিমক্তদা ৱারী মচা মরী য়াওবা (লমন, ইম্হোকপা, থরাইগী মপু, 'কমলা কমলা') "লৈম্নুংশী" অসি ফোঙই। ৱারী মচা অয়াম্বা লান মমাঙদা ইবনি। কবি, উপন্যাসকার অমা ওইনা মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা ভাঙ্কক শেম্বদা অচৌবা থৌদাং য়ারক্লবা লেখক অসি মণিপুরী ৱারী মচাগী য়ুম্ফম থোনবদা অমদি কলা অসিবু শেমগৎনবা হোৎনবদা অচৌবা দান তৌরিবা অথোইবা লময়ানবা অমনি।

শীতলজিৎকী মীৎয়েংদি আদর্শ ওইবা মীৎয়েংনি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অচেৎপা ৱাখল্লা য়োমশিন্দুনা লৈরিবা লেখক অসিনা মাগী ৱারী মচাশিংদা, মরু ওইনা সমাজনা য়ানরে হায়না লৌনরবা 'অচুম্বা' অমদি 'থাজবা' ভেল্যুজ কয়া উৎনবা আদর্শ ওইবা চরিত্র অমদি ফজনা ইৎলবা ৱারী শেমদুনা মক্তবা তাইবং অমদা হিংহল্লি। মাগী চরিত্রশিং অসি পুকচেল চাউবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা, অৱাংবা আদর্শ অমদা হিংবা, ধর্ম্ম চেনবা, চপ মান্নবা চরিত্র ওাক্তনি। মতাং অমদা মানা হায়খি, "রিএলিষ্ট অমসুং আইডিএলিষ্ট হায়দুনা লৈরিবা অসিদা ঐদি আইডিএলিষ্ট ওইবা পামজে। ঐগী ৱারীদা ওইথোকপা ওই-থোক্তবগী থোইনা খল্লুদে। ঐগী চরিত্রশিং অসি থোইদোক্না

য়াম্না ফজ্জহন্নিংই।" ঑াকম অসি মাগী ঑ারী মচানী চবিএশি না মংয়েক শে না উংলি।– মপুন্নোইববু লাইদৌনা না়বী যুবতী, মাগী মুগা রাধিকাবু কৃষ্ণচন্দ্রদা পীথোক্কে থল্লিবা পুকচেল চাওবা কুমার (পেন্নবা, মপুবোইবগী নী়বা থু নবগীদমক মপুবোইনা মুংশিজরিবা থম্বালবু মধুমদগী লৌরুহুনা মনাও মুপী ওংনা লৈমিন্নখিবী জাহ্নবী মপুবাইবা, লক্ষ্মণগী চরিন্দা শানংপা, লাইরিক লেংবা মযাম্বগীদমক্ত মাগী মুশিবা ত্যাগ তৌহুনা মানা মুংশিজরিবা চন্দ্রানুদেবীবু মতৈমা ওইনা পুরকখিবা মযাম্বা নীংলবা, পুকচেল চাউরবা চাউবা (লাইরিক লংব অসিন চংবা কয়া। মীংয়েং অসোমদা যে উরবদি শীতলজিং আসামগী লক্ষ্মীনাথ বেজবাকগাগা চাংদম্নবা যাই। 'যুবতী' নচিংবা আদর্শ ওইবা চরিত্রশিং অসি বেজবরুগাগী "ভান্দারী" নীশি হ'ন্ন। মসিগী মতাংদা মহাক্না হায়খি—"ঐগী বাবী মচা ইনিংবা পোবাখিবদি আসামগী চা বাগানগী মেনেজর এসঃ ফুকনগা উন্নবদগীনি। মানা আসামগী ঑ারী মচাগী লাইরিক থবা পীবমই। মতম অদুদ ঐহাক 'ললিত মঞ্জরী পত্রিকা' গী সম্পাদক ওইরি।" অদুনা মাগী অঙনবা বাবী মচাশিং অসি আসামী ঑ারীমচাগী প্রভাব তারম্বা য়াবগী ওইখোকপা যান্না লৈ।

শীতলজিংগী ঑ারী মচাশিং অসি অমাম্বনা ওবজেক্টিব অমসুং ডিসক্রিপ্তিভ ওই। ঑ারীগী খোঙজেল তম্মী, চুম্না ঑ারী অমা লীবা, থৌদোক অমা য়েকপগী মওংনি। ফোঙদোকপদা অমদি চরিত্র য়েকপদা অন্নাংপা, অশোনবা কয়া থেংনৈ। ঑ারী মচাগী টেকনিক প্লোট যাম্না ঑া লি। ঑ারী মচাগী থিম অমদি লেখক্না যেক্লিবা অসি অয়াম্বনা পুন্সিগী ইচম চম্বা থৌদোক, অপাম মুংশিগী শক্তোন কয়া, সমাজগী অকোয়বদা লৈরিবা থৌদোক ঑াংথাক্কী মবমদা ইবনি। 'লমন' নচিংবা ঑ারী মচা থরদদি মণিপুরী সমাজগা চুনদবা য়াওই। অইবগী ঑ারীশিংগী

মতুংদা 'ইম্বোকপা', 'নরবদমী', 'মপুরোইবা' অসিনচিংবসি শীংথাগা যাই। 'ইম্বোকপা' দা শীতলজিৎনা মতম অতুগী সমাজদা লৈবিবা অরাংবা থাকী মীওইশিংগী লমচৎ যেকপগা। লোযননা অমা অশেং, লৌনবা যাবা যাদবগী মাযোক্তা অতুম্বা লমজি অমা উৎলি। বাবী মচাগী ইতিহাসদা শীতলজিৎনা চাউববা মফম অমা কন্নুনা লৈরে।।

চহী মাপনমুক্কী মতুংদা এলাংবম বজনীকান্তগী বাবী মচা তরানা পূনশিনবা "চী য়া তময়া" ইং ১৯২৫ দা ফোঙই। মথ দা ইং ১৯৫৮ দা "যুমগী মে" মশক উৎলকই। বাপী মচা অযাম্বা লেখরা ই, ১৯৫৩ দগী হৌনা মোতবুং জুনিযার হায স্কুলদা ওঝা ওইবিঙদা ইথিবা ওইবনা চীংগী পুন্সি অমদি নহা ওই-বিঙগী অপাম নুংশিগী ঈথিল মমি তাই।

রজনীকান্ত শীতলজিৎকুম আদর্শবাদী অমা নত্তে। মাগী পুন্সিদা থেংনবা থৌদোক কযাতু চম্না অমসুং ফজনা যেক-থোকপনি। নুপা-নুপীনী থম্মোযগী মবী উ পদা থোৎনৌবগা ঈপাম অমা যাওই। অরা-অনাগী ইচম চম্বা বাবাদসু পুরিং চিশনবা ওমহ। মাগী খুৎইদা পুন্সিবু খরা কুপশিন্না যে শিনবা অমদি মফোঙ দাক্ত থৌনা উংপা ডম্বগী শক্তি লে। বাবাশিংগী মতু দা "থাজগী অই বা মাইথোং", "নুশিবা থিবা" 'যাউশং', 'করিনুংগী' শীংথাবা যাই। থাজগী অই বা মাইথোংদা নিঙোল ওইবীশিংনা মযুম মকৈ পানবা মতম যৌরক্ত দা পোক-লবপা রাথলগী ফজরবা মশক উৎপগা লোযননা মণিপুরী চপ্তবাশিংগী তুংগী যুম্বানগী পুন্সিবু মযেক শেংনা, য়াম্না ফুংশিনা উৎলি। 'করিনুংগী' হায়বা বাবী অসিদা চহী কথা কাযনকরবা মতু দা থম্বালনা মপুবোইবগী মযুমদা নোংমা লাকপদা পোক-লকপা মমাঙউগী মপুবোইবগা লৈমিন্নখিনা ফুংঙাইরবা পুন্সি মতেক — শমজিন্নবা যাবরোইদবা, তৎথ্রবা থম্মোয় অনীগী শক্তম

অতু উৎলি। চহী কুনমাথোইগী মতুংদা ফোগুলকপা মাগী "কালেন্থাগী লৈপাক্লে" (১৯৭৯) দা অইবগী খুৎই অমস্তুং মীৎয়েং থোইনা হোংবা থেংনদে। অকোনবগী লাইরিক অসিদা অইবদা মতমগী হিংবগী নুংশিংনা য়ৈবগী চৈনা থরা হেন্না য়াউবা থেংনৈ। মৈতৈ নুপীগী অথাও কনবা, অৱাবা অমস্তুং শেংলবা থম্মোয়গী মশক (কালেন্থাগী লৈপাক্লে); হৌজিক্কী মতমগী তৌশিন্নবা মশক অসি য়াম্না মেওবা খোঃজেন্দা থরা থরা উৎনবা হোৎনবা থেংনৈ।

মথক্তা নৈনথ্রিবা শীতলজিৎ অমস্তুং রজনীকান্তগী ৱারী মচাশিং (চেফোংশিংদা ফোংথিবা ৱারী মচাশিং য়াওনা) অসি মীৎয়েং অমদা মণিপুরী ৱারী মচাগী ঙল্লিভৈগী শরূক হায়না খায়দোক্তুনা মতুদা চলহনবা য়াই। মণিপুরী ৱারী মচাগী ঙল্লিভৈগী শক্তম থরদি—ৱারী অয়াম্বনা ওবজেকতিভ অমস্তুং ডিসক্রিপ্তিভ ওইবা অসিনি। মতম অসি ফাওবা হায়বদি ইং ১৯৫০ ফাওবদা মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারী মচা কলাঁ অসি মওং তানা, মফম অমা কন্দুনা মশাগী ফিরেপ অমা শাগংপা ঙমদ্রি। চুম্না ৱারী অমা চম্না লীবা, থৌদোক অমা য়েকপা, অপাম নুংশিগী হেনজিনবা ঈহুল (ইমোসন) উৎপা, মীওই খুদিংদা ক্বাওরিবা অৱা-অনাগী থৌদোকশিং উংপনি। মফোংদোক্তা অমদি চরিত্র য়েকপদা অশোনবা কয়া য়াওই। ৱারী মচাগী প্লোট শেম্বা, ক্রাফসমেনসিপ, তেন্না খজিক্তুংনা উৎনিংলিবা ফল অতু য়োনবা য়াওনা থৌজিনবা খুৎই অসিনচিংবা ৱারী মচা কলাগী গুণ য়াম্না ৱাংলি। শীতলজিৎ অমস্তুং রজনীকান্ত অনী অসিগী মথুত্তা মণিপুরী ৱারী মচাগী মশক অমা শাগং-লবস্তু কলা অসি মওং তানা চাউথংলকপগী মতাংদদি চহী থরা ঙাইবা তাথি।

চহী কয়ামুক্কী মতুংদা শ্রীমতী বিনোদিনী দেবীনা মাগী "নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী" (ইং ১৯৬৫) ফোগুলকপদা মণিপুরী ৱারী

মচাগী লমদমদা অচৌবা অহোংবা শক্লোন অমা পুরকপদ নত্তনা মণিপুরী সাহিত্য জগত্তা মথুম মরাং হৌবা অমা থোকহনখি। যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল ফংলবা লাইরিক অসিদা অহৈবীগী লোনগী মফোঙদোক অমসুং য়েৌশিন্না উংপা ওন্বগী শক্তি অঙকপনি।

বিনোদিনী তম্ফাম্না হায়স্কুলগী ছাত্রী ওইরিঙৈদগী ৱারী মচা ইবা হৌরকই। অদুবু চহী ১৫ রোম নবদ্বীপতা মহৈ তমহনা লৈখি। অদুনা মাগী 'ইবেন রতী', 'রাস পুণিমা', "শিন্নরম্বা' 'থৌরাণী' অসিনচিংবা মাগী ৱারীশিংদা নবদ্বীপকী পুন্সিগী অমসুং এক্সপিরিয়েন্সকী মমি নীংথিনা ভাই। মপানগী সাহিত্যগী প্রভাব মাবগী মতাংদা মানা হায়, "...পুন্সিদা ইমারোলগী সাহিত্যগী শকথঙনখ্রিঙৈগী মমাঙদা বাংলা সাহিত্যগা শক থঙ-নকই। ডাঃ কমলগী 'মাধবী' পাখ্রিঙৈগী মমাঙদা বঙ্কীম, শরৎচন্দ্র, বনফুল অমসুং রবীন্দ্রনাঠকা হান্না থেংনকই। মাওজিন্দা ইখিগী ঐগী খুৎই থরদা বাংলা সাহিত্যগী মমি ফজনা তাবা য়াওখিদবা নত্তে।" অদুবু 'লমনদগী লাইমন', 'সুর'. 'নংগা উন্নরমম্রবদি', 'ঐগী থাহৌদ্রবা হৈত্তুপ লাম্নু', 'যুমগী মুপী' নচিংবা ৱারীশিং অসিদি মপানগী ইথিন চঙদ্রবা, মণিপুরগী পুন্সি অমসুং মণিপুরীশিংগী থম্মোয় ইহুনগী শক্তম তাকপা ৱারীশিংনি।

লৈমকোন্দা চাউরকপী ৱাঙ্গোলসনানি। অদুনা সমাজদগী থাগা লৈরবা অমসুং 'থাজিন্দুনা থন্নবা লৈমকোনগী ভাইবং অমগী পংথখদা মাগী ৱারী মচা 'ইনবগী' মচাক ওইখি। অদুনা মঙোন্দা, মক ওইনা ভুল্লিঙৈগী ৱারী মচাশিংদা লৈম-মকোনগী পুন্সিগা হাকথেংনবা, ভক্তনা উগ্নিবা তোয়্নবা থেংনবা ভক্তনা নাকোংদা য়েৌরক্লদ, মীৎনা শং শং উরিবা পুন্সিগী খোদোক কয়া ময়েক শেংনা মাইথুম হাদোক্লকই। অদুনা

ঐখোয়না, মরুওইনা, নুপীশিংগী মরোল কয়া কুপশিন্দুনা লৈরিবা থম্মোয়গী ঈপোমশিং উবা ফংই। বীনোদিনীগী য়ান্না থোরবা মীং অমা পাল্লি। মহুনা মীওইবগী পুন্সিবু কাচিন য়েংনা উবা ঙমই। মহাক্কী থোরবা নাকোং অমসু পাল্লি। মহুনা মীওইবগী থম্মোয়গী মপাক্লবু মনুং ফাওনা তাবা ঙমই। পুম্নমক অসি হৈশিংলবা রারী লীবদোনা ঐখোয়বু মাগী রারীগী জগত্তা পুম্ন তুনা পুহুনা চংলি। চানা য়োনবা বেসবকা উম্নহল্লি। কাউঙমম্রবা মেজর শর্ম্মগা শকথঙনহল্লি। মসিগা লোয়ননা হৌত্রবা পুন্সিগী নিংঙমম্রবা স্বর কয়া, নুংঙাই য়াইফবা মীওইগী পুন্সি, থম্মোয়দা লোন্না থুপ্পা লৈরিবা অপাম নুংশিগী কাউঙমম্রবা থোদোক কয়া য়েক্লকপদা মাগী কলাগী হৈশিংলবা খুংশেম থেংনৈ। তশেংনমক বিনোদিনী য়ান্না হৈশিংলবা অমসুং শেমজিন শাজিনবা হৈরবা আর্টিষ্টনি। মাগী ষ্টাইল অমসুং মগুণদি কনাগুম্বা কলাকার অমনা মচু খরতনা ফজবা লাই অমা য়েকপা অদুগুম্না মাগী হৈশিংলবা লোল অমসুং খজিক্কুনা ফোঙদোকপা মফোঙদোক্না মীওইবগী নুংদা লোত্তুনা লৈরিবা চরিত্র, মচরিং অমসুং শাজং অদু ময়েক শেংনা উংপা ঙম্বা অসিনি। মাগী রাহৈ-রাতাদা বীণাগী খোঞ্জেলগুম যাহু অমা তঙনা ঈরোয়নৈ।

হৌজিক্কী আধুনিক সাহিত্যদা ঐখোয়না তঙনা থেংনরি। মতমগী পুন্সি মহিংনা পুরকপা লুরবা পুন্সিগী চমম্নরবা রাহং খয়া ঈয়োয়নরিবা হীরমশিংদা বিনোদিনীনা মাগী কলম থাদে। মশাগী লোন্দাদা হায়বগা—"কুইনা তারুম্রবা স্বর অমা তারগা স্বর অদুগা ঈরোয়ননা ঙাইহাক হাউথরুবনি। পুন্সিগী চাবি হঙ্গংনা লৈথংপনি।" তশেংনমক বিনোদিনী য়াম্না রোমান্টিক ওই। মাগী থম্মোয়দি থাবলগী ইপোমগুম্বনি। হিহোনবশিংনা য়োঙমম্রবা লমদমদা কোইপাই পাইহুনা লৈরিবা তাইবংনি।

মাগী অযাম্বা ৱরীশিংদা ক্লাসবেক টেক্নিক শিজিন্নহুন। পুন্সিগী অমদি অপাম নুংশিদা নীংবা কায়রবা মীওইশিংগী মশক য়েকই। চরিত্র য়েকপদা বিনোদিনী থোইদোক্না হৈশি.ই। ইবেন ৱতী, চরিক পরেং, কেশবকী চানা হাযরিবা ৱারীশিং অসিদা কাউ-ঙমদ্রবা মীওই বযাগী চরিত্র থেংনৈ।

` বিনোদিনীনা "নুঙ্গাযলক্তা চন্দ্রমুখি" ফোঙলকপা চহী ইং ১৯৬৪ অসিনা কোন্লিবা মতম–শন্না ইং ১৯৬০ দগী ১৯৭০ ফাওবগী মতম অসিদা ৱারী মচাগী অকনবা ঈহৌ অমা লাকখি। মসি মণিপুরী ৱারী মচাগী শীংথানবা য়ারবা মতমনি। অইবশিংনা টেক্নিক, ষ্টাইল অমসুং পুন্সিগী মীংয়েং খেন্নবা অনৌবা খুৎশেম কয়া শেমহুন। ৱারী-মচা কলা অসি মণিপুরী সাহিত্যগী শীং-থানিঙাই ওইরবা লৈচন অমা ওইহনখি। মণিপুরী ৱারী মচাগী খ্বাইদগী লাইবক ফবা, মরু ওইরবা মতম অসিদা ফোঙলকখিবা তোঙান তে ঙানবা মহাও চেনবা শীংথানবা য়ারবা লাইরিকশিংদি —কুঞ্জমোহনগী 'চেনখিদ্রবা ইচেল' (১৯৬৫), প্রকাশকী 'ইচেগী শম' (১৯৬৫), শ্রীবীরেনগী 'লৈচিল্লকী থাজ' (১৯৬৫), নীলবীর শাস্ত্রীগী 'বসন্তী চরোং' (১৯৬৭), গুণগী 'ফিজঙ মকমদা' (১৯৬৯). চিত্রেশ্বর শর্ম্মাগী 'শান্নবুঙদা' (১৯৬৮), দীনমণিগী 'থক্লবী' (১৯৭০) রনেনগী 'মমিং তরা' চিত্রেশ্বর শর্ম্মাগী 'ঙসিদি লাক্লে' (১৯৭০) অসিনচিংবনি। মসিগী মথক্তা সাহিত্য, ঋতু, ৱাখল, ঈরা, মীংয়েংনচিংবা চেফোঙশিংদসু ৱারী মচা কয়া ফোঙহুনা কলাসি চাওখৎহনবদা অচৌবা থৌদাং য়াখি।

অসুম্না চেন্থরকপা ৱারী মচাগী ইচেন্দা কুঞ্জমোহন অমসুং প্রকাশ চঙলকপদা অনৌবা খোঙচৎ (ট্রেন্দ) অমা লাকখি। খোঙচৎ অসিদা শ্রীবীরেনগা অমুক তিন্নখিবদা অঙনবা শকক্তা লৈরম্বা ৱারী মচাগী মশক হোংখিহুনা মতমগী পুন্সি অমসুং মণিপুরী সমাজগী মশক য়েকপা ঙম্বা কল্লবা কলা অমা ওইনা

মশাগী চপচাবা ফি:বপ লৌখি।। সমাজগী অমোংপা, অশোনবা মীচং মীথাই নাইবা, মাঙথরক্রবা পুন্সিগী মশক কয়া ইচঙ থোন্না য়েক্লবা হোংনরকই। হিংলিবা পুন্সিগী লানফমদা চঙশিন্দুনা সমাজগী অরা অনাগী চৈনাথোল অমদি অমোংপা পুন্সিগী মশক মখোযগী থৌববা কলয়া মযেক শেংনা য়েক্লকই।

ইং ১৯৬১ দা কুঞ্জমোহন পোক্রফম লমদম কাছাড়গী পশারবন্দগী মণিপুরদা লাকখি। বাংলা সাহিত্যনা যুম্ফম ওইদুনা মাগী অহানবা সাহিত্যগী মতাল ফঙখি। 'জীবন উৎসধগ', সহবে কেনা এলাম' অঙাং ওইরিঙেদা বাংলা লোন্দা ইথিবা লাবীশিংনি। 'চেনখিদ্রবা ঈ:চল' (১৯৬৫) অসি লেখকী পোক্রফম লমদম কাছাড়, মহে তম্নফম শিলং অমসুং গোহাটিগী মফম কয়াদা থেংনরকপা মণিপুবগী মপানগী পুন্সিনা নম্না উংপা লাইরিক্নি। কুঞ্জমোহনদি হৌজিক্কী পুন্সিগী মশক য়েক্লবা হোংনরিবা লেখক অমনি। পুন্সিগী মনুং হুনজিনবা রারী কযা, পুন্সিগী খোঙচত্তা ঙাম্বু থেংথুরবা অচম্বা থৌদোক কযা অমদি নাকোংদা, মীংমাঙদা য়োৗরক্লবা মাঙথবক্লবা মতমগী পুন্সিগী শক্রোম কয়া নীংথিজনা উংলি। মাগী খোইদোংপা মগুন অমমা লৈত-লাইর, অর-অনা অমদি খুঙ্গগী পুন্সি উংপদা মণিপুরী রারী মচাগী লমদমদা তোপ-তোম্না ফিরেপ অমা লৌরি। ইচম চম্বা থৌদোকশিং অতু য়াম্না হৈশিংনা রারী লীবা ঙমই। রারী লীবদা অমদি উংপদা য়াম্না হৈশিংনা অমসুং চেককশিনবা খুংইগা লোযননা ইং। শম্না হায়রবদা কুঞ্জমোহনগী মফমদা গুণ অহুমথক থেংনৈ—১। লৈত-লাইর, খুঙ্গংগী অরাবা পুন্সি উংপা ঙম্বা, ২। মাঙথরক্লবা মতমগী পুন্সিগী মশক ফজনা উংপা ঙম্বা; ৩। রারী ইবা অমসুং লীবা হৈবগী গুণ।

লৈত-লাইর, খুঙ্গংগী পুন্সিগী মরমদা ইবা রারী মচা অয়াম্বা কাছাড়গী পুন্সি উত্তুনা ইবা ঙাক্তনি। কাছাড়দা লৈরিবা মণিপুরী

মচাশিংগী পুন্সি তোপ তোপ্পা ফিবম অমনি। মীশিং য়ামজন্নবা বঙ্গালী অমদি মযাংনা কোষশিদুনা হিংলিবা, লৌউ-শি উবনা মকুওইব শিনফম ওইবিবা কাহাড়দা পৈরিব। মণিপুরীশিংগী তোপ তোপ্পা অয়া–অনাগী সমস্যা লৈ। অসিগুম্বা ফিবমগা ছাকথেংনরকপা অরা অনাগী এক্সপিরিয়েন্সতগী ইবকপা মাগী বারী মচাশিং অসি মশক নাইনা চোংথোক্নুনা লৈরি। 'বাখল হোংবা', 'কামধেনু', 'লৌথংপা', 'ইলিশা অমগী মহাও' অসি নচিংবা 'অসি মথল অসিগী বারীনি। ইলিশা অমগী মহাও' দা থোংননবা চেঙ লৈতবদগী, লায়রবা চাউবনা রানা ফাজবরুবা ইলিশাগী মহাও তংবা ভমদনা তোকখিবা অয়াবগী পুন্সি মতক য়াম্না ফজনা উংলি। অসিগুম্বা লৈত–লাইরগী পুন্সি উংশদু বাংলা সাহিত্যগী মমি তারা থরনে। থোইদোক্নবা শরৎচন্দ্রগী 'মহেশ' বী মম মগী 'কামধেনু' দা তাই। মসিদসু নত্তনা বাংলা সাহিত্যগী মমিং চংলবা বন্দ্যোপাধ্যায় অহুম–তারাশঙ্কর মানিক অমসু 'বভুতি ভূষণগী খুৎইগী মমি মাগী রাবী মচা শিংদা তাবা থেঅ।

মাগী 'ধানোম্বা', 'রাযেন্দ', 'কবি-নুংগী' রাবীশিং অসিদা হৌজিক্কী মংমগী অমোংপা, মোরেল যাওরক্লুবা পুন্সিগী মশক উংলি। 'বানোম্বা' দা মপু রাইবগী প্রমোশন মচা অমগীদমক মশাবু কোন্না লমলানবা ওফিসারদা শিন্নথোকই 'অহিং অমগী পম্মো', 'থাইগী লৈরাং অমনবী' শিংদা লাইরিক তমলিঙৈদা থেংনরকপা পুন্সিগী মথল মথাগী এক্সপিরিয়েন্স ভাক্কুনি। কুঞ্জমোহনদি রারী লীবা, লাম্মোকপা, প্লোট শেম্বদা থোইদোক্ন হেশিংই। উচন চেৎপা অমদি মথুৎ নানবগী গুণ মওোন্দা লৈ। মাগী 'থবাম্নিচাক অমনা কেনথিবা' (১৯৭৯) অসি সমাজগী সমস্যা নৈনবগী মায়কৈদা থরা হেন্না চঙশিল্লকই। লৈত–লাইর, অরা–অনা, শেঙাও পায়বা, শেনজা থুমজা অসি

সমাজগী সিস্টেমগা মরী লৈননা উৎনা হৌজিক্কী পুন্সিগী অচুম্বা মশক অসি পুথোক্লবা হোৎনৈ।

খুমন্থেম প্রকাশতি কুঞ্জমোহনগা খেন্নবা খরা লৈ। ছাত্র ওইরিঙৈদা গৌহাটিদা থেংনরকপা এক্সপিরিএন্স অমস্থ নহা ওইরিঙৈগী থৌদোক রাখোক্লা মপুং ওইনা শাগৎপা 'ইচেগী শম' (১৯৬৬) অসি নুপা-নুপীগী বোমথোকরক্লবা মরী, মাঙ থম্লক্লবা লীচৎ-শাজৎকী মবমদা ইচঙ থৌনা ইবা লাইরিক অমনি। মসিগা লোয়ননা ইচম চম্বা মীওইবগী থম্মোয় খুদিংদা পানগদবা অনংবগী অরাবা রারী 'পুখ্রি মচা' নচিংবস্থ য়াওরি। 'জমন খুম্বা', 'মচিন-মীশ', 'মনোরমা', 'ইচা' রারীশিংদা লোম্না থুপ্পা চেল্লিবা মোংলবা সেংকী সমস্যা নৈনবগা লোয়ননা নুপা-নুপীগী লৈনরিবা মরীগী অরোনবা মশক অমা পুথোক্লকই। মসিগী মথক্তা প্রকাশনা হৌজিক্কী সমাজগী করপশনগী অমোংপা শরোনশিং অসি ঐখোযদা উহল্লি। 'রাকং', 'রা-নাম শবেং' নচিংবা অসি মখলসিগা রাবীনি।

শ্রীবীরেনদি অতৈ লেখকশিংদগী খেন্ননা তৌথাইনা লৈরিবা অইবা অমনি। মশাক্তি হৌজিক্কী পুন্সিগী সমস্যা নৈনজুনা ইবা লেখক অমনি। শ্রীবীরেন্দা সমস্যানা হান্না মাঙ থাদুনা লাকই। হৌজিক্কী সমাজগী অমোংপা লায়না, তৌশিন্নবা, ভেংঙ্গু য়াম্বরক্লগা নুপা-নুপীগী লৈনবা মরীদা শন্নবা ঙমদনা কোমথাক্লবা, ইতন তনথরবা পুন্সি মহিং কয়া অসি উংলি। হৌজিক্কী মতমগী হিংবগী টৈনাখোল অমস্থং মণিপুরী পুন্সিগী শক্তম উৎপদা অচৌবা শকক য়ারিবা শ্রীবীরেন্নি। মহাক্না হৌজিক্কী পুন্সি অমস্থং মণিপুরী সমাজবু য়াম্না বম্না আলোচনা তৌই। কম্না হায়, থীনা চৈ, য়াম্না শাউই, য়াম্না তুক্কচৈ, য়াম্না নীংবা কায়, ইতন তনথৈ। মহাক "এঙগ্রি য়ংমেন' অমগী ফিরেপ্নি।

মাগী 'লৈচিল্লকী থাজ' (১৯৭৭) অসি ইং ১৯৬০ দগী ইং

১৯৬৭ ফাওবগী মনুংদা ইবা ৱারী মচা ১৪ গী পূনশিনবা লাইরিক্কি। 'ঙুংশিবা', 'পুন্সি', 'চৈচিল্লকী থাজ' – অনৌবা ঈথক ইরাং কয়ানা মপুং ওইরিবা ঙল্লিঙৈগী ৱারীশিংনি। মনোবৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংগা লোয়ননা হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজগী মশক অমসুং পুন্সি মহিং উৎনা ইবা 'নাঙ্গোকখি' অমসুং 'মসিনা ইম্ফালগী ৱারীনি' হায়বা ৱারীশিং অসি মণিপুরী সাহিত্যদা তোপ তোপ্পা শক্তম চেল্লিবা ৱারীনি। 'নাঙ্গোকখি' ৱারীদা মহৌশাগী নুপা–নুপী (মতৈ-মনাউ) গী অচেৎপা মরী অদু থুগায়থুনা শন্নবা ঙমদ্রবা, যাওনবা ঙমদ্রবা মরী অমা উৎপগা লোয়ননা পুন্সিগী মহিংনা পুৎকপা মরেক-মহাউ য়াওব্বা মহিং অনা উৎলি। অইবগী লোন্দা হায়রগা—"···পুন্সি হায়বসি ভাব ইতা তাদবনি। পুন্সি হায়ববু তৌরিবসিনি। মফম মরাং অমতা থঙদবনি। যু ইচা চাদবনি। হৌজিক্কি ঐগী থম্মোয়দা খরায় য়াওদ্রে। থৱাযদো কদাযদা চৎখ্রে? থম্মোয়গা থবায়গা পুনশিল্লু য়াদ্রে।" অসুম্না 'শেগায়রবা কুরাংপান' দসু শমজিন্নবা তাইশিন্নবা যাদ্রবা নুপা-নুপীগী মরী অমা উৎলি।

লোনগী মাইকৈদসু শ্রীবীরেন্না অসুক-নুমিদাং শিজিন্নবা লোন্দা পুদাদা মরক মরক্তা ইংরেজী ৱাহৈ যানশিন্দুনা হৌজিক্কী পুন্সিগী চপচাবা মশক উৎননবা হোংনৈ। ময়া থৌরবা ব্লেডকুম অকনবা লোন্দা কয়া চাংষ্মেং তৌই। পূন্নমক অসি লেখক্কী অকক্নবা অনীংবা অমদা হুমতুনা পুথিবনা ৱারী মচাগী ফজবা কলাগী খুংশেমগী মতাংদা পুক্নিং চঙলক্কে। অদুবু শ্রীবীরেন্না পীরিবা তোপ তোপ্পা ৱারী মচাগী মশক, মহাউ অমসুং মীৎয়েং অসি অচৌবা দান অমনি। অসুম্না চৎরক্লিবা ৱারী মচাগী ঈচেলসিদা নীলবীর শাস্ত্রী, গুণ, দীনমণি, চিত্রেশ্বর, বীরমনি; প্রেমচান্দ, শরৎচন্দ্র, সোনামনি নচিংবা কয়ানা অনৌবা ঈনোং হাপ্লি। গুণনা মাগী "ফিজঙ মরুমদা" (১৯৬৯) হায়বা ৱারী মচাগী

লাইরিকসিদা লৈত-লায়রগী পুন্সি অমদি মীওইবগী লোম্না থুপ্না লৈপ্রবা মরী উংলি। মাগী অনীশুবা লাইরিক "লংজিল মাওপ্রবা কিশি'' ১৯৮১) অসিদা মাগী তোখায়বা মীৎয়েং অমসুং ষ্টাইল থোইনা হোৎলকপা থেংনদে। য়াম্না চন্না লৈত-লাইর, অরাবা পুন্সি উংনবা হোংনবদা মপূং ওইনা মীংয়েং থমই। বারাগী পোলোয়দা পুন্সিগী ওন্না-তৈনবা মশক অদু অপাবগী মা দা থমই অদুগা পুন্সিগী মনুংদা লোত্তুনা লৈরিবা শক্লোন অদু পুন্সিগী অচুম্বা মশক্কি হায়না উংনবা হোৎনৈ। নীলবীরগী বসন্তী চয়োং' ১৯৬৭) গী বারা মচাশিং অয়াম্বা আদর্শ ওইবা অমসুং অরা-অনা, তোল্লবা মীশিংগী পুন্সি উৎপনা মপূংনি অসিগুম্বা অরা অনাগী পুন্সি যেকংগী জন্মীদা। শ্রীএ. চিত্রেশ্বর শর্ম্মসু চঙশিল্লকই। মাগী "ওসিদি লাক্লে" (১৯৬০) চন্না ফজবা অরা-অনাগী পুন্সি, থোঁদোক উৎপা বারী কয়া যাউরি। শরৎচন্দ্র নোংথোম্বগী 'অহেনবা ঈ' (১৯৮১), লোইতোংজম প্রেমচান্দগী 'শাহিং চাবা অমগী বাবী' (১৯৮২), সোনামণিগী 'জগন্নাথ পজাবী' (১৯৮২) অসিনচিংবা বাবী মচাগী লাইরিকশিং অসিনা হৌজিক্কী পুন্সিগী মথল-মখাগী শক্লোন উংলি।

বাবী মচাগী চত্থরক্লিবা ঈচেল অসিদা তোখায়বা ঈচেল অনীগী তোঙানবা মশক অমসুং খুৎইগী ষ্টাইল অনীথক থে নৈ। অমনা লমাবম বীরমনিগী 'পিকপিক' (১৯৮০), 'চেক্লা পাইথ্রবদা' অদুগা অতোপ্পা অমনা এলাংবম দীনমণি—'ত্তিংখংলৈ' (১৯৭৭) 'পিষ্টোল অমা কুন্দাল্লে অমা (১৯৮১)। শ্রীদীনমণিনা মসিগী মমাঙদা ফাগীনা মপূং ওইবা বারী মচাগী লাইরিক অনী ফোঙথ্রে—'থক্ববী' (১৯৭০) অমসুং 'মোরাম্বী অঙাওবী'। লাইরিকশিং অসিদা য়াওবা—'ঐগী রেডিও', 'পিকনিক', 'ইতাওনা শাবিবা কৌশুখোঙ' য়াম্না ফজবা, চেকশিন্না ইবা নোক্লিং বারীশিংনি। মণিপুরী সাহিত্যদা (তোংত্রাগী মতুংদা) হাস্যরসদা

চণ্ড শিল্পকপা অইবা অমনি। দীনমণিগী থুংইদ। অমস্থু পুন্সিগী মীংযেংদা য়াম্না য়াংনা থোকপা, তয়াং—ত.শাই, অয়ুক নুমিদাং শিজিন্নবা মকক ওইবা লোন্দা-পুদা শিজিন্নবা অসিদগী খবা হেন্না লূম্বা, পুন্সিদা খরা মরেপ য়োখন। যেবা মীংয়েং খরদি মাগী 'পিস্টোল অমা কুন্দাগ্লে অমা' অসিদা থেংনৈ। যৌশিনবা থম্মোযগী মীনুংশি অমস্থু মীওইবগী লমচংকী মরুওইবা মচি অদ পুথাক্লুনা রারীমচাশিং অসিদা উংলকই। 'দ্রুত বিলম্বিত' 'পিস্টোল অমা কুন্দাগ্লে অমা', 'ঈচল খকথবা তীর্থ মচা' নচিংবা রারী মচাশিং অসিদা রারী মচা ইথগী থুংগী ফজনা থেংনৈ। বীরমণিগীনা তোশায়া মীংযে, অমস্থু ভাইল অমনি। মানা হৌজিক্কী মাওথংক্লবা পুন্সি, নৈহংপীববা, হিংবদা বাবা ফিভম, সমাজ অমস্থুং লৈঙাকল্লোয়া নৈহংপীরবা মীওই-শিংগী পুন্সিবু ময়েক শেংনা পুথোক্লকই অপুগা মখোযবু যান্না শিংথোলিক অমস্থুং এলিগোরী ওইবা মওংদা অচুম্বগী মশক্কু উৎনবা হোৎনরকই। মাগী 'একনিক পিকনিক' হায়বা রারী মচা অসি হৌজিক্কী পুন্সিগী অচুম্বা মশক উৎলিবা, মণিপুরী রারী মচাগী অনৌবা শক্তম তাকিব। ফজবা রারী মচা অমনি।

অদুবু কৌজিক্কী মতমগী পুন্সি সমাজ অমস্থু হিংবগী সংসা নৈনথুনা ইবা অনৌবা রাখলগী মশক, কলাগী থুংশেম অমা নহাংবাসু অইবশিংগী রারী মচাদা থেংনৈ। মখোয়না হৌজিক্কী সমাজ অমস্থু পুন্সিগী অচুম্বা শক্তমু ময়েক শেংনা ওংলি। মাযকৈ অসোমদা কন্না চিংশিল্লিবা অইবশিং দি—ইং ১৯৭৫ গী ওক্টোবর থাদা শ্রীকুঞ্জমোহননা সম্পাদক ওইদুনা থাবংগী ওইনা রারী মচাগীতা ওইবা চেকোভ পুথোক্লিবা 'মেবক' কী কাওবুনি। মখোযনা হায, 'চেকোভ অসিগী পান্দমদি অরোইবা পম্বুং অমা থৌননবা অকক্লবা লম্বী অমদা চংপা নত্তে, রারী মচাগী আলটিনেট ফ্রিদম ফংনবা লম্বী অমা

থাম্বিবা গৌতম নীংথম্মা শিংনী গোঙচংলি।" 'মরিক' কী ঈহৌ অসি মায়োম্বা হিন্দী সাহিত্যদা লৈরিবা 'সমান্তর কহানী' (প্যারেলল স্টোরী) গী ঈহৌগা লোয়ননা চাদানবা যাই 'সমান্তর কহানী'গী ঈহৌগী মথৌ মা নহারোলগী অইবশিং অসিন লৈহুং-থীবগী মীচমগী পুন্সি লেহৈ। হৌজিক চংশাও অসি অগন মোডর্না সেননশিংদ। মখোয়গী মরুংদা শ্রী পাচনবা যাদবা যুম-লেম্বম ইবোমচাগী মামি 'কনশিং', প্রিয়োকুমার গী 'মীবেনপওদা', নীলমণিগী 'জুজুর্ণ বচন,' অসিনচিবা অসিনি।

অমুবা মশানবা ওয়ারী মচাশিং অসি কয়া চংশরি। মরু ওইনা নহারোল অইবশিংনা চর্থ যাওদবা লেঙাকনানা, তোলাবা, লৈরুংশিংবা, আশা থম্বা হায়বা, অমোংবা পুন্সিগী মথেং কয়াসি মথেক শেংনা উৎপা হৌবনই। মখোয়গী পুন্সি মহিং অসিগী মথু তনজিন্না লৈগনবা মোবোল কয়াবু ফাক্লোক্লুনা হৌজিক্কী পুন্সিগী অচুম্বা অর্থ থিবা হৌনই। মখোয়গী কলম মযা থোই। মীদে, নীংথুদে, হায়বশিংবা কয়া ইচম থোনা হায়। হৌজিক হৌবকিবা ওয়ারী মচাগী ঈহৈ অসি সাহিত্যগী আন্দোলন অমনি। হৌজিক্কী পুন্সিদা যাওশিল্লুনা চপচানা শকক যাওনা হিংলি মখোয়গী খুনথি, দারীনি, খোল্লাউনি। অসিগুম্বা হৌজিক্কী পুন্সিগী মঙিংনা পুরকপা, মতমগী বাখলগী মমি তাবা মোডর্ণ সেনসিবিলিটি উৎপা ওয়ারী মচাগী মশক অমা নোংহৌননা মণিপুরী সাহিত্যদা চঙলকপা হৌবে।

# ভারতকী নীংতম্বা আন্দোলন অমসুং সাহিত্য

সাহিত্যনা সমাজগী হোৎলক্লিবা পুন্সি য়েকই। জাতিগী আশা-ভরোশা, মী কাণ্ডলুপকী পুন্সিবোল পুম্নমক সাহিত্যদা নীংথিনা মমি তাই। ভারতা লাকইবা অনৌবা, জাতিগী ওইনা ওল্লকপা বাখল অতু সাহিত্য অমসুং কলাদা য়াম্না শাফু কন্না ফোঙদোকপা থেংনৈ। কবিতাদা, ড্রামাদা, উপন্যাসদা, খবর-চেফোঙ কয়াদা, পমফ্লেট কয়াদা— অকনবা ঈনিল্ল অমগা লোয়ননা লাক্লিবা ইনিংবগী ঈথিল অতু ফোঙদোক্লকই। অইবশিং অমসুং লাইরিক-লাইশু হৈরবা ইন্টেলেকচুয়েলশিংনা মখোয়গী খুৎইনা মবম ওইতুনা মীযামগী বাখল-লমতি পী, খরায়-পাঙ্গল, লিংজেল-হাঙ্গী। বিপ্লব খুদিংমক, আন্দোলন খুদিংমক সাহিত্যনা ইনশিনবা ঙাক্কনি। সাহিত্য য়াউদনা আন্দোলন হৌবা ওইথোক্কে। বিপ্লব (রিভো-লুসন) নত্রগা আন্দোলন হায়বসি অইবা অমসুং অঙাঙবা য়াউদনা মথরায় পান্দুনা চৎলু হায়বা য়াদে। ফ্রেন্স রিভোলুসন থোকপগী মরম কয়া লৈবন্বা য়াই। অতু Montesqueu, Voltaire, Rousseau নচিংবা অইবশিং, দার্শনীকশিংগী খুৎইশিংনা ফ্রেন্স রিভোলুসনগী থৌরাং তৌহনখিবনি। রুশোগী "সোসিয়েল কনট্রেক্ট" না রিভোলুসনগী ব'খলগী মচাক হুনখি অতুগা রিভো-লুসনগী মতমদা বাইবল ওইনা শীজিন্নখি। রুশোগী "Man is born free, but everywhere he is in chain"— বনাগী থম্মোয় য়াকাইরোইদবা য়াউবগে। আমেরিকাগী সিভিল বারদসু সাহিত্যনা অচৌবা থৌদাং য়াথিদবা নত্তে। আমেরিকা মশাগী জাতিগী ওইবা সাহিত্য লৈজরমদে— য়ুরোপতগী লাংজবনি। অতুবু ইং ১৮২৯ দা "দি ইনসাইক্লোপেদিয়া আমেরিকা"

কোঙলে। Emerson, Howthorne, Fenimo Cooper, Poe, Longfellow, Baneroft, Holmes নচিংবা অইবা কয়ানা আমেরিকা মশাগী সাহিত্য শাগৎপা হৌখি। মসিনা অনৌবা, মশাগী জাতিগী তোপ-তোপ্পা মশক লেপ্পদা তেংবাংখি। হায়রবা লৈ— মীনায় লোয়বগী, ওৎ-নৈবগী মরমদা, ফিউজিটিভ স্লেভ এক্টকী মায়য়োক্পা ইবা Mrs. Harriet Beecher Stowe গী "Uncle Tom's Cabin" (১৮৫২) কৌবা লাইরিক অসি যোঙলমন্ত্রবদি সিভিল য়ার শোক্লরমদবসু য়াই। লীলা ওইনা চহী ৭৫ চুপ্পা শান্নখিবা, যুগ অদুগী খ্বায়দগী মমিং চৎপা সিভিল য়ারগী ঈথিল ঈহৌ পীখিবা লাইরিক্নি। অসুম্না গোর্কি তোলষ্টোয়নচিংবা রুসকী অইবা কযানা ওক্টোবর রিভোলুসনদা অচৌবা থৌদাং য়াখি। ভাবতকী নীংতম আন্দো-লনদসু সাহিত্যনা য়াম্না মরু ওইবা থৌদাং যাখি। অইবশিংনা হাকথেংননা আন্দোলন হৌহনবা নভ্রবসু মখোয়গী খুৎই কয়ানা লাইরিক লাইশু হৈরবা নহাবোলশিংদা য়াখলগী মমুন ফারবা বিচার তৌনবগী শক্তি পোকহনখি। য়াহৈ রাতা, নিয়ম, খুজিল-থৌরাং, পোরম পোম্মিৎ, মরৈ-শক্তি কয়া পীখি। মখোয়গী খুৎইনা থাপ্পা অমসুং পাক্লা শন্দোকখিহ্রনা মীয়ামদা ঈরাং হৌহন্দুনা মীয়ামগী ঈহৌ শাগৎপদা তেংবাংখি। শম্না হায়রবদা সাহিত্যনা আন্দোলনগী য়াখলগী চৈশু অমসুং থৌনানি।

১৯ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা বাংলা সাহিত্যগী অনৌবা যুগ অমা হৌরে। ফোর্ট য়িলিয়ম কলেজ লিংবা, শ্রীরামপুরদা ব্যাপটিষ্ট মিশন লিংবা, ছাপাখানা লিংখৎপা, টেক্সবুক কয়া ইরকপা অসিনচিংবদগী মতম কুইনা কবিতানা শাসন তৌরম্বা তোক্তুনা "য়ারেং সাহিত্য" না মপান ফগৎলকখি। চপচাবা য়ারেং সাহি-ত্যগী ফজবদি রাজা রাম মোহন রায়গী মখুত্তগী থোকখি। নোং-চুপকী শিক্ষা ফংলবা নহারোলশিং অমদি অইবশিংনা য়িনাসাঁগী

রাথল থাবাগা লোয়নননা অনৌবা বাংলা সাহিত্য শৈমগৎপা হৌখি। খবর অমসুং চেফোঙ কয়া ফোঙলে। খবরশিংগী মমুংদা—"বন্দে মাতরম", "সন্ধ্যা". "যুগান্তর" শীংথানবা য়াই। চেফোঙ-শিংগী মমুংদা সমাচার দর্পণ (শ্রীরামপুর মিশন), সংবাদ কৌমুদী (রাম মোহন রায়), বিবিধার্থ সংগ্রহ (রাজেন্দ্রলাল মিত্র), তত্ত্ববোধিণী পত্রিকা (দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর), সংবাদ প্রভাকর, (ইশ্বর চন্দ্র গুপ্ত), বেঙ্গল গেজেট (১৮১৬ গঙ্গাধর ভট্টাচার্য্য), সমাচার চন্দ্রিকা (১৮২২-ভবানী চরণ বন্দ্যোপাধ্যায়), বঙ্গদর্শন (১৮৭১-বঙ্কিমচন্দ্র চট্ট্যোপাধ্যায) অসিনচিংবা। খবর অমসুং চেফোঙশিং অসিনা রাজনীতিগী চেতনা পুরকপদা য়াম্না তেংবাংখি। তশেংবমক জর্নেলিজমনা নীংতম-আন্দোলনদা মরু ওইবা থৌদাং য়াখি।

সিফাই লালহৌগী মতুং চহী ৩ লৈরগা ফোঙলকপা দিনবন্ধ মিত্র (১৮৩০-১৮৭৩ গী "নীল দর্পন" (1860—The Indigo Planting Mirror) হায়বা ড্রামা অসি নিম থাবা সাহেবশিংনা ভারতকী লৌউ-শিংউবা মীশিংদা তমথিনা ওৎ-নৈবা উৎপা, ফজরবা সোসিয়েল দোকুমেন্ট অমা ওইরবা, বাংলা সাহি-ত্যগী ইহান হানবা প্রতিবাদ (প্রোটেষ্ট) তৌবা লীলা অমনি। ড্রামা অসিনা মতম অতুদা অংবপা ঈরাং অমা থোকহনখি। ড্রামা অতুদা মিঃ রোগনা ক্ষেত্রমনি কৌবী লৌউবগী মচানুপী ওৎপা অসি থম্মোয়দা য়েক্তুনা লৈরবা দৃশ্য অমনি। কাউঙমদ্রমা মতাং অমা :—

মিঃ রোগ : মুংশিবী, মুংশিবী, ঐগী নাক্তা চঙশিল্লকউ।

ক্ষেত্রমনি : সাহেব, নহাক্ত ঐগী ইপাগুম্বনি, ঐবু থাদোকপীয়ু (রোগকী মখুৎ পায়দুনা হায়জে); ঐবু চৎহনবিয়ু, থাদোকপীয়ু, নহাক্তি ঐগী ইপামক্নি।

মিঃ রোগ : ঐহাক নহাক্না পোক্কদৌরিবা অঙাংতুগী মপা ওইবা পামই। লাউ ফমুংদা কাখৎলকউ নত্রবদি নঙগী

নবুক্তা খোঙপাক্লা কাউগনি।

ক্ষেত্রমনি : নত্তে! নত্তে। ঐগী ইচাসি শিবা তাব্রে। ঐহাক নাউপুরিবী নুপীনি। থৌজানবিযু, ঐহাকপু থাদোকপীযু। ঐহাক মীরোনবীনি।

মিঃ রোগ : (মাগী ফিরোলশিং অত্থু শেগায়দুনা) নঙনা ফি শেত্তনা লৈবা অত্থু ঐ য়েংগে। অত্থুদগীদি নঙোন্দগী ইকাইবা মরাইনা চেনজখিগান।

ক্ষেত্রমনি : সাহেব, ঐহাকী ফি লৌথোকপীগন্নু, ফিশেত্তবী ওইহনবীগন্নু। সাহেব, ঐদি নহাকী নমানি, নঙদি ঐগী ইচানি। ঐগী ফি লৌথোকপীগন্নু।

মভুংদা সিন অসিদা তোরাপ কৌবা লৌমী অমগা গোলক বসু কৌবা মচাগা চঙলকই। তোরাপনা সাহেব মিঃ রোগ অত্থুবু মুই। থম্মোয় কাযরবা দৃশ্য অসি য়েংবদা খাঙবা ঙমক্রদুনা ইশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনা মিঃ বোগ শারিবা অবধেনত্থু সেখর মুস্তাফিদা মাগী খোঙউপ শৎলগা লঙশিল্লকখি। খোঙউপ লঙশিল্লিবসি মীয়ামগী থম্মোয'মুংদা ওমত্থুনা লৈরিবা জাতি অসিগী অশাউবগী মৈরীগী সিমবোলনি। লীলা অসি যু, পি, দা উৎপা মতমদা ভাবোক ওইরিবা বৃটিশগী লাম্মীশিং অত্থুনা মিঃ বোগ মুবদা শাউমনগ্রদুনা থাংশাং শৎলগা ষ্টেজ মথক্তা কাখৎলকখি। লীলা কায়খি। সরকারনা লীলা অসি থিংখি। মধুসুদন দত্তনা ইংরেজীদা হন্দোক্নুনা Rev. James Long না যোঙবগীদমক্তা লোংবু চেন্দ থা অমা থমখি। "নীল দর্পন" না তুমত্থুনা লৈরিবা ভারতমচাশিংদা মিৎ পাঙহল্লকখি। লীলা অসি বেঙ্গলগী "Uncle Tomb's Cabin" নি। লীলাসিগী ফলনা কমিশন ওফ ইনক্কারী শেমত্থুনা নিম থাবগী ফিভম অমদি কারবার অসিগী মরমদা য়েংশিনখি। মসি ভারতকী অহানবা লৌমীশিংগী আন্দোলননি।

মথংদা ভারতকী দেশপ্রেমগী ঋষি হায়না খঙনরবা বঙ্কিমচন্দ্র

থোক্লক্লে। মাগী অমব ওইরবা মন্ত্র, হৌজিক্কী জাতিগী ঈশৈ ওইরিবা "বন্দে মাতরম"-- ভারতকী নীংতম-আন্দোলনগী থোল্লাউ ওইনা শীজিন্নখি। 'বন্দে মাতরম' অসি বঙ্কিমনা ইং ১৮৮২ দা ফোঙবা "আনন্দমঠ" কৌবা উপন্যাসদা সন্ন্যাসীশিংগী লালহৌদা সন্ন্যাসীশিংনা শকপনি। উপন্যাসকী রাম্বী অসি ইং ১৭৭০ গী মতমগী বেঙ্গলগী শাথিরবা মতম— "civilization without a mercy" হায়নবা অদুগী যুম্ফমদা ইবনি। নবাব অমসুং ইষ্ট ইন্দিয়া কমপ্যানিগী সাহেবশিং অনীনা প্রজাশিংদা ওৎ-নৈবা, শুমহুনা চাবা, আইন লৈতবা, মযুম-মকৈ মৈ থাদোকপা, চাক চাঙবা, উনা চাহুনা, মী চাহুনা হিংনবা— য়াম্না তমথিরবা মতমনি। বঙ্কিমনা তমথিরবা অমসুং অচুম্বা লৈত্রবা লৈঙাক অদুগী মায়-য়োক্তা মরৈবাক নীংলবা লালহৌবা সন্ন্যাসী কাঙবু অমা উপন্যাস অদুদা শেমগৎখি। মখোযগী মচিন্দা 'বন্দে মাতরম' শকই। উপন্যাস অসিনা ইমালৈবাক, মাতৃভূমীদা ভক্তি লৈবা কথোকপগী অকনবা রাখল অমা পী। মসি দেশপ্রেমগী শেংলবা রাখল য়াউরি। ঋষি বঙ্কিমনা দেশপ্রেমগী রাখল বাত্তুনা লৈরম্লবা হিন্দুশিংদা নৌহৌনা দেশপ্রেমগী ঈচেল অমা হৌহনখি। নাকোয়-ননা উপন্যাস অসিদা বৃটিশকী মায়যোক্তা হৌবা আন্দোলন মথল অমনি। "আনন্দমঠ" না ভারতকী তুংগী নীংতম আন্দোলনগী লম্বী থোনখি। শ্রীঅরবিন্দনা হায়— "Bankim gave us the reviving mantra, which is creating a new India, the mantra- Bande Mataram". মমিং চৎলবা পণ্ডিত ডাঃ সুকুমার সেননা হায়— "He (Bankimchandra) was something more than a great novallst.' He was a path-finder and a path-maker". বঙ্কিমদি লমতাকপা অমসুং লময়ানবনি।

'বন্দে মাতরম' গী ফল যাম্না থুনা ফংলে। ঈশৈ অসি

ভারতনা নীংতম্বা ফংজিন্নবগী মমাংগী চহী নিফুমুক্তি জাতিগী ঈশৈ ওইগ্রবনি। ঈশৈ অসিনা মী খুদিংবু অঙাওবগুম য়াই থাহনা গুমহৎখি, অঙাউবা ওইহনখি। ইং ১৯০৫ গী বেঙ্গল অনী থোক্লা খায়দোকপগী অঙকপা থৌদোক অমুদা 'বন্দে মাতরম' না আন্দোলন অমুগী থোল্লাউ ঞমসুং খুৎলাই ওইনা শীজিন্নখি। বেঙ্গল অনী থোক্লা খায়দোক্লে হায়না লাউথোকপগী নোংঙান-বনি— ওক্টোবর, ১৯০৫ ইং। মুমিং অমুদা রবীন্দ্রনাথনা মীয়ামদা লাউথোকচখি। —"সরকারনা ঐথোয়বু অনীথোক্লা খায়দোকপা হায়না লেপ্লে। অমুবু ঐথোয়গী থম্মোয়দি খায়দোকপা ওইথোক্তে। ওক্টোবর ১৬ দা ঐথোয় রাখী পুনসি, মবমদি রাখীনা অপুনবগী খুদমনি"। মুমিং অমুদা চাথুমদা মৈ হৌথিজ্রে, মী খুদিংমক চাবা হেন্লে। নোংঙাল্লকপদা মী কাঙবু কাঙবু 'বন্দে মাতরম' লাউব লাউরদুনা লম্বীদা চৎলে। মী লাক্ষ কয়াগী অঙকপগী মশক ওইরবা প্রতিবাদ সভা পাংথোকখ্রে। লেপ্টঃ গোভর্নর ফুলরনা 'বন্দে মাতরম' শকপা থিংলে। অহোইনমুম অচাকপা মৈদা ঘি হৈজিনবগুম বন্দে মাতরমগী থোঞ্জেলনা অতিয়া নিনখ্রে। লাথি, লীচৈ, নোংমৈ গুলিনা নীংতম-আন্দোলনগী ঈশৈবু থিংবা ঙমখিদ্রে। আন্দোলন অসিনা ভারত পুম্বা নীকহনখি— ভারত পুম্বগী আন্দোলনগী ঈহৌ— স্বদেশী আন্দোলন শন্দোকখি।

মথংদা বেঙ্গলগী এন্তি-পারতিসন মুভমেণ্টগী অকনবা ঈহৌদা চোঙথোক্লকই ঋষি শ্রীঅরবিন্দ অমুংবা শঙ্গাইশেনগুম ভারতকী রাজনীতি ক্ষেত্রদা। মাগী তেঞ্জবা চহী ৫ গী (১৯০৫ দগী ১৯১০) রাজনীতিগী পুন্সিদা ভারত পুম্বা মিং থকহনখি। মহাকী ফিরেপতি— এক্সট্রিমিষ্টনি। মসিদা বিপিনচন্দ্র পাল, তিলক-নচিংবা চাউরবা মীশক কয়া য়াওরি। শতাব্দীসিগী হৌগৎলকপা অঙনবা নীংতম-আন্দোলনগী তাঙ্কক্তা শ্রীঅরবিন্দনা য়াম্বিবা থৌদাং অসি য়াম্না মক ওই। প্রতিভা লৈবা, সেনসিতিভ ওইবা,

পীথোক্লকপা শক্তি য়াউবা নিপাসিনা ইরকপা থুংই কল্লাদা— য়াম্না মন্থুং হুনজিনবা আধ্যাত্মিক্কী মহাও অমদি শেংলবা জাতিয়-তাবাদগী রাখল য়াউরি। রাজনীতিগী মরমদা ইহান হান্না ইবদি "ইন্দু প্রকাশ" কৌবা চেফোঙদা আগষ্ট ৯, ১৮৯৩ দগী ফেব্রু: ১৮৯৪ ফাউবা মমিং লোক্তুনা কংগ্রেস অমসুং বৃটিশকী মায়য়োক্ত ইবা আর্টিকলশিংহুনি। অথৌবা বৃদ্ধি অমসুং অকনবা রাহৈন' মতমহুদা ঈয়াং থোকহনখি। মার্চ ১৯০৬ দা "যুগান্তর" দা আর্টিকল থর্‌রা ই। নেসনেলিষ্ট পার্টিগী চে ওইনা বিপিনচন্দ্র পালনা হৌদোকপা "বন্দে মাতরম" দা ইবা আর্টিকলশিংনা মাবু জাতিগী হীরো অমা ওইহনখি। য়াম্না খোরাংনা স্বর থিংবমখে শ্রীঅর-বিন্দোনা কবি ইরক্কদগে হায়না "বন্দে মাতরম" বু ভাইনখি। মাগী "ভবন মন্দির মেনিফেষ্টো" অসি নেসনেলিষ্ট মুভমেণ্টকী বাইবল ওইখি। মসিদা মখোয়না তৌগদবা থবক থৌরমগী প্রাগ্রাম কয়া ইরি। ভাবতকী অচৌবা রাজনীতিগী আন্দো-লনশিংগী মকমদা লুরবা আধ্যাত্মিক্কী রাকম কয়ানা যুমফম -ইহুনা লৈবি। গান্ধীজিগী দর্শন অসিসু ভারতকী পরম্পরাদগী দর্শনগী পূর্কৈদগী শাগৎপনি। অসিগুম্বা যুমফম অসিদগী আইদিএলিষ্ট ওইরবা শ্রীঅরবিন্দনা "স্পিরিচুয়েল নেসনেলিজম" গী অরাংবা রাখল অমা দান তৌবীরমই। মঙোন্দদি নেসনে-লিজম হায়বসি অথুবা মীৎয়েংদগী য়েংবা চুমগী মরৈবাক হুংশিবা নত্তে, মসিদি ধর্ম্মনি। মসিগা লোয়ননা ভারতমাতাগী অরাংবা লাইগী শক্তিদা থাঙ্গৎপা রাখল অমসু পীরমই।

রবীন্দ্রনাথঠাকুরদি অচৌবা হ্যুমেনিষ্ট অমনি। বিশ্ব মানবনি। মাগী হ্যুমেনিজম অসি উপনিষদ অমসুং নোংচুপকী লিবরেলিজমদগী শাগৎপনি। মাগী নেসনেলিজমদি অপাকপা হ্যুমেনিজমগী রাখলদা শাগৎপা মী অমগা মী অমগা থেরবা লৈন্তবা নীংতম্বা (ফ্রিদম) অমসুং মান্নবা (ইক্বালিতি) হায়বা বিশ্ব

দর্শন অসিনি। মানা হায়বা— "I have believed that the truth of man is in the Greater Man who is linked in the hearts of the greater masses". মসিনি মাগী জাতিয়তাবাদ। স্বদেশী আন্দোলনদা জালিনবালাবাগকী থৌদোক্তা মহাক তুমিন্না লৈথোক্তে— প্রতিবাদ কয়া তৌখি। বৃটিশ সরকারনা পীবা নাইতহুদ ফাউনা লৌখিদে। মীওইবগী চপ মান্নবা থাক্তা পুন্নকপদা অপনবা পীন্নিবা অথুবা মীৎযেং অমসুং সমাজগী চৎনবীশিংবু য়াম্না কম্না নিন্দা তৌই। বেঙ্গল থায়দোকপগী মতমদা ইবা মাগী নোভেল "গোরা" দা রাজনীতিগী নীংথৌ-তম্বা, হিন্দু মুসলিম খৎনবগী রাফম পন্নি। রবীন্দ্রনাথকী আন্দোলনগী তোথাযবা মত লৈ। বঙ্কীম বিবেকানন্দ, অরবিন্দ দৌনা দেশপ্রেম হাযবসি কখোকপগা লোয়নগদবা অৱা বা থাক্কী পোৎশক অমনি হায়বসি রবীন্দ্রনাথকী অচেৎপা মতনি। অহিংসা হায়বসি থম্মোয় কাচিন্দগী থোক্লকদবনি, কান্নবা, দবকায় লৈবদগী মপান্দগী নমফুদা অহিংসা লৈহনগদবা নত্তে। মতাং অসিন্নাইদা অমসুং অতোপ্পা হীরম কয়াদা গান্ধীগা রবীন্দ্রনাথকা খেন্নবা মোত কয়া লৈখি। অতুম ওইনমক রবীন্দ্রনাথকী "শিশু তীর্থ", "অগ্রদূত". "পরিত্রাণ"— শৈরেংশিং অমদি "পরিত্রম", "মুক্তাধারা"— লীলাশিং অসদা গান্ধীবাদকী মমি তাই। মাগী "জন - গন - মন"— জাতিগী ঈশৈ অসি ইমালৈবাক্কীদমক্তা কৎচবা নীংতম রাথলদগী শাগৎপা কবিগী অচৌবা দান অমনি।

অসুম্না নীংতম-আন্দোলনগী মতাংদা বাংলা সাহিত্যদা মরৈবাক নীংবা কবি, সাহিত্যকার কয়া চোঙথোক্লকখি। কবি রঙ্গলাল বন্দোপাধ্যাযগী— "পদ্মিণী", "উপাখ্যাণ", কবি হেমচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়গী "ভারত সঙ্গীত"— মরৈবাক নীংবা ঈশৈগীদমক মমিং চৎলি। থোইদোক্না মমিং চৎপা কবি অমদি— মীওইবগী নীংতম্বগী অচুম্বা ধর্ম্ম শন্দোকপা, দেশপ্রেমগী কবি, ওৎ-নৈবগী

মায়কোয়দা লৈরম্লি কবি, মসোৌরা যুগকী শৈরকপা, মরম অসিনা বিদ্রোহী কবি হায়না খঙনবা— কাজি নজরুল ইস্লামনি। নীংতম থাবক্তা চঙবা কবি অসি অখণ্ড ইতিহাসকী নোংমৈ লুহংবকী মরক্তা কাক্তগৎলকই, লোংথোল-চুংশিং মরক্তা উদ্রমই অদুগা জেলদা তুংদা লৌকরবা নোংগৈ-চুংশিং অমসুং কষ্টলোয়রমই। ইং ১৯২২ দা "ধূমকেতু" কৌবা বাই-রীতি অমা থোকই। সরকারনা থিংই, জেলদা থম্মই। মাগী 'ভাঙার গান' লিখিবা জিরাওলিজিঙ্গেরের মুভমেন্টগী লানগী খোল্লাউ ওইনা শীজিন্নখি— "কাউদ্রেরবসে অচুপা থুংলকলো লো/জেলগী থোংজাউ লোয়রিবা। থাদোকলো মৈ জেলখানা পূম্নমক/কিস্থহল্লো ওয়মক মঙ্গ থুরা মাংহন্দুনা।" অদুগা মাগী মমিং চৎলবা থগ্মোয় মৈ হোৎনবা অসিবা "বিদ্রোহী" না আন্দোলনকারীশিংগী থগ্মোয়দা মৈ চুখি। থিয়েটরগী জগতদা মমিং চৎলবা গীরিশচন্দ্র ঘোস লৈরি। মাগী শ্রেষ্ঠ লেমলেল থিয়েটরদা— দেশপ্রেমগী রাগীদা হুবা ঐতিহাসিক লীলা কয়া শাম্মখি। সত্যেন্দ্রনাথ দত্ত, তারাশঙ্কর বন্দোপাধ্যায়, অন্নদা শঙ্কর রায়, উপেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়, মন্মথ রায়, বনফুল— অসিনচিংবা সাহিত্যকার কয়ানা নীংতম-আন্দোলনগা মরী লৈনবা রাজনীতিগী রাখল চেনবা, মতমদুগী পুন্সিগী মমি তাবা, ইতিহাসকী খোজোক-রাখোক কয়া ইবা মপান নাইজ্রবা সাহিত্য কয়া পুথোক্লকখি। কলিকাতানা মতম কুয়না বৃটিশকী কোল্লং ওইবা, বৃটিশকী হাকচাংনবা শাফু কতশিবা-সংস্কৃতিগী কেন্দ্র ওইখিবদগী বেঙ্গলদা নীংতম-আন্দোলনগী হৌকম ওইখি। ভারতকী নীংতম আন্দোলনগী মতমদা বাংলা সাহিত্যদা থোক্লিবা থোয়রোক অমদি ঈবাং অসি থবা থেম্ররবসু ভারতকী অতোপ্পা অতৈগী সাহিত্যদসু অদুম থাক্লনা থোকখি।

হিন্দী সাহিত্যদা অগেংবা নেসনেলিজম (জাতিয়তাবাদ) অসি মমিং চুংলবা, শক্তি লৈরবা লেখক ভারতেন্দু হরীশ্চচন্দ্র

(১৮৫০-১৮৮৪) দা ফংই। মাগী মমিং লৌদুনা মতম অদুবু হিন্দী সাহিত্যদা "ভারতেন্দু পেরিওদ" হায়না খঙনৈ। মহাক অমসুং মাগী মতমগী মতুংইনবা অইবশিং অসিগী রাখল অসি সমাজ সংস্কারগী মপুংওইবা রাখলগী পরিংদগী লাক্লোকপা ঙমখিদে। হৌখ্রবা মিংচৎ নীংশিংদুনা শৈথাদা, পরম্পরাগী ফজবা গুণ শক-শোনবা, ইমালৈবাকপু শেথাদা হিন্দু রিভাইবেলজমগী পরিবর মসুংগী সাহিত্যগী শক্তমনি। মতমদুগী সমাজগী সমস্যাশিংনা মথোয়গী সাহিত্যগী মচাকনি।

মতুংদা লাকই পণ্ডিত মহাবীর প্রসাদ দ্বিবেদিগী মমিং লৌদুনা খোনবা "দ্বিবেদি পেরিওদ"। মতংসি ২০ শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপা চহী ২০ মুক্কী তাঙ্গনি অদুনি। গান্ধীজিগী 'লন্দি মখাদা নীংতম-আন্দোলন চঙশিল্লিনা মসি চৎনবা তাঙখৎলি। নীংতম আন্দোলনগী, মৈথিলি শরণগী 'প্রজাগীনী...' মসি চৎলবা কবি কয়া চোঙথোক্লকই মখোয় শরন গুপ্ত, রাম নরেশ ত্রিপাথি অমসুং মখনলাল চট্টোপাধ্যায় অসিনচিংনা কবি মখোয় মৈথিলি শরনগী "ভারত ভারতী" না মতমদুগী সাহিত্যগী ... ফজনা তাকই।

মতমসিদা চোঙথোক্লকই মশিং প্রেমচন্দ হিন্দী সাহিত্যগী নিংথৌরেল। মহাক্না হিন্দী সাহিত্যদা রোরেংগী অরাংবা থাক অমা পুরকপদ নত্তুনা অরংবা যুগ অমসু পুবকখি। মহাক রিভোলুসনরী থিঙ্কর অমনি। অদুগা মহাক আইকোনোক্লাষ্টসুনি পুন্নমক্কী মথক্তা প্রোগেসিভ রাইতরশিংগী লুচিংবা যিরাল পাযবা নিপা অমনি। ইং ১৯২০ দা গোরখপুরদা গান্ধীজিনা "নন কো-ওপরেসন মুভমেন্ট" গী মরমদা ডাঙবা তাবদা মপুক্লিং ওনখি চহী ২১ চুপ। তৌরক্লবা ডিপুটি ইন্সপেক্টর ওফ স্কুলসগী ফম থাদোকখি। মতুদগী গান্ধীজিগী প্রভাবতগী নাথৈদুনা সমাজদা অওনবা খরা পাম্বা রাখলদা চঙশিনবা গোখলেগী মায়কৈলোমদা

চিংশিনখি। মতুংদদি তশেংবা সমাজবাদকী রাখলদা লুপখি। বোলসেবিককী রাখল তশেংনা য়াখি। ইং ১৯৩৬ গী "প্রগতিশীল লেখক সংঘ" (প্রোগ্রেসিভ রাইতর্স কনফরেন্স) গী মমিং চৎলবা সভাপতিগী ভাষণ অদুদা প্রেমচন্দগী মার্ক্সকী রাখল পরীং অমদি প্রোগ্রেসিভ লিটরেচরগী রাখল-পোনিং অদু ময়েক শেংনা পনখি। মানা হায়— "ঐনা কলা হায়বসি অতোপ্পা পোৎকুম্না কান্নবগী খন্দা ওল্লি হায়না লাউথোকপসিদি ঐগী করিস্নু চীংননিংঙাই লৈজদে। ঐখোয়না ফজববু ওল্লিবা লমজৈ অসি হোংবা তাবান ... ... কলা হায়বসিনা তাক্লিবা অদুগা হৌজিক ফাওবদা মসিনা খওনরিবদি য়াম্না অখুবা ভাবদা ফজবগী মওংবু পুজা তৌবনি। খম থেংবা মীৎয়েং অদু কলানা য়েংবা ঙম্নবা হোৎনজ্রি। ... ... সাহিত্যগী মতিরদা লনতবু লুংশিবা মখোয়গী মফম লৈতে। ... ... অদুদগী মানা খোঞ্জেল হৌনা লাউখি— "ঐখোয় সমাজগী ফিরাল পায়দুনা চঙশিল্লিবা লাম্মীনি"। মহাক্না শিংদবা থা অনীগী মমাঙদা ইবা, য়াম্না নমিং চৎলবা রচনা "মহাজনী সভ্যতা" দসু হৌজিক্কী সমাজদা অনাবা লায়না পোকহল্লিবসি শেন্দোং তানবা আংসনা মরু ওইনা থোকহনবনি হায়না ময়েক শেংনা উৎলি।

প্রেমচন্দগী উপন্যাস, ড্রামা অমসুং রারীমচা কয়া অসিনা সমাজদা অনৌবা রাখল— অনৌবা পুন্সিগী মীৎয়েং অমদি পান্দম অমা পুরকখি। মাগী অহানবা উপন্যাস— "সোজ - ত্র - বতন" (লৈবাক্কী মৈচাক) সরকারনা থিংখি, মৈ থাখি। "প্রেমাশ্রম" গী লৌমীশিংদা গান্ধীজীগী অসহযোগ আন্দোলনগী মমি ফজনা তাবা উবা ফংই। ইং ১৯২২ দা লক্ষ্মৌদা "মুহর্রম" লুমিত্তা হিন্দু-মুসলিম কাঙলুপ মশেল থৎনবা অদুদগী শন্দোকখিবা য়েংথিনবগী মৈ অদুদগী লুংঙাইতদুনা "কর্বলা" কৌবা নাটক অমগা "কায়াকল্প" হায়বা উপন্যাস অসিগা ইখি। পুলিসকী হেঙ্গিনবা থবকশিংদা

থুংঙাইখিদবুনা "গবন" (১৯২৯) ইখিবনি। "রঙ্গভূমী", 'কর্মভূমী" উপন্যাসশিংদা গান্ধীজিগী ৱাখল্লগী মখি য়াম্না ফজনা তাই। প্রেমচন্দগী থুংঈশিংনা ভারতকী নীংতম আন্দোলনগী খোঙ্‌তা দা থুমাং চাউশিন্নবগী অকনবা খক্তি পীখি। ভারতকী লাইৱক শেম্লা অমদি অনৌবা ভারত শাগৎপদা প্রেমচন্দগী থুংইগী অচৌবা দান অমা যাউখি। অমুম্না হিন্দী সাহিত্যগী কবি কয়াক', নীংতম-আন্দোলনদা চোঙথোক্লক্কনা যাওখি। মখোয়গী কল্লমনা লিংজেল, থৌনা হাপ্পদ নত্তনা লোৎখয় তোখায়বা নীংতম-আন্দো লনগী শক্তম যেক্কুনা ফজরবা সাহিত্য অমা শেম্মই। ভারতকী নীংতম-আন্দোলনগা সাহিত্যগা লৈনবা মরী অসি বাংলা অমসুং হিন্দী সাহিত্যতদ নত্তে— ভারতকী লোল খুদি মক্কী লোল খুদিংগী সাহিত্যদা আন্দোলনগী ঈরাং চুদবা অত্তুগা আন্দোলনবু কারিগুম্বা মবম অমদা মথবায় হাপ্লনা ইদবা যাউদে। মরাঠি সাহিত্যদা মকুওইনা তান্দুনা লৈরি —তিলক, খাদিলকর পাবঙ্গে, সর্ভাকরনচিংবা লেখক, পণ্ডিত কয়া কয়া। পণ্ডিত তিলকপু "giant among men" হায়না কৌই। তিলকন "কেশরী" অমসুং পরঞ্জপে গী "কাল' চেফোঙশিংদা মৈ চৌরবা আর্টিকল কয়া, রাজনীতিগী ৱাবেং কয়া যাওখি। মতমতুদা তিলকনা লেখকশিং, কবিশিংগী ৱাখল মচাক লৌরক্ফম খ্বাইদগী চাউবা লৈবাক থুপ্পা শোন্নবিবা মীশক ওইখি। খাদিলকরগী লৈলাশি, (মকুওইনা "কিচকবধ"), হরি নারায়ণ অপ্তেগী উপন্যাসশিং, সভাকর, বিনায়কনচিংবা কাবশিংনা দেশপ্রেমগী মরমদা অমদি নীংতম-আন্দোলনগা মরী লৈনবা ৱিষয় কয়াদা লাইৱক কয়া হাখি। গুজরাতী সাহিত্যদা মপুং ওইনা লৈরি— মহাত্মা গান্ধী, অম্বরলাল সকারলাল দেসাই, উমাশঙ্কর জোশী, ঝিনভাই দেশাই, কে: এম: মুনশি, নন্দলালনচিংবা লেখক কয়া গুজরাত বিদ্যাপিঠ বিশ্ববিদ্যালয় লিঙখৎপদা সাহিত্যদা অচৌবা অহোংবা অমা

পুরক্‌খি। মহাত্মা গান্ধীগী খুৎই কয়ানা, চেফোঙ কয়ানা ভারতমচাশিংদা অনৌবা রাখল পোকহনগি অমসুং নীংতম-লানগী রাগল শন্দোকখি। কানাডা সাহিত্যনা অনৌবা থবায়-লিংজেল অমগা লোয়নন চঙলকপদি ইং ১৯২০ দগীনি। মরুওইনা কবি-শিংনা মরুওইবা শরুক য়াখি। অঙনবা পরেংগী কবিনা শান্তকবি, আনন্দকান্দ, গোবিন্দ পাইনি। অতুগা অথেংবা চোঙথোক্লকপা মমিং চৎপা কবিশিংনা—মস্তি, বিন্দরে, কুবেনপুনি। ড্রামা, উপন্যাসনচিংবা হীরমদদি থোইদোক্লা শীংথানবা য়াবা লৈতে।

তামিলনাডুনা ভারতকী রাজনীতি ক্ষেত্রদা রাজা গোপালচারী পুথোক্লকই। মহাক্তি নেতানি। অতুবু সাহিত্যগী লমদদি—অনৱ ওইরবা কবি—সিঃ সুব্রমনিয় ভারতী লৈরি। নীংতম-আন্দোলনদা মহাক্কী দান য়াম্না চাউই। মহাক্কী শৈরেং, ঈশৈ কয়ানা থম্মোয়দা নীংতম-রাখলগী মৈ চুখৎখি। মাগী মমাংদা রামজীঙ্গ, স্বামীগল, ভল্লালর, ময়ুরাম বিদ্যানয়াগর, গোপাল কৃষ্ণ ভারতীনচিংবা কবিশিং আসনা মরৈবাক নীংবগী শৈরেং কয়া ইতুনা অনৌবা রাখলগী য়ুমফম থোনগ্রবনি। তেলেগু সাহিত্যগী মতাংদদি কন্দুকুরী কুরেসলীঙ্গম অমসুং আরঃ ভিঃ আরঃ নাইডুনা সমাজ শেমদোক্লবা থবক কয়া পায়খৎপা হৌই মঙ্গীপুদি ভেনকতা শর্ম্মা, আরঃ এসঃ রাওনচিংবা কবিশিংনা মরুওইবা থৌদাং লৌখি। অসুম্না উরিয়া সাহিত্যদা —উৎকলমণি গোপালবন্ধু, ফকিরমোহন সেনাপতিনচিংবা কবিশিং পোকখি।

অসুম্না ভারতকী মফম খুদিংদা লোল খুদিংদা, সাহিত্য খুদিংদা নীংতম-আন্দোলনগী মমি তাদবা লৈতে। ভারতকী নীংতম-আন্দোলন অমদি সমাজ সংস্কারগী থৌদোক কয়ানা ভারতকী সাহিত্যদা মফম মতম থেন্নবস্তু হাকথেংননা অকনবা প্রভাব কয়া পীখি। লম লমগী লোলশিং অসিগী কবি কয়ানা দেশপ্রেমগী ঈশৈ কয়া শকখি। লেখক কয়ানা পোত্রওত্তিজম,

সোসিয়েল আইডিএল, নেসনেলিজমগী মরমদা মথল মথা কয়াগী লাইরিক ইখি। সমাজগী অনৌবা যাওল অমা লাকপা মতমদা মী খুদিংগী পুন্সিবু শীংনরকই— মতুগী পাউখুম সাহিত্যনা পীথি ভারতকী সাহিত্যনা তুমিন্না তুমদুনা লৈলেংখিদে – মাংদা, নাক-য়েওা থোক্লিবা থৌদোকশিংগা ঈরোয়ননা চংখি। নীংতম-আন্দোলননা ভারতকী লোল কয়াদা অনৌবা মথলগী সাহিত কয়া শেমবদা তেংবাংখি। বাবি, লেখক কয়াগী খুৎইগী থৌইন শিন্না ভারতনা নীংতম্বা ফংখি অদুগা অমরোমদা নীংতম আন্দো লননসু অনৌবা সাহিত্য, আধুনিক সাহিত্য শেমখি।

মণিপুরী সাহিত্যদা ভারতকী নীংতম আন্দোলনগা মরী লৈননা ইবা খুৎই য়াম্না তাংডই। মসিগী মরমদা সাহিত্যগী অকনবা অচৌবা ঈক্লৈ অমা ওইনা লাকপ, লেনদা ২০শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা চোঙথোক্লকখিবা খুৎনাবা কবিশিং, অইবশি তায়াম্বা ভরতকী নীংতম্বা আন্দোলনগী ঈবা ফংখদে মথোয়দা অনৌবা শিংল্লকবা রাজনীতিগী চেকশা অসি হুক্কু বাৎপা মরম্না মথোয়না ভারতকী নীংতম্বা আন্দোলনগা মরী লৈনবা সাহিত্য পুথোকপা ঙমখিদে। হৌখ্রবদা, মণিপুরদা চপচাবা, মওং তানা চথরকপা রাজনীতিগী ঈক্লৈ অসিদি য়াম্না থেংনা লাকখি— খৃঃ কুঃ ১৯৪৬দা কংগ্রেস পার্টি লিংখৎলি অদুগা মণিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টিনা খৃঃ কুঃ ১৯৪৮ দা শেমখি। মসিগী মনাঙদা নিখিল মণিপুরী মহাসভানচিংবা দল খবা রাজনীতিগী মওংদা থবক তৌবা হৌথি। অদুবু মথোয় অসি চপচাবা রাজ-নীতিগী পান্দম, আইদিওলোজি অমদি মনিফোষ্টো অমগী মথাদা শেমখিবা নত্তে।

খুৎমাবা অইবশিংগী মথুত্তগী ঐথোয়না ফংলিবা স্বদেশপ্রেমগী সাহিত্য অসিদি মজাতিগী কৃষ্টিবু মুংশিবদগী লাকপা চুমগী মরৈবাক মুংশিজদুনা শৈথাজবা, লৈশি-লৈথোক্তবা খুৎইশিংন

হয়াম্বনি। অদুবু মণিপুরদা নিপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না থম্মোয়না ভোল্ল-তারবা, লায়রবা লৌমী-শিম্মী, মীচম প্রজাবু তশেংনা হুংশিবা ঙমখি। মহাক্না নিংথৌগী শক্তি অমদি বৃটিশকী লাইলম শাসনগী মহুৎদা ওমহুনা লৈরিবা ওং-নৈবা অমদি ওইবগী শক্তিবু লান্না শিজিন্নবা অহু উবা ঙমখি। মহাক্তি মীয়ামগী অশেংবা নেতা হিজম ইরাবত সিংহনি (১৮৯৬-১৯৫১) লৌমী-শিম্মীশিংগী লচিংবা অসিনা মণিপুর অমসুং ভারতকী নীংতম্বা ফংনবগী আন্দোলনদা চপচাবা রাজনীতিগী ফিরেপ অম লৌখি। ইচত থৌনা নিংথে অমসুং বৃটিশিগী মায়োক্তা লেপ্পুনা সমাজ সংস্কারগী থবক কয়া তৌরম্মী। শক্সভাগী অমাং অশে, চন্দন-শেনথায়, পিজন চাকথাক, পোৎথাং বেগার, দোলাইরেং, ময়েক সন্ত্রি, জল সম্বন্ধি অসিনচিংবা ওং-নৈবগী চংনবী, মীগা মীগা মান্নদবগী পথাপশিং অসিগী মায়োক্তা ইরাবতনা আন্দোলন হোত্না লান্থেংং অমা চত্শিনখি। ভারতকী স্বদেশী আন্দোলনগী অহৌবা ইরাবতনা মাগী হুপ্পীগা লোয়ননা চেরাপ মমাংদা মীয়াম হত্না অমসুং খনহইনা ভাব নানা পায়খৎপা থৌও অমা। বন্দে মাতরম লাউবদুনা খংনী ফিরোল মৈ থাদোকখি। লুদগী খাদিগী ফিবোল শেংপা লৈখি। মসাক ইবুংঙো ইরাবতনা ইকাইখুম্নরবা পথক্তা মেহ্মরগী ফম থাদোক্নুনা মতমদুদা 'পূর্ণ দায়ীত্ব শাসন'গী দাবী তৌরিবা অসি শীংথানবা য়ারবা অমসুং যাম্না মাংজিল থাবা থবক অমনি।

নেতা ইরাবতনা মাগী রাথল অদু মীয়ামগী থম্মোয় খুদিংদা করম্না য়োৎনবা ঙমগদগে হায়না খনখি। ফজরবা পাম্বৈ অমা কংলে। ঈশৈ পামজরবা মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজগী দমক্তা ঈশৈ কয়া ইবে, স্বয় পাল্লে। মীয়ামগী থম্মোয়বু হৌদোকপা মবৈবাক নীংবগী ঈশৈ কয়া পুথোক্লে। মাগী ঈশৈনা মণিপুর শীনবা থুংনা শন্দোকখ্রে— ১। হৌরো হৌরো ভারত মচাশং,

২। হৌরো অরাবা অহিংগী অমম্বা কোক্লুনা, স্বাধিন্তাগী ঙুমিং থোরক্লে, ৩। চৎলো চৎশি ঈচিল ইনাউশা লৌমীগী লৈবাক শেমলুসি, ৪। থাঙ্গোল অতুময়া থাংউ থৌনা, ৫। চীং-তম পূম্বা লোয়না লাকলো আইন সভা তাল্লুসি অসিনচিংবা। খৃঃ কুঃ ১৯৪৫ দা নেত্রকলাদা (হৌজিক্কী বংলাদেশ) তৌখিবা কিষান সভাদা শকখিবা ইরাবতকী ঈশৈ অহু ভারতকী নীংতম-সাহিত্যাগী ফজরবা খুদোল অমা ওইরি—

অরাবা অহিংগী অমম্বা কোক্লুনা
স্বাধিন্তাগী ঙুমিং থোরক্লে মাঙদা
মরুপশিংগী থরায়না তত্তনা কৌরক্লে
য়াকায়ররে নঙগী থোঙজিন্দা।
হৌরো হৌরো হৌরো হৌরো লৈবাকপূম্বা
য়োৎহিলং চল্লবী ভারত ইমা কপ্পা মুক্তি পাম্মবী
থোঙ লোন্দুনা মঙ তমহুনা
তুমখিদরা তুমথুল হুন্না।
ভারত জাতিগী অচেৎপা রাশক
চহী য়াঙথৈগী মুক্তি সাধন
পোলোইসিদা মাঙখৎরেনে অরাবগী হাহাকার তেংথাবা।
শিদোরবা ভারতকী অরাবা মৈনা
শিরবা দেশ প্রেমদা তৌরি অভিশাপ
কোকহল্লু চোপ্পা, কোকহল্লু পাপ
চউথৎলবা একতা খুৎলাইনা।

ভারতকী নীংতম-লানগী অকনবা ঈহৌগী মমি তাখিবা অমসুং দেশপ্রেমগী ঈহৌবু ময়েক শেংনা ফোঙদোকখিবদি মণিপুরী থিয়েটরনি। এম, ডি, য়ু, এরিয়ান, রূপমহল, সোসাইটি থিয়েটর অমদি মফম কয়াদা লৈবা থিয়েটর য়ুনিটশিংনা নীংতম নমাঙদা মখল মথা কয়াগী মরৈবাক নীংবা অমসুং স্বদেশপ্রেম

উৎপা লীলা কয়া হন্না হন্না শান্নখি। মবৈবাক, মজাতি জুংশিবা উৎপা ঐতিহাসিক অমস্তুং সমাজিক লীলাশিং অসিদা মৱৈবাক জুংশিবগী ঈহৌনা থুমহৎলবা ঈশৈ কয়া মরাং কায়না য়াউই। নরসিংহ ( এল. ইবুংঙোহল ), ভাগ্যচন্দ্র ( দরেন্দ্রজিৎ ), মোয়ং খাঙ্গাল ( এস. কৃষ্ণমোহন ), টিপু সুলতান, মেৱার পতন, পঞ্জাব কেশরী রনজিৎ ( অহুবাদ ), ইন্দিয়া ( জি. সি. তোংব্রা ) অসিনচিংবা অসি মৱৈবাক নীংবগী ফজরবা থাখল ফোঙদোকপা লীলা চাকনি।

# মণিপুরী সাহিত্যগী সমস্যা
## ( ১৯৭৪—১৯৮৪ )

মতং কয়াদগী সাহিত্যগী সমস্যা নৈনবা য়াই। লাইরিক কোঙবা ভমদবগী অরাবা, শেল ফংদবগী চৈনা, লাইরিক মখল-শুনা অফবা লাইরিক কয়া ফংদবগী, নৈনবা রাৎপগী—অসিনচিংবা লোইবা নাইদবা মরম কয়া অতৎ অথম লৈতনা চীংথোক্লকপা য়াই। তৌইগুম্বস্নং মসিদি মপাম্থোংগী সমস্যানি। সহিত্যগী সমস্যা নৈনবা হায়বসি চুম্নগী শেল থুমগী হিসাব শুবশিংনা অমাঙ-অতোঙ, অরাৎ-অপাগী অচৌবা ব্যাল্যান্স সীট অমা পুথোকপগী মহুত্তা অইবশিংনা থেংনরিবা পুন্সিগী সমস্যা, মখোয়না থিরিবা পুন্সিগী অচুম্বগী মিংকুপশিং. মখোয়না অপাবশিংদা পুথোক্লক্লিবা মতমগী পুন্সিগী অচুম্বা শক্লোনশিং. মখোয়না য়েংলিবা মীৎয়েং অমস্নং হল্লিবা পুন্সিগী অর্থ, মখোয়গী ক্রিএটিভ এক্সপিরিয়েন্স অত্থগী ফজবা অমদি অচুম্বা অসিনচিংবা অসি থিবনা হেন্না পরীং চুম্বা লম্বী ওইগত্রা নীংই। শয়া হায়রবদা সাহিত্যগী সমস্যা হায়বসি কলা কৃষ্টিগী সমস্যানি। অহুনা কলা কৃষ্টিগী মীৎয়েংদগী অইবশিংনা হৌজিক্কী মতমদা থেংনরিবা সমস্যাশিং পুথোক্লবা হোৎনবনা ঐগী মপুং ওইবা পান্দমনি।

মথক্কী মীৎয়েং অসি থম্লগা চহী তরামুক্লা কোল্লিবা ( ইং ১৯৭৪ দগী ১৯৮৪ ফাওবা ) মণিপুরী সাহিত্যগী সমস্যা খরা পুথোক্লবা হোৎনজরি। নৈনজল্লিবা মওং অসি করিগুম্বা অকক্লবা অইবা অমগী লাইরিক লৌথৎলগা লাইরিক অত্থগী অফ-ফত্ত নৈনবগী মহুত্তা অইবা অত্থগী য়াম্না মরু ওই হায়না থঙ্গবা সমস্যা অহুদং লৌথৎনবা হোৎনজে। অইবশিংগী রাখল-মীৎয়েংগী

সমস্যা পুথোক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা মাগী মতমগী অইবশিংগা লৈনবা মরীসু পুথোক্লবা হোৎনজে। মসিগা লোয়ননা মতম অসিদা লাক্লিবা সাহিত্যগী ঈচেলশিংগী মশক তাক্লবা হোৎনবদসু পূক্নিং থম্লি।

অদুগা থোইদোক্লা মরুওইবা ৱাফম অমনা হৌজিক্কী মতমদা শিংলিবা মুংশিং অসি থেংনা ক্লাওদুনা মদুবু কূপশিন্না য়েংবা মীৎয়েংদগী লাকপা, অদুগা অশেংবা থম্মোয়, অচুম্বা অমদি মতম অসিগী সেন্সিবিলিটিদগী শাগৎলকপা হৌজিক্কী অনৌবা কলাগী ফজরবা, শীংথানবা য়ারবা খুৎশেমশিং অসিতনা ঐগী নৈনবগী মচাক ওইরি। শম্না হায়রবদা, মতমগী অনৌবা সাহিত্যগী মচন অমসুং মরমচৎ চেন্দবা সাহিত্যদি ফন ফজবা কলাগী খুৎশেম ওইদুনসু ঐনা নৈনজরিবা পরিবরগী ৱাংমদা থমজে। মীৎয়েং অসিনা মরুওইবা পাদম ওইরগা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী মরুওইবা শক্তম অমসুং শুপ্পগী মচঙ ওইবা সমস্যা খরা পুথোরুবা হোৎনজরি। মতমসিগী সাহিত্য মশক খঙবদা হেন্না ময়েক শেংনবা হায়দুনা লান মতুংদা ওইরক্লিবা মণিপুরী সমাজ অমদি মণিপুরীশিংদা শাগৎলক্লিবা ৱাখলগী ফিরেপ অসিগী মরী-মখোঙ, য়ুম্ফম অমসু শম্না উৎচরি।

চীংনা কোয়না পনশাবা, হাউনা কোয়না পনঙাকপা মণিপুর সনা লৈবাক্নি। কেনগনি হায়রবগী মীশাইদ, তাগনি হায়রবগী কল্লক্ত ঈংনা-তপ্পা পাল্লম্মী। অদুবু লান মতুংদা মণিপুরী পুন্সি খংহোং হোংখি। নোংচুপকী শিক্ষা অমসুং ঈরাং ফংবদগী ৱাখল মীৎয়েং পাকপা হেন্দোক্লকই।

রাজনীতিগী অচৌবা চেন্তনা লাকই। অদুনা রাজনীতিগী অধিকার তাক্লকই। ঐথোয়সু রাজ্য অমা ওইগদবনি হায়দুনা দাবী তান্দুনা মণিপুর মপুংফাবা রাজ্য অমা ওইখি। রাজ্য ওইরবা মতুংদা মণাগী লৈঙাকলোনগী থোদাং পুক্তবগী অচৌবা কোকথোং

অমা ননশিল্লকই। চাখুম তোঙান্না চাহনবগী মওংনি হুংফেং নিংখা তম্বগী রাখনস্তু লৈ অড়ুগা অহন্বা নাউকোন্দবগী অহেংবা কয়াস্তু মায়য়োক্নে। রাজ্য অমা ওইববা মতুংদা লমগী ষম্না মচি শাংই হায়বগী রাখল খরা খরা পীরশিল্লবই। দিল্লিগা মায়-য়োক্কনা রাম্রী শাবা ওম্বগী পৌনা. লিংঙল ফুদোক্লকই। মীখা থাবা, তোম্ববগী রাখল খরা খরা কোক্কক্কুনা মশাগী শকচু খরা খরা থোক্লকই। ম'সগা লোয়নন মপানগী লমশিংগা শম্নবা অমদি পৃথিবীগী ঈরাং কয়া লাকপদগী মীৎয়েং পাক্লা য়েংবা ষম্লকপগ। লোয়নন মশাগী ফীবমস্তু খঙজবা ঙমজরকখি।

চূড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা ওইরম্বা সমাজগী অমদি ধর্ম্মগী অচেৎপা চৎনবী, মোং হাদবা পুন্সি অদু বোধচন্দ্র মহারাজগী মতমদা খম্না খম্না লোমথোকপা হৌরকখি। অদুদগী নিংথৌগী শক্তি লৌথোকখিবদগীদি ধর্ম্মনা চেংনা যাভিন্দুনা থনব। মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজ অদু চেং চেং কিন্নবা হৌরকই। লেম শীজ, অচৌ অদু নংথো মচাশিংগী শক্তি অদু মতমগী গনতন্ত্র শাসনদা মীয়ামগী অপুনবা সাম্যভাবতা তিনখি।

ইং ১৯৬০ গী মতমদা ঈরাং অমা হৌরবই। মতম অসিদা নহাবোলশিংনা অনিবা রাখল, অমনবা থাডনবী, চৎনবীবু, ধর্ম্মগী ভোংশিংবু য়ানিংদবা, থাজদবগী ঈহৌ লাকপা হৌখি। লাইরিক হৈরবা নহাবোলশিংনা অহল্লোনবু শীংনবা হৌরকখি। মতম অসিদা মণিপুর সমাজদা ধর্ম্মগা পুন্সিগা অস্তুম অস্তুম লাপথোক্কবগী মশক ময়েক শেংলকই। হিন্দু ধর্ম্মগী চৎনবী মরু ওইনা আর্য্যগী সংস্কৃতি অসিবু য়ানিংদবগী ঈহৌ লাকখি। রাজনীতিদা তোখায়না তানিংব', মৈতৈগী অশেংবা মশক অমা থিবগী লম্বীদা চঙশিল্লকই। ঈচেল অসি অস্তুম অস্তুম খরা খরা কনখৎলকই। হৌজিক্তি মৈতৈ রিব্যাব্যালিজম হায়গন্না নত্রগা ফণ্ডামেন্টালিষ্ট রিভোলট হায়গন্না অকনবা ঈহৌ অমা লৈরি।

ঈহৌ অসিগী মরুওইবা মীৎয়েংব্রাখন্দি— হিন্দুগী ওইবা পূম্নমক্কী মায়য়োক্তা লেপ্পা অতুগা মৈতৈগী ওইবা পূম্নমক্কা মন্থুৎ শিনবা। ঈহৌ অসিগী মতুংইন্না সনাম্ভী লাইনিং মপাঙ্গল কনবা হেঙ্গৎলকই। মৈতৈগী ওইবা লাইনিং লাইশোন অরিবা ইপানাৎ-ইপুনাৎকী পোৎ কয়া পুথোক্লরকই, পাম্লরকই। হৌজিক হৌজিমক মণিপুরী সমাজদা মরুওইনা ধর্ম্মগী লম্বীদা হিন্দু অমসুং মৈতৈ অনীগী খেন্নবা মশক অমা তশেংনা লৈবি। চুম্না খেন্নবত নত্তনা অনী মসি মায়য়োক্লবা য়াদবা য়েক্লবদৌনা হেক হেক চীংখায়নরকই।

হৌজিক রাজনীতিগী মায়কৈদসু অহোংবা অমা লাক্লে। নহারোল কয়ানা নোংমৈ পায়বা, মন্নুংদা লোত্তুনা লালহৌবগী ঈহৌ অমা লাকই। সরকারনু ফোঙনা শীংনরকই। নহারোল-শিংগী থম্মোয়দা (চুম্নবু ওইরবসু লাম্নবু ওইরবসু) পেন্দবা, শাউ-নীংবা, মুংঙাইত্তবগী অকনবা ঈহৌ অমদি লৈরি। ঈহৌ অসিনা ভারত পূম্নমক মীৎয়েং চাংশিল্লি অতুগা অমরোমদসু নাকোইননা মৈতৈ মচাগী শৌনা, লিংজেল মৈতৈ মশক তাক্লবা ঈহৌ অমনি হায়না হৌতুনা নাখলগী মশোং কাংনরকই।

হৌজিক্কা রাজনীতিগী লুচিংবদা থাজবা লৈত্রবা, মখোয়গী লমজিংবু চিংনববা, শম্না হায়রবদা লুচিংবা লমজিংবিনবা লৈত্রবা সমাজ অমা ওইরে। শেনজা থুমজানা থল্লবা অফং অফং চোপ চোপ লাক্লরবা নিয়ম ইন্দ্রবা, মশা মশাগীত খনবা, হৌজিক হৌজিক্কীদ ময়েংবা, অহল লমন, অমাং অশেং থর্কাশি খাসিগী লোনচৎ লৈত্রবা মহৈ তম্বনা ফকবা মী শেমগানি হায়বগী থাজবা মাংগ্রবা, লুপা লুপীনা লমচৎ কোম্নবা, কাংথোং চাইরবা, মোৎনা-মাংনা পানবা সমাজ অমা ওইদি। হৌজিক্কী মতম অসি এজ ওফ নন-কনফার্মিষ্ট হায়গদ্রা এজ ওফ ডিসিডেন্ট হায়গদ্রা এজ ওফ এন্টি-হিন্দু হায়গদ্রা, এজ ওফ কেয়োস হায়গদ্রা— অচুম্বা লমচৎকী শক্তি লৈত্রবা,

অচুম্বা হায়বদু মাংখ্রবা, শেম্মা পুম্নমক জয় তৌগ্রবা, মীওইবগী মমলবু মশক খঙনদ্রবা, ইতাউ তাউবা, ইকোম-কোম্বা, ইথৌ থৌশাদবা পুন্সি মহিং অমদা হিবা. লৈং অমস্তুং শেন-থুমগী মমলনা পুম্নমব য়াই থাববা, অন্নবনা মতাইদা অনৈবনা মযাযদা চেল্লিবা পুন্সি মহিং অমদা ঈবাররি।

অতুনা হৌজিক্কী সমাজ অমস্ত সংস্কৃতিদা থোক্লিবা থৌদোকশিং. ঈরা, নযাম অসিনা মবল্লহৌগী অর্থদ নীহংগী পন্সদা অকনবা চৈথেং পীরি। চুম্মগা চৈথেং পীবগা লৌনা থৌদোকশিং অমদি ঈবা, মযাম অসিনা হন্না হন্না চৈথেং পীবদগী ঐখোয়গী বাখল্লা চঙখি অতুগা করিগুম্বা মীৎয়েং অমা, মপ্র'ফাবা য়াখল অমা শুরুহনা শাংকাইবকই। অতুবু হৌজিক যাম্না অববা য়াফম অমা ওইরিবদি — "Mass culture" (মীয়ামগী ঈহৌ) হায়বসিদি চপাং মখল অমনি। মাস কলচরনা সমাজ অমস্তুং বাজনা তৌবা কনথখিহুনা তমহুনা পুথিহুনা সাহিত্য, কলাবিদ্যাগী লমদাদ ... হাঙন, মসি হৌবা পোৎ শেকহল্লকই। মাস কলচরনদি ... থাক্কী কলচর পুরকপা। চনদে। মসিগী মায়োক্তা হৌজিক্কী লৈবাক্কী ঈহৌ অসিনা মণিপুরী সাহিত্য অমস্তুং সংস্কৃতিবু চাউখৎ-হল্লিব্রা, যগাং-হল্লিব্রা। নত্রগা চাউখৎহনবদা অঙানবা পাবরা। হায়রিবা চিংবগী যাম্না কুপ্পা নৈনবা দরকার ওই। মসিদি মখল চঙবা অকণবা সমস্যা অমনি। লৈনয়ম মতাং থোক্তবনা য়াফম অসিদি লাইথেহুনা থমজরি।

### শৈবেং : চন্দ্রনদী

শৈবেং— তুংমন্না লেপ্রে। শীংথানবা য়ায়রবা কবিশিং নীলকান্ত, সমরেন্দ্র, শ্রীবীরেন, নীলবীর মধুবীর, ইবোমচা, ইবোপিশকনচিংবগী অনৌবা শৈবেং ফংদবা মতম কুইরে। হুমফু অমদি হুম্ফুতরাগী

অঙনবা মতমদা শিংলকপা মণিপুরী শৈরেংগী অনৌবা মুংশিং, অনৌবা ঈন্তৌ অতু তুমিন্না পোখাড়না লৈখে। অদুম ওইনমক অহল ওইরবা কবি অনাগী খোঞ্জেল্দি লেপতে। অমনা, কবি মীনকেতন (তোন্নু লাইতি লেখী, ১৯৭৬, নাশৈরবগী শৈরোই, ১৯৭৭, অশৈরবগী নিত্যাইপদ, ১৯৭৬) অমন। নোঙ্গাওবা কবি সুরেন্দ্রজিৎ (বসন্তগী বাঁশী, ১৯৭৮)। অদুব বাব অনী অসি আধুনিক কবি হায়রবদি ঐহাক যাজবা ওমোই। শ্রীমীনকেতনদি পুরাণ অমদি মধ্যযুগতা হি জবমবদি যান্না পকচনমগনি। অদুগা কবি সুরেন্দ্রজিৎনা বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথকা য়াম্না নৈরেন্দনা [illegible] চবা লৈরা অমনি। অদুনা কবি অনীমক এহাক্না নেনভরিবা [illegible]গী মন্নদা চাংশিনখ্রবদি থরা লানা পোনই।

[illegible] [illegible] শৈরেং "[illegible] দ [illegible] এ লিটল মোর"
—[illegible]

[illegible] হোত্নিক্কী মণিপুরী শৈরেংগী [illegible] [illegible] লাক্লিবা অনীখক লৌশিনবা লৈরবা [illegible]। [illegible] [illegible] মমাঙদা ফোঙাখিবা, শীংথানবা য়াম্বা আধুনিক কবি [illegible]গী থঙ্গৎলবা শৈরেংগা পোমজিনবা লাইরিক '[illegible] তাম্বা খোঞ্জেল" (নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ১৯৭৫) অদুগা অতোপ্প লাইরিক অমনা শ্রী[illegible]গী "মসিনা ইম্ফালগা বারীনি" (য়ুনিভর্সেল লিটরেরি এসোসিয়েশন, ১৯৭৮)। [illegible] [illegible] লাইরিক অনী অসিনা হৌজিক [illegible] মণিপুরী শৈরেংগা [illegible] [illegible] [illegible] তাক্ত্র হায়না লৌবা যাই।

"অতোপ্পা খোঞ্জেল"গী য়াহৌদোক্তা মণিপুরগী [illegible] [illegible] ঐক্রিটিক মরানা (মখোয়না সম্পাদক মণ্ডলনি— গৌবদাস, য়োগেন্দ্র, শ্রীবীরেন অমসুং জয়চন্দ্র) যাম্না বৃপ্পা নৈনদুনা অনৌবা মণিপুরী

শৈরেংগী মশক অমা তাকপদ নত্তনা কবিশিংগী তোখায় তোখায়বা রাখল মীৎয়েং, মখোয়গী ষ্টাইলস্তু মচা উৎলি। তশেংবমক য়াম্না মরীক চুম্বা রাহৌদোক অমনি। তৌইগুম্বস্তুং মখোয়না নোংচুপকী মীৎয়েংনা পাদম ওইতুনা নাপ ওল্লগা পানশিন্দুনা কন্না য়েংখিবা মরম্না ঐখোয়গী কবিশিংনা পুকচেল শেংনা য়েংজরিবা ঐখোয়গী কিবমগী মচম্বা মশক খরা পুথোকচরক্লিবা অসি শেরাম্লনা পুথোক্লকপা য়াউই। মখোয়গী মিৎয়েং অসি লাইনাগী হৌরকফম মরু থিবগী মহুত্তা মপানগী লৈথেং ময়াম অত্তুবু নৈনবদৌনা তৌই।

এখোয়গী আধুনিক কবিশিংগী মপুং ওইবা শৈহেক্তি অরিবা ভেল্যু, কজনা থাজবক্কবা, লমচৎ মাঙথবকপগী নীংবা কায়রবা শৈহেক্লি। হিংবগী চৈথেংনা কন্না ফজিল্লক্তুনা পোত্থাফম খঙদ্রবা, অচুম্বা অনদি থাজবা মাঙথ্রবা পুন্সিগী মশক অসিনি। সমাজগী তমথিবা, তৌশিন্নবা মশকশিং অত্তু ময়েক শেংনা পুথোক্লকপনি। অত্তুগা নোংচুপলোমদা লৈরিবা মেতাফিজিকেল এঙ্গুইশ, লোন-লিনেশ, এলিয়েনেশন, লম্মাংনবা, নাইতোম তাবা অহাঙবা, ক্রাইসিস ওফ আইদেন্টিটি অসিনচিংবা ঐখোয়গী কবিশিংনা উৎলি হায়না দাবী তৌনবসি ঐখোয়গী কবিশিংগী মপুং ওইবা মীৎয়েং রাখল ওইনস্তু থেংনদে। (অত্তুগা কবিগুম্বা উৎলম্বা তারবস্তু মত্তু অশেংবা এক্সপিরিয়েন্সদগী থোক্লকপা মশক্লি হায়না লৌবা ঙম্লোই)। অত্তুনা ঐখোয়গী কবিশিংনা পূকচেল শেংনা পুথোক্লিবা, মখোয়দা ফাওবিবা, মখোয়না উৎলিবা পুন্সিগী মশক অসি মণিপুরী এক্সপি-রিয়েন্সগী চাশিন্নন, য়েংতুনা, মণিপুরী পুন্সিদগী য়েংতুনা অমুক্কা কপ্পা নৈনত্তনা অশেংবা মশক অমা অমুক পুথোক্লবা হোৎনবা দরকার ওইহবি হায়বসি ঐনা চেৎনা থাজে। খুদম ওইনা "অতোপ্পা খোঞ্জেল" দা শ্রীবীরেনগী শৈরেংশিংনা উৎলি হায়রিবা— "লম্মাঙ-নরকপা পুন্সি মশক, শম্নদ্রবা মচেৎ মচেৎ কায়শিল্লক্লিবা পুন্সিগী

এক্সপরিএন্স, পাউখুন্ন যংদ্রবা ৱাহং কয়া, ক্রাইশিস ওফ আই-দেনতিতি, - হিংনা হিংনা পুন্সিগীদমক মিপাইরকপা, ঈশ্বর শিগ্রবদা মীওইবনা ওইহৌবা অহাঙবা অমসুং নাইতোম তারকপগী মশক, খোঙদাকম অমসুং লৈতাকম খঙদবা পুন্সিগী মূর্তিশিং" (ৱাহৌদোক্কী লামাই ১০ অমসুং ১১) অসিনচিংবা অসি মাগী শৈরেংশিংদা য়াউব্রা হায়দুনা হন্না হন্না কন্না হুমদুনা থিজবদা ইয়াউ য়াউবা থেংনজদে। ঐনা শ্রীবীরেনগী কবিতাদা উজবদি অচুম্বা অমা থিবদা, হায়বদা তাবিদ্রবা, অচুম্বগী মশক মাঙশিল্লকপা ('চাফদ্রবা লাইগী য়েন'), মতমগী ঈচেন্না অনৌবা সভ্যতানা মীওইবগী ফজবা, হ্যুম্যেন ভ্যেলু, ফজবগী মমলবু থৌশারক্কবা, ('তাংখুল হুই'), মীওইবগী মরী কোমথোক্লকপা, থাজনরক্কবা ('মেম্বর') মশকশিং অসি মপুং ওইনা উৎপা থেংনৈ। অদুগা পুন্সিগী অচুম্বা, ফজবা পুন্নমক মতমগী মহিংদা লুপাশিনখিবা তাবা, বলিদান তৌবা তারকপা পুন্সিগী মশক অসি মাগী 'মসিনা ইম্ফালগী ৱারীনি' হায়বা অসিদা উৎপা থেংনৈ। চুমই, কবিতাগী অর্থ হনবদা খেন্নবা য়াই। অদুগা আলোচক অমগা আলোচক অমগগী মীৎয়েংসু তোঙানবা ওইথোক্কবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং কবিনা হায়রিবা খরদা মোত খেন্নবা নত্তনা কবিনা শুকহায় হায়জদবা পোৎ ময়াম অমা থাংজিল্লভুনা হায়জিনবা তারবদি মত্থু অরানবা মীৎয়েং ওইবত নত্তনা শেরান্নন লমজিংবা মখল অমনি। শ্রীবীরেন্না মাগী লাইরিক্কী ৱাহৌদোক্কা পল্লিবা "......ঐখোয়গী কবিতাবু ঐখোয়গী কৃতিকশিংনা শক খঙবিদ্রি" হায়বা ৱাকৎ অসিগী অচুম্বা লৈব্রা খল্লি। ঐখোয়গী আধুনিক কবিশিংনা মতমগী পুন্সিবু য়াম্না কুপ্পা য়েংই। মখোয়না উংলিবা মতমগী পুন্সিবু মশক মুন্না খঙবা ঙম্বদা ফীজংনা কুপ্পুনা থনম্লবা অচুম্বগী অনৌবা মঙাল অমা শোয়দনা উবা যংখিনি। পুন্সিগী অনৌবা অর্থ কয়া শোয়দনা থোক্লকখিগনি হায়বসি চেৎনা থাজে।

## ড্রামা ঃ মতমগী মখল-মথেল পুন্সি

### তোংব্রা ঃ মতমগী' ওইদবগী মায়খুন

তোংব্রা ফিজেত্তা মৈতৈ অহল্লি। রাখন্দনা মতমগী ঈয়াং চেনবা য়ক লাউবা নহানি। ফেজোম শেৎপা, রাইসকৎ লিৎপা, লিচৈ পায়বা, মোফলর য়েৎপা, চন্দোন থিন্দবা বৈষ্ণব মানবা অহল অসিমক আধুনিক ওইবা লৈজে। (মহাক্না কবি মীনকেতনগা অমুক্তা চাংদম্নবিনু।) মহাক মণিপুরী সমাজগী মতমগী মীহুন শূবিবা মাইবনি। মাগী অনৌবা লীলাশিংগী মনুংদা 'ঙবোংখাউ' (১৯৭৫) অমদি 'উপু বাক্সি' (১৯৭৬)— লীলা অনী অসি য়াম্না রাখল-চঙবা লীলানি। অতৈনা 'রাবেং লীলা মথেল' (১৯৮১), 'লীলা মতেক মঙা' (১৯৭৯) নি। ইমুং মনুংগী বাথোক, লৈঙাক-লোনগী অশোয়বা, সমাজগী অশোনবা, পেন্দন, কম্না নোক্নহুনা, করেম্নহুনা মমাংদা ইবন্দগী মীওইবগী পুন্সিগ অকবা সমস্যা থরদা তেম্না মনুংহনজিন্না চঙশিনবা খোঙজং অমা থেংনি। মসি অফবা খোঙজং অমনি।

'ঙবোংখাউ' দা মুংঙাইববা, পৌদোক্না, ঈশৈ-নোংমাই, ফাগি-য়ুগাইনা নমহৎথিহুনা ঙবোংখাউ মনুংদা স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লিবা তা তোমাল্লোগী অবাবা দশাবু হেক্লহেক কাউথোকপগুম তৌই। তোমাল্লোগী দশাদি য়াম্না ফজরবা মোর্দন ট্রেজেদি অমনি। মতমগী মহিংনা মথৌরি মেৎলিবা মতমসিগী অৱাবা অমনি। 'উপুবাক্সি' দা অহল ওইবক্লবদা মচামশুশিংনা থৌশানিরক্লবা, নীংবা কায়রবা, কাংথথাঙ ওইরবা নিপা অমগী অৱা পুন্সি উৎলি। সেক্সপিয়ারগী নিংথৌ লীয়ারগী অৱা দশা অদু অহল ওইরকপা মীখুদিংদা থোকপা য়াবগুম 'উপুবাক্সি' গী শেক্সেংগী অৱাবদু হৌজিক্কী মীপুম খুদিংদা থোকপা য়াই। ওইদবা তাং তৌবনা অচুম্ববু

নমহত্তুনা শাসন তৌরিবা হৌজিক্কী মতমগী পুন্সি মহিংগী অচুম্বা মশকপু ময়েক শেংনা উৎলিবা ড্রামাটিষ্ট অমনি।

তোংব্রানা মাগী লীলাশিং অসিদা হৌজিক মতমগী পুন্সিগী মন্নুংদা লোত্তুনা লৈরিবা হিংবগী সমস্যা পুথোকপা ওয়বস্তু মাগী খুংইগী মতাংদা অচৌবা অশোইবা অনীথক থেংনৈ। মাগী অশোইবা অমনা কলাগী খুৎশেমদা য়াম্না কোমথোকই, থৌশাদে। অতোপ্পা অমনা— থম্মোয় নৌথবা, থম্মোয় পেৎপা, কপ্পা অসি নামুংবা অইবা অমা ওইবনা মীওইবা পুন্সিগী অরা শক্লোন উৎলকপদা তয়াং-তয়াংনা থোকপা, ইকং কংবা মীওং মানবদোনা তৌই। মানবুদ্দি তত্তনা হায়জে— মীওইবগী পুন্সি অসি কপ্পা নোংপাগী অনীগী লংদাইনি। কপকত্রা নোক্কত্রা খঙদে। ঐখোয়না তেংব্রাবু অনৌবা রাখল থনবা কোক অমা পুতুনা চংপগা লোয়ননা কোক অত্নবুস্তুবু থাউ তৈবিতুনা ফজনা মশম মনা হাংতোকহল্লিই। অাইডয়াগা কলাগী খুৎশেমগা খুৎশম্মনা, খোং মাপ্পনা ফজনা উৎপা ওয়বদি মাগী লীলাদা মাষ্টরপীচ ওইগদবা যাম্না যাউবি নীই।

## অবাম্বম সমবেন্দ্র : ভাবনা শাবা মিডল ক্লাসকী সমস্যা

শ্রী অবাম্বম সমবেন্দ্রগী খ্বাইদগী থেঙনা ফোঙলকপা লীলাদি "য়েন্নীংথাগী ঈশৈ" (১৯৮১) নি। সমবেন্দ্রনা মাগী লীলাশিংদা ইমুং মন্নুংগী সমস্যা কয়া পুথোক্কনা নৈনৈ। ময়ায় ওইবা থাক্কী মীওইবগী ভেল্যুগা (middle class value) মীচমগী ভেল্যুগা মুকথায়নবগী মশক অমা তত্তনা উৎলি। থেংগাইনহল্লিবা থৌদোকশিংনা ইমুংগী ড্রোয়িং রুমদনি। নৈহৎপীরবা, মশাগী মশক থিজরিবা মীচমগী মায়কৈদা লেপ্লুনা ময়ায় ওইবা থাক্কি তাং তৌবা, মায়াগী পুন্সিবু হুংথং পায়তুনা কন্না থুগাইরিবা লীলা ইবা অমনি। "য়েন্নিং থাগী ঈশৈ" দা কলাকার ইমো (মীচমগী

ভেল্যুব্বু মতুং শিল্লিবা) গা বসন্ত, সনাবৈ (মিডল ক্লাস ভেল্যুব্বু মতুং শিল্লিবা) ভেল্যুগা মুনংবা, থেংগাইনবা উৎলি। অহৈবনা ইনোগী মীচঙ চঙদুনা বসন্ত অমসুং সনাবেগী values শিং অদু অরানবনি হায়বসি উৎনরী হে [illegible]।

মসিদা খন্নবা যাবা [illegible] অমদা — শি[illegible]নেন্দ্রনা মাগী লীলাশিংদা পুথোক্লিরিবা মিডল ক্লাসকী ভেল্যুগী মতম অসি মণিপুরী সমাজদা লৈব্রা? হায়রবা অসিনি। ওশেংবদা [illegible] ওইবা থাক্কী ভেল্যুগী মতম অসি মণিপুর সমাজদা লৈতে। মসি মণিপুরদা সমাজনা য়ানরবা [illegible]। অমসুং সমাজগী [illegible] অমা ওইনা লৈবা উদে। [illegible] মনি মণিপুর [illegible] ওশেংনা লৈতবা পোৎ অমবু [illegible] ভাবনা [illegible]। পুথোকপা অহৈবগী বাখল ভাব অমনি।

সমাজ্জুনা মাগী [illegible] — [illegible] খুনবনা লাযনবব্বু উশিঙনা, হৌনা খনগা, গপ তৌনা, মী ওইনা উদবা, [illegible] বাখলতা অসিদি [illegible] মীওইবগী [illegible]। মসিদি মী মীহুদা [illegible]। [illegible] সমাজ অমগী ভেল্যু সিষ্টেমদগী থোক্লকপা [illegible], অসি চনমতা [illegible]। [illegible] মিডল [illegible] মীওইশিংগা লমচং, বাখল, [illegible] অহুদ [illegible] ওইবা "ক্লাস" অগী থোক্লকপা ভেল্যু নত্তে।

মণিপুরগী সমাজগী চংনবা [illegible] অচৌবা [illegible], লায়ব-ইনাক খুনগা থায়দে। সমাজগী থবক্তা ধর্ম্মগা মনী লৈনবা উৎসবশিংদা উবা অমত্রা ওইনা চপমান্নবা [illegible]। কবি অমুক হায়গনি লায়রবী ইবেমহল, চেং যোনবী থাবকথা, ওক্তবী কেতুকা [illegible] হৈজিংপোট পুরদা ফজনা শেং চাহুনা মকোক থানা লাকই। সমাজগী পুক্সিদা চংনবী কয়াদা পূম্নমক বার্ত্তণ তৌই, পূম্নমক্কী মফম চপচানা লৈ।

ৱাফম অসি অমুক্কা ময়েক শেংনবা— লাইরিক খরা লৌখত্তুনা নৈনবা য়াই। ঐখোয়না খঙই খা ভারতত্তদি জাতি-ভেদ, হরিজনগী ৱাথোক। মসিগা লোয়ননা ব্রামিনিজমগী চাউরবা ঈচেল অমসু লৈ। অদুনা মখোয়গী সমাজদা খেন্নবা ক্লাস (শাগৈ) অমসুং মদুগী ভ্যেলু সিষ্টেমদগী থোক্লকপা খেন্নবা ভ্যেলুশিং অদু ময়েক শেংনা অতুম্মক লৈ। সমস্যা অসি মমিং চৎলবা কনাড়াগী উপন্যাসকার য়ু, আর, আনন্দ মূর্ত্তিগী উপন্যাস 'সংস্কার, দা (১৯৬৫) ময়েক শেংনা উৎলি। উপন্যাস অসি ওর্থোদোক্স ব্রামিনিজম, এন্টি ব্রামিনিজমগী ভ্যেলু অনী অসিগী থেংনবা উৎপা ফজরবা উপন্যাস অমনি। অদুম্না কে, শিবরাম করণ্ঠগী কনাড়া উপন্যাস "চোমা ডুদি" দা মীনাই চোমানা শুপ্পগী মাগী পুন্সিদা লৌ উবা নিপা অমা ওইজগে হায়না কন্না হোৎনজখি। অদুবু ব্রামিনিকেল ভ্যেল্যুনা অতোনবা মীনা লৌ উবা থিংই, য়াদে। চোমানা কন্না হোৎনজখি। লাম্থেংনজখি। ঙমখিদে। য়ু ধমাধমদা থকচিল্লগা থোলক থিন্দুনা শিখি। চোমাবু হাৎলিবসি ভ্যেলু সিষ্টেম অদুননি। অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক ৱাত্তে। প্রেমচন্দগী 'গোদান', মুল্ক রাজ আনন্দগী 'অনটচ্যাবল', টি, শিবশঙ্কর পিল্লাইগী 'স্ক্যাবেঞ্জরস সন' নচিংবা কয়া লৈরি। মথক্কী নৈনরিবা অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি সমরেন্দ্রনা শাগৎলিবা মিডল ক্লাসকী ভ্যেলুশিং অসি মণিপুরগী সোসিয়েল সিষ্টেমদগী শাগৎলকপা নত্তে, অইবনা মশানা শেম-জিন্দুনা পুথোক্লকপা ৱাখল, শক্তম অমনি।

নহারোল অইবা খরা: চাংয়েংগী লম্বীদা

হৌজিক হৌজিক লীলা কন্না ইরিবা নহারোল খরা লৈ। মখোয়গী মরক্তগী তোমথিন ওইরিবদি শ্রীঅথোকপম তোমচৌনি। মাগী 'জালী-মী' (১৯৭৫), 'শম্বল' (১৯৭৯) দা মীওইবগী অপঙবা মশোনবা অমদি সমাজগী তৌশিন্নবা তাৎ ময়াম অসি করেম্না

উৎলি। লীলা থুৎই— সনাজিক ওইবা, কাবয়বা, ফংগি জগাই— তোংব্রাগী মওংনি। মহাক মণিপুরগী শনাগুবা ত্রো ব্রানি হায়বা যাই। 'জাগী মীদা' মতমগী মহিনা শাফু কনা য়েংশিল্লক্লুনা মীওইশংগী মমল খঙলক্লুবা পুন্সি অমা ওইবে হায়বসি তোনচোন। থরায় শোক্লা পুথোক্লকই। মহাক মীচমগী অরানদা, সমাজগী অরাবদা তেংগা বিবা ড্রামাটিষ্ট অমনি।

ম ব্লউ, কামনী (খোনদোন মরোবী, ১৯৮০, খোঙ্গমগৌল্ল, ১৯৮০), মন্নাম নাজেন (লাই খুৎশাংবী, ১৯৮০, চেকখাইরবী মালেম, ১৯৮১), মোইরাং মীবেন (ভোট খোম্বা,) লোলাশিংদা হৌজিক্কী সনাভগী নৈহৎপা, থুহৎপীবা, শুমত্তুনা চানগী পুন্সি উৎনবা হোংলে। অদুবু মখক্তা তাউত্তুনা লৌবা মপান্থোংগী সমস্যা থবা হায়নবা হোৎনবা ওইনা তৌই। মথোয়গী চংগাবা মীংয়ে যিবেপ খঙবা রানা থে ক্ল।

## উপন্যাস: থাইনগী লৈবাক লৈন্নুংশি

লৈবেগী মতৌইগম মণিপুরী উপন্যাসস্ত্র ভুনিল্লা লৈগ্রে। খুঃ কুনঙা ১৯৬০ দা লাকনবা অনৌবা উপন্যাসকী ঈংজৌ অত্তুদগী মখা চথবকপা থেংনদে। অদুবু চহী খবসিদা ফোংলকপা পনবা যাবা উপন্যাস অনখক্ত - শ্রীমতী বিনোদিনীগী 'বড সাহেব ওংবী সনাতোম্বী' (১৯৭৬) অমস্তুং পাচাগী 'থাবিল' (১৯৭৯)। তান চানভ্রং। ওইবা যাই, মসিং লৈববা উপন্যাসকার অনী অসিগী উপন্যাস অনীমক থিমদা অমস্তুং বাবীগী য়ুমফমদা হায়রপ নাঙ্লে। থিমনা ত্তুংশিনবা, রারানা মপুবোইবা লৈনা লৈন। মরা ভাঙনবা অত্তুগা ফোংইদোর, থাইনগী ইতিহাসকী হৌথ্রবা মতমগী রানী। উপন্যাস অনীনক পাবা ত্তুংঙাইবদা, রারী ত্তুভাইনদা, ত্তুংশিনবগী শক্রোল উৎপদা, থায়নগী পুন্সিবু মযেক লানা উৎনবপদা ফজবা মশক কয়া থেংনৈ। মসিমক্লা মরম ওইত্তুনা মথোয়গী চন্নফম শোয়দনা

মচানা জয় তৌরি। মণিপুরদত নত্তনা ভারতকী সাহিত্যগী ওইনসু ৱারী মচানা লন লমগী পংখৈ লাম্থোক্তুনা য়াম্না মম্নিং চৎলবা, শক্তি লৈরবা সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইনা মায় পাক্না লেপ্লি। ইং কুমঃ ১৯৬০ গী মতমদা ৱারী-মচাগী অকনবা ঈহৌ অমা লাকখি। ঈহৌদুদা বিনোদিনী, কুঞ্জমোহন, শ্রীবীরেন, নীলবীর, গুণ, দীনমনি, চিত্রেশ্বরনচিংবা থোক্লককখি। মসিগী ঈচেল অসি হৌজিকসু লেপ্তনা চেন্থরি। বীরমণিগী 'পিকনিক পিকনিক' (১৯৮০) অমসুং 'চেক্লা পাইথ্রবদা' (১৯৮১); কুঞ্জমোহনগী 'থৱান-মিচাক অমনা কেনখিবা' (১৯৭৯), দীনমনিগী 'তিংখংলৈ' (১৯৭৭) অমসুং 'পিষ্টোল অমা কুন্দাল্লৈ অমা' (১৯৮১), হিজম গুণগী 'লংজিন মাঙথ্রবা কিশি' (১৯৮১), রজনীকান্তগী 'কালেন্থাগী লৈপাক্লে' (১৯৭৯), শরৎচন্দ্র নোংথোম্বগী 'অহেনবা ঈ' (১৯৮১), লাইতোঞ্জম প্রেমচান্দগী 'শাহিং চাবা অমগী ৱারী' (১৯৮২), সোনামনিগী 'জগন্নাথ পুজারী' (১৯৮২), অসিনচিংবা অসি মতমসিদা থোক্লকপা ৱারী মচাশিংনি। ৱারী মচা ইবশিং অসিগী মনুংদা শীংথানবা য়ানা, তোমথিন ওইনা চোংথোক্লক্লিবা অইবা অনীখক্তি—বীরমণি অমসুং দীনমনিনি।

বীরমণিগী ৱারীমচাশিংনা লৈত লাইরবগী, সিষ্টেমসিনা নৈহৎপীরবশিংগী মরমদা উৎলবসু বাংলাগী শরতচন্দ্রগুম্না নুপীগী থম্মোয়গী মনল অমা পুথোক্লবা কন্না হোৎনৈ। সমাজ অমসুং ফিবম-মতম্না লাকশিল্লক্লিবা পুন্সি মহিং অসিদা ওইরকপা মীওইবগী ফিবমদা কুপ্না য়েংই অতুগা মখোয়গী পুন্সিগী মশক অমা মীচঙ-মীথায় নাইদনা পুথোক্লকই। নীংথিজরবা এলিগোরীগী মতেংনা পুন্সিগী অচুম্বা থিনবা হোৎনরিবা 'পিকনিক পিকনিক' ৱারী মচা অসি অনৌবা মণিপুরী ৱারীমচাগী মশক তাক্লিবা ফজরবা খুংশেন অমনি। লমচৎ য়াউদ্রবা হৌজিক্কী ইকোম কোম্বা পুন্সি উৎপদা শেলনা, শক্তিনা নৈহৎপীরবা মীচমগী পুন্সি ইঙ্গিৎনা উৎপদা,

গতি লৈতনা অচৌবা শক্তিবু মীংনবগী মশক উৎপদা ৱারী মচা অসি থোইদোকনা মগুণ য়াম্না লৈ।) শ্রীদীনমনিগী 'পিষ্টোল অমা কুন্দাল্লে অমা' লাইরিক অসিদা য়াউরিবা ৱারীশিং অসি মাগী হান্নগী ৱারীশিংদগী হেন্না লুস্না, ৱাখল মমুন ফাবা অমদি পুন্সিগী এক্সপিরিয়েন্সবু খরা হেন্না মরীক চুম্না য়েকপা থেংনৈ। 'দ্রুত বিলম্বিত'— য়োশিনবা থম্মোয়গী মশক উৎপা, মীনুংশি অমনা কোল্লিবা মীওইবগী কাউঙমন্ত্রবা ৱারী অমনি। 'পিষ্টোল অমা কুন্দাল্লে অমা,' 'ঈচেল খকথ্রবা তীর্থ মচা মচা'নচিংবা ৱারীশিং অসিদা সিচুয়েশন শেম্না হৈনবগী গুণ থেংনৈ। য়ুম্বাল্লবা নুপা-নুপীগী পুন্সিদা অইবনা মীৎয়েং থমতুনা মখোয়গী অচুম্বা মিংকুপশিং উৎলকই অতুগা ঐখোয়দা মীনুংশিগী স্বর অমা তত্তনা তাহল্লি।

সমালোচনা সাহিত্য ঃ নোংপোক অমসুং নোংচুপ থেংগাইনবা

তাঙলবা হৌজিক্কী মণিপুরী সমালোচনাগী সাহিত্যদা তোক-খায়রবা মীৎয়েং অনী থেংনবগী য়াম্না নুংঙাইরবা অমা লৈরি। সমস্যা অসি খরা কুপ্না নৈনফম থোকই। সমস্যা অসিগী মওং তাকপা য়াবা আলোচনাগী লাইরিক অনীনি—অমনা 'ডাঃ কমল ঃ নৈনবা ৱারেং' (সম্পাদকঃ দামোদর, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইং ১৯৮২) অতুগা অতোপ্পা অমনা 'মহাকবি কালিদাস অমসুং মাগী সাহিত্য' (মণিপুর সংস্কৃত পরিষদ, ১৯৮২)। অহানবগী লাইরিক অসিনা নোংচুপকী সাহিত্য নৈনরোলগী মীৎয়েংদগী কবি কমলবু মশক তাক্নবা হোৎনবা লাইরিক অমনি অতুগা অকোনবগী অসিনা গুপ্তগী ভারতকী আলঙ্কার শাস্ত্রগী মীৎয়েংদগী কবি কালিদাসপু মশক তাক্লিবা লাইরিক্লি। হৌজিক মাঙদা তারিবা অরুবা সমস্যাদি মণিপুরী সাহিত্য নৈনবদা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী ইস্থেটিক্সকী ফ্রিরেপ করি ওইফম থোকপগে? অনী অসিগী মিলন ওইথোকপ্রা?

চময়রবা সমস্যা অসিদগী থোক্লকপা ফলনা হৌজিক মণিপুরী সাহিত্যবু শেরান্নবা লমজিংবা অমদি লান্না মশক তাকপা থেংনৈ। খুদম ওইনা ডাঃ কমলবু নোংচুপকী রোমান্টিসিজম মীৎয়েং থান্নবা য়েংথ্রে। অদুনা মরম ওইদুনা মণিপুরগী অমদি ভারতকী পরম্পরাগী ঈচেন্দা চেন্থরকপা কবিগী রাখল-থাগী মশক অদুদি চুমনা পুথোকপা ঙমদ্রে। অদুগা অমুক, কালিদাসপু শুগী ভারতকী আলঙ্কার শাস্ত্রগী মীৎয়েংদগী য়েংখিবা মরম্না কালিদাসকী লাইরিকশিংগী লোনগী অর্থ (সিমান্টিকস) অমসুং রস নৈনবদমক ওইনা থোক্লে। অদুনা কালিদাসপু নৌহৌনা অর্থ হন্দুনা মতমগা চুননা (কনটেমপোরেরী রিলিব্যান্স) পুথোকপা ঙমদ্রে।

পুম্নমক অসি য়েংউরগা হায়নিংবদি— মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা অসি মণিপুর অমসুং ভারতকী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী পরম্পরাদগী শোয়দনমক নৈনফম থোকই। নোংচুপকী পুন্সিগা নোংপোক্কী পুন্সিগা খেন্নে। অদুনা মরম ওইদুনা নোংচুপকী সেনসিবিলিটিগা নোংপোক্কী সেনসিবিলিটিগা খেন্নরকই। ভারত্তা রোমান্টিসিজম, রিয়্যালিজমগী মশক > লৈরবসু মদু নোংচুপ্তগী খেন্নবা, লৈবাক অসিগী ঈশিং মুংশিত্তগী শাৎলকপা, লমদম অসিগী মহাও, মচু শংলবা মগুং অমনি। মণিপুরী জগোই রাসতা নোংচুপকী বেলেগী অকনবা একশন য়াউদে হায়না মরাল শীরবদি মদু ঐথোয়না য়াবা ঙম্লোই। জগোই রাস মশক খঙগে হায়রবদি মণিপুরগী ইস্থেটিক্সকী মীৎয়েংদগী য়েংবা তাই। মণিপুরগী সংস্কৃতি, বৈষ্ণব, ধর্ম্ম অমদি প্রেম, ভক্তি রসকী পরম্পরাদগী নৈনরগা হেন্না ময়েক শেংগনি।

## নৌনা খোঙদারকপা ঃ অনৌবা লৈচন

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা নৌনা খোঙদারকপা সাহিত্যগী লৈচন্দি ‘লমকোয় রারী’ অমসুং ‘পুন্সি রারী’নি। অনীমক

য়াম্না তরাম্না ওকফম থোকই। শ্রীএনঃ কুঞ্জমোহনগী 'সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা' (১৯৭৭)না মণিপুরী সাহিত্যদা লমকোয় ৱারীগী (ট্রাবেলোগ) অহানবা খুদোন্নি। বেদ মেহতাগী 'পোরট্রেট ওফ ইন্দিয়া' (১৯৭০) অমদি ভি. এস, নাইপালগী 'অমং দি বিলীভরস : এন, ইসলামিক জর্নি' (১৯৮১) অসিনচিংবা ট্রাবেলোগকী থাক য়োৎরবসু লাইরিক অসিদা অইবনা নৌনা থেংনবা লমশিং মীওইশিং হংদি পাবা য়ানা পাউতহগী খুৎই অমদা লাম্লোক্লি। কল্পনাগী শক্তি ফজনা শিজিন্নদুনা অইবগী এক্সপিরিয়েন্স অদু সাহিত্যগী ওইবা মনুংওাইগী থাক অমা য়োনা ফোংদোক্তুনা উৎপদি ঙনদ্রি।

"পুনশি শক্তম" (লারোল অমা, ১৯৮০) ফোংলকপা শ্রীমীনকেতন্না মণিপুরী সাহিত্যগী Lytton Strachey ওইরে। অসিদগী চহী-খরা হান্না ৩এল ইবুংোহলনা মাগী 'জীবন চরিত' (১৯৭৫) ফোংলবসু লাইরিক অসি সাহিত্যগী মচাউ য়াউহনবা য়পা কলাগী খুৎশেম অমা ওইনা লেপ্পা ঙমদে। 'পুনশি শক্তম' অসিদদি ওশেংনা সাহিত্যগী মচাও য়াওরে। কলাগী খুৎশেম অমা হায়বদু ওইরে। লাইরিক অসিদা মীনকেতন্না মাগী ইনুং মনুংগী ৱারী, পুন্সি থোদোক কয়া লিবদা নত্তনা মতমদুগী তাইপং সমাজগী মশক, জাতিগী ইতিহাসকী মশক অমসু উৎনবা হোৎ-নবকই। খুৎইদা তন্তুনা শৈরেংগী মচাও অমা শীনবা হোৎনৈ। অইবনা হায়বা-- 'পিক্তকপা নীংথিরপ্পা কাব্য অমা ওইনা থোক্কনি" হায়বসিগী মায়কৈদা হায়ফেৎ নকশিন্না চঙশিল্লি। অদুবু মশাগী পুন্সি ৱারী ইবগী অচৌবা চাংয়েং অমদি মাগী এক্সপিরিয়েন্স অদু পূকচেল শেংনা উৎপা হায়বসিনি। মতনবু, পুন্সিবু মীনম্বদি য়াদে। গান্ধী— 'মাই এক্সপেরিমেন্ট রিথ ট্রুথ', নেহরু-- 'এন ওটোবাইও-গ্রাফি', নিরাদ সি, চৌধুরী 'ওটোবাইওগ্রাফি ওফ এন অননোন ইন্দিয়ান', তন্দন—'পঞ্জাবী সেনচুরী', গান্ধী, নেহরু, নিরাদ চৌধুরী, প্রকাশ তন্দননা পুন্সি ৱারী ইদদা মমিং চংলিবসু মসিগী গুণ,

পুকচেলমতা অসি লৈবননি। ঐখোয়না মুন্না য়েংবদা শ্রীমীন-কেতনগী লাইরিক অসিদা থওইনা শেমশাবা মানবা, উৎকে তাক্কে হায়বগী মাংওইনবা রাখলগী মমি অমা তারি। মসিনা অইংগী পুকচেল শেংবদা চীংনবা পোকহল্লি। পুন্সি রারী ইবা হায়বসি অরুবা কলা অমনি। মসিদা ভক্তি অমসুং সাধনা চঙই।

হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী কলম পায়রিবশিংনা চৎলিবা লম্বী, উৎকে হোৎনরিবা ভেল্যুজশিং অমসুং মথোয়গী মীৎয়েং অসি থরগা হেন্না শেংনা, থরগা হেন্না সিরিঅস ওইনা চঙশিনবা দরকার ওইরি। লাইরিক্তি য়াম্না ইনৈ, য়াম্না ফোংডনৈ। লুরিবদি ইরিবা থুদিংমক শীংথানবা য়াবা সাহিত্যদি ওইদে। হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী মখল মথেল কয়া অসিদা মণিপুরী পুন্সিবু চুম্না, য়ৌনবা চপচানা মশক উৎপা সাহিত্য য়াম্না হেন্না দরকার ওইরি। তশেংনা হায়বা তারবদি— মণিপুরীশিংগী পুক্নিং অমসুং থম্মোয় মনুংহুনজিন্না চঙজুনা, লমদম অসিগী ঈশিং-নুংশিৎ অমদি সংস্কৃতিগী মহাও অসি মুন্না চুপশিন্দুনা মণিপুরী পুন্সিবু চপচানা মশক তাকপা য়াবা থোইদোক হেন্দোক্লবা, অরাংবা থাক্কী সাহিত্যগী খুৎশেম অমত্তা হৌজিক্কী অইবশিংনা পুথোক্লকপা থেংনদে। অশেংবা অমসুং অরাংবা রাখল, ঐখোয়গী রাখলবু হোংহনবা ঙম্বা শক্তি, কোনশেং ওইবা এক্সপিরিয়েন্সতগী পুকচেল শেংনা উৎথোক্লকপা ফজরবা রাখন্দুনা ঐখোয়বু হেন্না ভাব তাহন্দুনা ঐখোয়না হিংলি-বসিগী পুন্সিগী অর্থ খঙজহুনা হেন্না মীৎয়েং পাকথোকহনবা ঙম্বা য়াম্না চাউবা অইবা অমত্তা থেংনদে। মসি তাবদা থরা হেনজিনবা রাফম ওইনা থোকপীরম্বসু য়াই। অত্তুবু, নুং মরক্তগী অহেনবা নুং পামনৈ। মণি মরক্তগীসু অথোইনা মণি থিনৈ। মীরক্তগীসু অথোইবা মীবু ঈরাৎনৈ। অসুমনা লাইরিকময়ামগী মরক্তগীসু ফজবা, মমল য়াম্বা, কলাগী মহাও শুনা পীবা ঙম্বা লাইরিক থিবা তাবনি।

## কবি নবদ্বীপচন্দ্র সিংহগী পুন্সি অমসুং মহাক্কী মতম

হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না কন্না নাখি। লাইথৈ তৌহুনা ( নত্রগা পোলওগুম্বনা নারম্বসু য়াই ) মহাক্কী ওইথংবা মখোঙ অহু শেকখি। চৎপা মতমদা হেন্না পীকশিল্লবা, শোল্লবা মখোঙ অহুগী খুংউদা ওইগী খুবাক্কা শৌ শৌহুনা শেক্কা শেক্কা চৎলি। করিগুম্বদা লিচৈ অমা পায়হুনা মহুদা শৌহুনসু চৎলি। অহুবু, শোইনাইরবা নিপা অসিগী মখোঙ নামা শেকই হায়রবসি কনানা থাজগনি ! য়োৎ পায়রগা চাউরবা খোংবান কন চোংই। ইমুং মনুংগী থবক, ইংখোল-শংবল কন্না শুই। সাইকল অহু খরা চেপথরগা হেক্কা কাখৎহুনা তোংখৎখি। মশা শোইনাইবগী রাখল অমা লৈবনা, পুক্কিংগী অকনবা ঈহৌ অমদি হুংঙাইতবা রাখল অমগা লোয়ননা কন্না হোৎনহুনা জোনষ্টোন স্কুলদা তম্লিঙৈদা থওইনা জিমনাষ্টিক্সকী বিষয় অসি লৌখি। নবদ্বীপচন্দ্রগী হোৎনবগী শক্তি অঙকপনি ! মহাক্কা চহী খুদিংগী জিমনাষ্টিক্সদা মনা ফংখি। মখোঙ নামা শেকই হায়হুনা মমাল্লবনা মঙে ন্দা হৌরু লাকউবা ঙমদে। নবদ্বীপচন্দ্রনা ওকখি চপত্রবদি লোয়রে— নোং খোংত্রিফাউ থাদে। অহুনা মমাল্লবশিংনা নহাকপু য়াম্না কিনৈ। তশেংবমক, নবদ্বীপচন্দ্র মশা য়াম্না কৈ।

মশা-মউ ফরবা, মপান্দোম কৈ তরেৎনা চাবা ঙমগদবা নান্দ্রবা, মশা কনবা অমসুং উইরবা, মকোক খরা তাংতক তৌবা, কুচু মুনা পানবা, থাংমৈবন্দ উচ্চ প্রাইমারী স্কুলগী ( ক্লাস থ্রি অমসুং ফোর ফাউবা তম্বা ) ওঝা হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহনা মাঙ্গোলগী কক্তা ফম্লহুনা মৈতৈগী তোংজৈ পানবা হিদাকফু অহু চীংল-চীংলহুনা হিদাক থক্লি। মনাক্তা ছাত্রশিংনা কোয়না ফম্লি। অনকপদা লৈবা ছাত্রশিং চাক চারগা হুমিদাং লেকপা লাক্লরে। অথাপ্পা

লৱাই-থৱাইদগী লাকপা কাঙবু লেক-চাহ্নুনা লৈ। মতম অদুদা পরীক্ষা ময়া নত্রগা অশাংবা ছুটি নত্রগম্বু অয়াম্বা মতমদা অয়াম্বা ছাত্রশিংনা ওঝাগী য়ুমদা অহিং লেকতুনা মহৈ-মশিং তম্নরম্মী। ছাত্র শিংগী মথৌনা—অয়ুক ওয়া হৌগত্তুনা শুমাং রাই শিংপা (রাই শিংপা হানবা তাগ্নে), মরক মরক্তা ইংখোল-শংবলগী থবক্তা মতেং পাংবা, করিগুম্বদা শীং চনবা, শংবল থাবা, লৱাইদগী লাকপশিংনা মানা মানা ওমজবগী মতুংইন্না ফৌ-চেং পুরকপা, চরু গাড়ী পুরক্কুনা ইংখোলদা পৈরবা। ওঝা নবদ্বীপচন্দ্রনা ময়ুমদা লাইরিক তম্বিবগী পৈশা অমত্তা লৌরমদে। মহৈ তম্বিবনা মথৌ ওইবা, মহৈ তম্বিবদা পেঞ্জবা, হরাউজবা, নুংঙাইজবা ওঝাদা ওঝা ওইদগী তাঙলবা পুন্সিগী মশক অমনি। ওঝা নবদ্বীপচন্দ্র মানা ক্লাস আইট ( Class VIII ) পাস তৌবদগী ( চাউরাক্না খৃঃ কুঃ ১৯১১ ) পুন্সিগী অরোয়বা তাঙ্কক ফাউবা ( খৃঃ কুঃ ১৯৪৬ ) ওঝা ওইবগী শিনফমদা মপুন্সি কথোকখিবা য়াম্না আদর্শ ওইরবা মীশক অমনি। মথং মথং ওইনা থাংমৈবন্দ উচ্চ প্রাইমারী স্কুলগী হেড মাষ্টর অমদি মমৈথংদা, লান কায়রবা মতুংদা, এস, আই, ফাউবা ওইখি।

ফুগল্লবা অমসুং ছাত্রশিংনা কিবনা মক্লাপ নীক্লিবা হেড মাষ্টর ওইরিবা ওঝা খ্বাইরাকপম নবকিশ্বর সিংহগা ( মহাক কাছাড়দগী লাকপনি। বাংলা য়াম্না হৈ। বাংলা তম্বি। ) সেকেণ্ড মাষ্টর ওইরিবা ওঝা হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্রগা খেন্নবা য়াম্না লৈ। ওঝা নবকিশ্বরগী লিচৈ খাঙবা ওমদে। য়াম্না ফুগল্লি। ফুগনবদ নত্তে পাউখোনসু য়ায়া শিগল্লি। অমা নত্রগা অমা থৌদাবনা মাগী হৈনবিনি। পোংজবা, অচাউরম পামজবা ওঝাসিনা ছাত্রশিংবু তত্তনা হকচাং নমহল্লি, হিদাক তোয়না হালহল্লি। করি অমুক হায়গনি— মচিন্না শাইরিবা য়ান্নুংগী পানা-কোদাং ফাউবা ছাত্রগী মখুবাক্তা ওথোক্লগা হুন্দোকহল্লি। ওঝা নবদ্বীপচন্দ্র বা ঙাংবদা চীং লেমই। ছাত্রশিংদা অদুক হাক্না চৈ থাগন্দে। মোইরাংখোম

উচ্চ প্রাইমারী স্কুলগী ওঝা থিয়াম রাধাকিশ্বর সিংহদোনা তম্বিবদা ময়িং চংপা ওঝা অমা ওইরবসু ওঝা নবদ্বীপচন্দ্র অঙ্ক তম্বিবদা মশক নাইনা শীংথানরবা ওঝা অমা ওইখি। যাদবচন্দ্র চক্রবর্ত্তিগী পাটিগণিত লোয়না মচিন্দা পূই। জ্যোমিতি, অলজেব্রা, ক্লাসকী ওইনসু নীংথিজনা তম্বিবা ঙমই। অঙ্কদা নত্তনা ইংরেজী ব্যাকরণ, সাহিত্যনচিংবা বিষয়শিংসু ফজনা তাকপীবা অমসুং তম্বিবা হৈবগী খোইদোকপা গুণ লৈ।

ছাত্রশিংবু করম্না লাইরিক তম্বিগনি? মসিনা মফরে হায়বা নিয়ম (মেথদ) পুথোকপা অরায়বা নত্তে। অচুবু ওঝা নবদ্বীপচন্দ্রগী মশাগী মবৌশিং মবুদ্ধিদগী পুথোকপা, হাকথেংনবা ডান্দগী লাকপা, পোকপদগী লোয়নবকপা লৌশিং অমনা লমজিং-বগুম তৌবা মরম্নাইগী ওইবা লাইরিক তম্বিবগী লৌশিং অমা লৈ। অদুনা মহাক্না ছাত্রশিংদা লাবনা খঙহন্নবা অমদি লাইরিক তম্বিবগী ওংং কয়াদা পূক্লিং চঙখি। অসিগুম্বা পীথোক্লকপা লৌশিং অসি লৈবনা ওইরম্বা য়াই— মণিপুর পুয়মক্কী ওঝাশিংগী ওইবা লাইরিক তম্বিবগী মরমদা (শিক্ষা প্রণালী টিচিং মেথদ) শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ হাঁরাজনা রচনা ইবা তান্নহনবদা ওঝা নবদ্বীপচন্দ্রনা খ্বাইগী তোকোক ওইদুনা সনাগী মেডল ফংখি। রচনাগী লাইরিক অসি য়াম্না ওনবা মতমদা (সি. টি, লৈত্রিবা মতম্নি) টিচিং মেথদকী মরমদা পূক্লিং চঙনা নৈনবা হৌবা লময়ানবা লাইরিক অমনি। রচনা তান্নবগী অনীশুবা মনানা— মাগী স্কুলদা ওনা ওইমিন্নবা, পার্দ মাষ্টর ওইরিবা ওঝা থিয়াম ইবোহল সিংহনা ফঙখি। ওঝা নবদ্বীপচন্দ্রনা ইবা রচনা অদুদা মণিপুরী লোন্দা পেসিভ ভোইস (Passive Voice) লৈ হায়বসি প্রমাণ তৌখি। "নঙ কৈনা চাউ" হায়বসি খুদম ওইনা পীদুনা ওল্লিভৈ মতমদা মণিপুরী ব্যাকরণগী মরমদা অনৌবা রাখল কয়া পুথোক্লবা মতাঙ অমনি।

মতম অদুদা তম্নরিবা টেক্সবুকশিং অসি য়াম্না থাবা চাউনা,

অয়াম্বনা বাংলা অমসুং ইংরেজীদা ইবা ভাক্তা ওইবনা ছাত্রশিংনা অৱাবা কয়া মায়য়োক্লখি। অৱাবা অসি কোক্লবা মতেঙ ওইনা ওন্না নবদ্বীপচন্দ্রনা মখল-মখা কয়াগী ছাত্রশিংবু লমজিংবা লাইরিক কয়া ইনবা হোংনখি। পারা অনৌবা, পরুৱাগী পাদ্বে, পাউমেন লাইহনবা, দি চাইলস রার্দবুক অসিনচিংবা অসি ইতুনা ফোঙখি। লাইরিকশিং অসি ইচম চম্বা মমল হোঙবা নোটবুককুম্বা নত্তে। ছাত্রশিংদা লমজিং পীবগী নিয়ম অমগী মথাদা ইবা রচনা অমসুং রা-মচং ইবা, ব্যাখ্যা, তৌবা, মশানা রাহৈ পরেং কয়া শেমদুনা ইজবা ঙম্নবা অমদি মখল-মখা কয়াগী ছাত্রশিংদা লমজিং তাকপা লাইরিকশিংনি। মশামক লাইরিক তাকপীবা মতমদা পারাগা মরী লৈনবা রামায়ণ, মহাভারত, ফুঙ্গাৱারীনচিংবা কয়াগী রারী লিতুনা ভাব তাহম্নবা হোংনৈ। ছাত্রশিংদা থকসি-খাসি নাইনবা, হীরম খুদিংদা পুকচেল শেংনা থবক তৌনবা পাউতাক তত্তনা পী। 'Honesty is the best policy' হায়বা পাউরৌ অসি পুন্সিগী থবক খুদিংদা পানশিন্দুনা তত্তনা খুদম ওইনা উৎনবা হোংনৈ। ছাত্রশিংনা তম্নবা লাইরিক রাৎপা, অনৌবা শিক্ষা লাকপগী অরাংপা কয়া মায়য়োক্লখিবা তাঙ্গা অমা ওইখিবা মরম্না মতম অদুগী লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীশকশিং, অইবশিং, সমাজ সেবক পুম্নমক নৌনা, লাক্লিবা শিক্ষাগী অরাংপা মেনখৎনবা হোংনবদা রাখল, থৌনা, লিংজেল শক্তি, পাঙ্গল পুম্নমক শিজিন্নবা তাখি। অদুনা, খুৎমাবা অইবশিংনা মৈতৈরোন অমসুং মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা যুম্ফম থোনবদা শক্তি লোয়না শিজিন্নখিবা মরমনা যুম্ফমগী মথক্তা অরাংবা, ফজবা যুম অমা শাগৎনবগী তাঙ্গা ফংখিদে।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা পাল্লিঙৈদগী হৌনা মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা লাক্লম্বা সাহেবশিংনা মণিপুরদা নোংচুপকী শিক্ষা অমসুং মহৈ-মশিং তম্নবা য়াম্না কন্না হোৎনখি।

থায়নদগী চৎনবী অমা ওইনা লাক্লবা থাং-তা, মুক্না-কাঙজৈ, পূং-ঈশৈনা হেন্না পাম্নথিবনা অমদি অনৌবা লাক্লিবা শিক্ষাগী ঈরাং অহু য়েৌনা ভাব তাবা ঙমদবদগী মণিপুরী মচাশিংনা মহৈ তম্বদা থবায় য়াউখিদে। শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মহারাজনা পাল্লবা মতম (খৃঃ কুঃ ১৮৯১, আগষ্ট তাং ২১ গী বৃটিশনা পীবা সানাদকী মতুংইন্না চহী ৫ দা ঙাইরিবা চূড়াচান্দনা মণিপুরগী নিংথৌনি হায়না লাউথোকই। খৃঃ কুঃ ১৯০৮ দা চূড়াচান্দ মহারাজ অভিষেক তৌই। খৃঃ কুঃ ১৯৪১ দা নোঙ্গাখি।) অসিদা মণিপুরদা মওং তানা নোংচুপকী শিক্ষা লৈবা হৌখি। জোনষ্টোন স্কুল মতমতুগী মণি-পুরগী 'ওক্সোর্ড' নি। মণিপুরগী প্রজাশিংনা 'স্কুল অচৌবা' হায়রগা থঙনৈ। মতমতুগী ইংরেজী তম্নবা অমত্তা ঙাইরবা, অৱাংবা থাক্কী মহৈতম্ফমশঙনি। অহানবদা মিডল ইংলিস স্কুল ওইনা লৈরম্মী। (ডাঃ কমল, চাউবানচিংবা ক্লাস নাইন পাস তৌরগা শিল্লংদা ক্লাস টেন তমখি।) ক্লাস টেনগী পরীক্ষা— প্রবেশিকা (এন্ট্রেন্স) অসি মণিপুরগী মপান্দা তম্লগা থানরম্মী। খুল্লকী নিম্ন প্রাইমারী পরীক্ষা ঙম্লগা জোনষ্টোন স্কুলদা অহুমশুবা ক্লাসদা চঙলম্মী। মথংদা ছাত্র মশীং য়ামখৎলকপদগী জোনষ্টোন স্কুলদগী অহুমশুবা অমসুং মরীশুবা ক্লাস লৌথোক্লগা থাংমৈবন্দ, মোইরাং-থোম অমসুং চীংঙাদা উচ্চ প্রাইমারী স্কুল অহুম লিঙখৎখি। উচ্চ প্রাইমারী অহুমদগী ঙম্নকপা ছাত্রশিং পূম্নমক্তগী ৪০ দমক খল্লগা (কনাগুম্বনা ৫০ হায়) জোনষ্টোন স্কুলদা তমহল্লম্বা মরমম্না ছাত্রশিংনা য়াম্না কম্না হোৎনরম্মী। অহুনা, নিম্ন প্রাইমারী অমসুং উচ্চ প্রাইমারীগী পরীক্ষাশিং অসি মতম অহুদা য়াম্না চাউবা পোদোক অমা ওইরম্মী। মতুদগী স্কুল মশীং হেক্সংলকপা মতমদা ওবা ওইবিনবা তাঙবগা অমদি ইমুং-মম্নুংগী ফিবম কত্তবা উবদগী সোগাইজম ইবোচৌবা সিংহনা (দরবার মেম্বর, শিক্ষা মন্ত্রী) ক্লাস আইটতমক পাস তৌরিবা নবদ্বীপচন্দ্রবু থাংমৈবন্দ উচ্চ

প্রাইমারী স্কুলগী ওঝা হাপ্লিখি। থাদা লুপা ৩০/৩৫ ফংতুনা য়াম্না ঙম্না ওঝা ওইবগী শিনকমদা চঙখি। ফংলক্লিবা তলব থরা অসিনা য়ুনকৈ শানবা, লৌ-শীং লৈশিল্লবা, মচা মশু মহৈ তম্বিনবা হোৎনবদা পূক্লিং চঙখি। কাহেল্লা ইনাক খুনবা মীশক অমা নত্রবসু চাবা থকপা ৱাত্তবা, মচিঙ্গাক চাজবা মীশক অমা ওইখি। পুন্সিগী লোইরমদাই শরুক্তা মচা-মশু ময়াম ( নিপা ৫, মুপী ৪ ) মহৈ-মশিং তম্নবা অমদি থাক্লবা হোৎনবদা অৱা-অনা কয়া মায়-য়োক্লখি। পুন্সিগা কম্না লাম্থেংনখি।

তশেংবমক, ওঝা নবদ্বীপচন্দ্র পুন্সিবু মায়রোং য়াহুনা কম্না লাম্থেংনখিবা মীশক অমনি। হোৎনবা য়াম্না কল্লি। য়ুম পানবা হৈ। অথাঙকনবা, উইল কনবা, তন্দবা, পুন্সিগী থবক-থৌরম কয়াদা চাংয়েং তৌবা পাম্বা থবক্তি মীনি। ঙাইহাক্তা তুমিল্ল-লৈতে। মখুৎ-মশা য়াম্না য়াউই অমসুং হৈশিংই। হাওবম অমুজাউ সিংহগা তত্তনা থবক তৌগিল্লতুনা অনৌবা চাংয়েংগী থবক কয়া পাঙথোকখি। ইংখোল-শংবল তত্তনা য়েংশিল্লি। চাউৱবা ইংখোল অদু ফজনা কোইতুনা কুম-থা কাংদনা মনা-মশীং থাই। মখোঙ নামা শেকপা মরম্না কলিকাতাদগী হারকিউলিস সাইকলগী পার্টশিং চেল্লি। মশানা সাইকল পানথৎলি। ক্রেম্না হারকিউলিসকী ওইৱবসু পার্টশিংদি হুমবরগী চেল্লি। মরমদি মসিনা সাইকলগী মপুন্সি কনবা হেল্লি। সাইকল অদু তনান তনান তরু তরু চহী ৩/৪ তোংনরগা অমুক য়োম্থোকই। পৈশাহুনা পার্টশিং চেল্লগা অহনবা অমা অমুক পানথৎলি। ওঝা নবদ্বীপ-চন্দ্রগী অমনবা সাইকল লৈগদবগী হাম্ননা ঙাইনহুনা লৈবা মী য়াউই। মসিদা নত্তে। মপান্দগী লাইরিক লাইশু চেন্দুনা নৈনরগা য়ুমদা চিনি অঙৌবা, ফি শুনবা সাপন শুংই। মাগী সাপন অসি য়াম্না পামনৈ। মসিনা অপীকপা আই অমসু ওইখি। মশা মতোমত হোৎনহুনা অতৈ অপীকপা উত্তোগ কয়াসু চাংয়েং

তৌরম্মী। য়াম্না পীকপা খুৎকী প্রেস মেছিন অমা নীলাম তৌদুনা লৌরগা য়ুমদা উগী ছাপাখানা মচা অমা লিঙখৎলি। দরবারগী অয়াবা চে লৌরবা ছাপাখানা অসিগী মমিং "থাবল প্রিন্টিং ৱার্কস" কৌই। মপাগী মমিং লৌদুনা থোনবনি। ছাপাখানা অসিদা মশানা ইবা লাইরিক কয়া (পাউমেন লাইহনবা, রচনা, শৎজাননচিংবা) ছাপা তৌদুনা ফোঙখি। শ্রীশগোলসেন ইন্দ্রকুমার সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা ফোঙবা 'মৈতৈ মাইবা' (১৯৩৮) হায়বা চেফোঙ অসি নবদ্বীপচন্দ্রগী প্রেস অসিদা নম্বনি। নবদ্বীপচন্দ্রগী প্রেসদা "মৈতৈ মাইবা" নম্বগী মরম লৈ। নবদ্বীপচন্দ্র কবিরাজনি। হোমিওপ্যাথি লাইয়েংগী নীংথিবা জ্ঞান লৈ। অদুনা মানা 'মৈতৈ মাইবা' হায়বা চেফোঙ অসিবু খোইদারুই অমসুং তেংবাংবা মখল অমা ওইনা মাগী প্রেসদা নমখি।

নবদ্বীপচন্দ্রগী য়ুমদা হিদাক হাপ্পা উপু (মেডিকেল বোক্স) অমা থমই। মদুদা মখল-মখা কয়াগী হোমিওপ্যাথিগী গুলি, হিদাক-লান্থক থমই। ইমুং মনুংগী মীশিং, মচা-মশুশিং নারকপদা ডাক্তর কৌদে। মহাক্না লোয়না লাইয়েংই। অনাবা য়েংদুনা কোইচৎ চৎপা হোমিওপ্যাথিগী চপচাবা মাইবা অমা ওইদ্রবস্তু মশানা কন্না হোৎনজবদগী, লাইরিক লাইশু কয়া চেন্দুনা, পাদুনা নৈনবদগী হোমিওপ্যাথি লাইয়েংগী নীংথিবা জ্ঞান লৈখি। লৈকাইনা, মাগী মরী-মতানা অমদি মাবু খঙবা মরূপ-মপাংশিংনা মাবু অনা-লাইয়েংগী মরমদা খঙবা মীশক অমা ওইনা লৌই। হায়নবা লৈ — মাইবনা খুৎ থারবা লৈকাইগী অনাবা অনা নবদ্বীপচন্দ্রনা য়েংবদগী ফরকখি।

পৈশা চঙদনা, য়ুমগী লাইয়েংদা, হকচাং নাদ-য়েক্কনবা পাম্বৈ কয়া পুথোকপা মীশক্তি। চাবা থকপা য়াম্না চোকশিল্লি। চেনজিন্না চাদবা, অকক্কবা চাং অমদা চাবা ওম্বগী অকনবা আভ্যাস লৈ। মশা মতোমতবু চিঙ্কাক্কী মরমদা ৱারকচবা ওম্বগী শক্তি

লৈবা মীশক্নি। য়ুমদা ভত্তনা হৱাই চাবা হৌদোকই। (মৈতৈদি হৱাই পামগদ্দে, মনা-মশীং চাগল্লি।) মশামকস্থ হৱাই মুগ য়াম্না পামজৈ। কোরেন্নানা নারক্লবা মতমদা পোটাসনা পোৎ-চৈ পূম্নমক লোয়না চামথোকই। নোংগী ঈশিং ফজনা চুমথোক্কনা শিজিন্নৈ। অনীশুবা লাঞ্জাউদা থাইদেম, খুম্বোংনচিংবা মফমদা লানজেনবদা, মী পূম্নমক তোরাতুনা নাতুনা শিনরক্লবদা নবদ্বীপচন্দ্রগী ইমুং-মন্নুংদি মহুগী মীপাইবা অহু অহুক হাক্না লৈখিদে। মহাক মশা-মক্না বাংলাগী 'স্বাস্থ্যরক্ষা' হায়বা লাইরিক অহু "হকশেল কাংলোন" হায়না মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্কনা ফোঙই। লাইরিক অসিনা মতম অহুগী লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীওইশিংদা হকশেলগী ওইবা কান্নরবা জ্ঞান য়াম্না পীখি। মানা ইবা 'হকশেল' হায়বা শৈরেং মচা অসি হকচাং নাদ-য়েক্তনা লৈনবগী থ্বাইদগী ফবা নিয়মনি (গোল্ডন রুলস) হায়না লৌবা য়াই। শৈরেং অসিদা মানা ইরি ঃ—

মশা ফবা মীশিংদি থবক ঙমই, নিংথিজৈ।
নশাফবা পাম্বশিং মথাগী পথাপ কায়গনু।
অহিং ঙন্না তুম্নগা অয়ুক ঙন্না হৌগৎলু।
নখোং নখুৎ কংহল্লু অইংবদা কোয়গনু।
খোংউপ চোৎনা উপকনু, নফি চোৎনা শেংকনু।
নফি-নরোল শেৎপদা লাকশিন্দুনা শেৎকনু।
নশা নফি লূহল্লু য়ূম-কৈ নালহল্লু।
অফবা য়ুমদা লৈরগা হকচাং ফবা হেনগৎলি।

... ... ... ... ...

অসিনচিংবা।

নবদ্বীপচন্দ্র শীন শুবা মীনি। মশানা অঙ্কগী ওঝা ওইবদগী গণিতকা মরী লৈনবা জ্যোতিষ শাস্ত্র অসি হৈনিংলকখি। মরম অহুনা জ্যোতিষকা মরী লৈনবা লাইরিক কয়া পাতুনা চুম্না নৈনবদ

নত্তুনা মতম অতুগী মমিং চৎলবা পাঞ্জি খোংজ্রাম সনাজাউবা সিংহগী ( ভুবনচন্দ্র, পেটিগ্রু স্কুলগী হেড মাষ্টর ) মফমদা চত্তুনা পারা নাইনা পাঞ্জি তমখি। অতুগা মহাক মশামক্তি পাঞ্জিগী শিনফম অসি পায়খিবা মীশক অমদি ওইখিদে। থাবল থাচৎ কৌবা ক্যালেন্দার ( ফক্লাং পাঞ্জিকা ) অমা হৌদোক্লম্মী। থরায় য়াউনা সেবা চৎলিবা 'গিরিরাজ' বু ভুলসী মনা কত্তুনা প্যান তৌতুনা খুরুম্লগা তুংদা থোক্লগদবা অফ-ফত্ত হাইফেৎ হায়বা ভম্বগী শক্তি লৈ। অসিগুম্বা তুংগী লাইপাউ হায়বা অসি য়াম্না তোয়না তৌবদি নত্তে। মহাক্না চেৎনা থাজ্জবা অমা ওইনা ইমুং-মনুংগী থোদোক খরদা হায়রকপা খওহল্লকপতনি। মহাক ঈশ্বর-ভক্তি অমসুং ধর্ম্মদা চেৎনা থাজবা মীশক্নি। মৈতৈগী চপচাবা বৈষ্ণব অমগী লিচৎ-শাজৎ ঙাক্না চংখিবা নিপা অমনি। মঙোন্দা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অকনবা প্রভাব লৈ। শ্রীশ্রীচৈতন্যা মহাপ্রভুগী পুন্সি, মাগী নীতি অমসুং রাথল পরীংদা চেৎনা থাজ্জবা মীশক অমা ওইখি। লম্বোইবশিংনা পায়বা কঠারী য়াম্না পামজনা লুনা তৌখি। ঙকলৈবী, গেরুরাগী ফুবিৎ অমা তত্তুনা লিৎলি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইহরিক কয়া তত্তুনা পাই! মহাক্কী 'শ্রীকৃষ্ণনা মথুরা লেংবদা রাধাগী উক্তি', 'খিজবা,' 'মহাক্কী ওইবা নশকপু ননাইদা উৎপীয়ু', 'ননাইদা পীনরে মক্তুবা থৌজাল', 'তাকপীরি নহাক্না খুদম্না উত্তুনা', 'ফাওবিরো ইবুংঙো থমোইগী মপূ' হায়রিবা শৈরেংশিং অসি ঈশ্বর ভক্তি অমসুং প্রেম উৎপা, বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাবতগী ইবা শৈরেং ঙাক্তনি।

নবদ্বীপচন্দ্রগী মশাদা মপাবুং থাবল অমসুং অপোকপী মমা সিনাম নিঙোল অঙাংজাউবী দেবীগী শুবা নোঙ্গা তন্দবগী ঈ মরাং কায়না য়াউরকখি। মপাবুং থাবল সিংহ মহারাজ কুলচন্দ্রগী অচানবা মীনাই অমনি। মাহাক্কত্তা লাল্লুপ চৗংবা ওইহুনা পানা মরীদগী কারকপা লাল্লুপশিং পাম্নবগী থবক তৌরম্মী।

(মমাঙঙৈদা পানা মরীগী নিপাশিংনা মশাগী চেংজেন পুত্তুনা মুমিং ১০ নি কোম্বুংনা লাল্লুপ কারম্মী। অতুদগী মুমিং ৪০ নি অমুক পোত্থাই।) লৌ-ইংখোল কন্না শুই। থা ৩/৩ লরাইদা চত্তুনা লৌ-উবা অতুম য়াউত্তুনা লৈথোকই। মমা অঙাংজাউবীনা মশা য়াম্না নানবা, লুজবা অমসুং য়াম্না চেৎশিনজবা মুপী অমনি। ময়াংলংগী ফি অপাবা, অকুপ্পা (চাংগ্রং তাবী) শাবদা মমিং চৎলি। য়ুমদা কন্না ফিরোল শাই অতুগা ফিয়োনকম ফমত্তুনা ইমুং-মন্নুং থারুবা হোৎনৈ। মুমিদাংদা মশু ময়াম মখোঙ মখুৎ হাম্থি। অতুগা ফুংনাক্তা হিদাক থক্তুনা ইমুং-মন্নুংগী থবক-থৌরমগী মরমদা ঙাং ঙাংলত্তুনা লৈ। ঙাইহাক্তা পোত্থাবা হৈনদে। ফিয়োনফমদা অঙাংজাউবীনা শাবা ফি মশক হেক্তা খঙনৈ। চাং মান্নবা, চেৎশিনবা অমাদি খুৎকী হৈশিংবদা ময়ামগা মান্নদবা মতৌ অমা তোপ্পা লৈ। মমা-মপাগী মগুণ নবদ্বীপচন্দ্রনা ফনা য়াম্না লৌখি। মীনা হায়নৈ ওঝা নবদ্বীপচন্দ্রনা মখোঙ নামা শোয়রমদ্রবদি লাক্কফানা ঙম্লম্লোইদবা, লাম্না পাবদা ব্রানা থোক্কদবা মীশক অমা ওইরমগনি।

হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ অনুভূতি য়াম্না লৈবা মীশক অমনি। মঙোন্দা কবি ওইবগী পীথোক্লকপা মগুণ লৈ। ব্রাথল থৌই অমসুং ফজবা মশক খঙগনবা থম্মোয় চেল্লি। লম্পাক্তা করিগুম্বা য়োৎ তৌব্রিঙৈদা বই অমগা কলম অমগা অত্তুম তত্তুনা থমই। খঙহৌদনা ইনিংবগী ঈথিল লাক্লবদি লৈবাক তৌব্রিবা য়োৎ অতু হুন্দোক্লম্লগা কলম পায়খত্তুনা হেক্তা ই। মঙোন্দা কবিদ কবি ওইবগী মরমচৎ চেল্লি। থম্মোয় শেংনা মমারোল মুংশিবা অমসুং মজাতিগী সাহিত্য চাউখৎহল্লিংবগী অচেৎপা অপাম্বা লৈ। মসিগীদমক্তা য়াম্না ব্রানা থবক কয়া পায়খৎলম্বা মীশক অমনি।

২০শুবা শতাব্দীগী মাঙজিনথাবা তাঙক্তা হৌগৎলক্লিবা

সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী ঈহৌ অসি য়াম্না মরু ওইরবা থৌদোক অমনি। হীরম কয়াদা অনৌবা বাথল ময়োন চোংবা, মশাগী অশেংবা মশক অমসুং সংস্কৃতি থিরকপা, থায়নগী অরিবা ট্রেডিশন কয়াবু নৌহৌননা মুংশিরকপা, রাজনীতি অমদি সমাজ সেবাগী চেতনা লাকপা. চহী কয়া চুপ্পা মীরাইরুরবা মমাবোনবু মুংশিরকপা, য়াম্না শীংথা নিংঙাই ওইরবা রিনাসাঁগী মতম্নি। মতম অসিদা কমল, চাউবা, অঙাংহল, দরেন্দ্রজিৎ, পরিজাৎ, ইরাবত, ললিত, এল, ইবুংঙোহল, মীনকেতননচিংবা মমারোল মুংশিবা অইবা কয়া চোঙথোক্লকখি। মখোয় ময়ামগী মন্নুংদা নবদ্বীপচন্দ্রসু মরু ওইবা অইবা অমনি।

২০শুবা শতাব্দীদা ঈবোং কাংবা ঈচেলগুম হৌরক্লিবা ঈহৌ অসি মখল য়ামই। তৌইগুম্সুং মর্ফম-মতম অমত্তদা পোক্লবা মরন্না মখোয় অসি মহৈ মহৈ অমগা অমগা অচুম মরী লৈনৈ। ঈহৌশিং অসিগী থোংজেল অমসুং শাফু অসি মীয়ামগী ওইবা শোগৎপা হৎপা, লাইরিক লাইশু হৈবা, ভাব তাবা য়াম্নদবা, (ইং ১৯২০ দা পাস তৌবা শোগাইজম সমরেন্দ্রনা মণিপুরগী বি, এ, অহানবনি।) অমসুং কনসসিওসনেস (consciousness) য়াম্না লৈতবা মরম্না থোঙজেল য়াম্না থিনখি। অকনবা শাফুগী চৈথেং য়েৌনা চঙশিনবা ঙমখিদে। অঙনবা মতমদা মীয়ামগী ওইবা অপ্নবা সংস্থান লৈতে। (সাহিত্যগী সংস্থান-মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইং ১৯৩৫ লিংখৎলি। রাজনীতি দল— নিখিল মণিপুরী মহাসভা ইং ১৯৩৮ লৈবা হৌখি।) বৃটিশ সরকারগী নীতিগী মায়য়োক্তা ঙাংবিনবা লুচিংবা মত্রগা নেতা অমত্তা লৈরমদে। কোন্নুংগী ফম্নাইবা অমসুং দরবার মেম্বরশিং অয়াম্বা নিংথৌগী নকবা মরী-মত্তা ঙাক্তা ওইবা মরম্না নিংথৌগী মায়য়োক্তা ঙক হায়গৎকদবা মীশক থোক্লক্তে। মরম ময়ান অসি লৈবনা বেঙ্গল অমদি অতৈ লমশিংদা তৌরিবা রিনাসাঁগী ঈহৌগা মণিপুরদা

হৌরক্লিবা রিনাসাঁগী ঈহৌগী নওংগা খেন্নবা অতুম্মক লৈ। ঐখোয়গী হঙ্গাম্না থোৎপা, জগোইগী শাথেক্লা মেঙবদৌনা জাতিগী সংস্কৃতিগী ঈহৌদফাউবা খরা ঈংনা তপ্না অতুম চৎলি। খোঙকাপ চানা থাংগদবদা খোঙকাপ তরাদমক থাং থাংহুনা চৎপা খোঙচৎনি।

২০শুবা শতাব্দীগী ঈহৌশিং অসি পুন্না মখল অহুমগী মনুংদা পৌনা থম্বা য়াই—১। রাজনীতিগী ঈহৌ, ২। শিক্ষাগী ঈহৌ অমসুং ৩। লোন অমসুং সাহিত্যগী ঈহৌ। লৈবাক্কী লৈঙাক-লোনগী মতাংদা মহারাজ অমসুং দরবারনা শাসন তৌই। হৈশিং-লবা বৃটিশকী কুটনীতিগী শক্তিনা শাসন পুন্নমক লোয়না খুং থিংজিল্লি অনসুং শক্তি লোয়না পায়শিনখি। কিবম অসি সম্পাদক শ্রীমীনকেল্লা ময়েক শেংনা ফোঙদোকই— "বৃটিশনা মৈত্রবাক্কী মঙক্লা পোৎপু থাঙ্গৎলে। কঙ্‌ঙাঙনরবা মৈত্রবাক কৈরেং তুদেং তোইবিরক্লে। অসুক মনুং হাপ্লবা মৈত্রবাক্লা করিবু চাউখৎকদগে।" ('জ্যোতি', ১৯৯৮)। রাজনীতি অমদি ধর্মগী ওইবা অমাং অশেং অমসুং অতৈ চংনবী কয়াগী মায়য়োক্লা ইরাবতনা পুচিংহুনা (মরূওইনা খৃঃ কুঃ ১৯৩০ গী মতুংদা) রাজনীতিগী ঈহৌ লাকই। শিক্ষাগী মায়কৈদা— জোনষ্টোন স্কুলদা লাইরিক তম্বা ফংদবদগী স্কুল লিংখৎনবা ঈহৌ লাকখি। শ্রীরাঃ কুঃ বীরচন্দ্র সিংহনা লুচিংবা কাঙবু চোংথোক্লকুনা "মাদর ক্লব" কৌবা শঙ অমা লিংখত্তুনা উচ্চ প্রাইমারী পরীক্ষাদা লেমহৌবা ছাত্রশিং লাইরিক তম্বিনবা থৌরাং তৌখি। মথং মথং ওইনা মীয়ামগী ওইবা স্কুল কমিতি শেমহুনা রাহেংবম লৈকাইদা 'মণিপুর ইনষ্টিট্যুট' (তুংগী চূড়াচান্দ হায়স্কুল) লিংখৎখি। হান্না 'গোবিন্দ চতুষ্পাঠি' কৌরম্বা সংস্কৃতবিদ্যালয় অতুদা ইংরেজী বিষয় হাপচিন্দুনা 'ইয়োর হায়স্কুল' (তুংগী তোম্বিসনা হায় স্কুল) লিংবা হৌখি।

খৃঃ কুঃ ১৯৩২ দগী কোলেজ অমা লিংনবগী অকনবা ঈহৌ লাকখি। মমৈথংদা খৃঃ কুঃ ১৯৪৬ দা ধনমঞ্জুরী কোলেজ অসি মুমিদাং কোলেজ ওইনা হৌখি।

লোল অমসুং সাহিত্যগী ঈহৌদি য়াম্না তপ্পী। মরমদি সংস্থান অমা লিংখৎলগা মতুদা রারেপ থম্না তারগা থবক ওইনা হেক্তা পায়খত্তুনা খুদক্তা অহোংবা অমা পুরকপা য়াবা থবক-থৌওং নত্তে। বাংলা লোন্না য়াই থাদুনা লৈরুরবা মৈতৈলোল অসিনা মুক্তি ফংদুনা লোন অসিদা শাদোং ওইনা ইবা ডম্না শক্তি লৈবা অইবা কয়া থোক্লক্লবা মতমদা মসিগী অহোংবা ঈহৌ অসি লাকদবনি। অইবগী মখা পোনবা ঈহৌ ওইবনা মমারোল মুংশিবা অইবা থোক্লকপা ডাইবা তাখি। মতম অদুদা লাইরিক ইবা, কলম পায়বগী থবক তৌবা অসি য়াম্না তাঙবা শিনফম ওইরম্মী। খৃঃ কুঃ ১৯৩০ দা ফোঙবা, ডাঃ কমলগী 'মাধবী' দা ফিবম অসিবু ময়েক শেংনা উৎলি - "মৈতৈ মচাশিংগী পূক্নিংদা হৌজিকফাউবা লাইরিক লেংবগী 'নেশা' অদু পোক্ত্রে।"

মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌগা মৈতৈরোনগী ঈহৌগা থাদোক্লবা য়াম্রবা মরী লৈনৈ। মতম অদু বাংলা সাহিত্যগী যুগনি। বাঙ্গালী ভদ্রলোকশিংগী মতৌ তম্বনা য়াম্না সভ্য ওই হায়না লৌনরম্মী। ইবদা, ডাঙবদা, ইমুং-মমুংগী পুন্সিদফাউবা বাংলা লোল অসি য়াম্না শিজিন্নরম্মী। মৈতৈরোল শিজিন্নবা অসি অমাংবা অমনি হায়না লৌনরবা মতম অদুদা খুৎমাবা অইবশিংনা মৈতৈরোনগী রাহৈ অমদি মফোঙদোক কয়া পুপোক্লগা হোৎনখি। নবদ্বীপচন্দ্রগী 'হকশেল', দ্বিজমণিদেব শর্ম্মাগী 'রামচং' অমদি কবি চাউবনা শেম্বা রাহৈ কয়া মতম অদুনা অনৌবা পুথোক্লকপা লনগুম হরাউনা লৌনখি। মতম অদুগী থরায় য়াউবা খুৎমাবা অইবশিং তদুনা উম্নে। সভা-সমিতি শেম্বগী মরমদা রারী কয়া শাই, তাম্নে। উরিপোক মায়কৈদা লৈমিন্নবা কবি চাউবা, নবদ্বীপচন্দ্র (কবি

চাউবনা চহী ১/২ হল্লি ) থিয়াম ইবোহল অয়াম্বা মতমদা সন্ধ্যাদা দ্বিজমণিদেব শর্ম্মাগী য়ুমদা ৱারী শাকা কোয়খোক্কই। ( মতম অদুদা দ্বিজমণিদেব শর্ম্মা দি, আই, ওইরি ) মাঙ্গোলদা ফক্তা ফমদুনা, হিদাক থক্লদুনা সাহিত্যাগী ওইবা ৱারী তত্তনা শাই। লোনগী মৱমদা থম্নৈনৈ। নবদ্বীপচন্দ্রদি অয়াম্বা মতমদা স্কুল ছুটি থারগা থাঙ্গাল বাজারগী কোন য়োনবা রমেশকী দুকান্দা ঙাইহাক পোথাই অদুদগী দ্বিজমণিগী য়ুমদা চঙদুনা হায়রিবা ৱারী ৱাতাই শাবগী থবক অসি অয়াম্বা মতমদা তৌই।

মতম অদুদা মৈতৈরোনগী ঈহৌ তপ্না তপ্না লাকলে। খৃঃ ১৯০৫ দা চৈরাপ পঞ্চায়গী সিলিংদা ভদ্র সিংহনা খম্বা-থোইবীগী অমদি দশাবতার লাই য়েকহন্দুনা মৈতৈগী অরিবা সংস্কৃতিগী মশক নীংশিংবা হৌরকখি। খৃঃ কুঃ ১৯১৭ দা সাহেবনা মৈতৈ লাইরিক থিগৎহন্দুনা হাউদিজাম্বা চৈতন্যগী 'খম্বা থোইবী' ৱারী ছাপা তৌহনখি। খৃঃ কুঃ ১৯১৯ দা শ্রীযুৎ মহারাজনা ঈশৈ শন্দুনা মৈতৈরোন্না শ্রীগোবিন্দগী মমাঙদা মমাঙভৈদা অমুক্তা তৌখিদ্রিবা মৈতৈলোনগী গৌরলীলা শান্নে। মথংদা মৈতৈলোনগী রামলীলা শান্নে। খৃঃ কুঃ ১৯১৫-১৬ দা থাইদেম নোংয়াই সিংহ অমদি ফুরাইলাৎপম বিধুনা হৌদোক্নুনা মৈতৈলোন্দা হলি শকখি। জোনষ্টোন স্কুল অমদি কাঙঙবম লৈকাইগী মৈতৈলোনগী হলি পালা মম্নিং চৎলি। খৃঃ ১৯১৮ দা জোনষ্টোন স্কুলগী ওঝা থাইদেম নোংয়াইনা বাংলাগী 'পার্থপরাজয়' মৈতৈরোন্দা হন্দোক্নুনা শান্নবদা অনৌবা ঈহৌ অমা ওইখি। খৃঃ কুঃ ১৯২৪ দা প্রবেশিকা পরী-ক্ষাদা মণিপুরী লোন থাবা য়ারে। খৃঃ কুঃ ১৯২৫ দা লাইরেন-ময়ুম ইবুংঙোহলগী মণিপুরী লোনগী অহানবা নাটক 'নরসিংহ' শান্নদুনা লৈবাক্কী অচৌবা থৌদোক ওইরে। খৃঃ কুঃ ১৯৩৮ দগী মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মণিপুরী লোল অসি মেজোর ভার্নি-কুলার ওইনবা কন্না থবক পায়থৎপা হৌরে। মরাম অসি থরা

কোইনা হায়রকপগী মমমদি— মৈতৈরোনগী ঈহৌগী মথং মথং ওইরক্লিবা অহোংবা খোংজেল অদু চাক্লিবাক্লা উৎনিংলুহনা তৌজবনি। মৈতৈলোনগী অহোংবা পুরকপদা চূড়াচান্দ মহারাজগী দান য়াম্না চাউই। শাস্ত্রবা, কলা বিদ্যা, সংস্কৃতিগী হীরম কয়াদা থৱায় যাউবা মহারাজনা থৌগৎপা অমসুং শোগৎপীবদগী মণিপুরী লোনগী ঈহৌ অসি লাকপা ঙমখিবনি। মতম অসিদা অইবশিং তুমিন্না লৈথোকপা নত্তে। মৈতৈলোনগী ঈহৌগা ঈরোয়ননা মখোয়সু অঙম্বা পংথৈদা লাইরিক লাইশু ফোঙনব হোৎনৈ। চেফোঙ কয়া পুথোক্লবা লাক্লে।

মণিপুরগী অহানবা খুৎনা ইবা চেফোঙ 'মৈতৈচনু' হিজম ইরাবতনা সম্পাদক ওইদুনা খৃঃ কুঃ ৯২২ দা ফোঙই। মথং মথং ~ইনা "য়াকাইরোল" (১৯৩০, সম্পাদকঃ ডাঃ লৈরেন), 'দৈনিক ণিপুর পত্রিকা' (১৯৩২), 'ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা' (১৯৩৩), অসিনচিংবা চেফোঙ কয়া অনীশুবা লাঙ্গাই মমাংদা ফোঙনরকখি। হায়রিবা চেফোঙশিং অসিদা খুৎমাবা অইবশিংগী রারেং-শৈরেং কয়া হাপই। 'য়াকাইরোল' গী অহানবা মশীংদা নবদ্বীপচন্দ্রগী 'শ্রীশ্রীসরস্বতীবু খুরুমজবা' হায়বা শৈরেং অসি হাপই। মসিদসু শতুনা 'মৈতৈ', 'ডাঁস ধাথায়গী চেফোঙ' নচিংবা ২শুবা লানজাউ নমাং অমসুং মতুংদা ফোঙবা পত্রিকা কযাদা নবদ্বীপচন্দ্রগী শৈরেং কয়া ফোঙখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনচিংবা সাহিত্যগী সংস্থান লংখৎপদা শকক য়ারক্লবা কবি নবদ্বীপচন্দ্র সিংহনা লৈখা তানব মমাবোনবু অঙম্বা পংথৈদা সেবা তৌনবা কন্না হোৎনজাখ। মাগী 'পুন্সি হিদোম' হায়বা শৈরেং অসিনা মখোয়না মতম অদুদা তৌবম্বা ফিবম অদু ময়েক শেংনা উৎলি। মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌবদা লৈবাক্লা নোক্লবম্মী— "লাউরক্লি তোর্বালগী মীনা,/করিনো অঙাওবা, হোনজিল্লু/তোব্বাল তাম্না পুশিল্লু,/হৈতনা কবিগী হোল্লিবা।/"

মণিপুরী সাহিত্যদা কবি হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ, সাহিত্য রত্নগী দান য়াম্না মক ৎই। মহাক্না মাইকেল মধুসুদন দত্তগী অমর ওইরবা 'মেঘনাদ বধ কাব্য' গী সর্গ তরুক মণিপুরী লোন্দা 'মেঘনাদ তুবা কাব্য' হায়না ( মণিপুরী লোনবু বি, এ, দা ভর্নাকুলার ওইনবা হোৎনবগী মতাংদা ) হন্দোক্লুনা অচৌবা সাহিত্য পোৎথোক অমা থনম্বদ নত্তনা মণিপুরী লোনগী অচম্ব মফোঙদোক্কা মহাক্কী থোইদোকপা অবদান লৈ। মহাক য়াম্না ফবা অনুবাদক অমনি। 'মেঘনাদ তুবা কাব্য' গী মমাঙদা ইবা শৈরেংশিংদা নবদ্বীপচন্দ্রগী অশেংবা কবি ওইবা মশক অচু থেংনৈ। অযুক-মুমিদাং তত্তনা শিঞ্জিন্নবা লোল, ডিকশন কযানা কবিগী অৱাংবা ভাব ধারা যোঙদোক্লবা হোৎনবা মৈতৈরোনগী হোপ-তোপ্পা ফজবা মফজগী মশক অমা কবি নবদ্বীপচন্দ্রনা ঐখোয়দা থাম্বিরমই। মোইরাংদা চত্তুনা মৈতৈগী অরিবা ৱারী কযাগী লিখুন থিকরবা মতুংদা 'তোম্নু লাইজিংলেম্বী' শৈরেং ওইনা ইবকখি। কবি চাউবগী মতৌগুম্না মণিপুরগী অরিবা মাঙউরবা সাহিত্যগী মচাক কযাবু অমুক নৌহৌননা মাইথুম হাংদোক্লকই। নবদ্বীপচন্দ্র মণিপুরী রনাসাগী পোৎথোক্নি। বাংলা সাহিত্যগী অৱাংবা বাখল, নোংচুপকী শিক্ষা অমসুং ঈরাং লাকপগী অনৌবা মীৎয়েং, মসিগা লোয়নননা মণিপুরী পরম্পরাদগী শাগৎপ। মচাক মযাম তোৎশিন্নতুনা অঙনবা মতমগী অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক অমা শাগৎপদি অচৌবা শকক যাখিবা থুৎমাবা অইবা অমনি।

## মৈনখিবা অমসুং মক্তেও লৌখিবা লাইরিকশিং :

১। চৈথারোল কুম্বাম্বা : ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১৯৬৭। লাঃ ৪৯৫—৬৩৩। মসিদা কোন্নুংদা শান্নবা ধর্ম্মগী ওইবা কুম্মৈশিং, মাংবা— শেংবা লমজাউদা মশম থাদোক্লুনা চৎপগী মশক ককপা, মতম অতুগী মবী লৈনবা সমাজগী থৌদোক কযা য়াউরি।

২। মণিপুর ইতিহাস : ডাঃ এলঃ চন্দ্রমণি সিংহ, ১৯৭০, লাঃ ১৮৮—২২২
৩। নবদ্বীপচন্দ্রগী খোমজিনবা শৈরেং : সম্পাদক : পি, লালমণি সিংহ, মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা, ১৯৮০
৪। খ্বাইরাকপম চাউবা : দীণমনি, ১৯৭১
৫। ডাঃ কমল : পুন্সি অমসুং সাহিত্য— ডাঃ দীনমণি, ১৯৮২
৬। মণিপুরী শুমাং লীলা অমসুং থিয়েটর : শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১৯৮০
৭। মৈতৈ-চেফোঙ : শ্রীরাঃ কুঃ স্নাহল সিংহ, ১৯৮২
৮। পুনশিগী শক্তম, (লারোল অমা অমসুং অনীশুবা)— অশাংবম মীনকেতন সিংহ, ১৯৮০ অমসুং ১৯৮৪
৯। ঐগী পুন্সগী নীংশিংবা রাখরা : দ্বিজমণি দেব শর্ম্মা, ১৯৮২
১০। মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা— সম্পাদক : হাওবম গৌরদাস, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ১৯৮৩
১১। পরিষদকী ভানৌবা মণিপুরী রারেং লাইরিক— মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১৯৭৩ (কবি নবদ্বীপচন্দ্র : ডাঃ বাসি)
১২। মেঘনাদ ভুবা কাব্য— হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ, ১৯৬৫
১৩। নীংশিং চেফোঙ— মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১৯৮০।

## ইংরেজী

১। হিষ্টোরী ওফ মণিপুর— জেঃ রোয়, ১৯৫৮
২। বেঙ্গল ইন্টেলেকচুয়েল ট্রেডিশন— ইডিটর : এ, কে, মুখোপাধ্যায়, ১৯৭৯

## উন্নদুনা রারী-রাতায় শাবা মীশকশিং

১। শ্রীএচ, দ্বিজমণি দেব শর্ম্মা, নাগমপান। কবি নবদ্বীপচন্দ্রনা ওঝা ওইরিবৈদা ডি, আই, ওইরম্বা।

২। শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, উরিপোক। নবদ্বীপচন্দ্রগী ছাত্র। মচানিপাগী তিন্নবা মরুপ অমা

৩। শ্রীরাঃ কুঃ সনাহল সিংহ, খুয়াথোঙ। নবদ্বীপচন্দ্রগী ছাত্র ওইখিবা

৪। শ্রীএস, নদীয়া সিংহ, শম্বাং। নবদ্বীপচন্দ্রগী ছাত্র ওইখিবা।

৫। শ্রীহরাইবম রণবীর সিংহ, উরিপোক। নবদ্বীপচন্দ্রগী মচা-নিপা অহল

৬। ডাঃ হরাইবম লালমোহন সিংহ, উরিপোক। নবদ্বীপচন্দ্রগী মচানিপা

৭। শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ, তোপ লৈরক, ইম্ফাল। কবিগী মচানিপা শ্রীরণবীরগা তিন্নদুনা কবিগী য়ুমদা তোয়না লৈবা মীশক অমনি

৮। শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহ, উরিপোক, ইম্ফাল।

# সাহিত্যদা রিয়্যালিজম

সাহিত্যদা য়াম্না তোয়না শীজিন্নরিবা "রিয়্যালিজম" ( Realism ) হায়বা ৱাহৈ অসি মরৈ য়াম্না থাংবা, অর্থ চেনবা, খণ্ডবদা ৱারবা ৱাফম অমনি। ঐখোয়না তত্তনা থেংনৈ— রিয়্যালিষ্টিক রাইটর, রিয়্যালিষ্টিক নোভেল, রিয়্যালিষ্টিক ড্রামা অসিনচিংবা। মসিগী ওন্ন তৈনবদা ঐখোয়না অমুক থেংনৈ – চুমদবা, তৌশিন্নবা, ভাবনা শাবা (unreal, unrealistic, fantastic, fanciful ) অসিনচিংবা ৱাহৈ কয়া। কনাগুম্বনা হায়বা য়াই— অচুম্বগী ( রিয়্যালিটি ) মরমদা ইদবা কনাগুম্বা কবি, লেখক লৈবা হৌনদে। মীৎয়েং অসোমদা য়েংলবদি পৃথিবীগী সাহিত্য খুদিংমক অচুম্ববু উৎপা, অচুম্ববু শোক্লা ইবা সাহিত্য ঙাক্তনি। অদু ওইরবদি, করিগীদমক্তা 'রিয়্যালিজম' হায়বা ৱাফম অসি নোংহৌনা থোক্লক্লিবনো ? মসিগী লিখুন অমসুং অর্থ থিফম থোকই।

সাহিত্যদা রিয়্যালিজম হায়রগা ময়াম্না য়ানরবা ৱাফম অমসুং পথাপ অমা ওইনা খণ্ডনরিবদি পুন্সিবু চুম্না, চপচানা উৎপনি ( the portrayal of life with fidelity )। মসি, মরু ওইনা, ১৯শুবা শতাব্দীগী তংখায় চনবা মতমদা নোংচুপকী সাহিত্যদা অইবা খুৎপু অমনা সাহিত্যগী ঈহৌ অমা ওইনা হৌরকখিবা অমসুং মখোয়গী খুৎই, ৱাথল-মীৎয়েং, সাহিত্যগী মওং অদুবু খণ্ডনৈ। অদুনা হৌজিক ঐখোয়না রিয়্যালিজম হায়রগা খণ্ডনরিবদি-ভাবনা শাদুনা ফিদম্লিংঙাই ওইহনবা খুৎই অদু নত্তে। মশানা ফজদবা পোৎ অদুবু নমদুনা ফজহনবা, কা হেনজিন্না শেমজিন-শাজিনবগী মওং উৎপা, করিগুম্বা মাইখুম অমা কুপশিন্দুনা মশাগী অশেংবা মশক্তু লোৎশিন্দুনা উৎপা সাহিত্যগী খুৎশেম অদু নত্তে। মসিগা

মঙং উৎপা, করিগুম্বা মাইখুম্ অমা কুপশিন্দুনা মশাগী অশেংবা মশক্তু লোৎশিন্দুনা উৎপা সাহিত্যগী খুৎশেম অদু নত্তে। মসিগা মহৌশাগী ওইবা চাংদগী হেনজিনবা ( supranormal ) নত্রগা মীওইবনা খঙঙমদ্রবা পোৎশিংগস্ ( transcendental ) মরী লৈনদে। রিয়্যালিজমনা তাক্লিবদি মুমিৎ খুদিংগী অয়ুক-মুমিদাংদা থোক্লিবা, ঐখোয়গী নাক-য়েত্তা হাকথেংনরিবা পুন্সি, থেংনরিবা থৌদোকশিং অসি চুম্না উৎকদবনি। অইবগী কলম্নাগী মতেংনা শাবা, ওইহনগে হায়না ওইহল্লিংবত ওইহনবা সমাজ অমসুং তাইবং-মীওইবশিং অদু নত্তে। রিয়্যালিজমনা তাক্লিবা পান্দমদি ইরিবা খুৎশেম অদুগী চাউখৎলকপা, হোরী শাগৎ-লকপা, মথং মথং চত্থরকপা খুদিংমক্তা ঐখোয়না সমাজদা মিৎনা উরিবা, নাকোংনা তারিবা মীয়ামগী ওইবা পুন্সি শক্তমগা চপ মান্নহনবা অসিনি। অদুগা অইবনা মানা পাম্বা মতুংইন্না মাগী মপূরিংদা শাগৎচবা রাখল নত্রগা পুন্সিগী মমল ( value ) অমা উৎননবগীদমক্তা হেক্তা হাপচিনবা শাজিনবা অসি তৌরোই-দবনি। অদুনা রিয়্যালিজমদি ঐখোয়না হাকথেংনরিবা পুন্সি অসিগী মশাগী ওইজবা মতৌ অদু অইবা মশাগী মোত রাউদনা চপচানা মতৌ তম্বনি। ঐখোয়না ডাঃ কমলগী উপন্যাসতগী ( মাধবী ) পাচাগী উপন্যাসনা ( না তাথিবা অহল অমা ) হেন্না রিয়্যালিষ্টিক ওইবা হেল্লি হায়বা রাফম অসিনা খঙহল্লিবদি পাচাগী উপন্যাসনা হৌজিক হাকথেংনরিবা পুন্সিগী মশকপু হেন্না চুম্না উৎপা, নুংতিগী পুন্সিগা হেন্না নকশিন্নরা উৎপা হেল্লি হায়বনি ( more down to earth, more closer to everyday life ) অসুম্না George Crabble, Kipling, Robert Frost না ইবা শৈরেং Spenser, Keats, Conrad না ইবা শৈরেংশিংদগী হেন্না রিয়্যালিষ্টিক ওইবা ( হেন্না চুম্বা ) হেল্লি।

রিয়্যালিষ্ট অমনা ইবা মতমদা সমাজদা হিংলিবা মীচমশিংনা

মায়েয়োক্নরিবা সমস্যাশিং অমদি থৌদোক ৱাথোকশিং অমসুং অপাব-শিংগী মীৎমাঙদা তশেংনা ইকোক কোক্লা হাকথেংননবা হোৎনৈ। মীয়ামগী নিতিগী শাগোম্নরিবা পুন্সিগী মহুৎ শিন্দুনা, মথোয়গী মতৌ তমদুনা ইবনি হায়বসি অপাবশিংদা উৎনবা লাক্লে। মসি ওইনবা হায়দুনা মথোয়না মথোয়গী ৱারীদা য়াউরিবা মীওইশিং অমসুং অপাবশিংনা তত্তনা থেংনবা সহরগী নত্রগা লল্লাইদা লৈবা মীচম অমবু হিরো ( নায়ক ) ওইহল্লি। ( এলিজাবেথকী মতমগী নত্রগা মধ্যযুগগী নত্রগা সংস্কৃত ড্রামাদা য়াউবা হিরোশিংগা রিয়্যা-লিষ্টশিংগী হিরোশিংগা অমুক্তা চাংদম্নদুনা য়েংবিয়ু। ) অদুগা মথোয়গী ৱারীগী মচাকসু মীচমগী নিতিগী পুন্সিদা তত্তনা থোকপা থৌদোকশিংনা ওইহল্লি। অদুনা ঐথোয়না তশেংনা খঙবা ভপ্নদি রিয়্যালিষ্টিক রাইটর অমনা মশামক চৌজিক হৌজিক্কী ফিভমগা য়াম্না নকশিন্না মরী লৈনগনি। লুম্মিং খুদিংগী থোক্লিবা থৌদোকশিং, মশামক্কী অকোয়বদা লৈরিবা ঈশিং লুংশিং, মানা হিংলিবা মীৎ-কুপশিংগা শাগোম্নরিবা রাজনীতি নত্রগা সমাজগী থৌদোক-ৱাথোকশিংগা মরী শোইদনা লৈনগনি। ( "Realism is characterised by an over all faithfulness in the rendition of actuality, specially in terms of the relationship of individual to environment, the nature of events in which he is envolved, and the whole shape of his life and personality." )

লাইরিক অমবু রিয়্যালিষ্টিক ওইবা খুৎশেম অমরা হায়না য়েংবা মতমদা হায়রিবা খুৎশেম অদুগী সবজেক্ট মেটর ( হীরম ), টেক্নিক ( শীজিন্নরিবা খুৎশু খুৎনোম ) অমসুং লিটেরেরী মেনর ( সাহিত্যগী মরমচৎ, ষ্টাইল ) অদু পুম্না য়েংগদবনি। করিগুম্বদসু লাইরিক অদুগী শরুক খরা খন্দোক্তুনা মচেৎ-মকায় ওইবা শরুক খরদা য়েংলোইদবনি। মরমদি পৃথিবীগী সাহিত্য খুদিংমক্তা,

( অরিবস্থ অনৌবস্থ ) করিগুম্বা মীচমগী পুন্সি য়েকলকপা মতাংদা নত্রগা করিগুম্বা মকমংমতম, থোদোক ইরকপা মতমদা য়াম্নমক রিয়্যালিষ্টিক ওইনা য়েক্কপা য়াউই হায়বসি শোইদ্রবনি। সেক্সপীয়ার ( ১৫৬৪-১৬১৬ ) গী ড্রামাশিংদা ফাগি জুগাই তৌবা অমদি অতৈ অতোনবা থাক্কি মীওইশিং য়াম্না রিয়্যালিষ্টিক ওইনা য়েকপা য়াউরি। Ben Jonson ( ১৫৭২-১৬৩৭ ) গী 'Bartholomew Fair' দা ( ১৬১৪ ) রিয়্যালিষ্টিক ওইবা মীওইশিং য়াউদবা নত্তে। George Tobias Smollett ( ১৭২১-১৭৭১ ) না য়েকপা লণ্ডন সহরগী দৃশ্য অদু করম্না রিয়্যালিষ্টিক ওইদে হায়গনি। ইংরেজী সাহিত্যগী অহানবা রিয়্যালিষ্টিক নোভেলগী খুৎথাবনি হায়না শীংথানরিবা Daniel Defoe ( ১৬৬০-১৭৩১ ) গী 'Robinson Crusoe' ( ১৮১৯ ) দা পুন্সিবু মিংশেল থান্দুনা মিত্তা শংশংনা উহনবা খুৎই য়াউই। ডাঃ কমল ( ১৮৯৯-১৯৩৫ ) গী "মাধবী" ( ১৯৩০ ) দস্থ থম্বালম্নানা চাকখুন্দা চাক থোংবা, বীরেন্না লাইরিক ঔরাইদুনা লৈবা, ফুঙ্গানাক্তা ফম্লিবা অহল ময়াম অসি, খুঙ্গংগী পুন্সিবু য়াম্না চুম্না উৎপা দৃশ্য অমনি। অদুনা, মমাঙৈগী সাহিত্য-দস্থ অচুম্বগী মচাকশিং ( elements of reality) শোইদনমক য়াউই। অদুম ওইনমক, মচাক ময়াম পুম্না শুপশিন্না য়েংবা মতমদা মখোয়সি রিয়্যালিষ্টিক ওই হায়না লৌবা ঙমদে। "মাধবী" অমস্থং "Robinson Crusoe" না উৎলিবা হীরম ( আদর্শ ওইবা মুংশিবা, থাজদ্রবা, খুদোংথিবা প্রকৃতিগা লান্থেংনবা থোঙচৎ ) অমস্থং ইবগী ষ্টাইল য়েংউরগা মখোয় অসি রিয়্যালিষ্টিক ওইবা খুৎইনি হায়না লৌরুবদি লানগনি। মখোয় অসি H. Levin না হায়বা "willed tendency of art to approximate reality" হায়বত্নি।

রিয়্যালিষ্টশিংগী হীরম অসি হৌজিক হৌজিক সমাজদা মায়-থোকরিবা সমস্যাসিং সমাজগী ফিভমশিং, ইচম-চম্বা থোদোক-

ৱাথোক্না ওইগল্লি। সাহিত্যগী শাজৎ, ষ্টাইলগী মতাংদা-অপাবদা তশেংনা হাকথেংনবা এক্সপিরিয়েন্স অমা পীবনি (to give the reader the illusion of actual experience)। ইবা মতমদা পুন্সিগী মশাগী ওইবা মশক অদু অদুম য়েক্লবা হোৎনৈ। (to record life as it is)। অইবনা হায়না খন্দুনা লৈরবা ভাব অমা থওইনা হাপচিননবা তৌদে। টৌক্লিককী মতাংদনা ৱারী অদু মশানা তাবা খোঙচত্তা অদুম চত্থহল্লি। অইবা অদুসু পরীং চুম্না চত্থরিব ৱারীগী অচুম্বা ঈচেন্দা অদুম তাউদুনা চৈন্থে। শম্না হায়রবদা, অইবনা য়াম্না ওবজেকটিভ ওইবা মীৎয়েং অমনা তত্তনা য়েংই। থৌদোক শেম্বদা, করিগুম্বা দৃশ্য থারকপদা, লমচৎ য়েক-পদা কুপশিন্না, মচা তানা হেক উৎপা য়াবা মথৈ উৎলি। ৱারীগী প্লোট, থৌদোকশিং মরমচানা, নাতৈ চাননা শেমই। ঙীরন খুদিংমক্তা মরম অমসুং ফলগা (cause and effect) চানহল্লি।

মথক্তসু পনখ্রে, রিয়্যালিজম হায়বসি সাহিত্যগী অচৌবা ঈচৌ (literary movement) অমনি। ঈচৌ অসি অহানবা ওইনা ইং ১৮৩০ গী অদুৱাইদা ফ্রেন্সতগী হৌরকই। ইং ১৮৫০ হায়বদি— ১৯শুবা শাতাব্দীগী তংখায়দদি ঈচৌ অসিগী মপূং কারবা শাফু লৈরে। অসুম্না ঈচৌ অসিনা য়ুরোপ'পূম্নগী সাহি-ত্যদা পাক চাউনা শন্দোকখি। ঐখোয়না খঙগদবদি—রিয়্যালিজম হায়বা ঈচৌ অসি মরু ওইনা উপন্যাসতা (প্রোজ ফিকশনদা) লাকখিবনি। ১৯শুবা শতাব্দীগী খ্বায়দগী শীংথানবা য়াবা থৌ-দোক্তি সাহিত্যদা রিয়্যালিজম পুথোকপা অসিনি।

সাহিত্যগী ঈচৌ অমা হায়বসি খঙহৌদনা হেক্তা নোংলৈ মুংশিৎকুম হৌরকপা নত্তে। সমাজগী, অর্থনীতিগী অমদি লৈঙাক শাসনগী লমদা অহোংবা কয়া লাকপা, মতম অদুগী অমদি মমাঙথাবা য়ুগকী সাহিত্যবু পায়ক্তবা লোয়ননা মীওইবগী ৱাখল-

মীৎয়েংদা অহোংবা কয়া লাকপদগী ঈহৌ অসি লাকখিবনি। তশেংবমকস্তু ১৯শুবা শতাব্দী অসি নোংচুপকী সভ্যতাদা অঙকপা অহোংবগী যুগ অমনি। যুগ অসিবু কনাগুম্বনা "cultural fissiparation" গী মতম হায়নস্তু শীংথানৈ। মতম অসিদা সাহিত্য অমস্তুং সংস্কৃতগী স্কুল, ঈহৌ অমদি অতৈ রাখলগী অহোংবা আন্দোলন কয়া লাকখি। রিয়্যালিজম হায়না খঙনরিবা ঈহৌ (অমদি টর্ম অসিস্তু) অসিগুম্বা মতম অসিদা অইবা কাঙবু খরনা হৌদোবখিবা অচৌবা ঈহৌ অমনি। ("Realism, in the French sense of actuality, in the sense of portraying things as they really are, in the sense of presenting objectively and concreately the observable details of actual life, is the term usually applied to the literary movement of the nineteenth century.)

রিয়্যালিজমগী ঈহৌ অসি মমাঙৈগী সাহিত্যগী মায়োক্তা হৌরকপা আন্দোলন অমনি। মমাঙৈগী ক্লাসিকেল নত্রগা এলিজাবেথ মতমগী সাহিত্যদি নিংথৌ-মহারাণী, অঙম-অথৌ, ফম্নাইবশিংগী ৱারীনি মখোয়না পামজরিবা আর্দশ উৎপা, অপামলুংশি অমস্তুং অকন-অথৌগী তাইবঙনি। ময়ায় ওইবা যুগকী Romance, Gothic Novel নচিংবদা উৎলিবা থৌনাফবা, অকন-অথৌ, অকিতুজুংবা, অপাম লুংশিগী ৱারীশিং (picaresque ad venture, allegorical fantasy, conservative morality) অসি ১৯শুবা শতাব্দীগী অইবশিংনা পুন্সিগী অচুম্বা মশক্তি হায়না লৌবা ঙমদে। মসিগী মথক্তা, রোমান্টিক স্কুলগী অইবশিংগী খুৎইদা কাহেজিনবা থম্মোয় ঈহুন অমদি ষ্টাইল উৎপা অদু য়ানিংলমদে। মসিনা মরম ওইদুনা মমাঙৈগী চৎনবী, রাখল, খুৎই কয়াগী মায়োক্তা আন্দোলন ওইনা হৌরকপনি।

নোংচুপকী সমাজগী ইতিহাস য়েংউরবদি ১৯শুবা শতাব্দীদা 'middle-class' ( ময়ায় ওইবা থাক্কি মীওই কাঙলুপ ) হায়না খঙনবা মীচমগী মশক অমা সমাজদা ময়েক শেংনা চোংথোক্লকখি। মসি Renaissance ( রিনাশাঁ-১৪শুবা-১৭শুবা শতাব্দীদা য়ুরোপ'পুম্বা হৌথিবা ), ইন্দষ্ট্রিয়েল রিভোল্যূশন ( ইংলণ্ডদা ইং ১৭৬০ অতুরাইদা ), ফ্রেন্স রিভোল্যূশন ( ১৭৮৯-১৭৯৯ ) নচিংবা নোংচুপকী সমাজদা হৌরকখিবা আন্দোলন কয়াগী অচৌবা দান অমনি। আন্দোলন ময়াম অসিগী ফলনা শেনজাউ পায়বা, অঙম অথোাশিংগী, কোন্নুংগুম্না চহীচা কয়া চঙনা শাগৎচরকপা শক্তি, আর্দশ অতু মচেৎ মচেৎ নীংথাইখি। মীচম্না শক্তি মুনখরে। মীচমগী সমাজ ওইরে। খুন্নাইদা মীগা মীগা চপ মান্নে হায়বা ৱাখল অসি মউ লিঙখ্রে। অসুম্না গনতন্ত্রগী লম্বেল চাউনা ফাৎলে। সমাজদা ইক্কালিটি ( অধিকার মান্নবা ), জসটিস ( মীচঙ-মীখায় নাইদবা ) অমদি লিবর্যালিজম ( পূকচেল তিংবা ) পুরকপা হায়বসি খিৎকি থবক নত্তে, মীওইবা সভ্যতাগী অচৌবা মায়পাকপা অমনি। মসিগী ৱাখলগী চৈথেংশিং অসি ১৯শুবা শতাব্দীগী রিয়্যালিষ্টশিংদা শাফু কন্না য়ৈরখি। অতুনা ফ্রেসকী লাইয়েকপা Gustave Courbet ( ১৮১৯-১৮৭৭ ) না হায়খিবা কাউডমদ্রবা ৱাহৈ "realism was democratic" নীংশিংবা য়াই। উপন্যাসনা মীচমগী পুন্সি, মীচমগী পূকচেল অমসুং লমচৎপু য়াম্নমক পুকচেল শেংনা উৎলি হায়বগীদমক মঙোন্দা "The Epic of Democracy" হায়বা মীংথোন অসি পীরি।

তরামাপললশুবা শতাব্দীদা লাকখিবা অচৌবা প্রভাব অমনা বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজি অমদি বাইওলোজি ( জীব বিদ্যা ) নচিংবা হীরম কয়াদা অনৌবা ৱাখল কয়া পুথোক্লক্তুনা মীওইবগী পূক্লিংগী কায়দা অসি হোংহন্দুনা বিজ্ঞানগী পূক্লিংমতা ( scientific spirit ) অমা পুরকপা অসিনি। Charles Robert Darwin

( ১৮০৯-১৮৮২ ) গী ইভোল্যুশনগী থিওরি, Sigmund Freud ( ১৮৫৯-১৯৩৯ ) গী সাইকোএনালিসিসকী থিওরি, Albert Einstein গী ( ১৮৭৯-১৯৫৫ ) রিল্যাটিভিটিগী থিওরি অসিনচিংবা ময়াম অসিনা তরামপলগুবা শতাব্দীগী বাখল-মীৎয়েং অমম্বুং ভেল্লুবু পুমহোং হোংহনখি। বাইওলোজিগী বিজ্ঞান চাউখৎলকপগী মতুংইন্না মীওইবগী লমচৎ অসি মানা লৈরিবা নাকয়েৎ অকোইবগা য়াম্না মরী লৈনৈ হায়বসি পুথোক্লকই। মসিনা মরম ওইদুনা মীওইবগী লমচৎ অসি য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইনা অমম্বুং মশাগী মোত য়াউদনা নৈনবা য়াবগী বাফম লাকই। দর্শনগী মায়কৈদম্বু ইংরেজী ফিলোসোফর Geoge Edward Moore ( ১৮৭৩-১৯৫৮ ) না অচুম্বা ( reality ) থিবগী লম্বীদা অনৌবা মঙাল অমা পুরকখি। মনাঙগী ফিলোসোফরশিংনা ( Loke, Hume, Barkley, Kant, Hegel নচিংবা ) চেৎনা থাজনরম্বা— অচুম্বা হায়বসি পূক্লিংনা ওইহনবনি, পূক্লিংনা শেম্বনি, পোৎশিং অসি মীওইবগী পূক্লিংদগী তোথায়না লৈবা নত্তে—হায়বা বাখল অসি থুগায়দুনা Moore না পূক্লিংনা পোত্তগী তোংঙান্না লৈ, অচুম্বদি ওবজেকটিভ ওইবা থিরগা খঙবা ঙমই হায়বা বাফম অসি পুথোক্লকপদগী মসিনা 'fact' পু তোথায়না, নিংতম্না নৈনবা য়াবগী বাখল অমা পীদুনা বিজ্ঞান চাউখৎনবা লমদা য়াম্না খুমাং চাউশিনহনখি। তশেংবমক, কনাগুম্বা পণ্ডিত অমনা ১৯শুবা শতাব্দী অসিদা হিংবা ফংজবসি কয়াদা লাইবক ফগ্রবনো, কয়াদা পূক্লিং লাংতক্নহনগ্রবনো হায়বদু অচুম্বমক্তি শতাব্দী অসিগী মীওইশিংগী বাখন্দা অঙকপা, অচৌবা অহোংবা অমা পুরকখি। মীওইবগী বাখনগী সীমানা অঙকপা ফংনা পাকথোকলকখি।

মথক্তম্বু পনগ্রে, রিয়্যালিজমগী ঈহৌ অসি ফ্রেন্সকী সাহিত্যদগী হৌরকখিবনি। Gustave Flaubert ( ১৮২১-৮০ ),

Emila Zola ( ১৮৪০-১৯০২ ), Guy de Maupassant ( ১৮৫০–১৮৯৩ ) নচিংবনা মপুংওইবা লমতাকপা অইবশিংনি। অতুম ওইনমক, Balzac না ( ১৭৯৯-১৮৫০ ) চহী থরগী মমাঙদা রিয়্যালিষ্টিক ওইনা চুম্না প্রমাণ উত্তুনা ইবা, অওইবা থৌদোক উত্তুনা ইবগী মওংসি খুমাং য়ানগ্রবনি। তশেংনা হৌদোকপা নিপাদি Champfleury ( ১৮২১-১৮৮৯ ) নি। লাইয়েকপা Gustave Courbet কী ( ১৮১৯-১৮৭৭ ) প্রভাব লৌদুনা মাগী "Le Realisme" ( ১৮৫৭ ) গী ৱাহৌদোক্কা মানা হায়— উপ-ন্যাসকী হিরোদি মীচম্না ওইগদবনি। অনৌবা ফ্রেন্সকী অইবশিং অসিনা হোৌরকইবা ঈহৌ অসি মপূং ওইনা মমাঙগী রোমান্টিক রাইটরশিংগী ইবদা চেংশিন্দবা, ইকোম কোমথোকপা মওং উৎপা, হেনজিনবা ৱাথল ফোঙদোকপা, লৈতেংনা হারবা ৱাহৈ-ৱাতা কয়া শিজিন্নবা অদুগী মায়য়োক্কা হৌরকপনি।

Flaubert না চহী মরী চঙনা ইবা "Madame Bovary" ( ১৮৫৭ ) অসি ফোঙলকপদা য়ুরোপকী সাহিত্য জগত্তা অঙকপা ফংনা মথুম-মরাঙ হৌহনখি। উপন্যাস অসিবু রিয়্যাষ্টিশিংনা মখোয়গী বাইবল ওইনা লৌনখি। মাগী খুৎইদা পোৎশিংবু ( ফেক্ট ) য়াম্না কুপশিন্না য়েংবা ঙম্বা মচা তানা তানা য়াম্না কুপ্না ইবা, য়াম্না চুমনা য়েকপা, য়াম্না হৈশিংনা শেমশাবগী গুণশিং অসি ময়েক লানা উৎলি। মানা উৎলিবা রিয়্যালিজমগী ৱাথন্দি নিয়ম চুমনা পোৎশিংদগী তোথায়না লৈবা অদুগ। য়াম্না ঈংনা অমসুং চেংশিন্না পোৎশিংবু য়েংবা অসিনি। Emila Zola না মাগী "The Fortune of the Rougons" গী ৱাকৌদোক অমদি "The Experimental Novel" ( ১৮৮০ ) দা অনৌবা থিওরি অসিগী মরমদা য়াম্না শুগায়না ইরমই। মাগী মোত মতুং-ইন্না রিয়্যালিষ্টিক নোভেল অমা হায়বসি বিজ্ঞানগী লেবোরেটো-রিশিংদা বৈজ্ঞানীকশিংনা ওবজেকটিভ ওইবা মীয়েংদগী পোৎশিংবু

য়াম্না কুপ্না চাংয়েং তৌরগা পোংকী অচুম্বা থিবগুম মীওইবগী লমচৎস্থু মুম্না চনা তানা নৈনরগা অচুম্বা মশক খঙবা ঙমই। ফিজিওলোজিষ্ট অমগী মীৎয়েংদগী Zola না সাহিত্যদা 'ডিটর-মিনিজম' পুশিল্লকই। মমিং য়াম্না চৎলবা, তোয়না হায়নরিবা 'Slice of life' হায়বা ৱাহৈ অসি Zola গী খুৎইবু শীংথানদুনা অহানবা ওইনা শীজিন্নখিবনি।

অমুম্না রিয়্যালিজমগী ঈহৌ অসি ফ্রেন্সতগী ইংরেজী সাহিত্যদা শন্দোক্লকখি। George Eliot ( ১৮১৯-১৮৮০ ), Dickens ( ১৮১২-১৮৭০ ), George Moore ( ১৮৫২-১৯৩৩ ) নচিংবগী নোভেলশিংদা রিয়্যালিজমগী মশক অসি উবা ফংই। George Eliot না লমচৎ ম্নেকপদা কুপশিনবা, ময়ায় ওইবা থাক্কী মীওইশিংগী অচুম্বা পুন্সি শক্তম ময়েক লানা পুথোক্লকই। আমেরিকাদনা William Dean Howells ( ১৮৩৭-১৯২০ ), William Faulkner ( ১৮৯৭-১৯৬২ ), Hemingway ( ১৮৯৮-১৯৬১ ), Sherwood Anderson ( ১৮৭৬-১৯৪১ ) অসিনচিংবনি। রুসকী সাহিত্যদসু Leo Tolstoy ( ১৮২৮-১৯১০ ), Turgenev ১৮১৮-১৮৮৩ ), Gorki ( ১৮৬৮-১৯৩৬ ) নচিংবগী লাইরিকশিংদা রিয়্যালিজমগী মশক উৎলি।

থিয়েটরগী লমদসু রিয়্যালিজমগী অচৌবা ঈহৌ লৈ। রোমান্টিকশিংগী তাইবঙদগী নাম্হোক্তুনা থিয়েটরনা অয়ুক-ঙ্গমিদাংগী অমদি মীচমগী পুন্সি উৎনবা হোৎনরকই। ইং ১৮৭৩ Zola না মাগী লীলা 'Therese Raquin' গী ৱাহৌদোক্তা মাগী মমাঙদা লৈরম্বা অরিবা থিয়েটরগী মওংবু অচুম্বা মান্দে হায়না কন্না চৈথি। মানা হায়-মল্লবা রোমান্টিক থিয়েটর অসি অনৌবা রিয়্যালিষ্টিক থিয়েটরনা মহুৎ শিনগদবনি। রিয়্যালিষ্টিক থিয়েটরদা ঐথোয়গী অকোইবদা লৈরিবা পুন্সি য়াম্না চুম্না ষ্টেজদা উৎনবা হোৎনবনি। অদুনা থিয়েটরদা রিয়্যালিজম হায়রগা খঙনরিবদি—

সিন উৎপগী ষ্টাইলদস্থ ( তাইবংদা হাকথেংনবা তশেংবা পোৎচৈ, মচাকশিং শিজিন্নবা ), লীলা ইবগী ষ্টাইলদস্থ ( রিয়্যালিষ্টিক ওইনা ইবা ); অৱায়-অথুমদস্থ ( অয়ুক মুমিদাং ঙাংনবা লোন্দা-পুদা শিজিন্নবা ), লীলা উৎপগী ষ্টাইলদস্থ ( একটিং, ষ্টেজগী থবক খুদিংমক ) রিয়্যালিষ্টিক ওইহনবা অসিনি। চপচাবা রিয়্যালিজমগী ঈহৌ অসি লাকখিবদি অনৌবা থিয়েটরগী অপোকপা হায়না খঙনরিবা নোর্বেগী Henrik Ibsen ( ১৮২৮-১৯০৬ ) গী মথুক্ত-গীনি। মাগী মমিং চৎলবা লীলা 'A Doll's House' ( ১৮৭৯ ) অসি রিয়্যালিষ্টিক লীলাগী লমজিংবা, অমর ওইরবা খুৎশেম অমনি। লীলা অসিনা য়ুরোপ পুম্বা জয় তৌথি। লীলাসিগী অরোয়বদা নোরানা মপুরোইবা অমদি মচাশিং লোয়না থাদোক্লম্লগা য়ুমগী থোঙজাওহ্নু গম লাউনা থিংজিল্লম্লগা চৎখি। Hanekerনা হায়খি —"That slammed door reverberated across the roof of the world"— নোরানা থিংখিবা থোঙগী খোঞ্জেন-হুনা পৃথিবীগী য়ুমথক লাম্না ভংহুনা চৎখি। ইবসেন্না মাগী লীলাশিংদা মীচমগী পুন্সি অমদি সমাজদা হাকথেংনরিবা সমস্যা কয়া নৈনবা হৌরকখি। মহাক্না মপাম্ন্থোংগী লৈত্তেং অমসুং ঈরাং উৎপা থাদোক্তুনা, সোলিলোকি, অসাইদনচিংবা অরিবা মওংশিং লৌথোক্তুনা মীচমগী অশেংবা পুন্সি উৎপা হৌরকখি। ইবসেনদগী মথং মথং ওইনা August Strindberg ( ১৮৪৯-১৯১২ ), Anton Chekhov ( ১৮৬০-১৯০৪ ), G. B. Shaw ( ১৮৫৬-১৯৫০ ), Sidney Kingsley ( ১৯০৬- ) নচিংবনা রিয়্যালিষ্টিক ড্রামা কয়া পুথোক্লকখি।

ভারতকী সাহিত্যদা রিয়্যালিজমগী মশক অসি লৈ। অদুবু, মসি য়ুরোপকী রিয়্যালিজমগা খেন্নবা মওং অমনি। ভারতকী দর্শন অমসুং সাহিত্যদা য়েংলিবা মীৎয়েং অসিনা মসিগী খেন্নবগী মশক অসি ওইহল্লকপনি। ভারত মচাশিংগী মহৌশাদগী

লোয়নবক্কবা পুকচেল অমদি শাজৎমতা (temperament), ঈ-তোংদা চঙগ্রবা ময়মচৎ, পুন্সিদা য়েংবা মীৎয়েং অমদি নাক-য়েক খেন্নবগী মতুংইন্না ভারতকী ওইবা রিয়্যালিজমগী মশক অসি ওইরকপনি।

মথক্তস্থ হায়গ্রে, সাহিত্য খুদিংমক্তা রিয়্যাজিমগী মরমদা করিগুম্বা মওং অমদা ওইরবস্থ নৈনদবা তোদে। ভারতকী অঙনবা আলংকারীকশিংনস্থ রিয়্যালিজমগী মরমদা য়াম্না কূপ্না নৈনরম্মী। দণ্ডী, ভামহ, কুন্তকনচিংবা অচৌবা পণ্ডিতশিং অসিনা রিয়্যালি-জমগী মরমদা পুক্লিং চঙলম্মী। 'রিয়্যালিজম' হায়রিবা ৱাহৈ অসি ভারতকী অলংকার শাস্ত্রদদি স্বভাবোক্তি হায়না খঙনৈ ( স্বাভাব= nature )। মসিবু বস্তবাদ নত্রগা যথার্থবাদ হায়না ভুংদস্থ খঙনরকই। ভামহনা করিগুম্বা পোৎ অমগী মশাগী ওইবা চপচাবা মওং অহুবু ( the actual state of the object ) অহুবু স্বভা-বোক্তিনি হায়। মহাক্তা খুদম পী— "লাউখোংলহুনা, মী অতৈদা মতেঙ পাংবিয়ু হায়রহুনা, কাতুক-কারন চেল্লহুনা যণ শেনবা নিপা অহুনা মখুত্তা চৈ পায়রহুনা যনশিং অহু লৌবুক্তগী হোইদোক্লম্মী।" মথা তানা মহাক্তা অমুক্তা হায়— "নুমিৎ তাগ্রে। থা থোক্লক্লে। উচেকশিংনা মকোন্দা হনজিন্নরক্লে।" দণ্ডীনা স্বভাবোক্তি অসি মখল মরী খায়দোক্তুনা অমুক্তা কূপ্না নৈনরম্মী।

সাহিত্যদা রিয়্যালিজমগী তঙাইফদনা চন্নফম মফম লৈরবস্থ ভারতকী সাহিত্য নৈনবশিংনা পোৎকী অচুম্বা মশক ইকোক কোক্তা তাক্তুনা ইবা ( রিয়্যালিষ্টিক্কী খুৎই ) অসি কয়া পাম্নরমদে অমসুং মসিবু অৱাংবা থাক্কি সাহিত্যনি হায়না লৌনরমদে। কাব্যদা অলংকারনা আত্মানি হায়না চেৎনা লৌখিবা কুন্তকনা স্বভাবো-ক্তি অসি য়ানিংদবা ফোঙদোক্তুনা করেম্নরম্মী। মানা হায়রম্মী— "মহৌশাগী অচুম্বা মওং অহু চুম্না অহুম ফোঙদোকপনা সাহিত্যগী ফজবা মগুণ ওইবা তারবদি যণ-গাড়ী থৌবা নিপা অমগী ৱাহৈ-শিংস্থ সাহিত্যগী ফজবদা চীংবা তারব্রা?" কুন্তককী ৱাফম অসিগী

মরু ওইবা ভাবতি— ভারতকী সাহিত্যনা পুন্সিগী ইকোক কোকপা মশক অমু পামদে। ভারতকী অলংকার শাস্ত্রদি রোমান্টিক কল্পনা য়াম্না পাম্মই। মশাগী ওইজবা মহৌশাগী অচুম্বা পাউদম অমুদা করিগুম্বা হেনজিনবা পোৎ খরা হাপ্তুনা মতুনা ফজবা অমসুং মুংঙাইবা ওইহনগদবনি। অমুনা, স্বভাবোক্তিকী খুৎইদা সাহিত্যগী ওইবা মহাও অমসুং ফজবা গুণ অমত্তা য়াউদে হায়না লৌই। ভারতকী সাহিত্যনা মপান্থোংগী ইচম চম্বা অচুম্বদা পুক্নিং থমদে। অইবগী 'মুংগী নিংনা উবা হেন্না রাংবা অচুম্বা অমা পুথোক্লবা হোৎনৈ। মসি ভারতকী ধর্ম অমসুং দর্শননা ময়েক শেংনা তাক্লিবা জগৎ অসি মায়ানি লেঙদ্রবা অচুম্বদি ঈশ্বরনি (ব্রাহ্ম, পরআত্মা) হায়রিবা ৱাখল্লোন অসিদগী শাগৎলকপা ভাবনি।

ভারতকী অনৌবা সাহিত্যদা চঙলক্লিবা রিয়্যালিজম অসিদি নোংচুপকী শিক্ষা ফংলবা মতুংদা, নোংচুপকী সাহিত্যগী প্রভাবতগী শাগৎখিবা রিয়্যালিজমগী মশক অমনি। অমুনা নোংচুপ-নোংপোক অনীগী তোৎশিন্নবা মশক অমুম্মক উবা ফংই। ভারতনা নোংচুপকী শিক্ষা, ৱাখল-মীৎয়েং, সাহিত্যগী ঈথিল ফংলবা মতুংদা নোংচুপকী নোভেল ( উপন্যাস ) হায়না খঙনরিবা কলাগী খুৎশেম অসি য়াম্না থেংনা তরামাপলস্তুবা শতাব্দীগী তঙখায় চল্লবা মতুংদা অহানবা ওইনা বাংলা সাহিত্যদা চঙলকখি। বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়না ( ১৮৩৮-১৮৯৪ ) ভারতকী অহানবা উপন্যাস ইবা লময়ানবনি। অসুম্না চত্থরকপনা রিয়্যালিজম হায়না খঙনরিবা খুৎইগী মওং অসি বাংলা সাহিত্যগী রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ( ১৮৬১-১৯৪১ ) ইচম চম্বা খুঙ্গংগী পুন্সি উৎপা ৱারীমচাশিং, উপন্যাসশিং, শরতচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী ( ১৮৭৬-১৯৩৮ ) উপন্যাসশিং অমদি হিন্দী সাহিত্যগী নিংথৌরেল, মহাকপু ভারতকী গোর্কী হায়নসু মিংথৌনরিবা মুন্সি প্রেমচন্দগী ( ১৮৮০-১৯৩৬) উপন্যাসশিংদা উবা ফংই।

প্রগতিশীলগী অকনবা ভাব লৈবা খুৎমাবা প্রেমচন্দ্রনা শাগৎলম্লিবা যাথার্থবাদকী মশক অসি সমাজগী পংথৈ মনুংদা থোক্লিবা অরা-অনা, লৈত-লায়র, অকিবা দৃশ্য, থম্মোয় শোক্লবা মশকশিং অসি ইশেং শেংনা উৎনবা হোৎনবা ওইনা শিজিন্নরমই। মানা শাগৎলম্লিবা রিয়্যালিজমগী মশক অসি মানা ইরম্বা "উপন্যাস" কৌবা রারেংদা ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লমই। প্রেমচন্দগী রিয়্যালিজম অসিদি চুম্নগী অপাবশিংগী মমাঙদা অওই অওইবা, ইকোক কোকপা মশক অদু উৎপনি। মহাক্না রিয়্যালিজমবু সমাজগী ফিবমদা মীয়ামগী পূক্নিং চৌংশিন্নবা উপায় অমা ওইনা শিজিন্নরম্মী। মসিনা অপাবশিংদা মিৎ-মাই পাঙহন্দুনা মুংঙাইহনবগা লোয়ননা থম্মোয় শেংদোকহনবা, লমতাক-লমজিং ওইনা অফবা রাখল হাপ্পা অসিনি। প্রেমচন্দ মশামক্না হায়রম্বা যথার্থ অমসুং আদর্শ অনী পুন্না য়াউবা "আর্দশোন্মুখ যথার্থবাদ" হায়ব রিয়্যালিজমগী মশক অসিমক ভারতকী সাহিত্যগী রিয়্যালিজমবু মশক মুন্না তাক্লিবা রাকম অমান হায়না লৌবা য়াই। মসিমক্না নোংচুপলোমগী চৎনরিবা পথাপ্তগী তৈননা অৱাংবা আর্দশ অমসুং আধ্যাত্মিকী মঙালবু থাদোক্লবা য়াদনা পুন্সিগী ঈ-তোংদা চঙথ্রবা ভারতকী পুন্সি-মহিংদগী থোক্লকপা রিয়্যালিজম মশক হায়বদু ওইরি।

প্রেমচন্দগী মতুংদা ইংকুমজা ১৯৩০-৪০ গী অদুৱাইদা "নয়ী পিড়ী" (অনৌবা মীরোল) হায়না খঙনবা হিন্দী সাহিত্যগী রিয়্যালিজমগী অনৌবা ঈহৌ অমা অমুক লাকখি। মসি প্রেমচন্দনা হৌদোক্লম্বা রিয়্যালিজমদগী থরা হেন্না চঙশিনবা খোঙথাং অমনি। ঈহৌ অসিগী অইবশিংনা সমাজগী হীরমদত নত্তনা প্রেমচন্দনা শোক্লমদবা হীরমশিং— লাইনিং লাইশোল, ধর্ম্ম, রাজনীতি, সমাজনীতিনচিংবা অতৈ হীরম খুদিং শোক্না পুন্সিগী অশেংবা মশক থিত্তুনা তেংনা উৎথোকপা হৌরকই। ঈহৌ অসিগী মওরুইবা অইবশিংদি কবি পন্ট, অজ্ঞেয়, মোহন রাকেশ, সুরেন্দ্র বর্মা,

কৃষ্ণাসোবতী অসিনচিংবা কয়া অসিনি। মরু ওইনা উপন্যাসতদ শিজিন্নবা তোক্তুনা শৈরেং, বারী, ড্রামানচিংবা খুৎইশিংদা মখোয়গী চাংয়েং উৎপা হৌরকই। খুৎইদা, মফোঙদোক্তা, নৈনরিবা হীরমদা মখোয়না রিয়্যালিজমগী সীমানা অসি খরা পাকথোকহল্লম্মী। অসুম্না মখোয়না হিন্দী সাহিত্যদা অনৌবা মহাও অমা পীরমই।

অতুনা শরতচন্দ্র অমসুং প্রেমচন্দ অচৌবা উপন্যাসকার অনীনা শাগৎলিবা রিয়্যালিজমগী মশক অসি ভারতকী সাহিত্যগী অপূনবা রিয়্যালিজমগী শক্তমনি হায়না লৌবা য়াই। মখোয়গী মতুংদা অনৌবা অইবা কয়ানা মথল মথাগী চাংয়েং অমসুং অনৌবা খুৎই মওং কয়া পুথোক্লক্লবসু ভারতকী রিয়্যালিষ্টিক নোভেলগী ঈচেল, ট্রেডিশন অসিদি শরত প্রেমচন্দগী রিয়্যালিজমগী পরিকর মতুংদা অতুম্মক লৈ। মথাদা ভারতকী রিয়্যালিজমগী মচঙ ওইবা মচাক খরা উৎলি :—

ক) হীরম : মমাঙৈগী সাহিত্যগী থিম অমদি বিষয়না লাই-তিন, নিংথৌ, অঙম-অথৌগী মরমদা ইবনি। অরাংবা থাক্কী মীওইগী পুন্সি অমসুং তাইবংনি। মসিদগী তোক্তুনা মীচমগী ময়ায় ওইবা থাক্কি মীওইগী পুন্সি, অরা-অনা, মখোয়না হক-থেংনন্নিবা সমস্যাশিংগী মরমদা ই। লৌমী অমদি মীচমগী পুন্সিনা প্রেমচন্দগী (গোদান, কফননচিংবা রারীমচাশিং) মরু ওইবা ইনবগী মচাক্নি। মানা ওৎপিরবা অমদি ওৎলিবা, লাইরিক হৈরবা বুরজ্বাজি অমদি মীচম লৌমী - কাঙবু অনীগী মুক্নবা মশক উৎলি। শরতচন্দ্রগী হীরম্না ময়ায় ওইবা থাক্কি বেঙ্গালী ভদ্রলোক্কী পুন্সিনি। মাগী 'শ্রীকান্ত', গৃহদাহ, পল্লি সমাজ, চরিত্রহীননচিংবদা মীচমগী লৈত-লাইর, অরা অনা পুন্সি উৎলি। ভারতকী রিয়্যালিজমগী ইনবগী মচাক অসি য়াম্না পোবা মওংদা "the ordinariness is more real" হায়বত্নি।

খ) ষ্টাইল : ইবগী ষ্টাইলনা পুন্সিগী অচুম্বা মশক থাতুনা

ইবা, অচুম্বা থৌদোক-ৱাথোক ময়েক শেংনা উৎপা, চরিত্রশিং লমচৎ য়েকপদা হেন্না পুক্নিঙ চিংশনবা অসিনি।

গ) মোরেল ভেলু: ভারতকী উপন্যাসশিংদা ফোঙনবু ওইরবসু ফুমত্তুনবু ওইরবসু অচুম-অরানগী পাউত্তাক উৎপা ইথিকেল অমদি সোসিয়েল ভেলুগী মীৎয়েং অমদি তত্তনা লোয়নৈ। শরতচন্দ্রনা প্রেমচন্দদগী থবা হেন্না সমাজগী চৎনবীবু থৌনা ফনা শীংনবা ঙম্লবসু মাগী নুংগী ৱাখল মরুদদি চৎনবী রুহী ঙাকপা পাম্বা অমদি মপানাৎ-মপুনাত্তা হনজিনবা পাম্বগী ঈরাং অমদি থাবা লৈতে। প্রেমচন্দনা সমাজদা অচুম্বা থম্বা ( social justice ), নুংশিবা অমদি কথোকপা, মথৌদা ভক্তি লৈবা, অসিনচিংবা গুণ ময়াম অসি উৎলি। পূম্নমক অসিগী মরুদি ভারতকী ধর্ম্মদা চেৎনা থাজবা, তাইবং থম্মোয়বু পাক্না কোনশনবা আধ্যাত্মিক্কা ঈরোয়নবা মীনুংশিগী ৱাখল পূক্নিংমতা অসিদগী থোক্লকপনি।

ঘ) ইমোশন অমসুং সেন্টিমেন্ট: ভারতকী রিয়্যালিজমগী তোপ তোপ্পা মশক অমদি রিয়্যালিজমগা ইমোশনেলিজম অমসুং সেন্টিমেন্টেলিজমগা য়ানশিন্নবা অসিনি। য়াম্না ইমোশনেল অমসুং সেন্টিমেন্টেল ওইবা ( হায়বদি থম্মোয় নৌথবা, মথুম মরাং হোৱা, পুক্নিং লাঙবা ) মওং অসি ভারতকী উপন্যাসকী মরমচৎ ওইনা তৌই।

মথক্তা নৈনরিবা থবা অসিদগী থঙবা ঙম্বদি য়ুরোপকী রিয়্যালিজমদা য়াওবা মরু ওইবা মচাক ওৱিবা objectivity, scientific detachment অসি ভারতকী রিয়্যালিজমদা য়াম্না ৱাৎনা লৈ। ভারতকী পুক্নিংনা তাইবংপানগী থমই। মীচম অমগী অৱাংবা মীৎয়েংদা ঙাইহাকী অৱা-অনা মীকুপশিংদা থোইনা থোইৱাংলুদে মীৎয়েং অমসুং ৱাখল্দা য়াম্না ইনডিভিডিউলিষ্টিক ওইবা ( রম্নাইগী ওইবা শাজৎ ) ৱাৎপা মরমনা মীৎয়েং অসিগা য়াম্নমক মরী লৈনরিবা রিয়্যালিজমগী মশক শাগৎপদা য়ৌশিনবা ইঙম ঙমদবগী মওং অমদা লৈ।

মণিপুরী সাহিত্যদদি অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা জি, সি, তোংব্রা ( ১৯১৩- ) গী লীলাশিং, হিজম গুণ ( ১৯২৩- ) অমদি পাচা মীতৈগী ( ১৯৪৩- ) উপন্যাসশিংদা রিয়্যালিজমগী মশক অসি উবা ফংই। ড্রামা অমসুং উপন্যাসতদ নত্তুনা লান মতুংদা লাকপা অনৌবা কবিশিংগী খুৎইদসু রিয়্যালিজমগী মশক অসি উৎপা থেংনৈ।

মথক্তসু পনপ্রে, রিয়্যালিজম হায়বসি য়াম্না মরৈ থাংবা, চয়েৎনবা রাফম অমনি। রিয়্যালিজমগী মসিমক্না লোয়রে হায়বা অকক্পবা অর্থ লৈতে। মসি অকক্পবা স্কুল নত্রগা অপীকপা, নাইতোম তাবা কাঙবু খরগী থিওরি ওইনা লৌবা য়াদে। মফম মতম, লম লমগী সমাজগী ঈরাং খেন্নবগী মতুং ইন্না রিয়্যালিজমগী মশক খেন্নৈ। George Levinc ন' হায় "Realism was never at any stage in its curious history free of the central pressure to give shape and meaning of cxperience." রিয়্যালিজম অসি নৈনরুরগা তারকপা মাগী ফলদি— রিয়্যালিষ্টিক-ফিকশন য়াউনা ফিকশন খুদিংমক ফিকশন্নি হায়বসিনি ( all fiction even realistic fiction is fiction. ) George Lukacs নসু য়ুরোপ গী রিয়্যালিজমগী অশোয়বা কয়া পুথোক্লমই। অতুনা ১৯শুবা শতাব্দীগী য়ুরোপকী রিয়্যালিজমন' অকক্পনা পাদম ওইরগা তাতৈ লৈবাক্কী সাহিত্যগী রিয়্যালিজমদা পানশিন্দুনা ওনবা য়াদবা কয়' লৈ। ভারতকী তোখায়বা রিয়্যালিজমগী মশক অমা লৈবগুম রুস সাহিত্যগী য়াম্না মপুং ফারবা, তোখায়বা রিয়্যালিজম মশক অমা লৈজৈ। অসুম্না আমেরিকাগী সাহিত্যগীসু তোখায়বা রিয়্যালিজম অমা লৈতবা নত্তে। ২০শুবা শতাব্দীদা ওইরিবা রিয়্যালিজমগী মওং অসিনা হান্নদগী পূমথেন খেন্নবা মওং অমনি। হান্নগী রিয়্যালিজমগী মায়য়োক্তা হৌরকপা, অনৌবা চাংয়েং কয়া তৌরিবা, টেক্নিক্তা সাইন্টিফিক ওইনা শিজিন্নবা, মীৎয়েংদা পূকচেল

তিংবা, মুংগী মশক কয়া উৎপা রিয়্যালিজমগী মশক্তি। হৌজিক রিয়্যালিজম অসিগী অনৌবা মওংগী চাংয়েং কয়া অমম্ভ চথরি— psychological realism, neo-romanticism, impressionism, expressionism নত্তিংবা অসি চাংয়েং ওইনা চথরিবা রিয়্যালিজমগী অনৌবা মওং কয়ানি॥

# ভারতকী ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী খোঙ্গুল লীবা

ভারত পাক-চাউরবা উপ-মহাদেশ অমনি। তোখাইরবা জাতি কয়াগী খেন্নরবা লোন অমসুং সংস্কৃতি কয়ানা পূনশিন্দুনা, নুংদদি মান্নবগী লংলা অমনা চেংনা পুল্লিবা, ফজরবা নাচোম অমগুম ওসি ফাউবা সংস্কৃতিগী মশক অমা শাগত্তুনা লাক্লি। ভারতকী তোখাইরবা লম লমগী লোনশিং অমদি মশাগী সংস্কৃতি লীংথিনা লৈজবা জাতিশিং অসিগী মহৌশাদগী হৌনা মশাগী থিয়েটরগী মশক অমা অতুম শাগোল্লদুনা লাকই। অসিগুম্বা মশক-মওং খেন্নরবা, মখল-মখা কয়াগী কলাগী শকওং চেল্লিবা লমদম লমদমগী থিয়েটর অসিবু ট্রেডিশনেল অমসুং ফোক থিয়েটর হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা খেন্নরবা ট্রেডিশনেল অমসুং ফোক থিয়েটর অসিনা ভারতকী অপূনবা থিয়েটরগী শক্তমনি। থিজিনবা অমসুং খঙবা ৱাৎপদগী ভারতকী থিয়েটরগী ইতিহাস ইবশিংনা নখোয়না ইরকপা লাইরিক কয়াদা মণিপুরগী থিয়েটর কলাগী ৱাফম অসি মীরাইবগুম তৌই। মসি য়াম্না চুমদবা মওং অমনি। ভারতকী থিয়েটরগী ইতিহাস শাগৎপদা মণিপুরগী থায়নদগী লৈরক্লুবা থিয়েটরগী কলাশিং অসিগী অবদানসু য়াওফম থোকই।

অসিগুম্লবা মমল য়াঙ্গবা ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী খোঙ্গুল লীবা হৌরকপসি ওরাংতগী ৱানি। থিয়েটর পামদবা মুসলমানশিংনা মতম কুইনা লৈবাক ওাকতুনা লৈরুবা অমসুং নখোয়গা তেক শম্নবদা ব্রিটিশকী লৈঙাক মখাদা নোংচুপকী থিয়েটর অমসুং কলা কয়াগী প্রভাবনা নমহৎতুনা য়াইথাবগুম শুক্নৎলুরবা ভারতমচাশিংনা মশাগী নপানাং-মপুনাং থিজিনবগী খোঙজংদি ভারতনা নীংতম্বা ফংলবা মতুং কায়নথংদা হৌগৎলকপনি। মণিপুরদসু মসিগী ঈহৌ অসি ইং ১৯৭০ গী অতুৱাইদগী হৌরকই। চাংয়েং লীলা ওইনা অসুম

চথরকপদগী মণিপুরগী ট্রেডিশনেল অমদি ফোক থিয়েটরগী খোঙ্গুল লীবা হৌনরকই। হৌজিকসু লেপ্লা নাইদ্রবা খোঙচৎ অমদা লৈরি।

ভারতকী থিয়েটর নৈনবদা ট্রেডিশনেল অমদি ফোক থিয়েটরবু কাউথোকউবা অমদি মীরায়রুবগী মরমদি ভারতকী নাট্যগী মরমদা ইরম্বা শাস্ত্রশিংদা মতম অতুদা চৎনরম্বা ফোক নত্রগা ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী মরমদা করি অমত্তা ইরমদে অমসুং নৈনরমদে। মসিনা মরম ওইদুনা ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী কলা অসি লৈতবদৌনা থনথিবনি। নাট্যগী মরমদা য়াম্না মরু ওইরবা, অস্থপ্পা ওইনা মরা লৌনরিবা ভরত মুনিগী "নাট্যশাস্ত্র" দা ( ২০০ বি. সি, দগী ২০০ এ, ডি, ফাওবগী মনুংদা ইবনি হায়না থাজনৈ ) শুপ্পগী ড্রামা মথল ১০ থক্তা পল্লএই — নাটক, প্রকরণ, সমবকার, ঈহাম্ৃগ, ডিম, ব্যায়োগ, অঙ্ক, প্রহসন, ভান অমসুং বীথী। অতুগা ভরত মুনিগী মতুংদা লাকপা অভিনবগুপ্ত, ধনঞ্জয়, সাগরনন্দিন, শারদাতনয়, নন্দিকেশ্বর, ভোজরাজনচিংবা পণ্ডিতশিংনসু ট্রেডিশনেল থিয়েটর ( লোকনাট্য ) গী মরমদা পল্লম্ব: লৈতে। অতুনা মরু ওইনা শাস্ত্রশিংদা হায়রম্বা, পল্লম্বা লৈতবনা, শাস্ত্রশিংতবু মরু ওইবা মরা চৎপা য়াবা লাইরিক্কি হায়না লৌজবা, হান্না চৎনরম্বা মত ইনবা ভারতকী পণ্ডিতশিংনা নাট্য নৈনরকপা মতমদা ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী আর্ট অসিবু শোকউবা তৌদনা মীরায়তুনা লাকখি। অতুনা ভারতকী অরিবা ড্রামা অমসুং থিয়েটর হায়রগা শম্না ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামাতবু খণ্ডনখি। হৌজিক্তি মসি মপূংফাদবা অরানবা ৱাফম ওইরে। পাক চাউরবা ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী ফোর্মশিং অসিনা ভারতকী থিয়েটরগী ইতিহাসদা য়াম্না চাউরবা শরুক অমা কন্দুনা লৈরবনি।

ভারতকী থিয়েটর হৌরকপগী মতাংদা পণ্ডিত কয়াগী খেন্নরবা মত কয়া লৈ। অতুম ওইনমক হৌজিক চাউরাক্লা য়ানরবা ৱাফম থরদি— নাট্যকলা অসি আর্যজাতিশিংতগী থৎশেম নত্তে ;

লোকনাট্যগী মওং অসি ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামাগী মমাঙদগী লৈরে ; য়ামা লিরবা ভারতকী থিয়েটর অসি আর্য্যজাতি অমসুং অনার্য্য অনীগী অপূনবা সংস্কৃতি অনীগী য়ানশিন্নবা খুৎশেম অমনি।

ভারতকী নাট্যকলা অসি অনার্য্যশিংদগী হৌরকপনি হায়না মত পীরিবা পণ্ডিতশিংনা কলা অসি সিন্ধু সভ্যতাদগী হৌনা খোঙ্গুল লীবা হৌই। মোহেঞ্জোদাড়োদা ফংলিবা জগোই শাবী নুপীগী মূর্ত্তি অমদি নটরাজগী মূর্ত্তি ওইরম্বা য়াই হায়না থাজনরিবা নিপা জগোই শাবা অমগী য়াংগী শরুক অসিনা সিন্ধু সভ্যতাগী মতমদা নাট্যকলাগী মওং লৈরে হায়বা তাকই। আর্যজাতিগী লাই নত্তবা শিব, গণেশনচিংবা দেবতাশিংগা নাট্যকলা হৌরকপগী বারী অমদি অতৈ থোদোকশিংদা তৎনবা য়াক্রবা মরী অমা লৈহনবা অসিনা কলা অসি অনার্য্যশিংদগী হৌরকপা ওইরম্বা য়াই হায়বসি অমুক্কা চেৎকশিন্না থাজনবগী মরম ওই। ভরত মুনিগী "নাট্যশাস্ত্র" দা ড্রামা হৌরকপগী বারীদা শিববু য়াম্না ইকাইখুম্নবা মওংদা থমই অমসুং ড্রামা শেম্নকপদা অচৌবা থৌদাং য়াহল্লি। শিবনা নট্যদা জগোই হাপচিন্দুনা মওং তাহনখি। অমুক্তসু শিববু নাটরাজ (কলাকারশিংগী নিংথৌ) হায়না মিঙ্গৌনখিবা অসিনসু শিবনা নাট্যকলাদা তৌরিবা দানবু অমুক্কা তেন্না অর্থ থোকহল্লি। সংস্কৃত ড্রামাগী পূর্ব্বরঙ্গদা নান্দী থিবদা লীলা ইবা অয়াম্বনা শিববু খুরুমই, লৈশি-লৈথোল্লি।

নাট্যশাস্ত্রদা গণেশ নত্রগা গণপতিগী মিং অসিমক পল্লমদ্রবসু ওঁকারনচিংবা পল্লিবা অমদি হিংচাবশিংদগী ঙাকথোক্নবদা থৌদাং য়ারিবা লাইশিংগী মমুংদা লাই অমদি গণেশপুনি হায়না প্রমাণ তৌরি। ভবভূতিনা মাগী নান্দীদা গণেশপু খুরুমই। ১০শুবা শতাব্দীদা গণেশকী লাইনিং অসি লৈবাক অসিদা পাক-চাউনা শন্দোক্লকপগা লোয়ননা থা ভারতকী ফোক থিয়েটর অয়াম্বদা

গণেশপু থুরুম্বা হৌজিকস্থ চৎনরি। বিদূষক অমসুং সূত্রধারনচিংবা য়াম্না মরুওইবা চরিত্রশিং অসি ফোক থিয়েটরদগী লাকপনি, কোন্থংদা সংস্কৃত ড্রামানা লৌশিনখিবনি। অসুম্না অনার্য্যগী লাইশিং, লাইনিং লম্বী, চৎনবী, কলাগী মওং কয় আর্য্যজাতিনা লৌশিন্দুনা অপূনবা ভারতকী সংস্কৃতিগী মশক অসি ওইখিবনি।

নাট্যকলানা নথং মথং মওং তানা চাউখৎলকপা অসি ফোককী লাইনিং-লাইশোন, হরাউ-কুম্মৈ, জগোই-ঈশৈ কয়ানা মচাক ওইদুনা শেমগৎলকখিবনি। বৈদিক মতমগী যজ্ঞ তৌবগী থৌরমদা জগোই ঈশৈ, মখল-মখা কয়াগী হরাউকুম্মৈ তৌই। মতমদুদা ইন্দমহা, নাগজাত্ত, জাকখজাত, নায়জাত, ভূয়াজাত অসিনচিংবা কুম্মৈ, ঈরাৎ-পূজা কয়া লৈরমই। জতকনচিংবা বৌদ্ধ সাহিত্য অমদি অর্থশাস্ত্রদা নাট্যকলাগী ট্রেডিশন অসিগী মরমদা য়াম্না মরাং কায়না পল্লি। নট, নর্ত্তক, ভাগজীবন, প্লভাক, বংশবর্ত্তি, মায়াকার, সুত, .কুভাথুন অমদি মতমদুগী অতৈ লীলা-কুম্মৈ তৌবা কলাকার কয়াগী মরমদস্থ ইরনই। হরিবংশ পুরাণদা দ্বারকা মনাক্তা কৃষ্ণলীলা অমা লমদম অদুগী মরোন্দা শান্নবগী মরমদা য়াম্না শুগাইনা ইরি। অসুম্না লোকনাট্যগী মওং অসি সিন্ধু সভ্যতাগী মতমদগী ঈচেল কায়দনা মশাগী অচৌবা ট্রেডিশন অমা ওইনা চেন্থরকপগী প্রমাণ অমসুং মচাক কয়া ফংই।

মথংদা, নাট্যকলাগী মরমদা য়াম্না কুপ্না, মমুং তানা, মচা থায়না, শুগায়না ইরবা ভরত মুনিগী "নাট্যশাস্ত্র" লাকলে। 'নাট্যশাস্ত্র' অসিস্থ মতমদুদা চৎনরম্বা অমদি হান্নদগী চত্থরকপা ট্রেডিশনেল অমদি ফোক থিয়েটরগী মওং কয়াদগী শাগৎপনি হায়রবসি পণ্ডিত কয়াগী মতনি। 'নাট্যশাস্ত্র'দা পল্লিবা লীলা মখল তরাগী মনুংদা 'নাটক' অমসুং 'প্রকরণ' নত্তনা অতৈদি মওং তানা চাউখৎত্রিবা, শেংদোকত্রিবা মওংদা লৌরিবা, ফোককী মওং লৌরিবা লীলাশিংনি। অদুনা 'নাটক' অমসুং 'প্রকরণ'

অমী আসদি থেংনা চাউখৎলকপা অমদি নৌনা শেম্বা লীলাশিংনি। মখোয় অনী অসি ভরত মুনিগী মমাঙদা লৈরমদবা য়াই। অদুগা অতৈ লীলা মখলশিং অসিদি ট্রেডিশনেল ফোর্ম ওইনা শোয়দনা লৈরমগনি হায়বসি মখোয়গী অচেৎপা মতনি।

কনাগুম্বা পণ্ডিত খরনা সংস্কৃত ড্রামাগী বৃত্তি (রাঙাং-শা-ভাংগী ষ্টাইল) মখল মরী থায়রিবা নত্রগা অঙ্ক অমদি পাত্রগী মশীংদগী ড্রামাগী খোঙ্গুল লৌবগু য়াওই। ডাঃ ভিঃ রাঘবননা (Sanskrit Drama and Performance দা) উপরূপক ১৮ গী মমুংদা মীর অমদি মতমতুদা চৎনরম্বা ট্রেডিশনেল ড্রামাগী ফোর্মগা মান্নে হায়না মত ফোঙদোকই। মখোয়তুদি—উল্লাপ্য, রাসক, শ্রীগদিত অমসুং হল্লীশ অসিনি। সংস্কৃত ড্রামানা লাইরিক-লাইগু ওইবা, সংস্কৃত লোন খঙবা খরতগী ওইাখবনা জগোই-ঈশৈনা মপুং ওইবা উপরূপক,শিং আস মীয়াম্না পাম্নবা লীলা মওং ওইনা লাকই। অদুনা ক্লাসকেল সংস্কৃত ড্রামাগা ট্রেডিশনেল ফোক থিয়েটরগী ট্রেডিশনগা য়াম্না নক্নবা মরী লৈ হায়বসি উপরূপকশিংগী লীলা মওং অসিনা সাক্ষী ওইরি। অদুগা 'নাট্যশাস্ত্র' দা ফোক থিয়েটরগী মওং কয়া চঙখি হায়বগী প্রমাণ অমদি দেশ-ভাষা হায়তুনা সংস্কৃত লোন নত্তবা মগধী, অবন্তি, সৌরসেনী, অর্ধমগধীনাচংবা লম লমগী লোন কয়া লীলাদা কুম্লিবা পাত্র শং থেম্নবগী মতুংইন্না চাংনরিবা অসিনা তাকই। শন্না হায়রবদা ভরতমুনিনা মাগী মমাঙদা লৈরম্বা অদুগা মতম অদুদা চৎনরম্বা ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী মওং শং অদু নৈনরগা য়াম্না ফজবা শাস্ত্র অমা ওইনা মরী লৈনবা আইনগী পরেং অমদা লেঙশিল্লম্বনি, মওং অমা লাকতুনা চৎনবী অমা ওইনা মাম্নহল্লম্বনি। অদুনা অদ্যা রাঙ্গাচার্য্যনা হায়,— "Just as Panini standardised classical form of Sanskrit, so Bharata standardised classical form of drama. He gave it status and dignity, a form and an objective and finally a technique."

ভারতকী লমদম লমদমগী লোকনাট্যনা মপান ফনা, মশা-মরেং ফজ্লা চাউখৎলকপা অসি সংস্কৃত লোল্লা শিথরকপা, মরাঙ্‌ চাইথরকপা মতম, ১০শুবা শতাব্দীদগী হৌরকই। চহী চা কয়া ( চাউরাক্লা চহী ৯৫০ রোম ) নুংগুম কন্দুনা লৈরক্লবা ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামা অসি শিথরকতুনা দেবভাষা অসিনা ভারতকী মোর্ডন ইন্দিয়ান লেঙ্গোইজ— লম লমগী ভার্নাকুলার ওল্লকপা মতমদা ট্রেডিশনেল থিয়েটর কয়ানা সংস্কৃত ড্রামাগী মহুৎ শিন খ খোঙফম অসিদগী অনৌবা ভারতকী থিয়েটরগী য়ুম্ফম থোনখিবনি মরু ঙ্ন-খিবনি। ১৫শুবা শতাব্দীদা লম লমগী লোনশিং (এম, আই, এল,) অসিনা চপচানা মপুং মরৈ ফাহুনা মওং তানা চাউখৎতুনা লোনগী ফিরেপ তাবগা লোয়ননা লমদম লমদমগী লোকনাট্যস্থ শারেপ ফারকখি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমই— সংস্কৃত ড্রামানা শিথিবগা লোয়ননা ভারতকী থিয়েটর অসি পুংমুং মুৎখিবা নত্তে। ভারতকী ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী ঈচেল অসিদি ইতিহাসকী য়াম্না লুরবা তানফম কয়াদস্থ — লীলা-কুম্মৈ পামদবা বৌদ্ধ ধর্মগী মতম অমদি লীলাদা খোইজংদবা মুস্লিমগী মতমদফাউ ঈচেল লেপ্পা লৈতনা য়াম্না পীক্লা মোং হাদনা চেন্থরকখিবনি। অহুনা সোম বেনেগালনা য়াম্না ফজনা হায়,— "For the decline of Sanskrit drama did not mean the decline of drama in India altogether. As we saw earlier the growth of the Prakrits made Sanskrit rather irrelevant and these popular languages threw up their own literatures and with it came a strong, pervasive and extremely tenacious folk theatre which survived the onslaught of time and historical circumstances and exists, even thrives, right down to this day in many parts of the country." A. B. Keith নচিংবা থিয়েটরগী ইতিহাস ইবা

পণ্ডিতশিংনা "Irregular plays" হায়না মমাঙউৈদা থৌশারমদবা লোকনাট্য অসি সংস্কৃত ড্রামানা মরায় চায়থরকপা মতমদা ময়োন চোংহুনা শাৎকায়রকখি।

সংস্কৃত ড্রামানা মতম কুইনগী ওইনা য়াহিপ তানগ্রবা, ১০শুবা শতাব্দীদগীনা ১৫শুবা শতাব্দী ফাওবা মতম অসি ভারতকী সাহিত্য অমসুং কলাগী ওইনদি অমম্বা যুগনি। য়াম্না লুবা তানক্ষমদা লৈরিবা শেমগৎ শাগৎপগী কল্লবা মতম অমনি। নৌনা চাউথৎ-লক্লিবা লোনশিং অসিগী অবাংবা থাক্কী সাহিত্য লৈত্রি। ১৫শুবা শতাব্দী ফাওবদা অইবা ড্রামা লৈবা থেংনদে। সংস্কৃত ড্রামাগী প্রভাবতগী থা ভারত্তা য়াম্না ওন্না ড্রামা অসি চাউখৎগ্রবসু অইবা ড্রামা লাকপদি য়াম্না থেংলবা মতমদগীনি। ঐখোয়না খঙগদবদি— অইবা ড্রামা লৈত্রগা থিয়েটর লৈতে হায়বদি লাল্লি। ট্রেডিশনেল থিয়েটরদি অতুম হিংই— হিংহুনা লৈ। অসিগুম্বা নাট্যকলা অসিবু হিংহল্লিবা, পরমপরাগী ঈচেল অমা কায়দনা শমথহল্লিবদি চারণ অমসুং সুতগী মপান্দগীনি মখোয় ঈশৈ শকতুনা, কোয়না চৎতুনা ৱারী লীবা অশৈবশিংনি। জগোই শাতুনা, ঈশৈ শকতুনা লীলাসু উৎলি। সুত হায়বা শাগৈ অসিদি মহাকাব্যগী যুগতগী ফোক অমসুং সাহিত্যগী পরমপরা অসি শমথহুনা লাকই। অতুগা ১০শুবা শতাব্দীদনা চারণশিং অসি ঈশৈ শকপা, জগোই শাবা, ৱারী লীবা শাগৈ অমা ওইনা লৈবা হৌখি। মখোয়না মফম কয়াদা, কাচিন কোয়া কয়াদা চৎতুনা মখোয়গী হিংবগী শিনফম ওইনা ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী কলাশিং অসি হিংহল্লকপনি। শম্না হায়রবদা, মখোয় অসি ঐখোয়গী ডান্স ড্রামা, ফোক থিয়েটর অমসুং অনৌবা থিয়েটর হায়রিবা কলাশিং অসিগী পরাং কায়দনা পুথরকপা অমসুং কলাশিং অসিবু হৌদোক্লকপা মীশকশিংনি। লৈবাক-নিংথৌ, অঙম-অথৌনা শৌগৎপদগী মখোয়গী শিনফম মরা তাবা ঙমখি। ঐখোয়গী অহানবা অমসুং হৌদোকপা ওইরিবা

চারণ অমসুং সুতশিংনা ফোক অমসুং ট্রেডিশনেল থিয়েটর চাও-খৎপদা য়াম্না তেংবাখি।

১০শুবা শতাব্দীদগী হৌজিক ফাওবদা ভারতকী ট্রেডিশনেল থিয়েটরনা মথং মথং চাউখৎলকপা অসি ইতিহাসকী মীৎয়েংদগী থাংখাং নত্রগা তাংকক মরী থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মখোয়গী মরমদা শন্নপ্না মখাদা নৈনরি।

অহানবা তাংকক— মসি ১০শুবা শতাব্দীদগী ১৫শুবা শতাব্দী ফাওবগী মতমনি। সংস্কৃত লোম্না শিথরকপগা লোয়ননা লোন অসিবু খঙবা হন্থরকপদগী লম লমগী লোন্দা ঈশৈ শকপা, লীলা শান্নবা কন্না পান্নরকখি। মীয়াম্না খঙবা লোন্দা, মীয়াম্না পান্নবা ঈশৈ, লীলা কুম্মৈ তৌনরকখি। তাংকক অসিগী থ্বাইদগী মরু ওইবা থৌদোক্তি ১২শুবা শতাব্দীদা কবি জয়দেবগী "গীতগোবিন্দ" গী অকনবা প্রভাবনা ভারতকী কলা সংসারদা অঙকপা অহোংবা কয়া পুরকখিবা অসিনি। মসিনা খা অমসুং অৱাং ভারত্তা জগোই-ঈশৈ শকপা ট্রেডিশনেল আর্টকী মওং অমা লাকখি। খ.-ভারতকী মতাংদা Gayanacharya Avinash C. Pandeya না হায়, - "Jayadeva appeared on the cultural horizon of Tamil Nad with his immortal work, the Gita Govind, which epitomise the worship of Krishna and Radha A current passed through the entire folk art-world ; its emotional appeal revitalised folk music, dance and drama...... People translated its songs in dances and in dramas ...... Since then a variety of folk art forms flourished in the South. **Yaksagana** doveloped in Karnataka ; **Terukuttu** in Tamil Nad and **Kuttiyattam** in Kerala."

অৱাং ভারত্তনা— "কির্তিনয়া নাটক" হায়দুনা অৱাং বিহারগী

মথিলা অমদি অতে মফমদা শন্দোকখি। মসিদা লমতুগী লোন, সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃতকী ডাইলোগ কয়া য়াউই।

অনীশুবা তাংকক : মসি খৃঃ ১৫০০ দগী ১৬৫০ ফাওবনি। মতম অসি ভারতকী ট্রেডিশনেল অমসুং ফোক থিয়েটরগী চাউ-খৎপগী খ্বায়দগী মরু ওইরবা অমসুং ইনাক খুল্লবা তাংকক অমনি। মতম অসিদা ভারত পুম্বদা ভক্তিগী ঈহৌ লাকতুনা ভক্ত কবি কয়া ভারতকী মফম কয়াদা চোঙথোক্লকতুনা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লীলা কয়া পুথোক্লকখি। শ্রীমদভাগবতনা শন্দোকপা ভাগবত-ধর্ম্ম— বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসিনা ভারত'পুম্বা থুমহৎখ্রে। শ্রীজয়দেব কবিগী "গীতগোবিন্দ" মী খুদিংগী চীন্দা পুরে। ভক্তিগী ঈহৌ-সিদা নিংথৌ কয়ানা লাইশং কয়া শাতুনা জগোই-ঈশৈ, লীলা-কুম্মৈ কয়ানা ভারত'পুম্বা পুমনিন নিনখি। ভক্ত কবিশিংনা লমদম লমদমগী মীয়াম্না খঙবা লোন্দা ইবা, শক-শানবা মরম্না মীয়াম্না পাম্নবা হেঙ্গৎলকপদগী কুম্মৈ মওং অসি মীয়ামগী কলা ওইরকই। অতুনা ভক্তি স্কুলনা শাগৎলবা অনৌবা কলা অসি ঐখোয়গী আধুনিক নাটককী শৈহৌনি। মসিনা অনৌবা ফোক থিয়েটরগী য়ুম্ফম থোনখি।

ভক্তি অমসুং বৈষ্ণবকী ঈহৌনা দেবদাসী হায়না খঙনবা লাইশংদা জগোই শাবী—নটী কাঙবু অমা থোক্লকই অদুগা চারণদোনা মাগুবশিংদা, মফম কয়াদা ঈশৈ শকপা, জগোই শাবা, লীলাসু তৌবা হরিকথা হায়না খঙনবা কলাকার কাঙবু অমসু লাকখি। মতম অসিগী মরু ওইবা লীলাশিংদি— আসামদা শঙ্করদেবনা হৌদোকপা "অঙ্কিয় নাট", অন্ধ্রাদা নারায়ণ ভট্টনা হৌদোকপা "রাস লীলা"। শ্রীচৈতন্য দেব (১৪৮৫-১৫৩৪) না বেঙ্গলদা "যাত্রা" হৌদোকই। মহাক মশামক যাত্রাদা য়াওতুনা লীলা শাম্নখি। মহাকী সেবক জীব গোস্বামী অমসুং রূপ গোস্বামীনা "গোবিন্দ হুলাস নাটক" শেম্লমই। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাবতগী

মণিপুরদা ১৮শুবা শতাব্দীদা রাসলীলা অমদি গোষ্টলিলা, উদুখল, গৌরলীলা, পাশখেলা, মানভঞ্জন, কালিদমনচিংবা বৈষ্ণব লীলা কয়া পোক্লকখি। হিন্দী লোনবা লমশিংদা তুলসিদাসকী "রাম চরিত্রমানস" কী ঈথিন্দগী তরাং ভারত্তা "রামলীলা" পোকখি। রাম অমসুং কৃষ্ণগী লাইনিংগী প্রভাবতগী রাজাস্থানগী "রাস ধারী" লীলা অসিনচিংবা কয়া লাকখি।

অহানবদা শ্রীকৃষ্ণগী লাইনিং অমসুং রামায়ণনা শ'গৎখিবা লীলা মওংশিং অসি ভক্তিগী অৱাংবা ভাব অমদি আধ্যাত্মিক নীংথিজরবা রাখল য়াম্না য়াওরমই। অদুবু মতমগী মতুংইন্না সমাজগী কাচিন কোয়া কয়াদা মরা তাশিনখিবদগী অমদি মতম মতমদুগী পুন্সিগী থৌদোক কয়াগা হাকথেংনবদগী ধর্ম্মগী অৱাংবা দর্শন অদু খরা খরা কোমথোক্লকতুনা মীয়ামগী পুন্সিরোমদা চঙশিল্লকই, সমাজগী ওইরকই, সমাজগা মরী লৈনবা থৌদোক, রারী কয়া হাপচিল্লকই। লীলাগী মওংদসু অসুম অসুম হোংলকতুনা মীয়াম্না পামগদবা মওংদা চথরকই অদুনা কনাগুম্বা পণ্ডিত খরনদি কৃষ্ণলীলাশিং অসি ভারতকী অহানবা সমাজিক লীলা মখল অমনি হায়। মরমদি পুরানগী লাই-তিনগী অমদি অকন-অথৌগী থৌনা-রারী তোকতুনা রাধা-কৃষ্ণগী নুংশিনবগী প্রেমরস অসিদা মীয়াম্না পাননগদবা রারী থৌদোক কয়া হাপচনখি। অদুগা মথক্তা লরায়থৌরাইগী পুন্সিগা মরী লৈনবা ঈশৈ, অপূনবা জগোই কয়া হাপচিনবদা নাতৈ চাবা মরম্না মীয়ামগী পুন্সিগা হেন্না নকশিন্নরকখি। মতমগী মতুংইন্না হায়রিবা ফোক ফোর্মশিং অসি সমাজদা মরা চেৎনা তাখি। মসিদা ঐখোয়না খঙগদবা রাক্ষম অমদি ভক্তিগী ঈহৌনা পুরক্লিবা লীলা মওং অসি চুম্নগী মাওজিন থাবনি, য়াকাইরোম্নি। চপচাবা ভারতকী ফোক ষ্টেজ—কলাগী মপুংফাবা অদুদি ওইদ্রি। রারী, ডাইলোগ থোইনা য়াউদবা, নুংঙাইনবা কুম্মৈগী রাখলনা লমজিংবা, জগোই-ঈশৈনা মপূং ওইবা মওংদা লৈরি।

অহুমশুবা তাংকক : ইংশোক ১৬৫০ দগী ১৮০০ অসিগী মতম্নি। ভক্তিগী ঈহৌগী মতমদা মীয়াম্না পাম্নবা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লীলা মওং কয়া লাকথ্রবস্থ য়াম্নমক খুন্নুংগী ওইবা ঈশৈ শৈশক, ছন্দ অমদি চপচাবা ফোকক্কী মওংশিংদা চঙশিনবদি নত্তে। অদুবু তাংককসিদদি ফোক থিয়েটরগী মওংশিং অসিনা লোকগীত অমস্তুং ফোক্কী শক্তমলোমদা হেন্না চঙশিনবা হৌরকখি। তান-জোরনচিংবা মফমদা নায়ক হায়বা শাগৈ অদুনা ট্রেডিশনেল ফোক থিয়েটর য়াম্না চাউখৎহনখি। শাগৈ অসিগী রঙ্গম্মা কৌবী মহা-রাণী অমনা লীলা ইদুনা শান্নখিবগী রেকোর্ড ফংই। মতমসিদা য়াম্না চাওখৎলবা ফোক থিয়েটরশিংদি—মহারাষ্ট্রগী 'তামাশা', কার্নাতকগী "যক্ষগান", তামিলনাডুগী "তেরু কূথু", কাশ্মিরগী "ভাণ্ড যাশনা" অসিনচিংবা। অরাং ভারতস্থ 'রাসলীলা' অমস্তুং 'রামলীলা' অসি অদুম মথং মথং ওইনা চাউখৎলকই।

মরিশুব তাংকক : অরোইবা তাংকক অসি ইং ১৮০০ দগী হৌজিক ফাউবগী মতম অসিনি। বৃটিশকী শাসন মখাদা নোংচুপকী ঈথিল অমস্তুং ঈরাং কয়া লাকপদগী ফোক অমস্তুং ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী মওংদা অহোংবা কয়া লাকখি। বেঙ্গলগী ইনাকখুনবা জামিন্দার কয়ানা শৌগৎপদগী হান্নদগী লাক্লবা 'যাত্রা' দা অনৌবা মওং অমা পীখি। অবধগী মুগোল গোভর্ণর রাজিদ আলি শাহনা "রাহা" হায়না খঙনবা ওপেরা অসি মশানা পামজপদগী মশা-মক্তা ইদুনা অমস্তুং শান্নহন্দুনা চাউখৎহনখি। ভারত্তা মতমসিদা মরুওইনা অরাং ভারত্তা সমাজ সংস্কারগী ঈহৌ লাকপা মতমনি। সমাজ সংস্কাকারকশিং অসিনা লীলা-কলা, জগোই অসি কয়া পামদে, হস্থনা য়েংই। অদুনা অনৌবা ঈহৌ অমা ওইনা লাক্লিবা সমাজ শেংদোকপগী রাখলগী চান্নবা ফোক থিয়েটরগী মওং-শিংদস্থ অহোংবা কয়া হাপচিনবা তারকখি। মরম অদুনা 'রাস-লীলা' গী অহোবদা শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাক হাপচিল্লকই. বিহারদা

ভিকারী ঠাকুরনা হৌদোকপা "বিদেশীয়" হায়বা লীলা মওং অসিদা ঈশৈগী মওংদা শকহনবা ধর্ম্ম-উপদেশ ( sermons ) কয়া হাপচিল্লি। অতুগা হিমাচল প্রদেশ ( সিমলা মনাক্তা ) "কারিয়ালা" কৌবা অনৌবা লীলা মথল অসিদা সমাজগী মরমদা আলোচনা তৌদুনা উৎলি। মণিপুরদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা, দূর্গা পূজা ঈরাৎপা হৌবদগী হৌজিক্কী অকনবা ঈচেল অমা ওইরিবা "শুমাং লীলা" অসিগী হৌদোক্লকপা অপোকপা ওইনা "ফাগি লীলা" কৌবা অহোঙবা ফাগিনা মপুং ওইবা, ৱারী, প্লোট কয়া থোশাদবা ফোক থিয়েটর মওং অসি লাকখি। চেংবা, য়োৎ-সৰীনচিংবা ফাগি হৈরবা কলাকারশিং অসিনা নোক্কিং ফাগি-থোদোক কয়া শেমদুনা মমাই মমিত্তা হামুক কয়া তৈশিন্দুনা নোক্লবগীদমক নোক্লবা তৌবা মশা কয়া নাল্লিৰা ফাগি-কুম্মৈ মওংনি। মসিদগী মথং মথং চাউখৎলকতুনা হৌজিক্কী শুমাং লীলা অসি ওইরকখি। অসুম্না ভারতকী ট্রেডিশনেল থিয়েটর অসি অহোংবা কয়াগা লোয়ননা চত্থরি। তশেংবা ভারতকী অশেংবা ড্রামাগী মথৱায়দি মীয়ামগী পূক্লিংবু য়োৎচাবীগী মতৌগুম চিং-শিল্লিবা, মীয়ামগী ওইদুনা লৈরিবা ট্রেডিশনেল থিয়েটরশিং অসিনি। মখোয়দি শিবা নাইরোই। অসুম হিংখিগনি।

ভারতকী ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী মাল্লবা অপূনবা শক্তম অমা লৈ। অদুবু লমদম লমদম অদুগী সংস্কৃতিকী পরমপরা, ঈশিং-নুংশিত্তগী শাগৎপা, লমদম অদুগী তোপ-তোপ্পা শক্তম অমসুং মরমচৎ চেনজবা, লমদম অদুগী লোন্দা শাল্লবা মরম্না অপূনবা মাল্লবগী মরক্তা খেল্লবা মওং অমসু লৈ। মসি মাল্লদবা মাইথোং অমমম্না অপূনবা মাল্লবা মৈতৈ শক নত্রগা ময়াং শক হায়বা অমা খায়দোকপা য়াবগী মতৌদুগুম্বনি। ফোক থিয়েটর হায়বা অসিদি অপূনবা খুনগী মীয়াম পুম্নমক্না শরুক য়াবা, মফম অমদা হেক্তা শাল্লবা য়াবা, হন্নু-হনা ওাক্তুনা মীয়াম পুম্বগী পূক্লিংবু চিংশি-

ড়গ্গা, মশা নাম্না ইৎত্রিবা, মশা থাদ্রিবা, লূজদবা-নাঞ্জদবা মওংসু ওইবা, ইনশিনবা য়াওদনা মতোমতা থোকচরকপা কলা মওং অমনি। Balwant Gargi না হায়,— "Folk theatre vivifies the people in their natural habital and represents them in their contradictions and activities. It gives a glimpse of their style of speech, music, dance, dress, behaviour, humour, legends, proverbs, wit and wisdom. It has a rich store of mythological heroes, mediaeval romances, chivalric tales, social customs, beliefs and legends. . .. ...The folk theatre does not give a slice of life ; it gives a large scale panorama of existence."

ফোকক্‌কা ক্লাসিকেলগা মশানা খেন্নে। অদুবু মখোয় অনী য়েরুবদোনা লৈবদি নত্তে। পুন্না লৈমিন্নে, লৌথোক-লৌশিন তৌনৈ। অরিবা ফোক ফোর্মশিংদগী ক্লাসিকেল ড্রামা শাগৎখি। অমুক ক্লাসিকেল ড্রামাগী চৎনবী, মওং-মতৌ কয়া নৌনা চাউখৎলকপা ফোক থিয়েটরদা প্রভাব তাখি। মসিনা মরম ওইদুনা ঙসি ফাওবদা ট্রেডিশনেল থিয়েটর কয়াদা ক্লাসিকেল ড্রামাগী চৎনবী কয়া পকশিন্দুনা লোয়নবকই। থুদম ওইনা— সংস্কৃত ড্রামাগী সূত্রধার অসি ভারতকী ট্রেডিশনেল থিয়েটর কয়াদা রঙ্গা, ভাগবথা, ব্যাস, স্বামী হায়না মমিং তোঙান তোঙান্না কৌদুনা য়াউরি। মণিপুরগী জগোই রাস, বণশেনবদসু সূত্রধারী য়াওই। বিদূষকী চরিত্র অসিসু কোনানী, কোমালী, হনুমানায়ক ঋথ মিয়ন হায়না কৌদুনা য়াউরি। মতাং অসিদা মণিপুরী সাহিত্যদা ফাগিগী চরিত্র ওইনা লৈরিবা শৌরা, শোইবোল বালবাসু অমদি অতৈ ফাগি তৌবা পাত্রশিং অসি সংস্কৃত সাহিত্যগী বিদূষকী প্রভাবতগী শেমখিব্রা নত্রগা অতৈ ঈথিল চঙদবা মতোমতগী খুৎশেম অমরা হায়বহু কুপ্না

থিজিনবা দরকার ওই। অদুগা সংস্কৃত ড্রামাগী পূর্বরঙ্গগী শরুক্তা য়াওরিবা নান্দী থীবা অসিসু অতৈ ফোক থিয়েটর কয়াদসু শৈহৌ. লাইশোন ওইনা অদুম শিজিন্নরি। মণিপুরদসু মসিগী মওং অসি শৈহৌ ঈশৈ, রাগ হৌবনচিংবা মওংদা শীজিন্নৈ। করিগুম্বা ট্রেডিশনেল থিয়েটর খরদসু ক্লাসিকেলগী মতৌগুম্না য়াম্না চোক-শিন্না নিয়ম, চৎনবী কয়ানা পুন্দুনা থম্বা য়াউই। ডা. ভি. রাঘবন্না হায়বা ভারতকী অপূনবা অচৌবা থিয়েটর (Greater Indian Theatre) অসি নৈনরগা লমদম লমদমদা লৈরিবা থিয়েটর, নেটিভ ষ্টেজগী ট্রেডিশন অমসুং টেক্নিক মশক মুন্না খঙবা হেল্লকনি হায়বসি অচুম্বা রাফম্নি। ভারত-মচাশিংগী দর্শন, পুন্সিগী অর্থ, থাজনবী অসি অপূনবা, মান্নবা অমত্তা ওইবা রাখল-পরিং অমত্তদা শাগৎথিবা মরম্না মসিদগী পোক্লকপা জগোই-ঈশৈ, কলা-বিদ্যাসু অমত্তা ওইবা রাখলগী পরিং অমনা চেৎনা পুনশিল্লি। মতাং অসিদা ভারতকী সাহিত্য একাডমীগী য়ানরবা ফিদম অমা নীংশিংই— লোন কয়াদা ইরবসু ভারতকী সাহিত্যদি অমত্তনি।

অখণ্ড-অহৈ পণ্ডিত কয়ানা ভারতকী ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী য়ানরবা শক্তমশিং, লক্ষণশিং মখাদা পীরি। শক্তমশিং অসি ভারত্তা লৈরিবা ফোক থিয়েটরগী মওংশিংদা তঙাইফদনা য়াউই হায়বসি শোয়দ্রবা রাফম্নি। মরু ওইবা লক্ষণ খরদি :—

১। টোটেল থিয়েটর : অপূনবা থিয়েটর। জগোই, ঈশৈ, ম্যুজিকনচিংবা মচাকশিং অসি অমত্তা ওইনা পূন্না য়াউবা। করি-গুম্বা অপূনবা মীৎয়েং অমদি থৌরাং অদুগা অমত্তা ওইনা চান্নবা মচাকশিং অসি কলাগী ফজবা থুৎশেম অম্বগা লোয়ননা পূনশিন-হনবনি।

২। জগোই অমসুং ঈশৈ : জগোই-ঈশৈ অসি লীলাগী থাদোক্লবা য়াদবা মচাক, শরুক অমা ওইনা শীজিন্নবা। ভারতকী ট্রেডিশনেল থিয়েটর অয়াম্বা ওপেরাগী লমচৎ চেল্লি, ডান্স-ড্রামাগী

মওংশু য়াম্না য়াউই। জগোই-ঈশৈ অসি য়াম্না ওর্গেনিক ওইনা শীজিন্নৈ। জগোই-ঈশৈনা লীলাগী চরিত্র অমা ওইনা মশক তাকই। D.S. Awasthi গী লোন্দা—"The play is really sung and danced rather than spoken and enacted."

৩। রাঙাঙ শাঙাংগী চৎনবীঃ লীলাদা রা ঙাঙবগী চৎনবী মওং অমা লৈ। অওক-অথোং, হন্না হন্না হায়বা, শৈরেং ওইনা থীবা, জগোই শাদুনা ফোঙদোকপা, রাঙাঙ-শাঙাং মতৌ তমদুনা হায়বা, অসিনচিংবা।

৪। ইমপ্রোভাইজেশন— খুদক খুদক্কী ওইনা তৌবা মওং। খুদক খুদক্তা হোংবা, শেম্বা। য়াম্না কোম্বা, চিংথোক-চিংশিন য়াবা মওংনি।

৫। লীলা হোৌবা—পূর্বরঙ্গ। লীলা হোৌবদা মথল মথা কয়াগী চৎনবী মওংদা হোৌই। ঈশৈনা, জগোইনা, রাগ হৌদুনা, চরিত্র ময়াম থোকতুনা হোৌই।

৬। ভাবোক্কা লৈনবা মরী—য়াম্না নকশিন্নবা মওংগী মরীনি। ভাবোকশিংনা থম্মোয় য়াওনা লীলা শান্নরিবা মীশকশিংদা অমত্তা ওইনা তোংশিল্লি, অমত্তা ওই। চৎনবী, হোৌনবী মওং ইন্দে। ভাবোকশিং অদু লীলাগী মরু ওইবা শরুক অমনি।

৭। কলাকারশিংগী থিয়েটর— কলাকারশিংগী মথা পোনবা, কলাকারশিংদা তোংবা লীলানি। কলাকারশিং অদু য়াম্না মরু ওই—মহাক লোইনা হৈবা তাই।

। সিম্বোল শীজিন্নবা—সিম্বোলিক ওইবা পোৎ-চৈ ওইনা শীজিন্নবা। অমনা হেক্তা খঙনবা। করিগুম্বা অমনা করিনোমা হেক্তা তাকপা। মচুনা, ফিজোম্না, রাঙাংনা সিম্বোল খঙহনবা। অফবা-ফত্তবা খঙনবা সিম্বোলনচিংবা কয়া শীজিন্নবা।

৯। মফম-মতম—মফম-মতমগী অকক্নবা অফা-অপুন লৈতে। মনিং-মথা য়াম্না তমই। অমুক্তদা থোদোক মরোল মরোল উৎপা য়াই।

১০। কবিতাগী শক্তি—শৈরেং, কাব্যগী মহাউ য়াম্না য়াউই।

মথক্কী মরু ওইবা লক্ষণশিং অসি চেল্লবদি মতু ঐখোয়না ভারতকী ট্রেডিশনেল অমদি ফোক থিয়েটরনি হায়না লৌবা য়াগনি। ভারতকী ট্রেডিশনেল থিয়েটর অয়াম্বা মচাকশিং অসি চেনবা ঙাক্কনি। হৌজিক ভারত্তা লৈরিবা মরু ওইবা ট্রেডিশনেল অমসুং ফোক থিয়েটরশিংদি ঃ—কুডিয়টম, কথকলি, চরিটুনাটকম, (কেরেলা), কুচিপুডি, বীথী নাটকম (অন্ধ্র প্রদেশ), যক্ষগান, দোদ্দাত্তা (কর্নাতক), তমাযা (মহারাষ্ট্রা), ভরাই (গুজরাট), ভাগবত মেলা, তেরুকুত্তু (তামিল নাডু), বিদেশিয়া, ছৌ (বিহার), স্বার্গ (য়ু, পি, অমসুং পঞ্জাব) ভাড় জাস্ক (জম্মু), খ্যাল (রাজাস্থান), মাচ (এম, পি, মলবা), নৌতনকী, রাসলীলা, রামলীলা, নগল (য়ু, পি), কাড়িয়াটা (হিমাচল প্রদেশ), যাত্রা (বেঙ্গল), অঙ্কিয়া নাট (আসাম), লাই হরাউবা, গুমাং লীলা অমসুং বৈষ্ণব লীলাশিং (মণিপুর)।

## মণিপুরী থিয়েটরদা লোক কলাগী মচাকশিং অসি কলাগী ওইবা থুংশেমদা শিজিন্নবা : মসিগী সমস্যা নৈনবা

চহী চা কয়া ফোক থিয়েটর নত্রগা ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী মওং অসি ঐখোয়না অতুম তোয়না শিজিন্নদুনা অমস্তুং হাকথেং-নদুনা লাক্লবস্তু মসিগী রাখল্লোন (কনসেপ্ট, ভাব) অসিবু অপান্ননা নৈনরকপা, মসিগী মশক অমস্তুং মওংবু ঐখোয়গী ইরন, মচাক্তি হায়না খংজরক্তুনা ভাব তানা শিজিন্নবা হৌরকপদি য়াম্না কুইদ্রি— শুপ্পগী ভারতনা নিংতম্বা ফংলবা মতুংদগীনি। মতম কুইনা মরা-চেৎনা তাথ্রবা ভারতকী ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামানা ১০শুবা শতাব্দী অদুরাইদা মরায় চায়থরক্তুনা মচেৎ মচেৎ কিন্থরকপা মতমগা হেক শম্ননা লীলা-ফলা কয়া পামজদবা মুসলিমশিংনা মতম শাংনা ভারত্তা লৈবাক ঙাক্তুনা পানখি। মথংদা চহী চনীমুক বৃটিশকী লোইলম শাসন মখাদা ভারতকী সংস্কৃতি অমস্তুং কলাবিদ্যানা উতাংবীগী মতৌগুম নোংচুপকী সভ্যতাদা নচপদুনা তনিক তনিক হিংজখি। মমল থোইনা য়ামদবা নোংচুপকী থিয়েটর, মরুওইনা মন্থরক্লবা ভিকটোরিয়া যুগকী লীলাশিং অমস্তুং পারসি লীলা খরনা ভারতকী লীলাগী মহুৎশিন্দুনা শান্নবা, উৎপা হৌরকখি। নোংচুপতগী পুবা লীলাশিং, মখোয়গী মতৌতম্বা মশান্ননা ভারতকী থিয়েটর ওইনা খঙনরকখি। মতমগী কল্লবা লাংদা থুদুনা ভারতকী ইনাক খুল্লবা নাট্য কলাগী শক্তম কাউথ্রে। অরাংবা থাক্কী শাস্ত্রীয় সঙ্গীত, ললিত কলা মুৎথ্রে। নোংচুপকী অকনবা প্রভাবনা ভারতমচাশিংবু য়াই থাবগুম শুমহৎথ্রে। কায়নথংদা অনৌবা যুগ হৌগৎপা মতমদা রবীন্দ্রনাথ থোক্লক্লে। মহাক্না মাংজিল থাবা লময়ানবা অমা ওইনা নৃত্য নাট্য কয়া ইদুনা ভারতকী হান্ননা লৈজরক্লবা লোকনাট্যগী মওংদা লীলা কয়া শান্নবা হৌদোক্লকখি।

মমৈদা ইন্দিয়ান পিপলস থিয়েটর এসোসিয়েসনগী (আই, পি, টি, এ,) অকনবা ঈহৌ লাক্কুনা ভারতকী থিয়েটরদা অহোংবা মশক অমা লাকখি। মণিপুরদদি মসিগী খৃঃ কুমঃ ১৯৭০ গী অতুরাইদা লাকপা হৌখিবনি। মসিগী মমাংদা লৈপ্রবা হাউরং লৈশং শাফবী, কেগে লমজা, (১৯৫৪ গী মতম) অসিনচিংবা লীলা-শিং অসিদি ফোক থিম, ফোক রারীদা ইবা, চুম্নগী প্রোসেনিয়ম ষ্টেজগী লীলাশিংনি। মখোয়গী চপচাবা লোকনাট্য নত্রগা ট্রেডি-শনেল থিয়েটরগী মওংনি হায়বা য়াদে। অস্তুম্না চাংয়েং লীলা ওইনা অস্তুম চৎথনরকপদগী য়াম্না ভাব তানা মণিপুরগী ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী খোঙ্গুন লিবা হৌনরকখি।

ভারতনা নৌহৌনা মশক খণ্ডজরক্লিবা নাট্য কলাগী মশক, মওং অসি করিনো? ঐখোয়না ফংলিবা নাট্য কলাগী লন অসি মতম কুইনা মাংউরবা পোমপৈগী সহর অমুক নৌনা ফংবা নত্তে। নত্রগা লৈরোন চনপ্রবা থায়নগী সভ্যতাবু ইনৌ নৌনা থেংনবস্থ নত্তে। ঐখোয়না অয়ুক-নুমিদাং শাগোম্নরিবা ঐখোয়গী হিংবগী পুন্সিগা য়াম্না নক্না তাউথমিন্নরিবা ট্রেডিশনেলগী শক্লোনশিং অসিদা অনৌবা মণ্ডালগী মশেক অমা, মশেক অতুদা মমল য়াম্নবা মণি কয়াগী মমি তারিবা অতু নৌহৌনা খণ্ডজরকপনি। ইশাগা তত্তনা শাগোম্নরিবা ইশাগী ইমিবু ঐখোয়না কাউথোকপগুম মীরাইরুরবা ট্রেডিশনেল থিয়েটর অমস্থং লোকনাট্যগী কলাশিং অসিগী মমল খণ্ডলকপদা মখোয়না মতম কুইনা তুংশিন্দুনা থমজিল্লম্নবা লনগুম্না মখোয়না মপান নাইদনা চিংথোকপা য়াপ্রবা মচাক মরন, অর্থ, মওং-মতৌ, মীৎয়েং কয়া উৎলকই। মমল য়ামপ্রবা মণিমুক্তাদনা পৈথুনা লৈপ্রবা মফম অমা, শুরুং অমগী মমুংদা চঙবদা মখল মথা কয়াগী পোৎ-চৈ, পাক চাউরবা লনগৈগী পূক্কে থেংনবগুম ভারতকী লোকনাট্যগী কিলা অসিনা ঐখোয়দা মচাক-মরন অমস্থং লোইনাইদ্রবা মীৎয়েং পীরি। শম্না হায়রবদা, ঐখোয়না ভারতকী

নাট্য কলাগী পরমপরা থেংনরে অমসুং মশক খণ্ডজরে। ভারতকী পরমপরাদি গ্রীসকী মতৌগুম্না নাট্য কলাগী পরমপরা মুংগ্রবা লৈবাক নত্তে— সমুদ্রগী ঈমায়দা ঈথক হৌদুনা ঈমায়দা ঈরাং হৌবা মাল্লবস্তু আঃ মন্নুংদদি করি অমত্তা মোং হাদনা ঈংনা তপ্পা লৈবগুম ঈচেলনুংদা ঈংনা তপ্পা চেনবা ভারতকী পরমপরাগী ঈচেল্লি। ভারতনা মশাগী পরমপরাবু থক থাদোক্কে, শাগোম্নদুনা অতুম চৎলি। পরমপরানস্তু ভারতকী য়াম্না শাংলবা পুন্সিগী লীক্লম অমা, মুৎপা নাইদ্রবা মীৎয়েংগী খোঙ্গুল অমা মশক অতুম তাক্কুনা লাক্লি। ভারতকী নাট্য কলাগী পরমপরা অসিদা ভরত মুনিগী 'নাট্যশাস্ত্র' গী মমাঙদগী লৈরক্লবা লোকনাট্যগী কলা কয়া অমসুং ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামানা ঈথৈ কয়া পীদুনা ভারতকী তোখায় তোখায়বা লোন অমসুং জাতি কয়াগী সংস্কৃতি কয়াদা চঙশিনখিদুনা তিনশিনগ্রবা থিয়েটরশিং অসি য়াউরি। অদুন', লমদম লনদমদা লৈরিবা তোখায়রবা ট্রেডিশনেল থিয়েটরশিং অসিদা ভারতকী ওইবা পরমপরাগী অপূনবা লংলা অমনা পুল্লি। মসিনা মরম ওইদুনা ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী তোখায়রবা শক্তমশিং অসিনা অপূনবা ভারতকী থিয়েটরগী মশক ওইরি। মান্নবদা মান্নদবা, মান্নদবদা মান্নবা অসি ভারতকী পরমপরাগী ফজরবা মরমচৎ অমনি। মসিনা নোংচুপকী থিয়েটরদগী য়াম্না খেন্নরবা, তোখায়রবা শক-চু, মওং-মতৌ, মহাও-মীৎয়েং লৈজবা ভারতকী থিয়েটরনি হায়বসি হৌজিক্তি পৃথিবীদা ময়েক শেংনা উৎপা ঙমলে। হৌজিক ভারতকী থিয়েটরনা থিরিবা, নৈনরিবা অমসুং পুথোক্লবা হোৎনরিবা অসি থোইদোক্না, মরু ওইনা, ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী মওংশিং অসিনি। অদুনা, ট্রেডিশনেল থিয়েটর অমসুং লোকনাট্যগী কলাশিংগী মওং অমসুং মচাকশিং, মখোয়গী মতিক-মগুণ, তিক-ঙাল, টেক্নিক অসিনচিংবা অসি মওং চুম্না শিজিন্ন-নবা হোৎনবা অসি হৌজিকী থিয়েটরগী অচৌবা থৌদাং ওইরি।

মণিপুর হায়বা লৈবাক অসি লোক সাহিত্য অমস্তুং লোক-নাট্যগী মচাক কয়ানা থন্না লৈরবা লমদম অমনি। লাই-হরাউবা, লাইশোলগা মরী লৈনবা কুম্মৈশিং, ঈরাৎ-থৌনি, হরাউ-কুম্মৈ, ভগোই-ঈশৈ, থাং-তা, রারী-লাইরিক, পেনা, খোংজোম পর্ব অসিনচিংবা কয়া কয়া। মসিগী মথক্তা চীংগী লমদমদা লৈরিবা চীংমী জাতিশিংগী মখল-মথা কয়াগী লোক সাহিত্যগী মওং কয়া অমস্তু পীক থন্না লৈরি। হায়রিবা লোক কলাগী মচাক অমস্তুং মওংশিং অসি থঙ্গৎতুনা থিয়েটরদা মতৌ করম্না শিজিন্নগদগে হায়বসি ঐখোয়গী মাঙদা তারিবা অরুবা সমস্যা অমনি। রাফম অসি মখাদা নৈনরি।

থিয়েটরদা ভঙাইফদনা য়ামদ্রবদা মচাক মরী চঙই। মচাক-শিং অসি মহৈ মহৈ অমগা মরী য়াম্না লৈনৈ। মখোয়দি :—

ক) লীলা শান্নগদবা মী (এক্টর)

খ) শান্নগদবা লীলা (রারী)

গ) লীলা শান্নফম (স্পেস)

ঘ) লীলা য়েংবা ভাবোগ (ওডিয়েন্স)।

মথক্কী মচাক নত্রগা কায়াৎ মরী অসিনা থিয়েটরদা পাঙ-পোক্লিবা মখোয়গী মরু ওইবা থবক-থৌদাং অদু লৌখৎলগা মখোয়গা অমুক লোক কলাগী মচাকশিংগা চাংদম্নতুনা মতৌ করম্না লোক কলাগী মচাক-মওংশিং অসি হৌজিক্কী থিয়েটরদা বৈজ্ঞানিক ওইনা অমস্তুং কলাগী ফজরবা থুংশেম অমা ওইনা শিজিন্নগদগে হায়বসি নৈনরি। নৈনবা অসি মীৎয়েং অনীদগী য়েংবা য়াই—ঐখোয়গী মাঙদা লোক কলাগী মওং, মচাক কয়া অমা হান্নন৷ লৈজরে। হান্না লৈজরবা মওং, মচাকশিং অদুগা চান্নবা থিদুনা অনৌবা থিয়েটরগী থুংশেম অমা শেম্বা, হায়বদি হান্নগী ফোর্ম অদুদা পানশিনবা, অদুগা অতোপ্পা মীৎয়েং অমনা—লোক কলাগী মথরায়, মচঙ ওইবা ভাব, মচি, মচল-মরু, শিবা নাইদনা লৈরিব

মপাঙ্গল (ভিটেলিটি) অত্তুতবু লৌখৎলগা অনৌবা থুংশেম ওইনা শেম্বা।

ক) এক্টর

ভারতকী নাট্যকলাগী পরমপরাদা এক্টরগী মফম য়াম্না চাউনা লৈ। 'নাট্য শাস্ত্র' নচিংবা থিয়েটর নৈনবা কাণ্ডলোনগী লাইরিকশিংদা এক্টরগী একটিং, রাঙাং শাঙাং, থবক-থৌওংগী মরমদা য়াম্না পাকচাউনা মমুৎ তানা নৈনরম্মী। শম্না হায়রবদা 'নাট্য শাস্ত্র' দি এক্টরশিংগী লমজিং-লমতাকপা লাইরিক (প্রাক-টিকেল হেন্দবুক) মখল অমনি। অমরোমদা এরিষ্টোটলগী 'পোই-টিক্স' গা চাংদম্নতুনা য়েংসি লাইরিক অসি চুম্নগী গ্রীক্কী লীলাশিংগী সাহিত্য তত্ত্বশিং নৈনবনি। মসিগা লোয়ননা সাহিত্য সমালোচনাগী য়ুম্ফম অমা থোল্লম্বনি। ভারতকী পরম-পরাদি লীলা উৎপা, শান্নবা অসিদা থোইদোক্না পুক্কিং থনম্মী। অতুনা ভারতকী ক্লাসিকেল ড্রামা অমসুং ট্রেডিশনেল থিয়েটরদা এক্টরশিংগী মতিক মগুণ, এক্টরশিংদা শক্তি কয়া তুংশিন্দুনা থম্বা মওং (পোটেনসিএলিটি) অসি মরাং কায়না উবা ফংই।

এক্টরগা মরী লৈনবা, ঐখোয়না ট্রেডিশনেল থিয়েটর অমসুং লোক কলাগী মওংশিংদগী লৌখত্তুনা মতুবু থিয়েটরদা পানশিন্দুনা শিজিন্নবা য়াবা মরুওইবা মচাকশিং মথাদা উৎলি :—

১। এক্টরগী অভিনয় অমসুং হকচাংগী শাথেক-শাওং

২। ইমপ্রোভাইজেশন (খুদম খুদক্তা শেমশাবা)

৩। রাঙাং শাঙাং

ভারতকী ট্রেডিশনেল থিয়েটর, মরু ওইনা মণিপুরগী লোক-নাট্যগী মওংশিং অসিদা হকচাং শিজিন্নবগী মখল-মখাগী মওং কয়া অসি থেংনৈ। হকচাংগী শরুকশিংবু য়াম্না ফজনা, অর্থ লৈনা অমসুং সিম্বোলিক ওইনা শিজিন্নবা হায়বসি লোকনাট্যগী মরুওইবা মচাক অমনি। হকচাংগী থুংথেক অমনা পুন্সিগী মরুওইবা

থৌদাং, অর্থ ফোঙদোকপা য়াম্না য়াউই। মসিগী খুদম কয়া লাই হরাউবা., অতৈ অতৈ মৈতৈগী চীংগী লোকনাট্যদা মরাং কায়না ফংই। রাহৈগী মতেঙনা ফোঙদোকপা নত্তবা, রাহৈগী মতেঙ য়াউদনা ফোঙদোকপা ঙম্বগী (নন-ভর্বেল কম্মুনিকেসন) শক্তি, গুণ কয়া লোক কলাশিংদা য়াউরি। মীওইবগী হকচাং অমম্তুং হকচাংগী কায়াৎশিংবু করিগুম্বা ভাব অমা ফোঙদোক্নবগী পাম্বৈ ওইনা শিজিন্নবদা নত্তনা মখল মখা কয়াগী থাক্তা শিজিন্নবা অসি লোকনাট্যদগী ফংবা মরুওইবা মচাক অমনি। মসিগী মথক্তা, লাইশোল-তিনশোল, পূজা-লংজা, মেজিকেল ওইবা ফোক্কি মওং কয়াদা শিজিন্নবা হকচাংগী ঈঙ্গিত (জেশচর), খুৎ শা হাইবা (মুভমেন্ট), কয়া অমম্তু লৈরি। মখোয় অসি নাট্যগী মচাক ওইনা শিজিন্নবা য়াবা ঙাক্তনি।

লোকনাট্যগী ওইবা হরাউ কুম্মৈশিংদা ইমপ্রোভাইজেশনগী (খুদক খুদক্তা হোংবা, শেমজিন শাজিনবা) মওং অসি য়াম্না মরাং কায়না শিজিন্নবা উই। মসিনা, য়াম্না চেৎনা-চিন্না ফাজিনবা নত্তবা, য়াম্না কোম্না পুনবা, এক্টরশিংগী মফম-মতমগী মতুংইন্না ওম্মোক-ওনশিন তৌবগী হৈশিংবা মওং কয়া মরাং কায়না য়াউই।

লোকনাট্যগী লীলা— কুম্মৈশিং অসিদস্থু রা ঙাংবগী, রাহৈনা ফোঙদোকপগী তোপ-তোপ্পা চৎনবী, ষ্টাইল, মফম অমা লৈ। অওক-অথোং, প্রমাণ-পাম্বৈ শিজিন্নবা, ঈশৈগী মতেঙনা অরায়-অথুম তৌবা, হন্না হন্না হায়বা অসিনচিংবা মওং কয়া শিজিন্নরি। রাহৈগা অঙ্গিকাগা মরী লৈনদবা, হায়রিবা রাহৈ অতুদগী মরুমদা লৈবা সব-টেক্স শিজিন্নতুনা হেন্না পাকথোক চাউথোকপা মরম্নাইগী ওইবা রাঙাং-শাঙাং শিজিন্নবা অসি য়াম্না ফজবা টেক্নিক অমনি। অতুন্না, ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী এক্টরশিং অসি য়াম্না মগুণ লৈ। ট্রেডিশনেল থিয়েটরদি এক্টরদা তোংতুনা শান্নবা কুম্মৈনি।

খ) শান্নগদবা লীলা (পারফোর্মেন্স):

ড্রামা নত্রগা থিয়েটরগী মথল্লায়দি শান্নবদা লৈ। মরমদি তাইবং মীগী পুন্সি অমস্তুং ফিবমবু মতৌ তমদুনা উৎপা হায়বসি লীলাগী ধর্ম'নি। শান্নগদৌরিবা পোৎ অদু য়াম্না শাংবা রারী ওইবা, য়াম্না তেনবা শৈরেং ওইবা, অইবা ওইবা য়াই নত্রগা অইবা লৈতবা থোদোক অমস্তু ওইবা য়াই। জাপানগী 'নো' থিয়েটরগুম্না ভারতকী নাট্যকলাগী পরমপরাদা লীলা উৎপা নত্রগা শান্নবগী মওং অসি অচুম্বগী মশক অমবু ইকোক কোক্লা মতৌ তম্বা নত্তে। ভারতকী শিল্পকলাগী মতৌগুম্না ঐথোয়গী নাট্যকলা অসি করিগুম্বা মতমদস্তু রিয়্যালিষ্টিক নত্রগা ন্যাচর্যা-লিষ্টিক শুকওই ওইদে। করিগুম্বা পোৎ অদুগী অবস্থা, ওইরিবা ফিবম (ষ্টেট), রস (সেন্টিমেন্ট), মচি, এসেন্স, স্বাভাব মহৌশা (বীইং) অদুতবু উৎপনা মপুং ওই। ভারতকী লীলা মউৎতি লোকধর্মী নত্তে, নাট্য ধর্মীনি। মসিগী মন্নুংদা লৈরিবা ফজবা ভাব, সিম্বোলিক ওইবা মচাক মরন ময়াম অসি হৌজিক্কী থিয়েটরদা শিজিন্নবা য়াবা ঙাক্তনি।

গ) লীলা শান্নফম : (মফম মতম)

থিয়েটরদা লীলা শান্নফম অমা শোয়দনা লৈগনি। মদু গ্রীক থিয়েটরগী চীংমায়দা ঙমখত্তুনা মী লিশিং কয়া য়েংবা য়ানবা শাবা অদুগুম্বা ওইবা য়াই, প্রোসেনিয়ম থিয়েটরগী ভাবোক্তা মায়গৈ অমতমক ফাৎপা হৌজিক্কী ষ্টেজ অসি ওইবা য়াই, মায়কৈ মরী কোইশিনবা, অশাংবা-অতেনবা, মথক-কুপ্পা, কুপ্তবা, লমহাং অসিনচিংবা কয়া কয়া। ট্রেডিশনেল থিয়েটর অমস্তুং লোকনাট্য লীলাশিং অয়াম্বনা মায়কৈ মরীদা ভাবোক্লা কোয়শিনবা, মথক কুপ্পা মাণ্ডপ, শঙ্গোয় নত্রগা মথক কুপ্তবা শুমাং নত্রগা লমহাং অসিনা অয়াম্বনি। ফোক্কী কুম্মৈশিংদা শিজিন্নরিবা মফম (স্পেস) অসি হৌজিক্কী থিয়েটরদা শিজিন্নবা মতমদা তোথায়বা মওংগী

মফোঙদোক, মউৎ, খুৎলাই অমসুং টেক্নিক চঙলকই। একটিং এরিয়া য়াম্না শিজিন্নবা য়াই, থৌদোক য়াম্না শিজিন্নবা থুদোংচাবা লৈ।

অদুগা ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী কুম্মৈশিংদা মফম মতমগী অকক্নবা নিয়ম লৈতে। করিগুম্বা সীন অমদা তোখায়বা মতম কয়াগী থৌদোক মথং মথং লোনশিন্দুনা থোকহনবা য়াই। করি-গুম্বা মফম অমদা তোখায় তোখায়বা মফম কয়া থোক্না পুথোকপা য়াই। অদুনা তোখায় তোখায়বা ঈরোং কয়া ফাংবা, অমগা অমগা লোনশিন্নবা য়াবা (মলটিপল চেন্নেলস, দিফেরেণ্ট এঙ্গলস, দিফেরেণ্ট ষ্ট্রকচর) লৈবা অসি ফোক্নী মরু ওইবা মচাক অমনি। খুদম ওইনা— করিগুম্বা মফম অমদা কোন্নুংসু, কৈথেনসু, য়ুমসু লৈহনবা ওইথোকই। অদুগা হৌগ্রবা অমসুং তুংদা ওইরক্কদবা থৌদোকসু করিগুম্বা অকক্নবা মতম অমগী মন্নুংদা পুন্না থম্বা য়াই। মফম, মতমগী ভাব অসি সার্কুলার ওইবা মরমনা লীলা কুম্মৈশিংগী থৌদোক অসি মফম-মতম্না পুন্দুনা থম্বা ঙমদে। ভারতকী মেনিএচর পেইন্টিংগুম্না লোকনাট্যগী লীলাশিং অসি মফম মতমগী নিয়মনা পুন্দবা কলা মওং অমনি।

ঘ) ভাবোক

ভাবোক্না লীলা শান্নরিবশিংগা য়াম্না নকৃবা মরী অমা লৈ। মসি লোকনাট্যগী য়াম্না মরু ওইবা মচাক অমনি। ভাবোক অসি শান্নরিবা লীলাগী শরুক অমনি। লীলাগা ভাবোক্না থাদোক্নবা য়াদ্রবা মরী অমনা পুল্লি। শম্না হায়রবদা লীলা শান্নরিবা অদুদা ভাবোকসু শরুক য়াই।

মথক্তা, ট্রেডিশনেল থিয়েটর নত্রগা লোকনাট্যগী হরাউ-কুম্মৈ, লীলাশিংদা মপান নাইদনা য়াউরিবা মচাকশিং অদুবু থিয়েটরদা পানশিন্দুনা শিজিন্নবা য়াবা মরু ওইবা মচাক থরগী মরমদা শম্না নৈনগ্রে। মথক্তা থরা থঙ্গৎতুনা নৈনরিবা অসি নত্তবা মচাক কয়া লৈরি— ঈশৈগী, জগোইগী, ফিজেৎকী, রিদমগী, থোঙ্জেলগী

সিম্বোল অসিনচিংবা। পুন্নমক অদু মফমসিদা লোয়না নৈনবা ওইথোক্কে। হৌজিক ঐখোয়গী মাঙদা তারিবা অরুবা সমস্যাদি মন্তৌ করম্না ফোক্কী ওইবা মচাকশিং অসি কলাগী ওইবা খুৎশেম অমা ওইনা থিয়েটরদা করম্না শিজিন্নগদগে হায়বা অসিনি। মপক্কুস্থ পনথ্রে—হৌজিক্কী থিয়েটরদা লোকনাট্যগী মচাক শিজিন্নবা অসি মওং অনী থোক্লা য়েংবা য়াই। মওং অনীগী মনুংদা অহানবগী মওংনা হায়বদি - হান্না লৈজরবা ফোর্ম অমদা (লাই হরাউবা, শুমাং লীলা, মোইরাং পর্ব্বনচিংবা), ফোর্ম অদুগা চানবা ব্যারী নত্রগা থিম অমা পানশিন্দুনা অনৌবা থিয়েটরগী মওং অমা ওইনা ফোক্কী মচাকশিং পানশিন্দুনা শেম্বা। মসিনা খরা লায়বা সমস্যা অমনি হায়না লৌজে। অদুমকপু মওং অনীমক কলাগী শেমগৎ-শাগৎপগী হৈশিংবা গুণ, শক্তি চঙবা ভাক্তনি। সমস্যা অসি মখা তানা অমুক নৈনরি।

থিয়েটর হায়বা অসি কলা অমনি। অদুনা, থিয়েটরদা লোকনাট্যগী মচাকশিং শিজিন্নদুনা অনৌবা থিয়েটরগী খুৎশেম অমা ওইনা শেম্লিবা লীলাশিং অসিস্থ কলাগী ওইবা মীৎয়েংদা য়েংদুনা বিচার তৌফম থোকই। কলা অমা ওইবদা মশানা শোয়দনা চেন্নজরবা ফজবা, অমত্তা ওইবা, মশাগী তোপ তোপ্পা হৈশিংবা উৎপা, মপুং ফারবা খুৎশেম অমা হায়বদু শোয়দনা ওইগদবনি। অদুনা লোকনাট্যগী মচাকশিং অসি ফজনা, মওং চুম্না, অর্থ থোক্লা, কলাগী বিচার কায়দনা শিজিন্নবা হায়বসিনা ফাক্কী মচাকশিংবু কলাগী ওইবা খুৎশেম ওইনা শিজিন্নবা হায়বদু ওইফম থোকই।

থিয়েটর হায়বা অসি অইবা নত্রগা ডিরেক্টর অদুগী পুন্সিগী য়াম্না মরু ওইবা, ইতোপ তোপ্পা এক্সপিরিয়েন্স (ইউনিক এক্সপিরিয়েন্স) অদু য়াম্না অর্থ চেনবা, সাহিত্যগী ফজবা লোন্দা এক্টরশিংগী মতেঙনা লীলা ওইনা শান্নদুনা উৎথোকপা কলা অমনি।

চুম্না, ঙাইহাক নুংঙাইনবা মীৎকী কুম্মৈ মখল অমা ওইনা চৎথ্রবদি, মতম কুইনা ফাজিন্দুনা থম্বা ঙম্বা কলাগী মচাক থোইনা য়াউদবনা মন্থরকই, খুইথরক্কই অমসুং মতম কুইনা পুন্সিদে। অদুনা নুংঙাইবা, ফজবা কুম্মৈ (লীলা) অমা ওইহনবগা লোয়নননা কলাগী মচাক খরা হাপ্পা তঙাইফদে। অদুনা লোকনাট্যগী মচাকশিং অসি পানশিন্দুনা শিজিন্নবা মতমদা তঙাইফদনা কলাগী ওইবা মীৎয়েং অসি মাঙদা থমফম থোকই।

হৌজিক্কী মতমগী ওইবা অনৌবা থিয়েটর অমা, মণিপুরগী নাট্যগী মরমচৎ চেনবা, লমদম অসিগী ওইবা থিয়েটরগী মশক অমা, লোকনাট্যগী মচাকশিং শিজিন্নদুনা শেম্বা তারবদি মদু হান্নগী চপচাবা অরিবা ফোর্ম ( মওং ) অমদা মচাক ময়াম পানশিল্লগা হেক্তা ওইথোক্কনি নীংদে। মরমদি, লোক-নাট্যগী মচাকশিং অসি করিগুম্বা লীলা অমদা নত্রগা লীলাগী মতাং অমদা নাত্তৈ চাবা য়েংদুনা চুম্না পানশিনবা, নপশিনবা, য়ানশিনগদবা নত্তে। শম্না হায়রবদা, মচাকশিং অদু মকক কল্লগা শমজিনবা নত্তে। মকক মককশিং অদু অমত্তা ওইনা মপুংফাবা খুৎশেম অমা ওইনা পুথোক্লবা অহানবদা ইনৌ নৌবা, মশাগী ওইবা ফোর্ম অমা হান্না শাগৎপা চঙই। অদুগুম্বা নৌনা শাগৎপা ফোর্ম অদুদা মচাকশিং অসি লীলাগী থাদোক্লবা য়াদ্রবা অপূনবা মচাক অমা ওইনা শেমগদবনি। অদু নত্রবদি, লোকনাট্যগী মচাক শিজিন্নবদা য়াম্না খুদোংথিনিংঙাই লৈ।

অদু ওইরবদি, মথক্তা পনথ্রবা, কলাগী অনৌবা খুৎশেম ওইবা শেম্বদা ঐখোয়না তৌগদৌরিবা থবক অসি করিনো? অনৌবা, মতমগী ওইবা থিয়েটরগীদমক্তা ঐখোয়না লোকনাট্যগী মচাকশিং শিজিন্নগদৌরিবা অসি হাম্না লৈজন্নবা ফোক্কী মওংশিং, মপানগী ওইবা মশক অদু নত্তে। লোকনাট্যগী মনুংদা পক্লুনা লৈরিবা মথরায়, মতিঙ, রিথম, মচি, ঙ্কিংনবগী মপাঙ্গল শক্তি

(ইসেন্স, ডিটলিটি) অদু মওং চুন্না শিজিন্নদুনা শেম্নগদবনি। লোকনাট্যগী মচাকশিংদা য়াউরিবা ইনর্জি (শক্তি) অদু শিজিন্নদুনা ফজরবা লীলা অমা ওইনা শেম্বনি। সাহিত্যদা লোলগী মতেঙনা ফজবা, মশাগী ওইবা সাহিত্যগী খুৎশেম অমা শেম্বগুম, মচুগী মতেঙনা কলাকারশিংনা লাই অমা য়েকপগুম, লীলা শেম্লিবা ডিরেক্টরনা লোকনাট্যগী মচাকশিং অসি লোল অমসুং মচু ওইনা, রাখল ফোঙদোক্লবগী পাম্বৈ ওইনা শিজিন্নগদবনি। অদুগা মশাগী ওইবা, অনৌবা, ফজবা খুৎশেম অমা ওইনা পুথোক্লক্কদবনি। অদুতদা অনৌবা, ফজবা, কলাগী খুৎশেম ওইনা মশা মতোমত লেপচবা ঙমগনি। ভিজুয়েল আর্টসদা ভারতকী চিত্রকলাদা মমিং চৎলবা এম, এফ হুসেন, গণেশ, পেন, সুলতান আলিনচিংবা কলাকারশিংনা ফোক্কী ওইবা মচাক কয়া শিজিন্নদুনা হৌজিক্কী মতমগী পুন্সিবু অনৌবা কলা ওইনা ফোঙদোক্লি। মতৌ অসি-গুম্না, পার্ফোর্মিং আর্টতসু, মেডিয়ম খেন্নরবসু, লোকনাট্যগী মচাকশিং শিজিন্নদুনা অনৌবা থিয়েটরগী মশক অমা শোয়দনা শাগৎপা ঙমগনি নীংই।

হৌজিক মণিপুরদা মণিপুরগী ট্রেডিশনেল অমসুং লোকনাট্যগী মওং, মচাক, চৎনবী (কনভেনশন) কয়া শিজিন্নদুনা লীলা উৎপগী চাংয়েং তৌরিবা মীশকশিংগী মনুংদা, মরু ওইনা, ডিরেক্টর অহুমথক খঙ্গৎলগা মখোয়গী মরমদা নৈনবা য়াই। মখোয়দি— শ্রীকাহ্নাইলাল, শ্রীরতন থিয়াম অমসুং রাই. রাজেননি। শ্রীকাহ্নাই-লালনা নৈনরিবা সমস্যানা হৌজিক্কী মতমগী মীচমশিংগী পেন্দবা, অবাবা, শাউনিংবা, নুংঙাইতবা, নৈহৎপীবা ময়াম অসি উৎপনি। মসি ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা মহাক্না, মৈতৈ অমসুং চীংগী লম-দমসিংগী ওইবা ঈ-তোংদা পক্লুনা লাক্লবা এথনিক কলচরগী মনুংদা হুমদুনা থি অদুগা মাগী রাখল-পরীংগা চান্নবা থিয়েটরগী রিথম অমা ওইনা মাগী লীলাশিংদা পথোক্লকই। পথোক্লক্লিবা

অসি— হকচাং অমস্তুং খোঞ্জেল্লা মপূং ওইবা থিয়েটর মখল অমনি। হকচাং শিজিন্নবগী অকুপ্পা মওং, মসিগী মনুংদা লৈরিবা ক্রিয়েতিভ ইনর্জি, শক্তি ময়াম অসি ঐখোয়গী হাপ্লা লৈজরল্লবা লোকনাট্য অমস্তুং লোক কলাদগী লৌতুনা শিজিন্নে অমস্তুং মসিনা মাগী থিয়েটরগী ফোঙদোক্লবগী মপূং ওইবা পাম্বৈ ওইরি। হকচাংনা মপূং ওইবা ফোঙদোক্লবগী পাম্বৈ ওইথিবনা মাগী লীলাদা কলাকার অমমমগী তোপতোপ্পা মশক (ইনদিভিজুএলিটি) উবা ফংদে। মাগী থিয়েটরদি কলাকারশিংগী অপূনবা হকচাংনা কবিতাগী মশক ওইনা ফোঙদোক্লবা হোৎনবনি। মসি কাহ্লাইলালনা হৌজিক্কী মণিপুরগী থিয়েটরদা তৌরিবা, য়াম্না শাংথানিংঙাই ওইখ্রিবা দান অমনি।

শ্রীরতন থিয়ামনা উৎনিংবা, নৈনবা পাম্বা, পুন্সিগী অক্লবা সমস্যা লৈবা উদে। মাগী উদ্দেশ্যদি— মণিপুরগী ফজরবা সংস্কৃতি উৎপা, মমদম অসিগী লৈহাওদগী শাগৎপা য়েংবদা নীংজিবা থিয়েটর অমা শাগৎপনি। অতুনা মৈতৈগী লোককলা-লোকনাট্যগী মথৱায় মনুংদা চঙতুনা মৈতৈগী লোকনাট্যগী মরমচৎ থিবদা কয় খোইজংদে। য়াম্না ফজবা, মনম স্নুংশিবা মৈতৈগী লৈরাং অমা ষ্টেজদা শাংহন্নবা হোৎনবনি। মাগী ফিরেপতি অচৌবা আর্টিষ্ট অমা ওইবদগী য়াম্না থুৎ-শা হৈরবা শেমজিন শাজিনবগী গুণ য়াম্না লৈবা মাষ্টর ক্র্যাফমেন অমা ওইবনা হেন্না চূনবা হেল্লি। মাগী উরুভঙ্গম. বিক্রমোর্বশীয়মনচিংবদা মৈতৈগী সংকীর্ত্তননচিংবা ঈশৈ-জগোইগী মচাক ময়াম পানশিন্দুনা সংস্কৃত ড্রামাবু মৈতৈগী ওইবা লীলা অমা ওইনা শেম্বা ঙম্লিবসি মাগী খুৎশা-হৈবগী (ক্রাফটমেনসিপ) অৱাবা খুদম অমনি। শ্রীযুম্নাম রাজেন সিংহসু, মরু ওইনা মাগী 'নোংদা অপামথোইব'দা তাংখুলগী পুন্সি-সমাজ উৎনবা হোৎনবদা তাংখুল জাতিগী ফোক্কী রিদম, মুভমেণ্ট, ম্যুজিক কয়া শিজিন্নতুনা নম ভার্বেল কম্ম,নিকেশনগী

মকোঙদোক অমা উৎপা ঙমই। মহাকস্থ কাহ্নাইলালগী মতৌগুম্না হকচাং শিজিন্নবগী লম্বীদা কন্না চঙশিল্লি। মহাকীস্থ সমাজদা অচুম্বা লৈতবা, ওৎপা নৈবা, পেন্দবা কয়াগী সমস্যা অসি থিয়েটরদা পুথোক্তুনা নৈনৈ।

মণিপুরদত নত্তুনা, হৌজিক, ভারতকী মফম কয়া মমিং চৎলবা ডিরেক্টর, লীলা ইবশিংনা খৃঃ কুম ১৯৭০ গী অতুরাইদগী হৌনা ট্রেডিশনেল অমস্তুং লোকনাট্যগী মচাক কয়া লৌতুনা লীলা উৎপগী অকনবা চাংয়েং তৌনরক্লি। বি. ডি. করনাথ, পনিকর, হাবিব তনবীর, জববর পটেল, রাজেন্দ্রনাথ অসিনচিংবা অসি মমিং পনবা য়াই। অতুবু ঙসিফাউবদা চৎথরিবা চাংয়েং অমস্তুং পুথোক্লিবা লীলাশিং অসি, নীংবা কায়বনক নত্রবস্থ, অপাম্বা ফল নত্রগা করিগুম্বা মওং তাবা ফিরেপ অমা য়ৌবদি ঙমদ্রি। হৌজিকফাউবদা চৎথরিবা মওং অসি অয়াম্বগী মোত মতুংইন্না ফোক ফোর্ম ময়াম মুকশনদৌনা য়ানশিন্নবা, মচাক ময়াম পুনশিনবগী মওংনি হায়না লৌনৈ। ব্রাফম অসি মণিপুরী থিয়েটরগী মতাংদস্থ য়াম্না চুম্না থোক্লিবনি। অতুম্না নেশনেল স্কুল ওফ ড্রামানা মসিগী সমস্যা অসি কোক্লবা 'ইন্দিয়ানেস ইন ইন্দিয়ান থিয়েটর' কৌবা পাইলোট প্রোজেক্ট পায়খত্তুনা লমদম লমদমগী লোকনাট্যগী ফোর্ম কয়া অসি নৈনবগী থৌরাং পায়থৎপা হৌখি। মসিগী উদ্দেশ্য অসি— লোকনাট্যগী মচাকশিং অসি মতৌ করম্না থিয়েটরদা কলাগী ওইবা খুৎশেম অমা ওইনা শিজিন্নগদগে হায়বা অসিনি। হৌজিক তারক্লিবা ফলদি— ট্রেডিশনেল ফোক ফোর্ম অসি শিজিন্নগে হায়রবদি ফোর্ম অতুগী রাংমদা চত্তুনা ফোম অতুগী হৌরকফম, সংস্কৃতিগী য়ুম্ফম, পরমপরানচিংবা অতু মুন্না খঙতুনা মন্নংগী ওইবা অপূনবা মশক অতু নৈনফম থোকই হায়বা আসনি। নেশনেল স্কুল ওফ ড্রামাগী উদ্দেশ্য অতু য়াম্না দরকার ওই হায়না খঞ্জবদগী মখাদা লৌথোকতুনা পীজরি :—

"Indian theatre is now aware of its traditions. But there is a quite a confusion about the process by which such an obsorbtion is to take place. In the various attempts at interaction, many a time, people are led astray by the mistake of taking forms for granted and considering them as entitles with no sociological and cultural background. The conscious hybridisation of an existing contemporary form and certain elements taken from any traditional form, however brilliant and organic that form might be, will never create anything new ; but only a mixed corpse. Hence if any contemporary artiste feels the immending need to go back to the roots he will have to go beyond the forms to the sociological, ecological, ethnic and cultural circumstances which ultimately created a form, its internal and external structure and their composite totality. Perhaps instead of observing a form he has to identify himself with the conditioning factors of a form and could get genuinely inspired to the extent that the total inspiration becomes a natural influence from which he could structure his own."

—(National School of Drama, Pilot Project 1982-83, New Delhi— 1 )

# এসিয়ান থিয়েটরগী শক্তম

এসিয়া হায়বসি পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউবা মহাদেশ অমনি। পৃথিবীগী কংফালগী শরুক $\frac{1}{3}$ মসিনা কোল্লি, অদুগা পৃথিবীগী মীশীং তঙখায় অমা হেনবনা পাকচাউনা শন্দোক্লুনা লৈরি। খেন্নরবা দেশ কয়ানা শারিবা অসুক চাউথ্রবা লমদম, তোখাইরবা লোল, জাতি, ধর্ম্ম, সংস্কৃতি ময়াম অসিদগী এসিয়ান থিয়েটর হায়বা অমত্তা ওইবা অপূনবা শক্তম চেল্লবা থিয়েটর-কলা অমা শাগৎপা য়াত্রা হায়বসি অঙকপা ৱাহং অমা ওইবত নত্তনা ওইখোক্লরোইদবা মোল্দ্রং অমনি হায়না লৌবা য়াই। তশেংবসু মসি মমাঙ্ডৈদদি ৱাখলনা লাম্ন ফংদ্রবা ৱাফম অমা ওইরম্মী। মরমদি থিয়েটর অমসুং ড্রামাগী ৱাফম তরাইখোক্লুনা, নোংপোক এসিয়াগী কলচরগী মরমদা অনৌবা মঙাল অমসুং ৱাখল লাকপা হৌখিবসি য়াম্না কুইদ্রি। ইতিহাসকারশিং, পণ্ডিতশিং, আর্কিয়োলোজিষ্টশিংনা নৌহৌনা থিজিনবদগী লাকপা অনৌবা মঙাল অমনি। মীরৈবাক্কী জাতি কয়ানা ভারতপু মতম কুইনা নমথদুনা লৈবাক শাসন তৌখি। অদুনা ভারতনা মতম কুইনা রিপভান-রিঙ্কলদৌনা নীংঙাইদনা তুমদুনা লৈবা তাখি। বৃটিশনা ভারত্তা চহী কয়া পান্দুনা ভারতমচাশিংগী ৱাখল, শিংলি, লিংজেন পুম্নমক থামাইবদৌনা পঙথহন্দুনা মশাগী পাকচাউরবা কৃষ্টিবু কাউথোক্লুনা নোংচুপতা য়েংখি। নোংচুপকী কলচর অমসুং সভ্যতানা অফবা পান্দম ওইনা ভারতনা লৌখি অমসুং ঐখোয়গা পুন্সি মহিং নোংচুপতগী তাংজখি। অদুনা ইং ১৯২২দা ফোঙবা, লামায় ৬৪৯ পানবা, ফাষ্ট´ সেঞ্চুরী এ, ডি, গী মতমগী মরমদা ইবা 'কেম্ব্রিজ হিষ্টোরী ওফ ইণ্ডিয়া'গী ভোল্যুম ১ দা ভারতনা সাউৎ-

ইষ্ট এসিয়াদা কোলোনী লিংখৎপগী রাকম মচেৎ অমত্তা পন্দে। মসি অঙকপা রাকম অমনি। অতুদগী অস্নুম অস্নুম, মতমগী মতুংইন্না ভারত মচাশিংনা নোংপোক্তা য়েংবা হৌরকখি। ডাঃ আর, সি, মজুমদার, আনন্দ কে, কুমারস্বামীনচিংবা পণ্ডিত কয়ানা ভারত অমসুং সাউথ ইষ্ট এসিয়া—শন্না নোংপোক্কী পাকচাউরবা, ফজথ্রবা সংস্কৃতিগী মায়খুম হাংদোক্লকপদা লোত্তুনা লৈরম্বা মণি কয়া থেংনখি। ঐখোয়না হান্না-শাগৎলম্নবা রাখল মীৎয়েং অসিবু নৌহৌনা শঙ্কী তান্দুনা ভারতকী মূর্ত্তি অমসুং কলচরবু নৌহৌনা অর্থ হনবা হৌরকখি। নৌহৌনা পুথোক্লকপা মশক (নিউ ডিস্কোভরি) অসি উবদা পণ্ডিত নেহরুনা হায়খিবা রাকম অমা নীংশিংলকই,—
"I remember when I first read, about fifteen years ago, some kind of a detailed account of history of South East Asia. How amazed I was and how excited I became. New panoramas opened out before, new perspectives of history, conceptions of Indian's past, and I had to adjust all my thinking and previous notions to them. Champa, Cambodia and Angkor, Svivjaya, and Majapahit suddenly rose out of the void, took living shape, vibrant with that instinctive feeling which makes the past touch the present." (ইং ১৯৪৪ দা ইবা The Discovery of India দগী)

ভারতনা থাগ্রবা নোংপোকলমদা (ফার ইষ্ট) মরুওইনা (শ্রীলঙ্কা), বর্মা, মালয়া, জাভা, সুমাত্রা, বোর্নিও, শ্যাম (থাইলেণ্ড) কম্বোডিয়া, ফিলিপাইনশিং, ইণ্ডোনেসিয়া, মাদাগাস্কারনচিংবা লৈবাকশিংদা খৃষ্টগী অহানবা চহীদগী ১৫ শুবা শতাব্দী হায়বদি চহী লীশিং অমগা চহুম চঙনা নোংপোক-লমদমদা কোলোনী

লিংখত্নুনা ভারতকী সাহিত্য কলাবিদ্যা ধর্ম্ম শন্দোকখি। অহুনা ইতিহাসকারশিংনদি সাউথ-ইষ্ট এসিয়া অসি 'গ্রেটর ইণ্ডিয়া' হায়না কৌনৈ। হায়রিবা এসিয়াগী লৈবাকশিং অসিদা, লমদমশিং অহুগী ঈশিং-হুংশীং অমস্তুং মশা-মশাগী সংস্কৃতিগী শক্তম চেল্লবা কলাশিং অহুদা ভারতগী অপুনবা সংস্কৃতিগী মমি তারিবা অহু মচু কয়ানা পুনশিল্লবা লৈপরেং নত্রগা নাচোমগী মতৌগুম অপুনবা সংস্কৃতিগী শক্তম অমদি ময়েক শেংনা লৈরি। নেহরুগী ৱাহৈদা হায়রগা, হায়রিবা এসিয়াগী লৈবাকশিং অসিদা ভারতনা মহাক্কী-থরায়, মহাক্কী শক্তি অমস্তুং মহাক্কা ফজববু হুংশিজবগী অমর ওইরবা সাক্ষী অমা থনম্লে। (Leaving immortal testimony of her spirit, her power, and her love of beauty.)

ইতিহাসকার, পণ্ডিত কয়ানা ইতিহাসকী মীৎয়েংদা নোং-পোক লমগী সংস্কৃতি মায়থুম হাংদোক্লকপগা লোয়নননা থিয়েটরগী ইতিহাসকার, ক্রিটিক, স্কোলার কয়ানা নোংপোক লমদমগী থিয়েটরগী মশক খোঙ্গুল লীবা হৌরকখি। ফোবিয়ান বাৱর্স, জেমস আর, ব্রেণ্ডন, জেনস বেকেট, এ. সি. স্কোটনচিংবা নোংচুপ অমস্তুং নোংপোক্কী পণ্ডিত কয়ানা নোংপোক লমদমগী থিয়েটরগী মশক পুথোক্লকপদগী অপুনবা এসিয়াগী ওইবা থিয়েটর (এসিয়ান থিয়েটর) গী ৱাথল অসি ময়োল চোংলকখি। ইং শোক ১৯৫২ দা ফোঙবা 'জাপানীজ থিয়েটর' অমদি চহী ১৫ চুপ্পা ফার ইষ্টতা কোয়হুনা, মশানক্কা হকথেংননা কলাকার কয়াগা ৱারী শাহুনা অমস্তুং মমীৎমক্কা লীলা কয় য়েংহুনা অমস্তুং নৈনহুনা ইং ১৯৫৬ তা "থিয়েটর ইন দি ইষ্ট" হায়বা লাইরিক অসি ফোবিয়ান বাৱর্সনা পুথোক্লকই। লাইরিক অসিদা ভারতকী ড্রামা নৈনবগী মতাংদা লামায় মরিথক (লামায় ৭৮ দগী ৮১ ফাওবা) মণিপুরী থিয়েটরগী মরম ই। অয়াম্বনা রূপমহল থিয়েটরগী মরমদনি। জি সি, তোংব্রাগী মরমদা— ৱাহৈপরেং অমথক ই। চপচাবা শোক

১৯৫০ গী মণিপুরী থিয়েটরগী মশক তশেংনা তাকই হায়না লৌবা ঙমদে। ইং শোক ১৯৪০ গী অহুবাইদা আই, পি, টি, এ, (ইণ্ডিয়ান পিপলস' থিয়েটর এশোসিয়েশন) লিংখত্তুনা নোংচুপকী মতৌ তম্লগা ভারতকী থিয়েটরনা মশাগী অশেংবা মশক থিজরক্তুনা ইণ্ডিয়ান থিয়েটরগী শক্তম শাগৎনবগী ঈরাং, অনৌবা ঈহৌ অমা লাকপা হৌখি। অমুক্তসু ইং ১৯৫৯ দা সঙ্গীত নাটক একাডেমীনা "নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা" লিংখৎপদগী থিয়েটর আর্ট অসি কূপশিনবা সিরিয়স আর্ট অমা ওইনা তম্বা হৌৱকপগা লোয়ননা নোংচুপ অমসুং নোংপোক্কী থিয়েটর মণ্ডতানা নৈনবা হৌরকখি। ইং শোক ১৯৫৬ অমসুং ১৯৬৬ তা ভারত সরকারনা চীনা অমসুং নোংপোক লমদমশিংদা কলচরেল ডিলিগেসন থাহুনা ভারতকী কলাকার অমসুং গুরু কয়ানা এসিয়াগী নোংপোকলমদমশিংগী কলাগা ভারতকী কলাগী শক্তমগা মান্নবা কয়াবু হুকথেংননা য়েংলকপা অমসুং নৈনরকপা ফংখি। অসুম্না, চাউরাক্লা ভারতনা নীংতম্বা ফংলবা মতুংদগী চহী ১৯ চঙনা শাগৎলকপা এসিয়ান থিয়েটরগী কনসেপ্ট অসি অশেংবা, অচুম্বা মশক (রিয়েলিটি) ওইরে। ভারতীয় নাট্য সঙ্ঘনা শীল্লাঙহুনা ইং ১৯৬৬ তা দিল্লীদা পাঙথোকখিবা "ইষ্ট-বেষ্ট থিয়েটর সেমিনার" দা এসিয়ান থিয়েটরগী বাখল (কনসেপ্ট) অসি য়াম্না মমুৎ তানা নৈনখি। নোংচুপকী কাঙবুনা এসিয়ান থিয়েটরগী কনসেপ্ট অসি মুন্না খঙবা ঙমখিদে, য়ানিংখিদে। ইহান হানবা ওইনা কনফরেন্স অহুনা এসিয়ান থিয়েটর সেণ্টর লিংখৎপা হায়না বারেপ লৌখি। ইহান হানবা ওইনা ভারতমচাশিংনা পাকচাউনা শন্দোক্লিবা এসিয়াগী মান্নবা অমসুং নকশিন্নবা লৈরিবা থিয়েটর ফোর্মশিং মশক খঙজরে। অহুনা হৌজিক্তি এসিয়ান থিয়েটর হায়বসি অচুম্বা অমা ওইরবনি। অহুবু অৱাবদি চহী ১১ হৌখ্রে, ঙসি ফাওবা এসিয়ান থিয়েটর

সেণ্টর লিংখৎপা ওমদ্রি। এসিয়াগী খ্বাইদগী চাওখৎলবা অমসুং ইনাক খুনবা থিয়েটর লৈরিবা ভপান্দদি "এসিয়ান কলচরেল সেণ্টর" টোকিওদা লিংখৎখ্রে। হন্দক্তা চহী ৯ রোমগী মমাংদা বো ম্বেদা তৌখিবা এসিয়ান থিয়েটর কনফরেন্সতা "এন এসিয়ান কাউন্সিল ওফ দি থিয়েটর আর্টিস" কৌবা অমা শেম্বা হায়না ৱারেপ লৌখি। মহৈ মহৈ থবক ওইনা পায়খৎতে, অমত্তা শেম্বা ওমদে হায়না পঙশাউদা শাউনৈ। অদুবু থবক ওইনদি উবা ফংদ্রি।

মতমগী মতুংইন্না অমসুং সরকারনা থৱায় য়াওবগী মতুংইন্না এসিয়ান থিয়েটরগী কাউন্সিল নত্রগা সেণ্টর (মমিং অমৰু ওইরবস্থ) লিংখৎলকপা য়াই। হৌজিক ঐখোয়না খরা কুপ্না খন্নবা যাবা ৱাফমদি করিগীদমক্তা এসিয়ান থিয়েটর হায়বা মশক অসি থোক্ল-ক্লিবনো? এসিয়ান থিয়েটর শাগৎপদা করম্বা য়ুম্ফন, মান্নবা মশক, লক্ষণ (কেরেক্তরিষ্টিক্স) করিনো? মসি অরায়বা ৱাফম নত্তে। মথক্তসু পঞ্জখ্রে চহী ১৩০০ চঙনা শাগৎখ্রবা শাংলবা য়ুম্ফমনি, দেশ কয়াগী খেন্নরবা আর্ট ফোর্ম কয়ানা য়াম্না পাক-চাউনা কোল্লিবা ৱাফম্নি। অতুমকপু ঐখোয়না চিংনবা লৈতনা হায়বা ওম্মী—এসিয়ান থিয়েটরগী বেসিক ফাউণ্ডেসন অমসুং কেরেক্ত-রিষ্টিক্স লৈ।

মতাং অসিদা ৱাফম অমা লাকই - এসিয়ান থিয়েটরনা এসিয়াদা লৈরিবা দেশ খুদিংমক কোনশিনগদ্রা? কোবিয়ান বার্রসনা থিয়েটর আর্টিসকী মতাংদা এসিয়া প্রোপর হায়বা অমা খায়দোকই। মসিদা চিংলিবনা ভারত্তগী হৌরগা নোংপোকলমদা অসুম চৎখিদুনা ইণ্ডোনেসিয়া, ফিলিপাইন, আইলেণ্ডস, অদুদগী অৱাংপানা চাইনা, অমসুং জাপান, সাইবেরিয়া ফাওবা। অদুনা এসিয়াগী মন্নুংদা মিডল ইষ্ট, নিয়ারইষ্ট, এসিয়া মাইনরগী লমশিং অসি য়াওদে। দেশশিং অসিবু মানা এসিয়ান থিয়েটরগী মরমচৎ চেন্দে হায়। থিয়েটরগী মীৎয়েংদা এসিয়ান অশেংবা হায়রবা

লমশিং অদুগী মরমদা মহাক্না হায়— You can scarcely help being astonished by the wide-spread, wide-scale popularity of theatre arts available almost everywhere in all these countries. No other geographical area of the world I know compares in extent or volume at all levels appreciation. While differences between an Asiatic country and another are enormous, and the arts of each express unique and exclusive qualities, certain aspects and ever themes course through them all and unify them on broad and specify basis." অদুনা হৌজিক এসিয়ান থিয়েটরগী লমথৈ অমা য়াৎপা ঙম্বগা লোয়ননা এসিয়ান থিয়েটরগী য়ুম্ফম (ফাউণ্ডেসন) অমসুং লক্ষণ (ফিচরস, কেরেক্তরিষ্টিক্স) গী মরমদা খরা নৈনরি।

এসিয়াদা লৈরিবা থিয়েটরগী হৌরকফম য়ুম্ফমদি ভারতনি। থিয়েটরদা নত্তবা অতৈ য়াম্না মরুওইরবা কলাগী লিখুন থিবদা ভারতনা হৌরকফম ওইরি। ফো'বিয়ান বার্রসনা হায়—

"More important, perhaps, is the fact that of India and from Indian theatre-forms themselves an aesthetic basis applicable to all Asian dance and definitely emerges. Ever in those instances such as Chinese Opera or Japanese theatre, where Asian arts flowered independently, the underlying are similar and a subtle relationship bind them. There is a kind of uniformility in motivation, in aim, style, in execution of dance and drama which connects it all together and makes it 'Asian'

theatre rather than European, African or anything else." ভারততনা য়ুম্ফম ওইহুনা এসিয়াগী লৈবাকশিংদা শন্দোকখ্রিবা এসিয়ান থিয়েটরগী অমত্তা ওইনা ভৎপা লৈত্রবা লংলাদৌনা পূন্না ফাজিল্লিবা মচাকশিং লৈফম থোকই। মরুওইবা য়ুম্ফমদি মথাগী অহুম অসিনি।

(১) ধর্ম্মগী য়ুম্ফম (মরুওইনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম)

(২) ভারতকী কলাগী শাস্ত্রীয় ওইবা য়ুম্ফম

(৩) রামায়ন অমস্থং মহাভারতকী য়ুম্ফম

ধর্ম্মগী য়ুম্ফম

ভারত্তা পোকখিবা অমস্থং শাৎখিবা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা ভারতকী ব্রহ্মানিকেল রেলিজনগা তাখিনহুনা পোক্লফম লমদম থাদোক্লুনা নোংপোক্কী লমদমশিংদা চহী কয়া চওনা তপ্না তপ্না ধর্ম্মসি শন্দোকপা হৌখি। বৌদ্ধলম্বোইবা কয়ানা এসিয়াগী দেশশিং অসিদা খুন্দাহুনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম অসি এসিযাগী পাকচাউরবা ধর্ম্ম অমা ওইরি। চাইনা, জাপান, তিব্বত বর্মা, থাইলেণ্ড, ইণ্ডোনেসিয়ানচিংবা লৈবাকশিং অসি হৌজিকফাওবা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা লৈবাকশিংনি। মমাঙউেদা খ্রিষ্টানিটিনা নোংচুপতা তৌবগুম বৌদ্ধ ধর্ম্মনা এসিয়াদা পাক শন্না শন্দোকখি। বৌদ্ধ ধর্ম্মদা নত্তনা জাভানচিংবা লৈবাক খরদদি ব্রহ্মানিকেল রেলিজনস শন্দোকখি। ধর্ম্ম শন্দোকপা কাঙবু নত্তনা লল্লোনবা কয়াস্থ লমদমশিং অসিদা খুন্দাহুনা লৈখি।

হায়রিবা বৌদ্ধ লম্বোইবা অমস্থং লল্লোনবশিং অহু ভারতমচা ঙাক্তনি। মখোয়না ভারতকী কলচর, চৎনবী, লোল, কষ্টম, কলাগী চুশিন্নহুনা লৈরবা ফোর্ম কয়া পুহুনা চৎখি। মখোয়গী মরক্তা পণ্ডিত কয়ানি, কলাকার কয়ানি, খুৎশাহৈবা কয়ানি। মথল-মথেল শুরবা মীওই ঙাক্তনি। হেন্না ফজরবা অমস্থং অৱাংবা

থাক্কী ভারতকী কলচরনা লৈবাকশিং অসি য়োৎদা মুকচাবীনা মুক চুপশিনবগুম লমদমশিং অতুগী কলচরবু লায়না চুপশিনখি। মখোয়না ভারতকী কলচর লৌখি অতুগা লমদম অতুগী কলচরগা তোৎশিন্নতুনা য়াম্না ফজরবা, অনৌবা সংস্কৃতি লৈরাং অমগুম শাৎ-কায়রকখি। অতুবু সংস্কৃতিগী য়ুম্ফমদি ভারতনি। অতুনা M. Grousset না হায় ........India left the indeleble impress of her high culture, not only upon religion, but also upon art and literature, in a word, all the high things of spirit." মসিগী খুদম সাউথ-ইষ্ট এসিয়াগী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা ইবা লাইরিক খুদীংদা মপান নাইদনা ফংগনি। লৈবাকশিং অসিদা থোল্লিবা মিং কয়া ভারতকী মিংনি। "কম্বোডিয়া"—ভারতকী অরিবা সহরগী মমিং "কম্বোজা"দগী থোনখিবনি। 'জাভা'সু 'জাভাদ্বীপ' কৌই। মিলেট, বালিগী দ্বীপ হায়বনি। এসিয়াগী দেশ কয়াদা সংস্কৃত তম্ফম লৈ। মখোয়গী অরিবা লাইরিকশিংদা ভারতকী লাই-তিনগী ৱারীশিং মরাং কায়না য়াওই। জাপানগী অরিবা 'নো' জগোইদা হৌজিক ফাওবা সংস্কৃত ৱাহৈ, শ্লোক শকই। জাভা অমসুং বালিগী জগোই ভারত্তগীনি। জাপান অমসুং চিনানা হৌজিক চৎনরিবা 'নোংশাগী জগোই' ভারত্তগীনি। ("......Rabindranath Tegore was prepared to recognise the fact that today the finest Indian based, Indian-inspired dancing in the world is not in india but in Bali, a tiny island off the coast of Java in Indonesia" —Bowers) ইবগী কলা ভারত্তগী শন্দোকখি। থাভারত্তগী কম্বোডিয়াদা আলফাবেৎ পুথি। হৌজিকফাওবদা কোন্নুংগী পূজারী, লাই পূজা তৌবা ব্রাহ্মনশিংনা তৌবা য়াওরি। "The court astrologers, soothayers and professors of kindered

sciences were even in recent times Brahmanas, known as Pouna and they were mostly from Manipur"— (A Historical Survey of the Elements of Hindu culture in Burma by Upendra Thakur in the book "India's Contribution to World Thought and Culture (Vivekananda Commemorative Volume, 1970) এসিয়াগী লৈবাকশিংনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম লৌখিবদগী ধর্ম্ম অসিগা ঈরোয়নরকপা ভারতকী সংস্কৃতিনা এসিয়া অপুনবগী কলাবিদ্যাগী যুম্ফম ওইখি।

(২) কলাগী ক্লাসিকেল ওইবা যুম্ফম

এসিয়াগী দেশশিংদা পাকচাউনা শন্দোক্লিবা কলা শিল্পকলা, অমসুং জগোই ঈশৈগী মরুওইবা যুম্ফমদি ভারতকী ক্লাসিকেল ওইরবা শাস্ত্র কয়ানা ওইরি। ভারতকী কলা অসিদি লৌশিনবদা লায়না থোকপা, তিনশিনবদা কোম্না থোকপা কলা অননি। সার জোন মার্সেলনা হায়বা "the amazingly vital and flexible charactor of Indian art" অসি অচুম্বনি। লম লম অদুগী চৎনবী, ত্রেডিসন অদুদা য়ানশিন্নখ্রবসু মরু ওইবা ভাব অদুদি পু-পুদুনা চৎলি। ভারতকী কলাদি য়াম্না ধর্ম্ম, আধ্যাত্মিক অমসুং দর্শনগী ওইবা মীৎয়েং অমদা শাগৎপনি। অসিগুম্নবা মপুং ওইরিবা মীৎয়েং-যুম্ফম অসি এসিয়াগী কলা খুদিংমক চপমাননা য়াওরি। ভারত নাট্য শাস্ত্রগী নিয়ম, চৎনবী, ত্রেডিশন কয়া এসিয়াগী থিয়েটরগী লেঙদ্রবা মশক, যুম্ফম ওইনা লৈরি। ভারতকী ড্রামাগী মপুং ওইবা ৱাথল— ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ ফংবা, অচুম্বনা জয় ওইবা, অফ-ফত্ত মচা তানা উৎপা, পুন্সিবু আশাগী মঙাল ওইনা লৌবা [Optimism], অদুগা ড্রামাশিংদা অৱা-পোলোই [ত্রেজেডি] লৈতবা [চিনা অমসুং জাপান নত্তনা]

অসি অতে এসিয়াগী লৈবাকশিংগী ড্রামাদা উবা ফংই। নাট্য-শাস্ত্রদা য়াম্না মরুওইবা বাকম ওইনা পল্লিবা—ড্রামাগা জগোই-ঈশৈগা থাদোক্লবা য়াত্রবা নিয়ম অসি এসিয়াগী থিয়েটর আর্ট থুদীংমক্কা ইল্লি। অহুনা এসিয়ান থিয়েটরদা ঈশৈ অমসুং জগোইগী মক্কম য়াম্না চাউনা কন্দুনা লৈ। নাট্যশাস্ত্রদা ড্রামা হৌরকপগী বারী ওইনা পল্লিবা— হিংচাবদগী লীলা শান্নবা ঙাকথোক্লবা অমসুং কলাকারশিংবু তেক্ত-কায়দনা থম্নবা শঙ শাখি। অহুগা ইন্দ্রদেবগী ফীরাল চৈথোক্লা অশেংবা মক্কম ওইনা ঙাকশিন্দুনা থমখি। মসিগী ত্রেডিশন অসি এসিয়াগী খুঙ্গংশিংদা চৎনবা ওইনা শিজিন্নবা উবা ফংই। লীলা শান্নফম মথক কুপ্পি, রানা খাজিন্দুনা কলাকারশিংগী লৈফম শেম্মী। হৌজিক ফাওবদা ভারতকী যন্ত্র কয়া—শেনবুং, মাঙ্গং, ঝাল, ডমরু [মহাদেবনা পায়বা ড্রম, জাপান্দা Tsutsumi কৌই] অসিনচিংবা শীজিন্নরি। সংস্কৃত ড্রামাগী সূত্রধার, ফাগি জগাই কয়াগী মওঙ এসিয়ান থিয়েটরদসু চৎনরি।

(৩) রামায়ন অমসুং মহাভারতকী য়ুম্ফম

রামায়ন অমসুং মহাভারত অসি ভারতকী মপান নাইদ্রবা লনগৈনি। ভারতকী থবায়নি অমসুং পুন্সিনি। ভারতকী কোচিন কোয়া য়ৌনা লম-লমগী সংস্কৃতিগী মচু শঙহুনা মহাকাব্য অনী অসিনা ভারতকী অপূনবা সংস্কৃতি অমা শন্দোক্লি। মসিদগী সাহিত্যগী মচাক য়াম্না লৌরি। ড্রামাগী মওঙ, ফোর্ম, ষ্টাইল, বারী কয়া লৌরি। ভারত পুম্বগী সংস্কৃতিবু খ্বাঙলিদৌনা কিশিল্লিবা ঐথোয়গী ভম্ফাথুদোপ য়াইওইবনি। অসিগুম্নবা মহাভারত অমসুং রামায়নগী বারী, লাইরিক, থৌদোক ত্রেডিশন অসি খা-নোংপোক এসিয়াদা য়াম্না মরা চেৎনা ফজনা শন্দোকখ্রে। বাল্মিকীগী রামায়নদগী থেন্নবা, ব্যাসদেবগী মহাভারতকা মান্নদব লম লম অহুগী

রারীশিংবুন অমসুং কৃষ্টিগী মচু শঙলবা চরিত্রগী মমিং-মথা, লম-শিংগী মমিং থৈথরবা রামায়ন অমসুং মহাভারতকী রারী কয়া এসিয়াগী লৈবাকশিং অসিদা মরাং কায়না লৈরি। মসিদগী মখল-মথা অয়াম্বা ডান্স-ড্রামা, ট্রেডিসনেল থিয়েটর ফোর্ম কয়া শাগৎলি।

ইন্দোনেসিয়াদা মহাভারত অসি 'ব্রতবুদ্ধ' কৌই। বর্মাদা মায়খুম (মাস্ক) উপ্পা জগোইশাবশিংনা রামায়ন শান্নে। লাউজ-গী রামায়নদদি রাবননা হেরো ওই, রামবু হন্থবা, থরা তোম্থবা চরিত্র ওইনা য়েকই। মমৈথংদা সীতাগা থুংনখি। অদুবু সীতাদু য়াম্না চীংননা, কপ্পা কপ্পা রামগী মতুং ইনখি। শ্রীলঙ্কাদা—রামায়নগী রারীদা 'রাম হাৎপা' কৌবা য়াম্না নোরুীংবা :থৗদোক অমা হাপচিল্লি। রাম্না লঙ্কাদা সীতা উদ্ধার তৌবা লাকপদা লঙ্কাগী লোল (সিংহালিজ) খঙেদ্র। লল্লোনবা নীপা অমনা রাম্বু ফি হুরানবনি হায়দুনা নোক্লবিরে অমসুং ফুবদা রাম লৈমায়দা রাম্থদুনা শিরে। য়াম্না নোরুীংবা মওংদা করেম্নদুনা রামদা হায়— "ননেম্বোক লাক্লেনেহে. হৌগৎলোনে।" রাম হিংগৎলক্তে। লাইশিংনা মুংশিরদুনা রাম্বু হিংগৎহনখি। থাইলেণ্ডদা রামায়ন অসিবু 'রামকিন' (ডি ফেম ওফ রাম) কৌই। 'ডি খোন' কৌবা মায়খুম উপ্পা লীলা অসিনা 'রামকিন' শান্নে—য়াম্না শাংই, শরুক অহুম থোক্লা শান্নে। লঙ্কাগী লান লোইরবা মতুংদা রাম্বু অমুক কৌরদুনা লাঞ্জাও অমসু অমুক শোক্লহল্লি। মিং থরা থৈথনা সীতাবু 'সীডা' ভরতপু 'প্রোট' রাবনবু 'থোসোকান' অম্বুম্না থোল্লি। ইন্দোনেসিয়াগী (মুস্লিম য়াম্না লৈবা লৈবাক্কি) জাভাগী কোন্নুংদা অর্জ্জুন অমসুং সুভদ্রা লোনবগী মতাং, পাণ্ডব কৌরব খৎনবগী মতাং কয়া জগোই ওইনা শাই। চীনাগী ওপেরাদসু রামায়নগী মমি ভাই। এসিয়াদা লৈরিবা রামায়ন থিয়েটর অসি মখল কয়ানি, মওং কয়ানি। লম-লমগী ওইবা ফোর্ম কয়া লৈ। এসিয়াগী

মহাভারত অমসুং রামায়ন থিয়েটর অশিদি লাই-তিনগী ৱারী অমসুং মাইথোলোজিগী ভাবকা ঈরোয়নবা ভারতকী লিরবা পরমপরাদা (ট্রেডিসন, কনভেন্সন) য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপা এসিয়াগী দেশশিংগী ট্রেডিশনেল থিয়েটরনি।

মথক্তা, এসিয়ান থিয়েটর শাগৎলিবা য়ুমফমগী মরমদা শম্না পঞ্জগ্রে। হৌজিক্তি ঐখোয়না এসিয়াগী ট্রেডিসনেল থিয়েটরদা লৈরিবা মান্নবা মচাকশিং, মশক অমসুং মওংগী মরমদা চাউরাক্না নৈনরি।

এসিয়াগী থিয়েটরবু তোথাইবা অমা ওইনা উহল্লিবা, মসিগী শক্তেম শাগৎপদা চঙলিবা খ্বাইদগী মরুওইরবা মচাক্তি-শৈরেং (কবিতা), ঈশৈ অমসুং জগোইনি। ছন্দ, অলঙ্কার, তালনচিংবা মরাঙ কায়না শীজিন্নদুনা থিয়েটরদা শৈরেংনা মনীং মখা তৌদুনা শান্নে। কাবুকি লীলাশিং, থাইলেণ্ডগী লিকাই-ড্রামাদা, ভারতকী সংস্কৃত ড্রামাশিংদা শৈরেংগী ফজবা কয়া উবা ফংই। অদুনা "The Staging of drama in Asia is primarily problems of enacting poetry" হায়। অসুম্না ঈশৈ অমসুং জগোইসু য়াম্না চাউনা শরুক য়াই। করিগুম্বা নিয়ম, কনভেন্সন অমগী মখাদা জগোই ঈশৈগী কলা অসি শীজিন্নে। অদুনা এসিয়ান থিয়েটর অসি টোটেল থিয়েটরগী মশক্তি। ময়াম্মক য়াম্না ফজনা পূনশিন্দুনা "ইউনিফাইড ক্বালিটি" অমা উৎলি।

লীলাগী ৱারী অয়াম্বা লোকসাহিত্য, লাইতিনগী ৱারী, মাইথোলোজী, রামায়ন অমসুং মহাভারত্তা য়ুম্ফম ওইরগা শান্নবা ঙাক্তনি। বালি অমসুং কম্বোদিয়াগী লীলা অয়াম্বা ভারতকী মহাকাব্যদগী লৌথোক্লগা শান্নে।

লীলাদা মায়খুম (মাস্ক) অয়াম্বা শিজিন্নে। সিম্বোলিক ওইরবা মেকঅপ (make-up), মরাং কাইরবা, ফিং থল্লবা

ফিজেৎ-লৈজেং, কষ্টুাম (costume) শীজিন্নে। ভারতকী যক্ষগান, রামলীলা, কথাকলী, শৌ, জগোই রাস, ষণশেনবা, থাইলেণ্ডগী খোন ডান্স-ড্রামা, জপানগী নো থিয়েটর, চীনগী ওপেরা অসিনচিংবা অসি মসিগী অরাবা খুদম্নি। মায়দা য়েক্লিব' মচু, মাইখুম মওংশিংনা, শেৎ-লিবা ফিজেৎকী মওং-মতৌ অমসুং মচুনা য়াম্না সিম্বোলিক ওইবা অর্থ ফোঙদোকপগী চৎনবী লৈ। জপানগী নো লীলাদা শিজিন্নরিবা মাইখুন্নচিংবা ফিজেৎশিং (মখোয়না shozoku কৌই) অসিনা লীলাদা কুম্লিবা পাত্রশিংগী তোথায় তোথায়বা লমচৎ অমসুং থবক খঙহল্লি। অসুম্না ভারতকী কথাকলীদসু কলাকারশিংগী মায়দা য়েৎলিবা মেকঅপ অমসুং ফিজেৎনা পাত্রশিংগী তোথায় তোথায়বা থৌদাং, লমচৎ অমসুং থবক তাকই। মণিপুরগী রাস-লীলাদা শ্রীমতী রাধিকানা পোৎলোই অশংবা শেৎলি অদুগা অতৈ ধর্মগা মরী লৈনবা মাগুপ লীলা কয়াদা অঙম-অথৌ, ফম্নাইবশিং খঙহনবা তোথায় তোথায়বা ফিজেৎ শীজিন্নে।

এসিয়ান থিয়েটরদা কোরস অমসুং ৱারী লাবগী মথৌ অসি য়াম্না মরু ওই। মসি ভারতকী ৱারী শীবগী ট্রেডিশনদগী লাকপনি। ভারতকী ট্রেডিশনেল থিয়েটরদা সূত্রধারনা লৌরিবা থৌদাং অসিগা মান্নবা মওং কয়া এসিয়ান থিয়েটরদা য়াউবা থেংনৈ। কাবুকিদা নাকন্দা ঈশৈ শকপা য়াউই। জপানগী পপেৎ প্লেদা ঈশৈনা ৱারী লী। নো প্লেদসু কোরসনা সূত্রধারগী মথৌ তৌই।

লীলাদা ফাগি তৌবা মী (কোমেডিয়ান) নত্রগা ফাগিগী থৌদোক য়াউহনবা অদুগা করিগুম্বদা পেন্টোমাইম শীজিন্নবা অসি এসিয়ান থিয়েটরগী মরমচৎ অমনি। লীলাগী লোন খঙদবা, ৱারী খঙদবা অদু পেন্টোমাইমনা কোকহন্নবা ওইনা শীজিন্নে। লীলা অয়াম্বা য়াম্না শাংনা (মুমিৎ য়াম্না শাংনা শান্নবা য়াউই) শান্নবা মরম্না মরক মরক্তা ফাগিগী থৌদোক অসি হাপচিল্লি।

জপানগী 'নো' লীলাদা Kyogen কৌবা ফাগিগী নোক্লিংবা থৌদোক হাপচিল্লি। ভারতকী বিদূষক, বর্ম্মীজশিংগী 'পে' লীলাদা, তিব্বতকী কুম্মৈদা, চীনগী ওপেরাদা চৌ, বালিগী লীলাগী ব্রোান্দ্রে, ইন্দোনেসিয়াগী লুডক, মণিপুরগী শৌরা, তোরো, বালবাস্থ অসিনচিংবা ফাগি তৌবা, মীয়াম্না খঙনরবা নোক্লিংবা চরিত্রশিং অসি এসিয়ান থিয়েটরদা শোয়দনা য়াউদবা য়াত্রবা লীলাগী মশক অমনি। এসিয়ান থিয়েটরদা ফাগিনা য়ারিবা থৌদাং অমদি ফাগি পুবশিং অসিগী তোখায়বা শক্তম চেনজরবা শাজৎ অমস্থং মরমচৎ লৈ।

নোংচুপকী লীলাগা এসিয়ান থিয়েটরগী খেন্নবগী মরুওইবা মরম অমনা মফম অমস্থং মতমগী রাফম অসিনি। নোংচুপকী লীলাগী প্লোটতা য়াম্না চেৎশিন্না ফাজিন-পুনশিল্লিবা অসি মফম-মতমগী মান্নবা নিয়ম (ইউনিটিজ ওফ টাইম এণ্ড প্লেস) অসিননি। অতুনা হোমরগী চাউরবা ইপিক 'ইলিয়াদ' ফাউবদা প্লোটকী ফাদোক্তবা, চেৎশিন্না পুনশিনবা মশক অমা য়াউই। এসিয়ান থিয়েটরদদি মফম মতমগী অকরুবা নিয়ম লৈতে। লীলাগী রারী অমা চহী কয়ানা কোল্লি অমস্থং থৌদোকশিং অতু হুমিৎ কয়ানি চঙনা শান্নে। মফম অমদা থৌদোক কয়া থোকপা য়াই অতুগা থৌদোক অমদা মতম কয়া লোম্নশিনবদা য়াদবা লৈতে।

লীলা শান্নফম অমস্থং ষ্টেজগী চৎনবী (ষ্টেজ কনভেন্সন) কয়া এসিয়ান থিয়েটরদা উবা ফংই। ষ্টেজগী মওংনা অয়েকপা লাই (সিনারী) অমদি ষ্টেজগী পোৎচঙ কয়া শীজিন্নদবা, তাইবংগী অচুম্বা অসি মতৌ ভুম্বা নত্তবা (non-naturalistic) ষ্টেজ মওংনি। ষ্টেজ শাবদা, করেক্টরশিংনা চঙথোক-চঙশিন তৌবদা, মফম-মতম অমস্থং থৌদোকী মতাংদা করিগুম্বা সিম্বোলিক ওইবা অর্থ খঙহনবগী মতাংদা ময়াম্না য়ানয়বা অমস্থং খঙনরব্বা চৎনবী কয়া অমস্থ লৈ। চীং-তুরেল, লান, কোন্নুং অসিনচিংবা অসি করিগুম্বা অমনা

হেক্তা খণ্ডনবগী চংনবী লৈ। অয়াম্বনা ভাবোক্লা কোয়শিনবা ষ্টেজ মণ্ডং ঙাক্কনি। বালিদদি ষ্টেজ হায়বা অমা লৈতে। মণিপুরগী শুমাং লীলাগুম্না মীনা কোয়শিনবা মফম, লীলা শান্নফম (এক্তিং এরিয়া) অদু হেক্তা ষ্টেজ ওইবা য়াই। অদুগা মণিপুরগী লাই-হরাউবদৌনা তিব্বতকী ফেষ্টিভেল প্লেগী লীলা শান্নফম ষ্টেজদি (লমহাং) য়াম্না চাউই— ফুট ১০০ দগী ২০০ ফাউবা পাক-শন্নি।

অদুগা এসিয়ান থিয়েটরগী রাঙাং-শঙাং, অভিনয়, শাজং-লিচং অসি য়াম্না তোপ-তোপ্পা, ময়ামগা মান্নদবা চংনবী মওং লৈবা ঙাক্কনি। এক্টরশিংগী রাঙাং-শঙাং কয়াদা (কপ্পা, নোকপা ফোঙদোকপা অসিনচিংবদা), এক্টরশিংগী শাজং-লিচত্তা (নিংথৌ, মীনাই, লায়রবা, লম্বোইবা অসিনচিংবা খেন্নরবা মীওইশিংগী শাজং, রাঙাং-শাঙাং কয়াদা), পুক্নিংগী ফিবম ফোঙদোকপা মওং কয়াদা (শাউবা, রাবা, মুংশিবা অসিনচিংবা) অভিনয়গী তোপ-তোপ্পা চংনবী কয়া লৈ। জগোই ঈশৈ, সুর-তাল, খোন্থাং নাইবা মওং কয়াদা ফোঙদোকই জগোই-ঈশৈ হায়বসি লীলাগী থাদোক্নবা য়াত্রবা মচাক অমনি।

অরোইবদা, ঐখোয়না থিয়েটরগী ফজবা নৈনরোলগী মতাংদা পৃথিবীগী মমিং চংলবা থিয়েটর নৈনরোলগী লাইরিক অহুমগী মমিং পনবা য়াই— এরিষ্টোটলগী "পোএটিক্স" (নোংচুপকী), ভারত মুনিগী 'নাট্যশাস্ত্র' অমসুং জিয়ামীগী 'কাদেনশো' (Zeami's Ka-densho)। জপানগী নো থিয়েটরগী অপোকপা হায়না খঙন-রিবা Zeami না (১৩৬৩-১৪৪৩) ইরম্বা 'Kadensho' হায়বা অসি নো থিয়েটরগী শেংলবা শাস্ত্র অমনি। মরুওইনা Zeami না জপানগী নো থিয়েটরদা য়েংলিবা ফজবগী মীৎয়েংগা ভরত মুনিনা ভারতকী নাট্যকলাদা য়েংলিবা মীৎয়েংগা মান্নবা কয়া লৈ। জেন বৌদ্ধধর্ম্মগী প্রভাবতগী শাগৎপা 'Kadensho' অসিদা ধর্ম্মগী ওইবা অমসুং য়াম্না রিচুয়েল ওইবা মহাও অমা য়াউরি।

কখোৎপা, ঈংবা-তপ্পা, মেঙবা লাইশোল-তীনশোল ওইবা, পূজাগী মওং ওইবা মশক কয়া অমা, 'Kandesho' উৎলিবা অসিগা ভারতকী ধর্ম্ম অমসুং আধ্যাত্মিকতা যুমফম ওইনা শাগৎপা কলা বিদ্যাগী মীৎয়েংগা মান্নবা কয়া লৈ। (থোইদোক হেন্দোক্লসু জপানগী মুপীশিংগী অঙ্গবা শাজৎ, বালি মুপীশিং অমেঙবা খুৎথেক, অমসুং শমজিগী নাচোম অতুগা মৈতৈ চমুরাশিংগী থোৎপা-মেঙবা, নাচোমলৈ কয়াগা হেন্না নকশিন্নবা, মান্নবা মওং কয়া অমসু লৈরি।) ফজবা থিবগী খোঙচত্তা, ফজববু ফোঙদোকপগী মতাংদা য়াম্না ইফোং-ফোংনা হেক্তা ফোঙদোক্কবা, লোন্না-থুপ্পা, নাকোইননা, ফুমহুনা, লোত্তুনা উৎপা ভাব অসি এসিয়ান থিয়েটরগী aesthetic principle নি। এসিয়ান থিয়েটরদি ধর্ম্মগী ওইবা, (religious), কবিতাগী মহাও চেনবা (poetic), ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ওইবা (ritualistic), জগোই-ঈশৈ য়াউবা (dance and music), অচুম্বববু ইকোক-কোক্লা উত্তবা (non-realistic, non-naturalistic), চৎনবী ব্যবহার ঙাকপা (conventional), মহৌশা চৎনরকপগী মতৌ-নিয়ম ইনবা (stylised), থিয়েটর মওং অমনি। মসিদা কলাকারশিংগী থোইদোক-হেন্দোকপা মগুণ, শক্তি য়াম্না লৈ। অসিগুম্বা লিরবা এসিয়ান থিয়েটর অসিনা নোংচুপ্তা অকনবা প্রভাব পীডুনা, ৱাই. বি. য়ীটস, বরটোলড ব্রেটনচিংবগী মখুত্তা অনৌবা লীলা থোক্লকবগী মরম ওইথি। ২০ শুবা শতাব্দীদা নোংচুপ্তা হৌরক্লিবা নন-রিয়্যালিষ্টিক ড্রামাগী ঈহৌ অসি শাগৎপদা নোংপোক্কী থিয়েটরগী দান য়াম্না য়াউই। কলাগী লমদদি নোংপোক-নোংচুপকী দান অবদান অতুম ময়েক শেংনা উবা ফংই।

## সংস্কৃত থিয়েটরগী মশক অমা—কুডিয়াত্তম

ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামাশিং অসি মতৌ করম্না শান্নরমগনি অহুগা লীলাশঙনা মতৌ করম তৌরমগনি হায়বা অসি ঙসি-ফাউবা থিবা লোইবা নাইদ্রিবা সমস্যা অমা ওইরি। ভরত-মুণিগী 'নাট্য শাস্ত্র'দা লীলাশঙ (প্রেক্ষাগৃহ) মথল অহুমগী (বিকৃষ্ট, চতুরস্র ত্র্যস্র) মরমদা য়াম্না শন্দোক্না ইরম্লবস্তু ঙসিফাউবদা হায়রিবা থিয়েটর হোল অসিগী অতেক-অকায়, অমনবা অমত্তা ফংদবনা নাট্যশাস্ত্রগী লীলাশঙ অসিগী অশেঙবা মশক খঙবা ঙমদহুনা লৈরি। উনা অমসুং রানা মতম মতমগী মতুং ইন্না শাবা মরম্না পোৎশিং অহু মুংশিং-মুংশানা য়ৈবদগী তেকখিবা নত্রগা পৎথ-পুমথরক্কুনা মাঙখিরম্বা ওইরম্বা য়াই। অহু ওইহুনসু, মতম অহুদা মীয়াম্না তত্তনা য়েংবা য়াবা, লেঙদনা শাহুনা থম্বা 'পব্লিক হোল' লৈরমদে হায়বা অসিদি ময়েক শেংলে। লীলা অয়াম্বা মতম মতমগী মতুং ইন্না পাঙথোকপা উৎসব, হরাউ-কুম্মে, নিংথৌ অমদি অঙম-অথৌনা কোন্নুংদা কৌরগা শাম্নহনবনি। কোন্নুংদনা নৃত্যশালা নত্রগা লৈকোল নত্রগা নাতৈ চাবা মফমদা মাণ্ডপ থল্লগা শান্নবনি। খুল্লক্কুনা লাইশঙদা লীলাশঙ শারগা নত্রগা মতম মতমগী মতুং ইন্না মাণ্ডপ শারগা শান্নবনি। অহুনা নাট্যশাস্ত্রনা লীলাশঙগী মরমদা শুগায়না ইরম্লিবসি, মরু ওইনা, লীলা শান্নফম অমা মতৌ করম্না শেমশাগদগে হায়বসিগী মরমদনি। লীলা শান্নফম অফবা মফম থল্লগা মতুংদা রঙ্গমাণ্ডপ (ভাবোক ফমফম, auditorium) অমদি রঙ্গভূমী (লীলা শান্নফম, stage) না মতৌ করম্না শাগদগে হায়বসি মফম-মতম খুদিংদা পানশিনবা য়ানবা ইরম্বনি। কেরলাগী লাইশঙশিংদা শারিবা লীলাশঙশিং অসি নাট্যশাস্ত্রগী নিয়ম

মতুংইন্না ইন্না শাবা ঙাক্তনি। অতুনা, হৌজিকফাউবা লাইশঙদা শান্নরিবা কুডিয়াত্তমগী লীলা শান্নফম অসি ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামাগী থিয়েটর হোলগী মশক অমনি হায়না লৌবা য়াই।

ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামানা মপান ফনা চহী কয়া পাল্লম্নবা মতুংদা মতমগী মতুং ইন্না কলা অসি ভারতকী মফম কয়াদা শন্দোকখি অতুগা লম লম অতুগী চৎনবী কয়া অমসু য়ানশিন্দুনা চপচাবা ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামা অতুদগী থরা থৈথরবা লীলা মওং অমা শন্দোক্লকখি। রূপক মথল ১০, উপ-রূপক মথল ১৮ গী মনুংদা য়াম্না মপূং ফাবা ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামাদি— নাটক, প্রকরণ অমসুং প্রহসন অহুম অসিনি। উপ-রূপক মথল ১৮ অসি তোখায় তোখায়বা মফম কয়াদা লম লম অতুগী কলা-বিদ্যাগা চান্নবা শেম্বা মওংশিংনি। ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামা অমসুং নাট্যশাস্ত্রগী মতুং চহী চা কয়াগী মতুংদা কেরলাদা চাউ-খৎলকখিবা কুডিয়াত্তম হায়বা সংস্কৃত ড্রামাগী মরমচৎ চেন্নবসু অমসুং নাট্যশাস্ত্রগী য়ুমফম কায়দ্রবসু লম অতুগী মচাক কয়া য়ানশিনবা থেংনৈ। মরু ওইনা নির্বহণম, বিদূষক্কী শরুক্তা ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামাদগী খেন্নবা মওং কয়া অমা য়াউরি। অহুম ওইনমক কুডিয়াত্তমগী পূর্বরঙ্গ, অভিনয়গী শরুক অসি নাট্যশাস্ত্রগী নিয়ম অমসুং য়ুমফম কায়দনা শান্নে। মরম অতুনা, কুডিয়াত্তম হায়বা নাট্যকলা অসি চহী কয়াদগী মুৎপা নাইদনা লাইশঙদা শান্নতুনা লাক্লবা সংস্কৃত থিয়েটরগী মশক অমনি। ভারত'পুম্বগী মনুংদা লমদম অসিদা হিংতুনা লৈরিবা, অমর ওইরবা সংস্কৃত রূপককী মশক অমনি। ধর্মগা শাগোম্নবা হৌরকপা, সংস্কৃত থিয়েটরগা পরমপরা ঙাক্না চৎলিবা, সংস্কৃত লোন্দা শান্নবা (মরক মরক্তা মালয়ালী লোনসু য়াউই) সংস্কৃত থিয়েটরগী মরমচৎ চেনবা য়াম্না লিরবা নাট্যকলা অমনি। মরম অতুনা মমাঙতৈদা সংস্কৃত লীলা অসি মতৌ করম্না শান্নরমগদগে হায়বসি কুডিয়াত্তম হায়বা নাট্যকলা অসি য়েংলগা, নৈনরগা খঙবা ঙম্নরি।

ঐখোয়না কাউরোইদবা মাফম অমদি— ভারতকী ড্রামাদি নোংচুপকীগা য়াম্না থেন্নে। ধর্ম্মগী কুয়োম্না কূপশিনবা, জগোই, ঈশৈ অমসুং অভিনয়না পুন্না য়োমহুনা শেম্বা কলা অমনি। মসি কুডিয়াত্তমনসুময়েক শেংনা তাক্লি। কুডিয়াত্তমগী অর্থদি অপূনবা জগোই নত্রগা এক্তিং হায়বনি (কুডি=অপুনবা অমসুং অত্তম= এক্তিং)। মসি ঈশৈ অভিনয় অমসুং জগোই অহুমগী পূনশিনবা নাট্য-কলা অমনি। কুডিয়াত্তমগী পীকথ্রবা অঙ্ক মচা অমনা সুমিদাং পুং ৩/৪ শান্নবদা সুমিৎ ১৫ নি হেন্না চঙই। পরেং তরামন্নীগী শ্লোক অমা চরিত্র অহুম্না সুমিদাং কয়া চঙনা শান্নবা য়াই। তশেংবমক কুডি-য়াত্তম হায়বসি য়াম্না মওং তানা চাউখৎলবা, কলাগী অরাংবা মচাকশিং য়াউরবা অমদি ড্রামাগী শোয়ফত্রবা গুণ কয়া ঈরোয়নরবা অরাংবা নাট্যকলা অমনি।

কেরলাদা অসুক লিরবা কলাবিদ্যা কয়া তেক্ক-কায়দনা চাউখক্নুনা লৈবগী মহৌশাগী ওইবা মরম কয়ামরুম লৈ। শেঙ্গাউ পায়বা, লৌয়াম চাবা, লৌ-ইংখোল য়াম্না পায়শিনবা কাঙবুনা শৌগৎপা, অদুগা অমনা, জগোই-ঈশৈ তৌবনা হিংবগী শিনফম ওইনা লাক্লবা চাক্কিয়ার শাগৈনা য়োকখত্তুনা চাউখৎহনবা। মসিগী মথক্তা রাজনীতিগী ওইবা মরম কয়াসু। অরাং ভারত্তৌনা খা-ভারত অসি মীরৈবাক্না লান্দারকপা, য়াম্না শাথিনা লৈবাক ঈরাং থোক্নুনা লৈবাক কাংখোং চাইবা, হিংবদা, য়ুস্বাল-কৈবান্দা শাথিনা য়ৈথায়বা পীথিবা কয়া লৈখিদে। লমদম অসি খা-থংবা মায়কৈদা আরব মহাসাগর অমদি নোংপোক্তা পশ্চিম ঘাটনা ঙাকশেন্দুনা লৈবা মরম্না লৈবাক অসিদা মীরৈবাক্না লান্দারকপা ঙমখিদে। অদুগা খা-ভারতকী নিংথৌ মশেন অমগা অমগা লান্থেং-নরবসু ধর্ম্ম মান্নবা চেংনা সংস্কৃত অমত্তনা চেৎনা পুনবনা মখোয়না শক্তি মুম্নরবসু ঈরাৎলিবা লাইশিং অমসুং ব্রহ্মণশিংবুদি ইকাই-খুম্নরমই। মখোয়গী মপোৎ, মরন, সংস্কৃতিবু য়ৈথায়বা পীদবা

মরম্মা মখোয়গী মপান তাংনা হিংলিবা কলাবিদ্যা কয়া অসি য়ৈথায় থিনগাইবা লৈতনা লাকখি। হৌজিক ফাউবদা নম্বুতিরি ব্রহ্মণশিংদি মখোয়গী লম সত্র ওইনা মতম চুপ্পগী ওইনা ফংলি। অসুম্না কুডি-য়াত্তমসু ঙসিফাউবা চাক্কিয়ার ব্রাহ্মণশিংনা য়োকখত্তুনা হিংহল্লক্লি।

মাপনগুবা শতাব্দীদা নিংথৌ কুলশেখর পেরুমালনা (৯০০ এ. দি.) সংস্কৃত লীলা শান্নবগী মতাংদা অনৌবা মওং অমসুং অহোংবা কয়া হাপচিল্লমই। মহুগী মওং অছু হৌজিকফাউবা কেরলাদা চৎনরি। নিংথৌ মশামক্না 'তপতী সংবরণম্' অমসুং 'সুভাদ্রা-ধনঞ্জয়' কৌবা লীলা অনী অমসু ইরমই। মহাক্কী তোলন কৌবা ব্রাহ্মণ মন্ত্রী অহুবু সংস্কৃত ড্রামা শান্নবা উৎপদা পাউতাক পীদুনা য়েংশিন্নবা শীন্নরমই। তোলন মন্ত্রীনা 'আত্ত-প্রকরম্' কৌবা এক্টরশিংগী লমজিং তাকপা লাইরিক অমসু ইরমই। রাঙাং-শাঙাংদা, এক্তিংদা, ষ্টেজক্রাপ্টতা হেন্না ফবা অহোংবা কয়া পুরকখি। সংস্কৃত লীলাদা প্রাকৃত অমসুং মালা-য়ালম লোন্নচিংবা বিদূষকনা ঙাঙহনখি। মসিদা ঐখোয়না খঙগদবদি— নিংথৌ কুলশেখর পেরুমালনা অহানবা ওইনা সংস্কৃত লীলা শান্নবা হৌদোকপা নত্তে। মতমহুদা ভারতকী মফম কয়াদা সংস্কৃত লীলা কয়া শান্নরে। খা-ভারত্তা ৬শুবা অমসুং ৭শুবা শতাব্দীদা পানখিবা পল্লবা নিংথৌশিংনা সংস্কৃত সাহিত্যবু কন্না য়োকখৎখি। পল্লবা শাগৈগী নিংথৌ মহেন্দ্রবর্মন্না 'মত্ত-বিলাস প্রহসনম্' কৌবা সংস্কৃত লীলা ইরমই। শ্রীভাসনা ইবা লীলা কয়াসু পল্লবগী কোন্নুংদা শান্নরম্বা য়াই হায়না পণ্ডিত কয়ানা প্রমাণ তৌরি। শ্রীভাসকী লীলা কয়া অমদি অভিনবগুপ্তনা ইবা নাট্যশাস্ত্রগী টিকা কেরলা ফংলিবসিনা মসিগী থাজবা অসি অমুক্কা হেন্না চেৎশিলহল্লি। অতুনা পল্লবা শাগৈগী নিংথৌশিংনা সংস্কৃত ড্রামা চাউখৎনবা, য়োকখৎনবা কন্না হোৎনম্মী অমসুং সংস্কৃত ড্রামা অসি লৈবাক অসিদা য়াম্না ওন্না চাউখৎপা হৌখি হায়বসি চীংননিংঙাই লৈতে।

## শাম্নবা লীলাশিং

কেরলাগী কুডিয়াত্তম ট্রেডিশনেল ষ্টেজদা শাম্নবা সংস্কৃত লীলাশিংদি— ১। সুভাদ্রা-ধনঞ্জয় (কবি রাজা কুলেশ্বরগী), ২। তপতীসংবরণম্ (কবি কুলেশ্বরগী), ৩। আচার্য্যচূড়ামনি (কবি শক্তিভদ্রগী), ৪। স্বপ্নবাসবদত্তম্ (শ্রীভাসগী), ৫। প্রতিমানাটকম্ (শ্রীভাসগী), ৬। দূতঘাটোৎকচম্ (শ্রীভাসগী), ৭। নাগানন্দঃ, ৮। প্রতিজ্ঞায়ৌগন্ধরায়ণ, ৯। অভিষেকানাটকম্ (শ্রীভাসগী), ১০। মত্তবিলাস, ১১। বালচরিতম্ (শ্রীভাস), ১২। ভগবতজ্জুকীয়ম্ অসিনচিংবা লীলাশিং অসিদগী অঙ্ক (এক্ট) অমখক্তং খঙ্গৎলগা অকক্লবা মতম অমদা শাম্মৈ। খঙ্গৎলক্লিবা অঙ্কশিং অদুগী তোখায়বা মিং অমমম্ থোল্লি। কুডিয়াত্তম লীলানা মখল-মখা কয়াগী হীরম নৈনৈ— নোক্লিংবা, ফাগি, করেম্নবা, সমাজগী অফ-ফত্ত, পুন্সিরোল, লৈঙাকলোন, ধর্ম্মগী পাউতাক, অসিনচিংবা।

## এক্টরশিং

মথক্তসু হায়গ্রে, কুডিয়াত্তম হায়বা সংস্কৃত লীলা অসি চাক্কিয়ার হায়বা শাগেদনা মীরোল কয়াদগী হৌনা চারোল শুরোল মথং মথং শাম্নহুনা লাকই। মখোয় লাইশঙদা মপুন্সি কখোক্লবা লাইশংগী কলাকারশিংনি (temple artistes)। লীলা শাম্নবা, ৱারী লীবনা পুন্সিগী শিনফম ওইরবা চাক্কিয়ারশিং (chakyars) অসি থাক হন্থবা, জাত তারবা ব্রাহ্মণ শাগে অমনি। নম্বুতিরি নুপীশিংনা অতোপ্পা নিপাশিংগা লান্নবা মরা ভাংনবা মতমদা মখোয়বু শাগেদগী তাম্থোকই। করিগুম্বা তাম্থোকইবা মতম 'cusp period' অদুদা অঙাং পোক্লবদি নিপা ওইরগা চাক্কিয়ার ওই অদুগা নুপী ওইরগা নঙ্গিয়ার (Nangyar) ওই। মখোয় অসি নম্বুতিরি ব্রাহ্মণ অমসুং নয়ারগী মরক্তা লৈবা হন্থবা থাক্কি

ব্রাহ্মণ শাগৈগেনি। মখোয়গী হৌরফম অসি মহাকাব্যগী মতমদগী লৈরক্লবা রারী লীবা সুতশিংদগী লাকপনি হায়না থাজনৈ। বেদ তম্বা য়াদবদগী লীলা অসি হিংনবগী মরু ওইবা শিনফম ওইনা তমখি। চাক্কিয়ারশিং অসি এক্তিংদা, রাঙাং-শাঙাংদা, শ্লোক থিবদা, নাট্যকলাগী হীরম কয়াদা য়াম্না হৈশিংলবা কাঙবুনি। পীশক পিক্লিন্বৈঙদগী লীলা-ফলাগী মহৈ তম্বা হৌই। হৈরবা মতমদা লাইশঙগী ষ্টেজদা কুমহল্লি। শোইহৈদে, লানহৈদে। শোয়রবদি খঙ হৈরবা ভাবোক্না নোক্লবদ নত্তনা লাইনা অমাঙ-অতা থোকহল্লি হায়না থাজনৈ। চাক্কিয়ারশিংনা লীলা শান্নবা মতমদা পনিবদাস অমস্তুং নম্বিয়ার অমদি নঙ্গিয়ার (নম্বিয়ার শাগৈগী নুপী) শিংনা ঈশৈ শকপদা, যন্ত্র খোঙবদা তেংবাংই। নম্বিয়ারশিংনা মিলাবু কৌবা যন্ত্র খোংই অদুগা নঙ্গিয়ারশিংনা এক্ক্রেশশিং শাই অদুগা এক্তরশিংনা অভিনয় তৌরিবৈঙদা কর্তাল য়ৈ, ঈশৈ শকই। হৌজিকস্তু সংস্কৃত অমস্তুং মালায়ালম লোন্দা ইবা লীলা কয়া, লীলাগী মরমদা নৈনবা লাইরিক কয়া চাক্কি-য়ারশিংগী মখুত্তা মরাং কায়না ফংই। হৌজিক চাক্কিয়ার শাগৈদা য়ুম্নাক ১৮ লৈ।

## লীলা শান্নফম

কুডিয়াত্তম হায়বা লীলা অসি লাইশঙদা শান্নবা, লাইশঙগী কলা অমনি। লাইশঙগী য়েৎ-থংবা নাকন্দা লাইগী মূর্ত্তিগা মায়রোক্লনা লীলা শান্নফম—কুত্তম্বলম (Kootambalam) ষ্টেজ অসি শাই। কুত্তম্বলম শাবা য়াউহৌদবা লাইশঙশিংদনা অহাংবা মচি অমদা হেক্তা শান্নে। কুত্তম্বলমগী থিয়েটর মণ্ডং অসি মমায় মরী লোংবা, রেকটাঙ্গুলার মণ্ডংনি। অচৌবা, ময়ায়, অপীকপা অস্নুম্না মখল অহুম থোক্লা লৈ। ইরিঞ্জালাকুডা, ট্রিচুর অমস্তুং গুরুবায়ুরদা হৌজিকস্তু লীলা শান্নফম থিয়েটর— কুত্তুম্বলম লৈরি। লীলা শান্নফমময়োল (মঞ্চ) অদু চিথেক-মরী নাই (স্কোয়ার ওই),

ভাবোক ফমফমদগী ( ওডিটোম্রিয়ম) ৱাংখৎলি। মফমদা উথোং মরী নত্রগা নিপান য়ুংই। উপাক্লা য়ুমথক কুপই। সিলীং অত্থনা মথল-মখা কয়াগী লৈরোং হত্থুনা লৈত্তেংই। মফমগী হেক থংনবা নাকন্দা ফি শেৎকম ( green-room ) লৈ। মত্থদগী এক্টরশিংনা থোঙ অমা ফাউদোক্তুনা চৎথোকচংশিন তৌই। ষ্টেজ মথক্তা পোৎ-চৈ য়াম্না শীজিন্নদে। এক্টরশিংনা ফম্নবা মখোঙ অত্থম পানবা ফাল ( ষ্টুল ) অমা/অনী থমই। মরুওইবা পাত্র থোক্লকপদা মী অনীনা য়ুথল অমা পায়ত্থনা খল্লি। পাত্র অত্থনা য়ুথল অত্থ হায়দোক্লগা থোক্লকই। পাত্রত্থ থোকখ্রবা মতুংদা য়ুথল পায়বা নিপাশিংত্থ অত্থম থোকখি। ফুট মরীরোম ৱাংবা. অচৌবা পিথ্রাইগী মৈ থান্নবা থাউমৈ অমা, অচৌবা দোশীদা মৈ চুখত্তুনা লীলা শান্নরিবা মন্থুংদা অত্থম থান্দুনা থমই। কুত্তুম্বলমগী ষ্টেজ খুৎশাগী মওং অসি ভরত মুনিগী 'নাট্যশাস্ত্র'দা পল্লিবা থিয়েটর হোল শাবগী নিয়মগা য়াম্না মান্নৈ।

## যন্ত্র

কুডিয়াত্তম শান্নবদা চঙলিবা যন্ত্র (ওর্কেষ্ট্রা) অসি মরুওইবা মথল মঙানি। মসিবু পঞ্চবাদ্যম হায়না খঙনৈ। মিলাবু (Milavu)— মমায় অমথত্তমক পানবা অচৌবা পুংজাউ অমা। মসি খুৎনা থিল্লি। কুজিত্তালম (Kuzlittalam) কৌবা কর্তাল মথল অমা। মিলাবুগী য়েৎথংবদা ফিদা মচা অমদা নঙ্গিয়ারশিংনা ফমত্থনা যন্ত্র অসি য়ৈত্থনা ঈশৈ শকই। য়াম্না পীকপা চৈনা য়ৈবা ইডক্কা (Idakka) কৌবা পুং মচা অমা য়াউই। মসিনা মিলাবুগী ওইদা থমই। খোংনবা যন্ত্রনা কোমপে (Compe), কুজল (Kuzhal) নি। মিলাবুগী মনাক্তা লেপ্তুনা খোংই। করিঙ্গুম্বা মতমদা মোইবুংস্থ খোংবা য়াউই।

## লীলা হৌবা ( পূর্বরঙ্গ )

'নাট্যশাস্ত্র'দা লীলা শান্নবা হৌবগী মতাংদা য়াম্না শন্দোক্লা

ইরি। মসিগী শরুক অসি পূর্বরঙ্গ কৌই। পূর্বরঙ্গগী (Preliminary) মতাং অসি তশেংবদি ঈরাৎ-পূজা তৌবনি। অদুনা সংস্কৃত ড্রামাগী পূর্বরঙ্গগী অকুপ্পা পূজাগী খরকশিং অসিনা ভারতকী নাট্যকলা অসি ধর্ম'গা মরী লৈনবা হৢরাউ-কুম্মৈ, পূজাদগী হৌরকপনি হায়বসি প্রমাণ তৌই হায়না কন্নাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা হীরম অসিদা কন্না রিসার্চ তৌরি। কুডিয়াত্তম লীলাদা য়াউরিব পূর্বরঙ্গগী মচাকশিং অসি 'নাট্যশাস্ত্র'গা খরা খেন্নরবসু মখোয় অসি নাট্যশাস্ত্রদগী য়ুক্ষম ওইরগা লম অদুগী চান্নবা শেমখিবনি। অহানবদা মৈ থাঙ্গত্তুনা লৈ-সু কৎলি। যন্ত্র খোংগৎলি গণপতী, সরস্বতী নত্রগা শিবদা 'অকিত্তম' কৌবা লাইশোন ঈশৈ শকই। মথংগী থৌরম্মা নম্বিয়ারুতে তামিল অসিনি। মসিদ নম্বিয়ারনা মালায়ালম লোন্দা শান্নগদবা লীলা অদুগী শয়প্পা রারী অদু খণ্ডহল্লি। মসিগী মতুংদা অরান্নু তালি হায়দুনা অশেংবা ঈশিংনা শ্লোক থিন্দুনা মঞ্চ অদু খিকতোকই। মসিগী মতুংদা নাম্বিয়ারনা ধ্রুবমগী শ্লোকশিং ঈশৈ ওইনা শকই। মসিনা লীলাগী পত্র চঙলককদৌরে হায়বা তাকপগা লোয়মনা পাত্র অদুগী মমাঙগী পুন্সিগী থৌদোকসু খণ্ডহল্লি। ( মথক্তসু পনথ্রে— কুডিয়াত্তমদা সংস্কৃত লীলা মপূম অমগী তাঙ্কক অমথক লৌথৎলগা শান্নবনি। অদুনা রারীগী মকোক-মমৈ অমসুং চরিত্রগী মমাঙগী থৌদোকশিং, পুন্সি অদু শ্লোক ওইনা ঈশৈ শক্তুনা উৎলি।) মসিগী মতুংদা নিপা অনীথক্না য়ুথল অমা পায়দুনা লেপকনি। চঙলককদবা পাত্র (character) অদু য়ুথলগী মনাক্তা লেপকনি। অদুদগী য়ুথল অদু হাইদোক্তুনা তপ্পা চঙলক্কনি। হৌজিক্তি ভাবোক ময়ামগী মমাঙদা পাত্র অদু লেপ্তুনা লৈরে। মহাক্না ডাংগদৌরিবা রাহৈশিং অদুগী শরুক খরা শৈরেং ওইনা থি। নঙ্গিয়ারগী ঈশৈ শৈহেক্কী মতুংইন্না খোঙ থাংবা অমদি লেঙ-ওৎপগী অভিনয় কয়া তৌই। কুডিয়াত্তম

লীলাদা এক্টরশিংগী খোঙথাং, শাথেরুচিংবগী নিয়ম য়াম্না কৃপ্পা লৈ। নিয়মশিং অসি য়াম্না পাক চাউই, য়াম্না লুই। পূর্বরঙ্গ শান্নবতদ মুমিং ৬/৭ নি চঙই।

নির্বহণম্

মথক্তস্সু পনগ্রে, কুডিয়াত্তম লীলাদা শান্নরিবা অসি অচৌবা লীলা মপূম অমগী অঙ্ক (এক্ট) অমমথক্তনি। অদুবু অঙ্ক অসিমা শান্নবদা য়ামদ্রবদা মুমিং ১১ নিদি তঙাইফদনা চঙই। করিগুম্বদা মুমিং ৩৭ নি শান্নবা য়াউই। 'ভগবতজ্জুকীয়ম্' হায়বা লীলা অসি শান্নবদা বিদূষক মতোমতনা চয়োল অমগী মতম লৌই। তশেংবা কুডিয়াত্তমগী শরুক অদুদি অরোইবা মুমিদাং অদুম অদুদা শান্নবনি। মসিগী মমাংগী মুমিংশিংদা শান্নরিবনা কুত্তে (Kutte=monoact) হায়বদি চরিত্র অমা খোক্লক্লগা জগোই শাদুনা, ঈশৈ শক্তুনা লৌথংলিবা অঙ্ক অসিগী মমাঙগা রারী লীবা, রারী নৈনবা, চরিত্রশিং তাকপা অসিনি। মসিবু নির্বহণম্ কৌই। অহানবা মুমিংকী পূজানচিংবা তৌবা লোয়রগা মথংগী মুমিত্তগী নির্বহণম্ অসি হৌই। মসিদা নায়ক অদুগী মনাঙগী হৌখ্রবা পুন্সিগী নরমদা শন্দোক্লা তাকই। নির্বহণম্ অসি মুমিং ৪/৫ নি চংথৈ। মথংদা বিদূষক্কী শরুক লাকই। মহাক্লা মুমিং খরা শান্নৈ। থ্বাইগী অরোইবা শরুক্তা কুডিয়াত্তমগী থঙ্গংলক্লিবা অঙ্ক অদু শান্নৈ।

মুতিয়ক্কিত্তম (পোলোই)

কুডিয়াত্তম লীলা শান্নবগী অরোইবা মুমিং—পোলোই অসি নিয়ম অমগী মখাদা লোইশিল্লি। অরোইবগী মতাং অসিদা নায়ক নত্তুনা অতৈ পাত্রশিং লোয়নমক মঞ্চদগী খোকথিগনি। লম্বিয়ারনা অচৌবা পুংজাউ থিন্দুনা শৈরোই শক্কনি। নায়ক্কী ভূমিকাদা কুম্লিবা চাক্কিয়ারনা খোঙথাঙ কয়াগা লোয়ননা জগোই

শাগনি। মতুগী মতুংদা মখোঙ মখুৎ শেংনা হামদোক্লগা দোশি অমা লৌথৎকনি অমসুং মহু মৈ চুখৎলবা মতুংদা হান্না থাল্লবা থাউমৈ অহু মুৎথৎলগা মহুদগী দোশি অমখক্তমক চৈ চুখৎকনি। মসিনা কুডিয়াত্তমগী অরোইবনি।

## আহার্য্যঅভিনয় ( ফিজেৎ-লৈতেং )

কুডিয়াত্তমগী ফিজেৎ-লৈতেং অমদি মায়দা য়েক-খোংপা (make-up) অসি য়াম্না কুপ্না নিয়ম অমগী মখাদা পাঙথোকই। অয়াম্বনা কথকলিগা মান্নৈ। কথকলিগা অমুক কার্নাতকী যক্ষ-গানগা মান্নবা কয়া অমসু লৈরি। ফিজেৎ-লৈতেংশিং অসিগী হৌরকফমদি মমাঙথৈগী রিচুয়েল অমসুং ত্রাইবেল মোটিফ (tribal motif) কয়াদগী শাগৎখিবনি। কোক্কি লৈতেং, শেৎন-ইন্নবা পুম্নমক চরিত্র অমদি থৌদোক্কী মতুং ইল্লি। মচু কয়ানা মায়দা য়েকশিল্লি। মায়দা তৈনবা মচুদি চেং, মৈতান অমদি লমহুদা ফংবা পোৎথোক কয়ানা শেমই। লাই, হিংচাবা, অফবা, ফত্তবা চরিত্রগী মতুং ইন্না মাইদা য়েকপা মচু অমসুং মওংসু খেন্নৈ। অহুনা মাইগী য়েকপা-খোৎপা অসি চাউরাক্লা মখল মরী থোক্লা খায়দোকই — ১। পক্কা (Pacc=রাম, আর্জুননচিংবা নিংথৌ মচাশিংদা তৌই), ২। পঝুক্কা (Pazhukka=মগুণ লৈবা নিংথৌশিংদা য়েকই), ৩। কত্তি (Katti = ফত্তবা মীওইশিং রাবননাচিংবদা য়েকই), অমসুং ৪। কারি (Kari = হিংচাবী-নচিংবদা অমুবা মচুনা য়েকই।)

## অভিনয় ( এক্তিং )

কুডিয়াত্তমদা শীজিন্নরিবা অভিনয় অসি য়াম্না পাক চাউই। মরু ওইনা 'নাট্যশাস্ত্র'না য়ুম্ফম ওই। অহুবু চাক্কিয়ারশিংনা ইবা 'হস্তলক্ষণদীপিকা'নচিংবা লাইরিকশিং অসিসু শিজিন্নৈ। মমাঙ-থৈগী সংস্কৃত থিয়েটরদা রাহৈ-পরেংদ নত্তনা রাহৈ অমগী খোম্থোব

অসি অভিনয়না উৎলি। মসিগী মরমদা শাস্ত্র কয়াদা য়াম্না পাকচাউনা শন্দোক্না ইতুনা থনমই। অভিনয়গী মরমদা নন্দকেশ্বরগী 'অভিনয় দর্পন'দা শম্না ইরি— "চীন্দা ঈশৈ শক্কনি (নত্রগা রা ভাঙগনি), খুৎনা অর্থ ফোঙদোক্কনি, মীৎ অনীনা ভাব ফোঙদোক্কনি, খোঙনা তাল থাগনি। মীৎনা খুত্তা য়েংগনি, মীত্তা ভাব চেনগনি। ভাবনা লৈবা মফমদা রস লৈগনি।"

আঙ্গিকাভিনয়

মসি হকচাং মপূম্না নত্রগা মতেক্না পূক্নিংগী ভাব ফোঙদোকপনি। চুম্না রাহৈপরেং অমগী অর্থ অতুগী অপূনবা ভাব অমা ফোঙদোকপা নত্তে। রাহৈ খুদিং তপ্না মচা তানা হায়গনি। রাহৈগী ধাতু অমদি প্রত্যয় অতুস্তু ইঙ্গিতনা ফোঙদোকই। মসিদ নত্তনা রাহৈতুগী বচন, লিঙ্গ, কালনচিংবা অতুফাউবা অভিনয়না ফোঙদোকই। খুদম ওইনা, 'সুভদ্রা-ধনঞ্জয়' কৌবা লীলাগী অহানবা অঙ্কদা ধনঞ্জয়না (অর্জ্জুন) নায়িকাবু (সুভদ্রা) কনানো হায়বা মশক খঙদনা কনবগী মতাং অমদা সুভদ্রাগী ফজবা শকফম উবদা অর্জ্জুন্না হায়রকই,—

চলকুবলয়ধাম্নোরজ্জ্বলস্নিগ্ধমক্ষ্ণোঃ
ভয়চলধৃতি যুগ্মং কেয়মালোলয়ন্তী।
মুখপরিমললোভাদ্ ভৃঙ্গদত্তানুয়াত্রা
শিথিলয়নি সুভদ্রামুদ্রিতং মানসং মে॥

সুভদ্রাবু উরুবদা—

[নুংশিৎকী শাফুনা] তথক তথক হাইহুম্লিবা
অশংবা থম্বাল পরেংশিংনা তৌবগুম্না ঐহাক্কী
মীৎফম অনীমক তথক্প মতৌ অমদি কিরপ
তৌব মতৌ অনীমক্না য়াম্না মীৎফম চোইরি।
অতুগা মায়থোঙ্গী নুংশিরবা মনম অতুতবু পামজরদুনা

খোইমুশিংনা মঙোন্দা তন্তুনা ইম্নজরিবা সুভদ্রা
(কোবী) না— ঐহাক্কী পূক্লিং ৱাখন্দা (মনদা) মশক—
নাইরবা খুদম (চিহ্ন) অমা থারদুনা (য়েক্লগুনা)
ঐবু থোয়দোক্লা শোন্থহল্লি।

মথক্কি শ্লোক মচা অসি অভিনয় তৌদুনা উৎপদা পুং ২/৩ হেন্না চঙই। মীৎফম – অসিমক থাবদত য়াম্না কূপই। করম্না মিৎ? তথক্ পমতৌ। তনৌরিবা থম্বাল মান্‌বা অসিনচিংবা কয়া। অমুক সুভদ্রাগী শক্তম লৌদুনা অভিনয়সু তৌই। সুভদ্রাগী লৈতেংবগী মঙং মতৌ অমুক উৎলি। অসুম্না পরেং মতেক অসিদগী লোইনাইদ্রবা থৌদোক কয়া চীংথোক্লকই।

## বাচিকাভিনয়

চীনগী থবক্লা হায়বদি ৱাঙাং-শাঙাংনা নত্রগা ঈশৈনা মপুং ওইবা অভিনয়নি। লীলাদা য়াউরিবা ৱাহৈশিংন্থু অচুম্বা খোন্থোক্লা হায়বা অসিনি। চাক্কিয়ারশিং অসি সংস্কৃত শ্লোক থিবদা য়াম্না হৈশিংই। মখোয়না য়াম্না তপ্পা, ছন্দ নাইনা ৱাহৈগী খোন্থোক্কী মতুংইন্না থি। মসিদা রাগ কয়ামরুম শীজিন্নৈ। খোন্থোক অসি অৱাংবা, ময়াম অমসুং অনেম্বা হায়না থায়দোকই। অপামন্নুংশি, ঋতু, পূক্লিংগী ফিভম মতুংইন্না খোন্থোক তোংঙাল্লি।

## সাত্ত্বিকাভিনয়

মসি তৌশিন্নবা ভাব য়াউদনা অশেংবমক হেক উৎপবু খঙনৈ। মসি য়াম্না লুবা অভিনয় মখল অমনি। অকনবা পূক্লিংগী শাজেন অমদি সাধনা য়াউদনা হেক ওইথোকপা ঙমদে। 'নাট্যশাস্ত্র'দা মসিগী মরমদা চাউরবা পন্দুপ অমা কায়থোক্লুনা নৈনৈ। কুডিয়াত্তমদসু মসিগী অভিনয় অসি য়াম্না লুনা, চেৎশিন্না তৌনৈ। হুকচাংগী লেঙওৎপা য়াউদনা চুম্নগী মিৎ, পিশুম,

চিনবান, থজাই লেঙ-ওংপদনা পূক্লিংগী অশেংবা ভাব অদু ফোঙদোকপা ঙমই। করিগুম্বা, অকিবা, তুচুংবা থোদোক অমা উরুবদগী তশেংবা থোদোক অদুগী মমি— ভাব অদু মাইথোংদা ফোঙদোক্কদবনি। কুডিয়াত্তম কলাকারশিংনা অহানবদা সাত্ত্বিকাভিনয়না ফোঙদোকই। অদুদগী শ্লোক থি। অদুগা আঙ্গিকাভিনয়না অমুক শন্দোক্লা তাকই।

## বিদূষক

কুডিয়াত্তম লীলাদা বিদূষক অসি য়াম্না মরু ওইবা চরিত্র অমনি। মহাক মপূংওইনা ফাগি-জুগাই তৌবা মীশক্নি। মাগী শরুক অসি নোংমগী অস্থুম অস্থুম চাউখৎলক্নুনা অতৈ চরিত্রশিং অসি পীকশিনখিবগুম তৌই। ৱাঙাং-শাঙাংদা ফাগিয়াম্না য়াউই। মনিং-মখা য়াম্না তমই। ফিজেৎ-চাকচা য়েংবদা নোকনিংই। চৈশু অমা থাদে। চরিত্রময়ামগী মনুংদা মহাক মতোমতনা মালায়ালী লোন ঙাঙই। অতোপ্পা চরিত্রনা সংস্কৃত লোন্দা ঙাঙবা ৱাদু মহাক্না মালায়ালী লোন্দা হন্দোক্নুনা শন্দোক্না তাকই। মহাক্কী হৈশিংবা ৱাঙাং-শাঙাং অমদি নোক্লিংবা মতৌনা বিদূষক অসি য়াম্না মরু ওইবা, মীনা পাম্নবা চরিত্র অমা ওই। কুডিয়াত্তম লীলাদা মহাক্নুনা হুমিং মরীনি লীলা শাম্নে।

নিংথৌগী লৈঙাকলোন অমদি শেনজা-থুমজাগী মরমদা নাকোয়ননা চৈবা, করেম্নবা, মীওইবগী অচুম-অরান লমচংকী মরমদা, ধর্ম্মগী মরমদা, মীওইবগী হিংবগী পান্দমগী মরমদা বিদূষকনা নৈনৈ। মসি মহাক্কী লীলা বিষয়নি। সংস্কৃত ড্রামাদা পীরিবা বিদূষকক্কী থৌদাংদগী য়াম্না হেন্না চাউনা অমসুং হেন্না মরু ওইনা কুডিয়াত্তমগী বিদূষকনা শরুক য়াই। মসিদা হেন্না মপূং ফারবা বিদূষক অমা উবা ফংই।

# ভারতকী অনৌবা ড্রামাগী য়াওন্দা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী দান

সংস্কৃত লোন অমস্তুং সংস্কৃত থিয়েটরনা অস্তুম অস্তুম শীথরকপগা লোয়ননা ভারতকী ড্রামা অসি লৈখা তাথরকখি। মধ্যযুগকী মতমদা লম লমগী ট্রেডিশনেল থিয়েটর কয়া ময়োন চোংথৎলক্লবস্থ মখোয়না ক্লাসিকেল সংস্কৃত থিয়েটরগী থাক য়োনা কাখৎপা ঙমখিদে। অদুনা, মতম য়াম্না শাংনা ভারতকী থিয়েটরনা চাউখৎপা ঙমদনা, শক-চু থোক্তুনা ১৯শুবা শতাব্দীফাউবা অৱাবা থাংদুনা লেনবা তাখি। মুসলিম্না পানবা মতমদা ভারতকী নাট্যকলানচিংবা কলাবিদ্যাশিং অসি লৈখা তাখি। মথংদা অমুক বৃটিশকী মতমদা নোংচুপকী সভ্যতাগী অকনবা নুংশিৎনা হুমজিল্লকপদগী হান্ননা লৈখা তাদুনা লৈরক্লবা ভারতনা মশাগী ট্রেডিশন অমস্তুং কৃষ্টি কাউথোকখিদুনা মপা-মপু অমস্তুং লৌ-ইংখোল লৈজদ্রবা লমজা সরাগুম য়াম্না পিদোম্না লৈরকখি। অসিগুম্না 'অমম্বা যুগ' নত্রগা H.W. Wells গী লোন্দা হায়রগা 'splendid isolation' অসিগী মতমদা ভারতনা মশাগী ইনাক খুল্লবা নাট্যকলা কাউথোকখিদুনা মতমগী কল্লবা ঈথিনগী মতুংইন্না নোংচুপকী মতৌ তম্বা অমনবা ড্রামা (ফম্বাক লীলা, proscenium theatre) অসি অনৌবা ড্রামা ওইনা লৌখি। অস্তুম্না, নোংচুপকী ড্রামাগী মওং তমদুনা অমস্তুং মওং লৌদুনা ভারতমচা কয়ানা ভারতকী অনৌবা ড্রামাগী মশক শাগৎপা হৌখি।

লম কোয়বা, রুস মচা Herasim Lebedelf না কালিকাতাদা খৃঃ কুঃ ১৭৯৫ দা 'বেঙ্গল থিয়েটর' লিংখত্তুনা ইংরেজী ড্রামা অনীথক (The Disguise অমস্তুং Love is the best

Doctor) বাংলাদা হন্দোক্তুনা শান্নখি। মসিনা অহানবা বাং-লাদা শান্নবা নোংচুপকী ড্রামা মওংনি। মখা চথখিদে। লীলা ইবিনবা মী লৈখিদে। ইষ্ট ইন্দিয়া কোম্পানীনা খৃঃ কুঃ ১৭৭৩ দা কলিকাতাদা কোন্থুং হোংহুনা মরা চেৎনা লৈবাক শাসন তৌরবা মতুংদা থিয়েটর কয়া লিংখৎলম্মী। Warren Hastings না খৃঃ কুঃ ১৭৭৯ দা 'কলিকাতা থিয়েটর' শারম্মী। থিয়েটর অসি চহী ৩৩ হিংলম্মী। মসি নত্তবা, Mrs Bristow's Private Theatre, Wheler Place Theatre, the Dum Dum Theatre, the Chowringhee Theatre, অসিনচিংবা কয়া। অসুন্না, সাহেবকী পুন্সি অমসুং ঈশিং-নুংশিৎ চুরবা কলিকাতা সহরদা কেজব-মৌজবা পামজবা সাহেবশিংনা 'ইংরেজী থিয়েটর' হৌদোকখি। মসিদা লণ্ডণদগী মমিং চৎলবা কল্লাকার কয়া লাক্তুনা শরুক য়াবা য়াউখি।

মসিগী মতুংদা 'হিন্দু থিয়েটর' কয়া লিংখৎনরকই। কনানা ময়ুমদা, কনানা লৈকাইদা থিয়েটর হোল শাহুনা থিয়েটরগী ঈচেল অসি তপ্পা তপ্পা চেনবা হৌরকখি। খৃঃ কুঃ ১৮৩১ দা প্রসন্ন কুমার ঠাকুরনা 'হিন্দু থিয়েটর' অমা লিংখৎলি। খৃঃ কুঃ ১৮৩৫ দা নবীনচন্দ্র বসুগী ময়ুমদা ষ্টেজ শাহুনা বাংলা লোন্দা ইবা অহানবা লীলা 'বিদ্যা সুন্দর' অসি শান্নখি। মতম অদুদা বাংলা লোন্দা লীলা ইবিনবা মী লৈরমদে। লীলা অয়াম্বা সংস্কৃত অমসুং ইংরেজীদগী অনুবাদ তৌরগা শান্নবা ঙাক্তনি। অদুনা, বাংলা লোন্দা ইবা লীলাদা লুঃ ২০০/- মনানচিংবা পীহুনা লীলা ইবা থোক্লক্লবা কন্না হোৎনখিবা মতম অমনি। অদুদগী মথং মথং ওইনা মাইকেল মধুসূদন দত্ত, দিনবনধু মিত্র, রাম-নরায়ণ, গিরিশচন্দ্র, দ্বিজেন্দ্রলাল, বঙ্কিম, রবীন্দ্রনাথ, শরতচন্দ্রন-চিংবা থোক্লক্তুনা নাটক (ড্রামাটিক লিটেরেচর) অসি চাউখৎলকখি। খৃঃ কুঃ ১৮৭১ ফাউবদা বাংলা সাহিত্যদা ছাপা তৌরবা নাটক

৪১ খক ফোঙলে। অদুম ওইনমক, নোংচুপ্তগী পুবা অনৌবা ড্রামা ইবা কলা অসি হৈদুনা, কলা অসিবু মশাগী ওইনা খুৎলোয়না শীজিন্নদুনা, কলা অসিদা য়াম্না হৈথোই-শীংথোইরবা মশিং চৎপা, অফাউবা, অচৌবা ড্রামাটিষ্ট অমা ভারতকী ওইনা পুথোকপা হায়বা অসিদি য়াম্না তাঙনা থোকখি। চক্রী কয়া চঙখি। মসিগী থাক অসি বাংলা সাহিত্যনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মথুক্তগী ফংজখি। হিন্দী সাহিত্যদা, খৃঃ কুঃ ১৮৫৩ দা লক্ষ্ণৌদা 'ইন্দ্র সভা' হায়বা নাটক শান্নদুনা ড্রামাগী ইতিহাসদা খুমাঙ চাউশিন্না হৌগ্রফাউবদা, খৃঃ কুঃ ১৯৫০ ফাউবদা য়াম্না শীংথানবা য়ারবা, অচৌবা নাটকার লৈতে হায়না কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ। কায়নথংদা, ধর্মবীর ভারতী অমসুং মোহন রাখেশকী মথুক্তা হিন্দী নাটকী ফজবা, অরাংবা কলা য়ৌবা ঙমখি হায়না মোত পীনবি। অসুম্না ভারতকী লোনশিংনা অয়াম্বদা সংস্কৃত অমদি মীরোল্দগী শীন্দোকপা, পুবা, শেমদোকপা লীলানা খুৎমাবা ওইরগা মশা মশাগী লোন্দা ড্রামা ইবগী কলা অসি কোন্না চাউথৎলকপা ঙাক্তনি। অরাং অমসুং নোংপোক ভারত্তদি কলিকাতানা সংস্কৃতিগী কেন্দ্র ওইখিবা মরম্না বাংলা নাটকনা ঈচেলগী হৌরকফম মরু ওইরগা হিন্দী, উরিয়া, আসামী, মণিপুরীনচিংবা য়ুম্নোম্নবা লোনশিং অসিদা ড্রামাগী ঈচেল অসি শন্দোকখি। হায়রিবা লোনশিং অসিগী অনৌবা ড্রামাগী য়ুমফমদি বাংলা নাটকনা ওইখি।

মতাং অসিদা পার্সী থিয়েটরগী ঈহৌ অসি তঙাইফদনা পনফম থোকই। মরমদি, ভারত্তা অনৌবা ড্রামা হৌগৎলকপগী তানফমদা পার্সী থিয়েটরনা চহী ৫০ মুক হেন্না অরাং ভারত, দিল্লী, কলিকাতা, বর্মা অদুগা লণ্ডন ফাউবা য়ৌনা শন্দোক্তুনা লম লমগী ড্রামাদা অকনবা প্রভাব অমা পীরম্মী। বোম্বেদা লৈবা পার্সী ললোনবা কাঙবুনা হোৎনদুনা, মরু ওইনা Setha

Pestonji Framji না খৃঃ কুঃ ১৮৭০দা 'দি ওরিজিনেল থিয়েট্রিকেল কোম্পানী' হায়বা অমা অহানবদা লিংখৎলি। মথং মথং ওইনা থিয়েটর কোম্পানী কয়া লিংখৎনরক্কুনা লম কয়াদা শীনবা থুংখি। উহু লোন্দা শান্নবা পার্সী থিয়েটরগী ঈহৌগী য়ায়া মরুওইরবা দান্দি— থিয়েটর অসিগী ফজবা মওং অমসুং অরাংবা কলাগী খুৎশেম লৈত্তুনা ভারতকী লোনশিংদা কাম্নরবা মচাক পী হায়বগী নত্তে। পার্সী থিয়েটরগী য়াম্না হন্থবা থাক্কী লীলা মশান্না, জগোই-ঈশৈ-ফাগী পংতোক্ত তোৎশীন্নবা, মীয়াম অমসুং মীচম্না পান্নবগী দমক্তা কুম্মৈগী ওইনা পংশেমদা শেমজিনবা, শেন ফংনবা হোংনা শান্নবা লীলা মওং অসিনা অতোপ্পা লোনশিংদা থিয়েটরগী ঈহৌ লাক্লবগী অচৌবা তেংবাংবা মখল অমা ওইনা থোকখি। পার্সী থিয়েটরগী মাযয়োক্তা লীলা ইবা কয়া চোংথোক্লকই অমসুং হেন্না ফবা লীলা কয়া ইনবা, শান্নবা হোৎনরকখি।

অতুনা ভারতকী অঙনবা ড্রামা হায়রগা— ইষ্ট ইন্দিয়া কোম্পানীনা লিংখৎপা ইংলিস থিয়েটর, পার্সী থিয়েটর, বেঙ্গলগী অঙনবা হিন্দু থিয়েটর অমসুং বেঙ্গলী থিয়েটরগী মওংগা মান্ননা ভারতকী লোনশিংদা লৈরিবা থিয়েটরগী মওংশিং অসিনি। মসিদা ভারতকী নীংতম্নগী আন্দোলনগী ঈহৌ লাক্তুনা ভারতকী ড্রামাদা হেন্না চাউখৎনবগী থোঙথাং কয়া লাকখি। অসিগুম্বা অনৌবা ড্রামাগী য়াওন অসিদা কবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী অথন্নবা দান করিনো? মহাক্না য়াম্না ফজববা, পৃথিবীনা শীংথানরবা লিরিকেল, সিম্বোলিক, মেতাফিকেল ওইবা লীলা কয়া ইরম্মী হায়বগীরা? নত্রগা মহাক মতোমতনা লীলা ৪০ রোম ইরমত্তুনা ভারতকী ড্রামাগী ইতিহাসদা লীলা মশীং য়াম্না দান তৌরম্মী হায়বগীরা? মহাক্কী খুাইদগী শীংথানবা য়ারবা দান্দি— চহী ৯৫০ রোম কাউথোকউরবা, ভারতকী পরমপরাদগী শাগৎপা, ভারত মশাগী নাট্যকলাগী ফজরবা মশক অসি নোংচুপকী সভ্যতানা

যাই থাবগুম ককত্তাউনদুনা লৈকরবা ভারতমচাশিংদা নৌহৌনা মায়থুম হাংদোক্লক্কুনা ঐথোয়গী ইশাগী অশেংবা শক খঙজনবা ঈহে। অমা পুরকখিবা অসিনি।

রবীন্দ্রনাথকী অহানবা লীলা 'বাল্মীকি প্রতিভা' ইং ১৮৮১ দা উৎপদগীনা ইকোন কোনবা লীলা 'শ্যামা' ইং ১৯৪০ দা উৎপা অসিগী মন্নুংদা মতম কয়া কাম্ন কাম্নবা মাগী লীলা ৪০ রোম অসি ইথি অমস্তুং উৎখি। মাগী লীলাশিংদি অযাম্বনা মানা ডিরেকশন তৌরগা শান্তিনি-কেতনদা নম্মা শান্নে। মরক মরক্তা কলিকাতাদা লাক্কুনা উৎপস্ত যাউই। মহাক চুম্নগী লীল। ইবা অমা ওইবদা নত্তনা থিয়েটর কলাগী চঙখোল্লবা জ্ঞান অমস্তুং গুণ লৈরবা, মমিং চৎলবা ডিরেক্টর, প্রোডুসার, কমপোজর অমস্তুং এক্টর অমসুনি। অদুবু শরাবর্দি, ভারতকী চৎরবা থিয়েটরগী মীশক অসিবু মতম অদুগী মীওইশিংনা মশক যুম্না খঙবা ঙমখিদে। মরম অদুনা মহাক্কী থিয়েটরনা বাংলা থিয়েটরদা প্রভাব পীবা ঙমখিদে। মহাক্কী থিয়েটরনা কলিকাতগী মমিং চৎলবা কমর্সিয়েল থিয়েটরশিংগী মনাক নকউবা ঙমদে টেগোরগী থিয়েটর মীযাম্না থৌশাবিদনা, মমিং মরাং ওইনা মতম কুইনা নাইতোম তাদুনা লৈখি। মতম অদুগী থিয়েটরগী মীওইশিংনা রবীন্দ্রনাথকী লীলাশিং অসি শৈরেংনা হাবা, ঈশৈগী শকক যাম্ন য়াম্না য়াউবা, য়াম্না সিম্বোলিক ওইবা, আধ্যাত্মিকী রাখল চেনবা ষ্টেজদা উৎপা য়াদবা লীলানি হায়না খনখি। অদুনা মখোয়না ভাব তানা অমস্তুং মায় পাক্না মাগী লীলা অমত্তা উৎপা ঙমখিদে। কলিকাতাগী এমরালড থিয়েটরনা (শিশির ভাদুড়ীনা পুথোকপা) ইং ১৯২৯ দা পুথোকপা 'রাজা ও রাণী' অমদি ইং ১৯২৫ দা ষ্টার থিয়েটরনা উৎখিবা 'গৃহ প্রবেশ' লীলা অনীমক মায পাকপা ঙমখিদে। রবীন্দ্রনাথকী অচৌবা লীলাশিং বিসর্জন (Sacrifice), রাজা (the King of the Dark Chamber), ডাকঘর (Post Office), রক্তকরবী

(Red Oleanders), মুক্তধারা (the Released Stream) অসিনচিংবা অসি কলিকাতাগী কমর্সিয়েল থিয়েটরদা চঙবা ঙমদনা লৈখি। অদুবু মমৈদা রবীন্দ্রনাথকী লীলাশিংবু য়াম্না মায় পাক্না পুথোকখিবা নিপাদি শম্ভু মিত্র অমসুং উৎপল দত্তনি। মথোয়না মহাক্কী লীলাশিংগী ফজবা মগুণ লোয়ননা ষ্টেজদা মায়পাক্না উৎপা য়াবগী মওংশিং অদু ইহান হানবা ওইনা (রবীন্দ্রনাথনা সংসার থাদোকখ্রবা মতুংদা) উবা ঙমখি। বহুরুপী থিয়েটরগী মমিং চৎলবা ডিরেক্টর শম্ভু মিত্রনা রবীন্দ্রনাথপু অচৌবা লীলা ইবা অমনি হায়বসি চপচানা য়াখি। মহাক্না য়াম্না মায় পাক্না 'রক্তকরবী'-নচিংবা লীলাশিং অসি পুথোকখি।

রবীন্দ্রনাথনা মাগী অঙনবা লীলাশিংদা নোংচুপকী নমুনা লৌদুনা অদুগা মতমদুদা চৎনরিবা 'realistic representation' গী মওংদা লীলা থরা ইরুরবগী মতুংদা লমদম অসিগী ঈশিং-মুংশিংকা চান্নবা, থিয়েটরগী মশক অমা শাগৎপা চুমই হায়না থল্লকুনা মাগী লীলাগী মওং অসি বেঙ্গালী যাত্রাদা (ফোল্ক ফোর্ম) ইবা হৌখি। অসুম্না মহাক্না থিয়েটরগী লমদসু অঙনবা মতমদুদা অনৌবা থিয়েটরগী রাথল মওং অমা শাগৎখি। মসিগী মরুওইবা মরম অমদি মতমদুদা চৎনরম্লিবা বেঙ্গালী ষ্টেজগী রিএলিষ্টিক ঈরাংনা হারবা, লৈরোং-লৈতেং য়াম্না তৌবা, রাঙাং-শঙাং একটিং লৈতেং লৈথেৎনা মপুং ওইবা মওং অদু রবীন্দ্রনাথনা শুকপাম পাম্লমদে। অদুনা ট্রেডিশনেল অমসুং ফোল্ক ফোর্মগী রাথল নমুনাগী মওংদু মহাক্না লৌরুই। মহাক্না ভাবোক্কীদমক, শেন্দোং অমদি টিকেট শীৎননবগীদমক লীলা ইখিদে। রবীন্দ্রনাথনা মতম অদুগী কমর্সিয়েল থিয়েটরগী লাই ওইনা শোম্লরিবা গিরিশ ঘোষ অমসুং শিশির ভাদুড়ীগী মায়য়োক্না লেপখি।

রবীন্দ্রনাথকী থিয়েটরদি মপুং ওইনা কবিগী মীৎয়েংদগী শাগৎপা রাথল-মীৎয়েং অমনি। মহাক্না থিয়েটরবু কবিতানা

মপুং ওইনা অমসুং পুংশুপ শুপ্পা শাসন তৌবা. মুংগী অশেংবা অচুম্বা মশক ফোঙদোকফম মফম অমা ওইবা পামখি। ইং ১৯০২ দা মহাক্না ইখি,— "ভারতকী 'নাট্যশাস্ত্র'না ষ্টেজগী মরমদা ইরমই অদুগা অয়েকপা সীনরীগী মরমদদি করি অমত্তা পল্লমদে। পল্লম-ত্রিবসিনা করিসু অচৌবা অমাঙবা অমত্তা থঙহনৰা লৈতে হায়না ঐনা খল্লি......। একটিং হায়ৰা কলা অসি শৈরেংগী তেংবাং-নৰগীদমক লৈগদবনি। অদুগা মসি হায় হায়দুনা মসিনা অতোপ্পা কলাশিংগী মীনায় ওইগদবনি হায়বা লৈতে। লীলাদদি লীলাদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অসিনা এক্টরদা য়াম্না হেন্না দরকার ওই। অদুগা করিগীদমক্তা এক্টরগী নাকন্দা অয়েকপা সীন দরকার ওইরিবনো? উপাল অমা-অনী নত্রগা কা অমা নত্রগা তুরেল অমা ৱাখল্লা শাবা হায়বসি অরুবা নত্তে। করিগুম্বা অয়েকপা সীনগী মতেং শীজিন্নদুনা কল্পনা খজিক্কুং শীজিন্নবগী থবক অসি ঐখোয়দা য়াহন্দ্র-বদি ঐখোয়বু মপূংফানা থাজদবগী খুদম্নি। মরম অসিননি ঐনা বেঙ্গলগী যাত্র'বু পাঙকরুরিবা। যাত্রাদদি এক্টরগা ভাবোক্কগী মরক্তা তোথায়না তাহনবা অথিংবা অমত্তা লৈতে। মখোয় অনীগী মরক্তা মহৈ মহৈ থাজনবা অমদি তেংবাংনবগী থৌরীনা পুনশিন্নদুনা লায়না শমজিন্নহল্লি। মসিনা পাঙথোক্কে নীংলিবা থবক মায়পাক্লা পাঙথোকপা শুমই।" (ইংরেজীদগী ঐনা হন্দোকচবা)। অদুগা মহাক্না মতমদুদা চৎনরিবা একটিংগী ষ্টাইল অদুবুসু পাল্লমদে। মাগী 'পথের সঞ্চয়' হায়বা লাইরিক্তা মহাক্না ইরি,— "একটিং হায়বা কলাসিদা অতোপ্পা কলাশিংদগী হেন্না মতৌতম্বগী শরুক্না হেন্না মরু ওইরবসু মসি তেনৱাগী মতৌগুম্নদি তৌগদবা নত্তে। একটিংনা নেচরিএলিজমগী য়ুখলদগী তোথায়না লৈবগী মথৌ তাই অদুগা মসিনা মুংগী ওইবা অচুম্ববু ফোঙ-দোক্কদবনি। করিগুম্বা মতৌতম্বা নেচরিএলিজমদা কাহেন্না কন্না মপুং ওইহল্লবদি মুংগী শক্তম অদু মশেং মরাংলকই। করিগুম্বা

চরিত্র অমগী থম্মোয়নুংগী চরাংনবা ভাব ফোঙদোকপা মতমদা এক্টর অদুনা কাহেনজিনবা হকচাংগী ইঙ্গিত, অভিনয় অমসুং লৈতেং-য়াউবা বাঙাংগী মতেং লৌরুই। মসিগী মরম অসি ঐনা খনবদা ত্চুম্বদু ফোঙদোকপগী মহুত্তা চুম্নগী মতৌ তম্বতনি। চিন্তিবা সাক্ষী অমগী মতৌগুম মহাক কাহেনজিনবা তারকপনি। ঐখোয়গী থিয়েটরদা হুমিং খুদিংগী চিত্রিবা সাক্ষী-শিংগী থৌরী হাইদুনা চৎপগী শাপিরবা মহৈ অদু তত্তনা উরি।" মখাতানা রবীন্দ্রনাথনা হায়, —"ইংলণ্ডদা ঐনা মসিগী চপচারবা খুদম অম্না উবা কঙখি। ঐনা Hamlet অমসুং Bridle of Lamarmoor গী Irving বু (এক্টর অমনি) য়েংবা চৎলমই। ঐহাক ঙকপনা থম থেংখি। মহাক্কী মনিং-মথা তম্বা, কাহেনজিনবা একটিং অদুনা লীলাদুগী মনুংগী ফজবা অমসুং ময়েক শেংজবা পূম্নমক লোয়না মাঙহল্লমই। মদুনা কনাগুম্বগী ইন্দ্রিয়শিংবুদি য়াকায়হল্লম্বা য়াই তৌইগুম্বসুং পোংং অদুগী থম্মোয়নুংগী আ! কাচিন য়ৌনা চঙগে হায়না হোংনবা মতমদদি মদুনা লানঙম-দ্রবা পন অমগুম থিংদুনা থমই।" Irving হায়রিবা এক্টর অসি মতমদুগী বেঙ্গলী থিয়েটরদদি ঈরাংনফম মীশক অমগুম লৌনরি-বনি। ইং ১৯২৯ দা 'তপতী'গী বাহৌদোক্তা রবীন্দ্রনাথনা ই,—

"The adorment of the stage in modern European theatre by realisti. sets and painted scenes is an intrusion. It is childish and merely tries to beguile. It is a barrier put up by force and narrow down the imagination of the spectator. That is why I never humour in any production in which I have in hand, the adolescent habit of frequent change of scenes and moving the curtain up and down. Such a thing mocks outer reality on the one

hand and prevents inner truth from emerging on the other" মরম অদুনা টেগোরনা য়াম্না মুন্না থল্লবগী মতুংদা ভারতকা পরমপরাদগী চথরক্লিবা ফোক্ক ট্রেডিশনগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনখি। মহাক্না মীয়ামগী ওইবা, মপান্থোংগী ঈরাংদা শাগৎপা থিয়েটরগীদমক খোইরাংখিদে। ফজরবা কবিতাগী, য়াম্না থোৎ নৌবরা কলাগী অশেংবা মহাও তংবা পাম্বা অথন্নবা মীওইশিংগী থিয়েটর অমা শাগৎনবা হোৎনখি মীৎয়েং অসোমদা রবীন্দ্রনাথ অসি W. B Yeats কা মান্নবা কয়া লৈ। Yeats না আইরিশকী অরিবা ফোক্ক ট্রেডিশনদগী রারী কয়া খোমগত্তুনা আইরিশকী অশেংবা শক্তম তাকপা, আইরিশকী ওইবা থিয়েটর অমা কবিতানা মপুং ওইদুনা শাগৎনবা হোৎনখি। Yeats না হায়খি,— "I wished through, through a commingling of verse and dance, through singing that was also speech, through what I called the applied arts of literature, to plunge it back into social life." মবান্নিনা (মবান্নিমক লীলা ইবা অমা ওইনদি কনাগুম্বন শীংথানবিদে) poetic dramaturgy গী কলাগী শক্তম অমদি শেমগৎলমই। থিয়েটরদা জগোই-ঈশৈ, শৈরেং অমদি সিম্বোলিজম শীজিন্নদুনা সাহিত্যগী অনৌবা খুৎশেম অমা দান তৌরম্মী মীশক ঙাক্কনি।

রবীন্দ্রগী লীলাগী পুন্সিগী ময়ায় ওইবা তাঙকক চীংলিবা মাগী খ্বায়দগী মমিং চৎলবা 'ডাকঘর' অসি (টেগোরগী মমিং চৎলবা পণ্ডিত Edward Thompson না লীলা অসি "of one texture of simplicity thought and within its limits an almost perfect piece of art" হায়না শীংথাই) ইং ১৯১৭ দা মাগীময়ুম-জোড়াসাঁকোদা উৎপা মতমদা মহাক্না শাগৎচরিবা থিয়েটরগী অনৌবা রাথল অদুগা চান্ননা উৎখি। ষ্টেজদা সেট থোয়না শীজিন্নদে। প্রোসিনিয়মদগী হেন্দোক্লুনা

চরুনা কুপ্পা লম্বায়গী ইচমচম্বা য়ুম মচা অমথক উৎলি। অসুম্না লীলাগী ফিজেৎ লৈতেংনচিংবা অরাইবা শীজিন্নদ্রে। মখোয়না শেমজ-শাজবা ইচমচম্বা ফিজোল, পোৎ-চৈ শীজিন্নৈ। থিয়েটরদা শীজিন্নবা যন্ত্রশিংসু মীরৈবাক্কী পোৎ থাদোক্কুনা লমদমসিগী ওইবা হান্নগী পোৎনা মচুৎ শীনবা হৌখি। 'চিত্রাঙ্গদা'সু ইচম চম্না, ভাবোক্না মায়কৈ মরীদা কোয়না ফমদুনা যাত্রাগী মওংদা উৎখি। রবীন্দ্রনাথনা হায়রম্লিবা অমসুং মানা শাগৎলম্লিবা থিয়েটরগী মশক অসিদগী করি খঙবা ঙম্বগে হায়ববু মহাক্না নোংচুপ্পগী মতৌ তম্বা থিয়েটর থাদোক্কুনা লমদম অসিগী হারদগী শাগৎপা, লমদম অসিগী ঈশিং নুংশিৎকা চান্নবা থিয়েটর অমা শাগৎনবা হোৎনখিবনি। জগোই-ঈশৈ, কবিতাগী মতেংনা মীওইবগী নুংগী মপাউখোল অমদি আধ্যাত্মিক্কী অরাংবা রাখনবু য়াম্না চম্বা ষ্টেজদা ফোঙদোক্নবা হোৎনবনি। হায়রিবা থিয়েটর অসিগী মতেংনা মপান্থোংগী অচম্বশিং উৎনবা হোৎনবগী মহুত্তা মতম পূম্নমক্তা চুমদুনা লৈরগদবা নুংগী শক্লোন অমা মায়খুম হাংদোক্নবা হোৎনবনি। মসিগী মহৈ লৈতবা নত্তে। তৌজিক্কী মতমদা ভারত্তা অকনবা অনৌবা থিয়েটরগী ঈহৌ অমা ওইনা লাক্লিবা ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী ঈচেল অসি মাংজিন থানা লম্বী য়ানবিরম্লবা রবীন্দ্রনাথকী রাখল লৌবা নত্রগা মমি তাবা হায়বসি শোয়দ্রবা রাফম্নি। তশেংবমক, রবীন্দ্রনাথ ভারতকী অনৌবা থিয়েটরগী লময়ানবা মীশক অমনি।

## মণিপুরী থিয়েটরগী য়াওন্দা অঙাংহলগী খুদোল

অঙাংহলদি কবিনি। মৈতৈ লংগী ফিজেৎ শেত্তুনা পুন্সি লেনথিবা, লায়রবা, কবি অঙাংহলগী পুন্সিদি কবিত কবি ওইবা পুন্সিনি। অত্তুবু অঙকপদি, মাদি শিনফম শুই। সাহিত্যগী মরুওইবা হীরম লোইনা শোক্লা খুৎথারম্বা অইবদি মহাক মতোম-তনি। মসিমক্লা মাগী মতমগী খুৎমাবা অইবশিংদগী থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ অমা ওইরি। অঙনবা মতমদা 'থুপী মচা স্কুলগী' (হৌজিক কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রনা লৈরিবা মফম অসিদা লৈরম্বা স্কুল শঙ মচা অমা) কুম্মৈদা, ক্লব সঙ্গাবদা শরুনবা অমদি শৈরেং ওইনা থিননবা ঈশৈ, লিরিক মচা মচা ইবা হৌই। (অঙাংহল মশামক ঈশৈ য়াম্না পামই। মখোঞ্জেনস্থ ফৈ। মতম অত্তুগী অফাউবা ঈশৈ শকপা থম্বৌ, পুমবুম, অমুবী, অঙৌবীন-চিংবগা তিন্নতুনা ঈশৈ শকপা য়াউমিন্নরকই। মহাদেব খুরুম্বা, লাই খুরুম্বগী ঈশৈ শকপা য়াওই।) মথংদা লীলা ই— 'থাবল চোংবী' অমস্তং 'নিমাই সন্ন্যাস' (গৌরাঙ্গ নত্রগা কাজিদমনস্থ কৌই।) ইং ১৯২৮ গী অত্তুবাইদা, য়াইস্কুলদা লৈবা শ্রীঙাংবম শ্যামকিশোরগী মমাং শঙ্গোয়দা ষ্টেজ শারগ শান্নখি। শান্নখিবা লীলা পার্টিনা—'য়াইস্কুল থুপী মচা স্কুল ড্রামা পার্টি'। মসিনা তুংগী এম, ডি, য়ু, ওইরকখি (ইং ১৯৩০, এপ্রিল ১৭ দা লিংখিবনি।) অইবা ভোলুম মাঙথ্রবা লীলা অনী অসি থোইনা মমিং চৎখিদে। অহানবা খুৎথাবা ওইনা তৌই। 'থাবল চোংবী'না য়াউশংগী ফত্তবা উৎপা, নহারোলশিংনা চুরুপ থকপা ফত্তে হায়বা উৎনবা [illegible]বা, সমাজ শেংদোকপমা মপুং ওইবা লীলা মথল অমনি। 'নিমাই সন্ন্যাস' না শুমাংদা শান্নবা, ওপেরাগী মওং

ওইনা তৌবা লীলা মথল অমনি। মথংদা, (মাগী খণ্ডকাব্য, শিঙেল ইন্দু, ইং ১৯৩৮ দা ফোঙই। চহী অসিমক্তদা মাগী 'ইবেম্মা' লীলা মায়পাক্লা হন্না হন্না শান্নখি মথং মথং ওইনা ইরকই— 'য়াইথিং কোন্নু' (উপন্যাস), জহেরা (উপন্যাস), থম্বাল (রচনা)। অরোইবা ওইনা, ইং ১৯৪৩ দা ইবা লোয়বা মাগী অথোইবা পোৎথোক থম্বা থোইবী শৈরেং' পুথোক্লকই।) মসিগী মথক্তা মতম মতমগী ওইনা ইবা শৈরেং ৩৬০ ষোম হেন্না লান-চেনবদা মাঙখ্রে। তেল্লবা পুন্সিগী খোঙফমদা (১৮৯২-১৯৪৩) অহুগা মতম অহুগী সমাজগী ঈরাং মতাহুদা. ক্লাস ফাইব ফাউ-বদং তমজহৌবা বাজে মোহরী মহাক্না ইরম্লিবা সাহিত্যগী পোৎথোকশিং অসি অঙকপগী মশাক্ল হায়না লৌবা য়াই। ফি খোঙউপতগী হেন্না উপ্পা ঙমখিদ্রবা কবিগী হোৎনবগী শক্তি, পুক্লিংগী অকনবা থৌনা, লিংজেল ময়াম অসি য়েংউরগা মণিপুরী সাহিত্যদা অঙাংহলগী ফিরেপতি য়েংখৎপদা উবা ফংদবা অরাংবা চীংজাউগী মশক্তি। ৱাথলগী পাকপা অমম্তুং লুবনা সমুদ্রগী মওংনি। মহাক্না ঐথোয়দা 'থম্বা থোইবী শৈরেং' পীরম্বত নত্তনা ইপানাৎ ইপুনাৎকী মরমচং চেনবা, মৈতৈ সাহিত্যগী ওইবা খুৎশেম উৎপা সাহিত্যগী লম্বেল অমম্তু ফাৎপীরমই।

২০ শুবা শতাব্দী হৌরকপদগী, চাউরাক্লা ইং ১৯০৩ গী বাবু পাড়াগী বেঙ্গালী থিয়েটরদগী হৌহুনা লান মমাঙ ফাউবদা চৎথরিবা মণিপুরী থিয়েটরগী মশক অসি, তাঙকক কয়াদা অহোংবা থরা থরা লাকখ্রবম্তু, মপুং ওইনদি থিয়েটর ওফ রোমান্স নত্রগা রোমান্টিক থিয়েটর হায়বা মওং অহুনি। য়াম্না রোমান্টিক অমদি মেলোড্রামাটিক ওইবনা মসিগী মরমচৎনি। পৌরানিক, ঐতিহাসিক, সামাজিক হায়না থায়বা অমা চৎনম্লিবা অসিদি ৱারী, হীরম অমম্তুং থিমদা থায়বনি। লীলাগী খুৎই মওং, লীলা উৎপা মওং, চৎনবী কয়া ঙাকপা, থিয়েটরগী পান্দম য়েংউরগা

লান মমাঙগী থিয়েটর অসি হায়রিবা রোমান্টিক থিয়েটরগী পরিকর মনুংদা লৈবা ঙাক্তনি। থিয়েটর হায়বসি মমল য়াম্বা কলা অমা ওইনা পোক্তনা লৌনরিংদবা, ঙাইহাক মুংঙাইনবা কুম্মৈ ওইনা তৌবা, অচৌ-অশাং, ফয়াইবশিংগী পোৎথাফম ওইনবা, সাহিত্যগী মওং-মরিন নাইরবা পান্দম থোইনা লৈতবা, থরায় য়াউবা কাঙবু থরনা হৌহৌ চোংবগী মওংনি। অঙাংহলগী লোন্দা হায়রগা—"মতম অসিদা প্রোফেসনেল ওইনদে, তৌনিংবা অপাঙশিংনা মসেন, মপাঙ্গল, মথৌনা তিংনা তৌনৈ। খাইজনা তৌবা থবক্নি।" ('জহেরা', ৩৫ শুবা মতাং, লাঃ ৩২৬।) লীলাগী থুৎই অমসুং লীলাগী ফোর্মনা অমনবা মেলোড্রামাগী মওংদা রিয়্যালিজমগী মচাক খরা খরা য়ানশিনবনি। বারীগী প্লোট য়াম্না চমই। অফ-ফত্ত অচুম-অরান ময়েক শেংনা খাই। দোষ লৈতবা নায়ক, ফত্তবনা য়োল্লবা নোংবান, অফবা গুণ কয়া চেল্লবী নায়িকা, মমৈদা অচুম্বনা জয় ওইবা মসিগী ফোর্মালা অসিনি। ঈশৈ নোংমাই মরাঙ কায়না য়াওই। নাট্যশাস্ত্রগী য়ুম্ফমদা, নবরসকী বিচার পান্দমদা তোংতুনা হেনাজনবা থম্মোয় ঈহুন, ইমোশন অমসুং সেন্টিমেন্ট উৎলি। থিয়েটরগী রাঙাং-শাঙাং, এক্তিং, শাজৎনা মহৌশাগী ওইবা অচুম্বদগী কাহেনজিনবনা অচুম্বা মওংনি হায়না লৌবা থিয়েটরনি।

অহুবু অসিগুম্বা বাবুপাড়াগী বেঙ্গালী থিয়েটরগী ম্যাইয়োক্তা হৌরকপা, মৈতৈগী ওইবা রাঙাং-শাঙাংগী থিয়েটরগী মশক অমা শাগৎনবা কন্না হোৎনরকপা তাঙকক অমা লাকখি। অসিগুম্বা অরিবা বেঙ্গালী থিয়েটরদগী তোংঙানবা থিয়েটরগী মশক অমা শাগৎপগী মতাং অসিদা হিজম অঙাংহলগী থৌদাং লৈ। মতাং অসিদা অঙাংহলনা থিয়েটরগী লমদা চোংশিন্দুনা অঙম্বা থৌদাং য়াখি। ঈহৌ অসিদা অঙাংহলগী থৌদাং পীকপা য়াই। অহুব মহুগী ফলদি মমল য়ামই, মতম কুইনগীনি। মহাক্না তুংগী

মণিপুরী থিয়েটরগী ইতিহাসদা য়াম্না মরু ওইবা পন্দুপ অমা হাংদোক্লমই। মচু মথাদা উৎনবা হোৎনজরি।

ঐখোয়না খণ্ডই— বাবুপাড়াগী বেঙ্গালী থিয়েটরদা শান্নবা (মণিপুর ফ্রেণ্ডস ড্রামাটিক য়ুনিয়ন, ইং ১৯০৩) পৌরাণিক, ঐতিহাসিক ওইবা ৱারীশিং অমদি বাংলাদগী হন্দোকপা নত্রগা শেমদোকপা নাটকশিং অদু কলিকাতা থিয়েটরগী মতৌ তম্বা খুৎথাং থিয়েটরনি। লীলাতগী ওইবা ৱাঙাং-শাঙাং শীজিন্নবা (অননেচরেল টোন), লৈমায়দা খোঙনা থিনবা, থবাক্তা নত্রগা লাইবক্তা খুৎতুম্না কন্না শুত্নুনা এক্তিং তৌবা, ভাবোক্তা তুং ওনশিনবা য়াদবদগী ষ্টেজ মপাক্তা ফৈনা ফৈনা চঙথোক চংশিন তৌবা, জগোই ঈশৈ, ফাগি-ফরাং হেক্তা হাপচিনবা, তৌহৈ তৌহৈদে হায়বা নিয়ম কয়ানা পুনশিনবা, ঈশৈ য়াউদবা য়াদবা অসিগুম্বা থিয়েটর মওং অসি ইং ১৯২৫ ফাউবা য়াম্না কন্না চৎনরমই। অসিগুম্বা থিয়েটরগী মওং অসিবু পামদবা, য়ানিংদবা, পেন্দবা মীওই কয়া থোক্লকখি। মখোয়না মৈতৈগী ৱাঙাং-শাঙাং, মৈতৈগী মরমচৎ চেনবা থিয়েটর অমা শাগৎনিংদুনা মতম কুইনা থম্মোয়দা ওম-চাক্লদুনা লৈরকখি। অদুবু, বাংলা লোন, বাংলা সাহিত্য অমদি চৎনবীনা য়াই থাদুনা লৈরিবা সমাজ অদুদা অহোংবা পুরকপা অসি অরাইবা থবক অমদি ওইখিদে। অদুমকপু, থোইদোক্লা লাইবক ফবদি, পেন্দবা থম্মোয় ময়ামদুগী মন্নুংদা খ্বাইদগী পেন্দবা নিপা অমদি শ্রীয়ুৎচূড়াচান্দ মহারাজ ওইখি। মৈতৈরোনগী ঈশৈ হৌদোক্লম্বা, হীরম খুদিংমক্তা চাউখৎনবা হোৎনবিরম্বা, মতমগী ঈরাং অমসুং অনৌবা শেমগৎ শাগৎপগী রাখল লৈবা মহারাজনা, থওইনা অকক্লবা পান্দম অমগা লোয়ননা হোৎনদুনা ইং ১৯২৫ গী এপ্রিলগী তাং ৩০ দা শ্রীএল. ইবুংঙোহলনা ইবা 'নরসিংহ' লীলা অসি থোরাং চাউনা তৌদুনা স্নাকোন্নুংদা শান্নহনখি। মসি মণিপুরী থিয়েটরগী ইতিহাসদা শীংথানবা য়ারবা, য়াম্না মরু ওইবা

থৌদোক অমনি। "মৈতৈগী ওইজবা লীলা, মৈতৈগী অশেংবা আর্ট, থোনথোক, শাথেক শাওংদা ড্রামা উৎপসি হায়রিবা 'নরসিংহ প্লে, অসিনা অহানবনি।" (১) অসুম্না চূড়াচান্দ মহারাজনা মৈতৈগী ওইবা থিয়েটর অমা শাগৎনবগী য়ুম্ফম থোনখি। মসিগী খুত্থং ইন্দুনা এস. ললিত চোংথোক্লকই। মাগী 'সতী খোংনাং', 'অরেপ্পা মরূপ' (ইংশোক ১৯২৮ দগী ১৯৩১ গী মতমদা উৎখিবা) বেঙ্গালী থিয়েটরগী প্রভাবতগী নাম্থোক্লবা হোৎনবা, মৈতৈগী ওইবা থিয়েটর মওংদা চঙশিনবা, শীংথাংনবা য়াবরা লীলাশিংনি। এস. ললিতকী মখুত্তগী ইহান হানবা ওইনা মণিপুরী থিয়েটরদা রিয়্যালিজমগী মম্বি তম্বা হৌখি। "বাঙ্গালীতনা ড্রামা হৈবোই নীংলম্বা অত্থু মতম ঙসিদগীদি মমি শানখ্রে।" (এস. ললিত)। বেঙ্গালী থিয়েটরদা হৌবদগী হৌনা শরুক য়াত্থুনা লাক্লবা খাইদেম নবকিশ্বরনা ললিততা হায়খি—"ললিতসিং, ঐগী ড্রামাগী যুগ লোয়রে। নহাক্কী অচম্বা লোনগী ঈচেন্দা মণিপুরীগী আর্টিষ্ট পুম্নমক শোয়দনা ইরোইজরগনি।" (২) (ললিত)।

মতম অসিদা লাকইবা রিয়্যালিজমগী মশক অসি মশেক অমত্তনি, মঙাল মচা অমনি। মপুং ওইবা মশক নত্তে। য়াম্না ওবজেক্টিভ ওইনা ইবুগী থুৎই মওংগী অশেংবা রিয়্যালিজমগী মশক অত্থুদি লান মতুং কাইনথংদা তোংব্রাগী মখুত্তগী থোক্লকদৌরিবনি। "সতী খোংনাংদা" লৌমীশিংনা লৌথাউ থুদৈ, লৌথাউ ফুরিৎ শেৎ চাত্থুনা, মখোঙ মখুত্তা লৈখোম লৈনাং তৈশিন্দুনা ষ্টেজদা থোক্লকপদা অহানবা ওইনা অঙকপা, অহোংবা মশক অমা ওইনা থোকখি। ভাবোকশিংনা মতম কুইনদগী ষ্টেজদা থেংনত্থুনা লাক্লবা লাইতিন, অঙম-অথৌ, নিংথৌ ফম্নাইবা, মিৎ থক্লবা ফিজেৎ-চাকচেৎ অত্থুদগী পুম্নতোন তোংঙাম্না অয়ুক-ছুমিদাংদা তত্তনা থেংনবা মীচমগী পুন্সি ষ্টরকপদা অনৌবা মহাউ অমা

ফাউখি। 'মরেপ্পা মরুপ'তা লায়রবা নিপা, লাইরিক হৈতবা যুগোলনা (মতম অদুগী এস. পি. ওইরিবা ধনচন্দ্রনা শাবা) খুবী সহি তৌবগী মতাংদু ভাবোক্না য়াম্না ফুংভাইনখি। অয়ুক ফুমিদাং ভাংনবা লোন্দা পুদা অদুমক ষ্টেজদগী তাবা ফংবা, পুন্সিদা হাকথেংনরিবা থোদোক কয়া উবা ফংবদা অনৌবা লীলা মওং (মতমতুদা সমাজিক লীলা হায়না খঙনবা) অমমি হায়না লৌনখি। মিৎ থকপা, লুম লুম লাউবা য়ৌৎপদগী সমাজিক লীলা অসি খরা য়াংতক্না লৌনরবসু সমাজগী পুন্সিগী অচুম্বা মশক খরমথৈদি উৎনবা হোনরম্বনা ললিতনা রিয়্যালিজমগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনবা হৌরে হায়না লৌদবা ঙমদে। অসিগুম্বা অহোংবগী খোঙজং অসিদা অঙাংহলসু য়াউখি। "সতী খোংবাং"দা মশামক পার্ট মচা লৌদুনা শরুক য়াখি। শিল্লাংবা য়াউই। মাগী মপুং ওইবা থিয়েটরগী দান্দি-চহী ১০ মুক্কী মতমনা কোল্লিবা, ইং ১৯২৮ দগী লান মমাঙগী মতম অসিনি। মসিগী মন্নুংদগীসু অমুক্কা হেন্না মরু ওইরিবদি 'চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির' লিংখৎপা য়াউদুনা মাগী 'ইবেম্মা' অমদি "পোক্তবী" লীলা শান্নখিবা তাঙকক অদুনি। মসিগী মথংদা খরা থেংথনা সিনাম কৃষ্ণমোহনগী 'মনু থঙ্গাল' নচিংবা লীলাশিংনা ললিত অমসুং অঙাংহলগী সমাজিক লীলাগী মওং অসি মথা শমথখি।

মথক্তসু শন্না পনগ্রে— ইংকুমজা ১৯৩০ গী এপ্রিল তাং ১৭ দা হৌজিক এম, ডি, য়ু. হায়না খঙনরিবা 'য়াইস্কুল ড্রামাটিক য়ুনিয়ন' অসি লিংখি। এম, ডি, য়ু.না অহানবা ওইনা টিকেট লৌদুনা লীলা শান্নবা হৌদুনা মণিপুরী থিয়েটরদা চাউরবা পন্দুপ অমা হাংদোকখি। মতম অসি য়াইস্কুলদা, থিয়েটরগী থরক্তা য়াম্না কনবা মতমনি। নোংমাইথেম থানিল, এস, ললিত, ইরাবোতঞ্ অাংবম শ্যামকিশোর, যুগোলচন্দ্র, অঙাংহল, ময়ুরধ্বজ, ধনচন্দ্র, শ্যামসুন্দরনচিংবা থিয়েটরদা মথবায় লুপচরবা মীওই

কয়া চোংথোক্লক্তুনা য়াইস্কুলদা অঙকপা ফংনা থিয়েটরগী থবক চৎথখি। (মতমতুদা, অতোম্বাপুগী মাণ্ডবতা এরিয়ান থিয়েটব, শিংজমৈদা, সনাজন্মস্থান্দা চহীগী উৎপা লীলা, অতৈ মফম কয়াদসু লীলা অতুম মথক মরক্তা শাম্লে।) অসিগুম্বা য়াইস্কুলগী থিয়েটরগী ঈহৌদা য়াম্নমক শীংথানবা য়াবা মীশক অমদি শ্রীঙাংবম শ্যামকিশ্বরনি (১৮৯৩-১৯৮৫)। লৈবাক্তা 'য়াইস্কুল লাকপা' হায়না খঙনবা, মহারাণী ধনধঞ্জুরীগী মৌপ্রানি। প্রজানা ইকাইথুম্নবা, মতীক মথৌনা লৈবা নিপা অমনি। ঈশৈ-নোংমাইদা মথরাই লুপ্পী। মসিগী মথক্তা জিমনাস্টক, সারকাস, মানা হৈতবা, হৈনিংদবা হীরম লৈতে। মণিপুরগী হহান হানবা ওইনা ক্লারিওনেট খোংবা হৌদোকপা কলাকারনি। (অহানবদা নিংথৌনা ক্লারিওনেট খোংবা মাংহ হায়না থিংলমই।) মহাক্তা লীলাগী কন্সার্ট পার্টিগী লুচিংবা মকোক্নি। লীলা হৌরমদাইদা কন্সর্ট খোংবা অসি মাগী থৌদাংনি। হায়নবা লৈ, য়াইস্কুলনা খিত্তং মমিৎ-মমাই পাংতুনা চাউখৎপগী মঙাল ফংলমলিবা অসি শ্যামকিশ্বরগী মপান্দগীনি।

রাফম অসিগীসু অচুম্বা লৈতবা নত্তে। মরমদি, মাগী য়ুম অসি ময়ামগী পুনফম, তিন্নফম, ওৎফম-নৈফমনি। অসুম্না মাগী য়ুমদা য়াইস্কুল মায়কৈগী সংস্কৃতিগী কেন্দ্র ওইখি। মশানক মমিংচৎপা এক্তর অমসুং ডিরেক্তর অমদি ওইখিদে। অতুম ওইনমক লীলা-ফলা, কলাবিদ্যা চাউখৎনবা হোৎনবদা অঙব্বা মতেং পাংখিবা, ময়ুমদগী সংস্কৃতিগী ঈহৌ হৌখিবা রবীন্দ্রনাথকী ময়ুম জোড়াসাঁকো অমদি ওইখি। মাগী মমাঙ শঙ্গোয়দা অহানবা ওইনা এম, ডি, য়ু, পোকখি। অতুগা অকোনবদসু মাগী য়ুমদা 'চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির' লিংখৎখি। মসিগী মঙং অসি, মতম অতুদা শগোলবন্দ মায়কৈদা শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মাগী মাণ্ডবনা ওইখি। মাণ্ডব অসিদা এরিয়ান থিয়েটর হৌখি। মণিপুরগী শীংথানবা যারবা সংস্কৃতি অমদি রাজনীতিগী থবক কয়া মাণ্ডব অসিদগী

ময়োল চোংখি। মতম কুইনা ভারতীয় জাতি কংগ্রেসকী (মণিপুর ব্রাঞ্চ) হেড ওফিস ওইখি। অদুনা, ঙাংবম শ্যামকিশ্বরগী কৎ-থোকপা অমদি ললিতকী মথৱায়মক্কা শীন্নদুনা এম, ডি, য়ু. হায়বা থিয়েটরগী লাইশঙ অসি শাগৎলম্বনি।

অঙাংহল 'চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির'গী য়াম্না মরু ওইবা, অতাঙবা মেম্বর অমনি। এম, ডি, য়ু, না মরা চেৎনা লৈরবা মতুংদা, চাউরাক্লা ইং ১৯৩৬ কী অহুৱাইদা কাঙবু খরা এম, ডি, য়ু, দগী খৎনদুনা সংস্থান অসি শেমখিবনি। এম, ডি, য়ু, খৎনদুনা কাঙবু খরা খায়দোক্লকপগী মরম কয়ামরুম লৈরম্বা য়াই। মদুগী মরমদা থিগৎপা অসি মতাং অসিদা থোইনা দরকার ওইদে। তৌইগুম্বসুং, মরম ময়াম অদুগী মনুংদা অচৌৰা মরম অমদি ললিতকা অঙাংহলগা য়াম্না য়েংথিনবা, ক্রক ক্রক য়েংশিন্নবা, থরুম লৈনবা অসিনি। মসিগী অরাবা খুদমদি— অঙাংহলগী 'ইবেম্মা' লীলাবু এম, ডি, য়ু, না শান্নসি হায়বা য়াখিদে। মতাং অসিদা শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দরনা হায়, "মতম-সিদা হিজম অঙাংহল সিংহ কবি রত্নসু মানা ইবা লীলা 'ইবেম্মা' হায়বদু শান্ননি শান্নরোই হায়না কন্না মরৈ তৌনরকপদগী মথৱাই লুংঙাইতদুনা এম, ডি, য়ু, দগী তোক্লকুনা নহারোল পার্টিসিগা খুৎশন্নদুনা, ঙাংবম শ্যামকিশ্বর সিংহগী মমাং শঙ্গোয়গা শম্বনা পুখ্রি মথক্তা ফোপ হাদুনা ষ্টেজ শেম্নগা মমাঙ শঙ্গোয়না ভাবোক্কী ওইহন্দুনা হোল অমা শেমখি। অনৌবা হোল অসিগী মমিং 'চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির' হায়না থোন্দুনা মণিপুরগী মমিং চৎলবা লীলা কয়া— জয়দেব, হরিশ্চন্দ্র, কর্ণার্জ্জুন, সভাপর্ব্ব, ইবেম্মা অসিনচিংবা মথং মথং শান্নখি।" (৩) লুংঙাইনদবা অসিনা অমরোমদদি অঙাংহলগী মফমদা বর ওইনা থোক্লরে। কন্না হোৎননিংবা ৰাখল অমগা লোয়ননা অকনবা থবক তৌহন্দুনা মাগী 'ইবেম্মা' লীলা অসি য়াম্না মায়পাক্লা তোয়না শান্নখি।

লীলা অসিনা মণিপুরী থিয়েটরগী ইতিহাসতা সামাজিক লীলাগী অকনবা ঈহৌ অমসুং অনৌবা মশক অমা পুরকখি।

চাউরাক্না চহী ১০ মুক্না কোল্লিবা অঙাংহলগী থিয়েটরগী পুন্সিদা মহাক্না তৌরম্লিবা মরুওইবা দান্দি মাগী সামাজিক লীলা 'ইবেম্মা' অমসুং 'পোক্তবী' পুথোক্লম্বা অসিনি। মসিনা মণিপুরী থিয়েটরগী য়াওন্দা সামাজিক লীলাগী ঈহৌ অমা পুরকপদ নত্তনা মণিপুরী থিয়েটরগী ইতিহাসদা রিয়্যালিজমগী হেন্না মপূং মরৈ ফাবা চারা মচা অমসু লিঙবা হৌখি। অকোইজম অমুবীগী বাংলা নাটক 'কণ্ঠহার'দগী হন্দোকপা 'বিজয় মালতী' না অহানবা সামাজিক নাটক ওইবা য়াই। তৌইগুম্বসুং মহু বেঙ্গালী থিয়েটরগী মন্নুং চল্লি। মথংদা ললিত সিংহনা মৈতৈলোনগী অশেংবা সামাজিক নাটক 'অরেপ্পা মরুপ' পুথোক্লকই। লীলা অসিনা সামাজিক লীলাগী ইতিহাসকী মীৎয়েংদা অহানবা সমাজিক লীলা ওইবগী য়াম্না মরু ওইরবা মফম অমা কল্লি। তৌইগুম্বসুং 'অরেপ্পা মরুপ'তি বাংলা নাটক্কী ছাচাদা হৈবনি। অঙাংহলমক্কী লোন্দা হায়রগা— "কনাগুম্বগী সামাজিক অমা-অনি লৈবা অসিনদি শেৎথুং চাথুংবসু নত্তেদো" (৪) হায়বসিনা নাকোইননা 'অরেপ্পা মরুপ'কী শেৎথুং-চাথুংদবা মশক অহু তাকই। চুমই, লীলা ইবা অমা ওইনা ললিতকী চাউরবা মফম লৈ (থম্বা শামু খোঙয়েৎপা, সতী খোংনাং, অরেপ্পা মরুপ, মাথুর, মাইমু পেমচা, ভাগ্যচন্দ্র, পুরাণ মৈথাবনচিংবা লীলা ইরমই।) তৌইগুম্বসুং লীলাশিং অসিদা— য়াম্না হৈশিংনা পুবা, শেমদোক-শেমজিন তৌবগী মমি য়াম্না তাই। 'মাইমু পেমচা' নচিংবা লীলা থরদি মায়পাক্না উৎপা ঙমখিদে। মাগী 'অরেপ্পা মরুপ'তা উৎলিবা, (মথক্তসু থরা পনখ্রে) সামাজিক্কী মশক অমসুং রিয়্যালিজমগী মওং অসি মরুওইনা লীলাগী রাঙাং শাঙাংদা নেচরেল ওইবা, লাই-তিনগী রারী নত্তবা মীচম পুন্সিদা ইরমই হায়বগী রাতনি।

লীলাগী কলম অৱাংবা নত্তে। লীলাগী প্লোট অসিমকসু রিয়্যালিষ্টিক ওইবা য়াম্না ৱাংলি। লুপ্তাবী মচা লায়রবা নিপা অমনা, মহৈদি ভম্লিং অতুগা উপায়দি লৈত্রতুনা ঈশ্বর নত্তনা সংসার অসিদা অতৈ কনা লৈতে হায়বগী ৱাখল্লা লমজিংতুনা ঈশ্বরগী মফমদা চিঠি পীগনি হায়তুনা ডাকঘরদা চিঠি থাদবা লাকই। ইনাক খুনবা নিপা অমা থেংনতুনা মতেং পাংখি। ঈশ্বরদি অরেপ্পা মরুপ্নি হায়বা উৎলি।

সাহিত্যগী মীৎয়েংদা, সাহিত্যগী খুৎশেমগী ফজবা গুণ চেনবা, ইবগী ষ্টাইল অমসুং মতম অতুগী পুন্সিগী অশেংবা মশক য়েক্তুনা ময়েক শেংনা উৎপা ওম্বদি অঙাংহলগী 'ইবেম্মা' লীলা অসিনি। অঙাংহলগী য়াম্নমক ওরিজিনেলিটি ওইবগী মমি লীলা অসিদা ময়েক শেংনা তাবা থেংনৈ। মীৎয়েং অসোমদা য়েংউরবদি 'ইবেম্মা'গী মমল মপান নাইদে। চুমই, 'ইবেম্মা' ট্রেডিশনেল ওইবা লীলা খুৎইদা ইবা, ইমোশন অমসুং সেন্টিমেন্ট মরাং কায়না শীজিন্নবা, ঈশৈ য়াউবা, ডাইলোগ শাংনা শাংনা ইবা, স্বগত (সোলিলোকি) কয়া য়াউবা অরিবা লীলাগী খুৎই মওংদা ইবনি। ৱারীসু আদর্শ ওইবা ৱারীনি। মপুরোইবী নীংবী, অথাংকনবী ইবেম্মানা মপুরোইবা বিজয়বু নীংজবগী ৱারীনি। বঙ্কীমচন্দ্রগী ভ্রমরগুম (কৃষ্ণকান্তগী উইল) মপুরোইবা নীংবী, অথাংকনবগী, লিংজেল লৈবী ইবেম্মানা নোংমদি মপুরোইবা মাগী মনাক্তা শোয়দনা লাকখিগনি হায়বগী ৱাখন্দা ৱানা ঙাইজতুনা লৈখি। মপুরোইবা বিজয়না লৈমতোনবু (বিজয়না কোইবী স্রুপী) থাংনা য়ানবগী কেশতা ইবেম্মা মশানা কোর্টদা চোঙথোক্তুনা মানা য়ানবনি হায়তুনা মপুরোইবনা ফংগদবা দোষা, অৱাবা অতুদগী কনখি। মপুরোইবসু লৈমতোনগী মায়াগী লাংদগী নাম্থোক্লক্তুনা, মশাগী মৱাল খঙজরক্তুনা ইবেম্মাগী নাক্তা অরোইবা মতাংদা চঙজরকখি। মপুরোইবগী মখোঙ শোক্তুনা মরাইবক

কত্তুনা খুরুমজরগা, অনা লোইরবী ইবেম্মা, মথাৱায় থাখি। অরোইবদা লৈমতোন, শিজনচিংবসু মশাগী মরান য়াজখি।

'পোক্তবী'গী থিমসু 'ইবেম্মা' নাটককুম্না মপুরোইবা নীংবগী আদর্শ ওইরবা ৱারীদা শাগৎপনি। মপুরোইবা নীংবী ইবেম্মাগা মপুরোইবা নীংবী লৈমহনগা থোইনা খেন্নবা লৈতে। লৈমহনদনা খরা হেন্না অথাং কনবা, থৌনা ফবগী মশক উবা ফংই (লুথোইগী মখুত্তগী বারুণী চীংদগী চেল্লকই, মপামদা চহী ৫, জঙ্গলদা থা ৩ অৱাবা খাংখি, মুমিং ৭ নি কৱি অমত্তা চাউ-থকউ হায়বা য়াদে।) ইবেম্মানা ভ্রমরগুঞ্জনি অদুগা লৈমহন (ইবেমহল) না দেবী চৌধুৱাণীনি। পোক্তবী মমাগী শরৌদগী অৱাবা তাৱবা লৈমহনগী অৱাবা খাঙবা অমসুং অথাও কনবগী শক্তি, নুপীগী থৌনা অমসুং অচুম্বগী মঙাল উৎপা আদর্শ ওইরবা লীলা অমনি। লান মমাঙগী মণিপুরী সমাজগী চৎনবী, অফ-ফত্তগী ৱাখল ময়েক শেংনা উৎপা (ethical, moral value) লীলা মওংনি। সমাজ সংস্কার পামজবা, অৱাংবা আদর্শ ওইবা লমচৎ উৎপনা মাগী সাহিত্য পান্দম ওইজবা অঙাংহলনা মাগী নুপী চরিত্রশিং অসি (ইবেম্মা, লৈমহন, ইন্দু, জহেরা, থম্বাল, থোইবী, য়াইথিংকোন্নু) লোয়না অশেংবা লমচৎ চেনবা, অৱাংবা আদর্শ অমগী পান্দমদা পুন্সি লেনবা ঙাক্তা ওইনা শেন্নমই। মথোয় চুম্নগী আদর্শবাদী ওইবদ নত্তে, মথোয়না পামজবা অদু তানবদা, থবক ওইনা চোংথোকপদা নীংহন্নবা লৈতবী, অঙকপা ফংনা লিংজেল, থৌনা অমদি পূক্নিংগী অনিংবা শক্তি লৈবী নুপী ঙাক্তনি।

আদর্শ ওইবা য়ুক্ষম অমদা শাগৎলবসু লীলা অসিদা য়াউরিবা রিয়্যালিজমগী মচাকশিং অসিদি শীংথাননিংঙাই ওই। লীলাশিং অসি রিয়্যালিজমগী মায়কৈদা য়াম্না ভাব তানা চঙশিল্লি। য়ারিবমথৈ সমাজগী অচুম্বা মশক উৎনবা হোৎনবনা লীলা ইবগী পান্দম ওই। মমাংথৈগী লীলাশিংদা ৱারীগী মতাং চাবা চাদথা

য়েংদনা মুংঙাইনবনি হায়দুনা কুম্মৈ, ঈশ-নোংমাই পংহাপ হাপ-চিনবা অদু 'ইবেম্মা'দদি তশেংনা উবা ফংদে। মৈতৈগী অশেংবা লোন্দা পুদা, প্রমাণ-পাম্হৈ অমদি অয়ুক-মুমিদাং ঙাংনবা লোন শীজিন্নদুনা মীচমগী পুন্সিবু হেন্না ময়েক শেংনা উৎলি। লীলাগী খুৎই ষ্টাইল অমসুং প্লোট শেম্বদা অচৌবা অহোংবা অমনি। লমচৎ য়েকপদা হেন্না মওং তারে। চরিত্রশিং অসি মশা মতোমতা লেপচবা ঙম্বা, মরম্নাইগী অফ-ফত্ত বিচার তৌবা ঙমজবা, ঈশ্বরগী নত্রগা মফম খ্ঙদবা শক্তি অমগী মখা পোন্দবা, অহিংবা তাইবঙ মী অমা ওইনা ষ্টেজদা পুথোক্লকই। মমাঙগী লীলাশিংদা অইবনা করিগুম্বা মোরেল ভেলু অমা উৎননবা নত্রগা হরাউ-কুম্মৈ ফোঙ-দোক্লবা কন্না হোৎনমনখিদুনা মাগী লীলাগী মীওইশিং অদু নম্ফুদা, অনিংবা অমগী মখাদা নমদুনা কোইচিং চীংদুনা চৎলি। মদু লীলাশিং অসিদা উবা ফংদে। 'ইবেম্মা'দা ঐখোয়না থেংনরিবা মীওইশিং— ওক্তবা পাখং বিজয়, তৌবা ঙম্বা ইবোচৌবা, মপু-রোইবা নীংবী ইবেম্মা, দূতী ওইবী, ওক্তবী যাতীনচিংবা অসি মশা মশাগী মরমচৎনা নত্রগা সমাজগী থেংনবা লানথেংনা মথোয়গী মরমচৎ ওইবা মীওই ঙাক্তনি। জ্বার শান্নবা, মুপী নহা কোইবা, থেমদুনা পৈশা চাথোক্লবা হোৎনবা, মুপী শেম্বা অসিনচিংবা অসি মতম অদুগী সমাজগী পুন্সিদা থোকপা, মীওইশিংগী, অচুম্বা পুন্সি শক্তমনি। মসিগী অচুম্বা মশক অমা অইবগী মশাগী ওইবা খুৎশেম অমদা শাগত্তুনা মীওইবগী অৱাংবা চরিত্র অমা হাপচিন্নবা হোৎনরমই। সামাজিক লীলা অমা ওইনা মতম অদুগী চৎনবী, পুন্সিগী মশক কয়া য়ান্না ময়েক শেংনা মমি তাই।

লীলা উৎপগী মতাংদসু রিয়্যালিষ্টিক ওইনা উৎনবা হোৎ-নবগী মায়কৈদা হেন্না মীৎয়েং চঙশিনবা থেংনৈ। মতম অদুদা, লীলা উৎপদগী মায়কৈদা 'নেচর তানবা' হোৎনবগী থোৱাং কয়া তৌবা থেংনৈ। থা থোকপা তাবা মালহনবা, নোংচুবা

(তশেংনা ঈশিং হৈথবা), নোং খাকপা (জীঙ্খ মথক্তা নূং চীংবা নত্রগা চক্রি তকপা), টোর্চ লাইটনা নোংথাং কুপহনবা, মাধবীনা ঈশিংদা চোংথবগী মখোল থোকহনবা, ফিরোল চোৎহনবা, খোই চোপ্পদা তশেংনা ঙা অশেংবা লকপা, চুজাক কবোক্লা লেন হৈথবা অসিনচিংবা অসি তৌনরমই। মসিদা ভাবোক্লা মাল্লি-মান্দে হায়দুনা য়াম্না নুংঙাইনা য়েংনৈ, ঙাংনৈ।) 'ইবেম্মা' লীলা হৌদ্রিঙৈদা (মতম অদুগীসু চৎনবী অমা ওইনা) ফজরবা কন্সার্ট (গত) অমা খোংগনি। (ঙাংবম শ্যামকিশ্বরনা ক্লারিওনেট, মচানিপা নিমাইনা কোর্নেট খোংই। ভাবোক উবা মফমদা কন্সার্ট পার্টিগী ফমফম শেমদুনা থমই। বেহলা, সিতার, তাবলা, হারমোনিয়ম-নচিংবা যন্ত্র শীজিন্নৈ।) ভাবোক ফমফম ফকশাং থাই। (মনিংদা চৌকি থরা থারবসু।) নিপা নুপী ফমফম খায়দোকই। টিকেট মমল শিকি নত্রগা মখায়নি। ফজবা গত অমা খোঙবা হেক লোয়রবা মতুংদা অশাংবা হুইসেল অমা খোংগনি, অদুগা মমাঙগী ড্রোপ সীন হাংদোক্কনি। প্রোসোনিয়ম ষ্টেজ থল্লিবা মমাঙগী ড্রোপ সীন অসি মতমদুদা থিয়েটরগী মচাক অমনি। চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দিরগীদি লুপা ২০০ চঙনা লৌরেম্বম কামদেবনা য়েকপা (ঈন চিংবী নুপীগী দৃশ্য) অদুনা ড্রোপ সীন ওই। অয়েংবা ভাবোক্লা ড্রোপ সীন ফজে ফজদে য়াম্না ঙাংনৈ। মানা লীলা হৌদ্রিঙৈদা ভাবোক্কী পূক্লিং চীংশিন্নবগী মচাক অমা ওই। মতমদুদা ড্রোপ সীন অমদি অতৈ অয়েকপা সীনশিং মহৈ মহৈ রায়নৈ। হুইসেন খোংদুনা ড্রোপ সীন হায়গৎখ্রবা মতুংদা ষ্টেজ মনুংদা প্রস্থাবনা শক্কদবা নিপা অমা লৈরমগনি। মানা প্রস্তাবনা শকই— গণেশ নত্রগা মহাদেব খুরুম্বগী ঈশৈ। (নিংথৌ য়াউনা য়েংবা স্নাজন্মাস্থানগী লীলাদদি মী কাঙবু খরনা হৌগত্তুনা নিংথৌগী মিং শৈথাদুনা প্রস্থাবনা শকই। অতৈ হোলদনা ষ্টেজগী মরুমদা শকপা য়াউই) মতম অদুগী মমিং চৎপা কলাকার শ্রীনীলকান্ত

শর্ম্মাগী প্রস্থাবনা মখিং চৎলি, ভাবোকশিংনা য়াম্না পামনৈ। প্রস্তাবগী মতুংদা লীলা হোয়ে।

মতম অদুগী লীলাদি য়াম্না শাংই। পুং ৪/৫ শাম্নৈ। লীলা অয়াম্বা অঙ্ক মঙাদগী তানদে। অঙ্ক অমদা সীন কয়ামরুম থোক্না খায়দোকপা য়াই। 'ইবেম্মা' লীলাগী অঙ্ক তরুক্কি, সীন্না ২৫ শুই। অঙ্ক খুদিংগী ঙাইহাক পোৎথাই, মরকসিদা কন্সার্ট খোংই। 'ইবেম্মা'দা প্রহসন (ঙাইহাক নোক্নবা ফাগি মতেক হাপচিনবা) য়াউদে, অদুগা মতাং চাদনা কুম্মৈস্থ হাপচিনবা থেং-নদে। ঈশৈদি তঙাইফদনা য়াউদবা য়াদে, মতমদুদা য়াম্না পাম্নবা মওং অমনি। 'ইবেম্মা' লীলাদা ঈশৈ ১০ য়াউই। ঈশৈগী স্থর ঙাংবম নিমাইনা পাল্লি। লীলা কুম্বা কলাকারশিংনা মশানা ঈশৈ শকচৈ। ডাঃ সমুরেল জোনসননা হায়রম্বা— "দি ড্রামাস লোজ দি ড্রামাস পেট্রোনস গিভ' হায়বদুনি। মতম অদুগী ভাবোক্কী অপাম্বা মতুংইন্ন' থিয়েটরগী আইন অমসুং চৎনবী ওই। ভাবোক্তা মৈ মমড্রবস্থ (অদুম থান্দুনা থম্লবস্থ) লীলাগী অয়ুক, নুমিদাং, নুংথিলগী বিচার য়াম্না কৃপ্পা য়েংনৈ। স্বগত (সোলিলোকি) —মতোমত ঙাংবা চৎনৈ। নব রসকী বিচারদা য়াম্না মুন্না য়েংনৈ। লৈবাক নিংথৌ পানবনিনা য়াবা-য়াদবা, চৎনরোল-ব্যবহার ঙাক্না চৎনৈ। ফিজেং-লৈতেং, এক্তিং, ষ্টেজগী ডিশাইন, ষ্টেজ মুভমেন্ট পুম্নমক রিয়্যালিষ্টিক ওইনা উৎনবা হোৎনৈ। লীলা অমা তম্বদা থা অমরোম চঙই। মুপী অনেকমলনা লুপা ১০ দগী ১৫ ফাউবনি। মথং শান্নবা খোঙফমদদি মসিগী তঙ্খায় অমা পী। নিপাদি পৈশা ফংদে।

লীলা ইরগা চুম্না তুমিন্না লৈথোকপা মীশক নত্তে অঙাংহল। লীলা শান্নবা অমসুং শীনবা লাংবদা মথরায় লুপচবা থিয়েটরগী চপচাবা মীওই অমনি। 'বিদুর'নচিংবা পার্ট মচা মগু শাদুনা ষ্টেজ কুমই। মদুনা মাবু এক্তর অমা ওইনা চিংখৎপদি ঙমদে।

মহাক য়াম্না হৈশিংবা ডিরেক্টর অমসু ওইখিদে। লীলা তম্বা মতমদা হোল মনিংদা ফম্লগা মাগী মথৱায়না য়ানিংদবা, য়ৌদবা মতাংদা লাউরকই। ৱাঙাং-শঙাং, ঈশৈগী মতাংদা শেমদোক শেমজিন কয়া তৌই। মসিমক্লা মাবু শীংথানবা য়াবা ডিরেক্টর অমনি হায়না লৌবা ঙমদে। কবিগী প্রতিভাদা ফাউরকপা ৱাখনগী লমজিং মওং অমনি। (মতমত্তুদা প্রোমটর, মেনেজর লৈ। অদুগা ডিরেক্টরদি অকক্লবা লৈতে। অহল-লমন ময়াম তাথোক-তাশিন তৌনরগা লীলা পানখৎপনা অয়াম্বনি।) মহাক তুমিন্না লৈবা হৈনদে, থবক্কী মীনি। শিল্লাংবা য়াউই, নুপী নেকথোক-নেকশিন কোইচেল চেল্লি। (অমুকথক্তি। ইবেম্মা শাবী থম্বাল-ঙৌবী লাইহৌ তৌদুনা কন্না নারে। লীলা কায়বা তারে। অঙাংহলনা ময়ুমদা চত্তুনা মাইবা শাই, মবুক শুদুনা লায়েংই হায়।) মসিদসু নত্তে, পাইজ-থেঙ্গু, হোরায় পায়দুনা ষ্টেজ শেম্বা য়াউই। লম্বীদা ভারম্বা চেগী উপু খুন্দুনা পুরকই অদুগা কত্তিং সীন শেমই। মাগী কলাদা শাগৎচবা মাগী লীলাগী চরিত্রশিং অদুগী মশক মওং মানগদবা মী নেকপা অসি মাগী থম্মোয়না পামজবা মওং অমনি। অদুনা লীলা হৈবা-হৈতবা থোইনা থল্লুবা লৈতে। মাগী ৱাখনগী মীশক্তুনা চানগদবা মীশক অদু থেংনরবদি হেক্তা নেক্লবা হোৎনৈ। অদুনা, মপোকঙৈগী লীলাগী ঈরাং থঙজদ্রিবা থম্বালঙৌবী দেবী কন্না হায়জ-নোমজদুনা মাগী 'ইবেম্মা'গী পার্ট কুমহনখি। থম্বালঙৌবীসু লীলা অসিদগী মমিং চৎপী কলাকার অমা ওইখি। অসুম্না মোইরাংদগী হোংগৎলক্তুনা য়ুম্নাম লৈকাইদা পোৎফম ফমজবী মোইরাং জাতিবু লীলা 'যাত্তি' শানবা নেকখি।

অদুবু, লীলাদা মথৱায় য়াউবা ঙাক্তুনা থিয়েটরদা মরু ওইবা দান তৌরমলে হায়না লৌবা অরানবা ওইগনি। মরমদি অঙাংহলদগী হেন্না মথৱায় য়াউবা মীওই কয়াসু লৈরম্বা য়াই। অদুনা, মণিপুরী থিয়েটরদা অঙাংহলগী য়াম্না মরু ওইবা দান্দি —

বাংলা নাটক্কী কুম্নোম লৌথোক্তুনা মৈতৈগী অশেংবা ড্রামা ইবা হৌদোক্লম্বা ড্রামাটিষ্ট অমা ওইনা লেপলিবা ফিরেপ অসিনি। লাই-তীনগী মঙলান্দগী কূমথরক্তুনা অশেংবা তাইবঙগী সমস্যা, মীচমগী পুন্সিবু ষ্টেজদা থাঙ্গৎলম্বা, সামাজিক লীলাগী ঈফুৎ ফাৎলম্বা থিয়েটরগী মীওই অমনি। মানা ফাৎলম্বা ঈফুৎ অসিনা ঙসিদি অচৌবা ঈচেল অমা ওইররে।

মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং অমস্তুং তান্নখিবা মীওইশিং

ক) ৱারেংদা পনবা লাইরিকশিং—

১। অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ, "মণিপুরগী শুমাং লীলা অমস্তুং থিয়েটর", মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮০, লা: ৪৩

২। সোরোকখাইবম ললিত সিংহ, "মণিপুরী ড্রামা— মৈহৌ-রোনগী ৱারী মতেক অমা" মণিপুরী থিয়েটর : সোভিনীর, ওল মণিপুর থিয়েটর কনফরেন্স, ১৯৬৮, লা: ৩৩

৩। মথক্কী নং ১। লা: ৫২-৫৩

৪। হিজম অঙাংহল, "জহেরা," কিতাব মহল, ইম্ফাল, ১৯৬৪, (১ বা)

খ) অতৈ লাইরিকশিং ঃ

১। হিজম অঙাংহল সিংহ, "ইবেম্মা" ষ্টেট লাইব্রেরী, ইম্ফাল, ১৯৪৮ অমস্তুং 'পোক্তবী', নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, ১৯৮৪

২। Orley I-Holtan : **Introduction to Theatre : A Mirror to Nature,** Prentice-Hall Inc., 1975 (The World of Melodrama).

৩। George Kernodle and Portia Kernodle, **Invitation to Theatre,** Harcourt Brace Jovanovich, Inc., New York, 1978

৭। Kironmoy Raha, **Bengali Theatre**, N. B. T., 1978.

গ) তান্নজখিবা মীশকশিং :

১। শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ : য়াইস্কুল, অঙাংহলগা লোয়-নরকপা মীশক্রি। চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির লিংখৎপা যাউরকই। 'ইবেম্মা' লীলাগী নায়ক (বিজয়) শারকই।

২। শ্রীলাইশ্রম নেত্রজিৎ সিংহ, বামোন লৈকাই। 'ইবেম্মা' লীলাগী 'ইবোচাওবা' শাখি। অঙাংহলগা কোর্টতা মতম কুইনা থবক তৌমিন্নরকই।

৩। শ্রীভুতনাথ, কৈশামথোং। এম, ডি, য়ু. হৌদোকপদা য়াউ-রকপা কলাকাবনি। "অরেপ্পা মরুপ"তা শরুক য়ারকখি।

৪। শ্রীহিজম বোমনি সিংহ, য়াইস্কুল। কবি অঙাংহলগী মচানিপানি।

৫। শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ, কৈশামথোং, তোপ লৈরক 'ভাস' খবরগী সম্পাদক ওইরমই। থিয়েটর য়াউরকপা অমসুং লান মমাঙগী সংস্কৃতিগী ঈহৌ খঙবা নিপা অমনি।

৬। ডা. য়েংখোম ভাগ্য সিংহ, য়াইস্কুল। হিজম অঙাংহলগা হৌমিন্নরকপা, মাগী মরমদা মুন্না খঙবা নিপা অমনি।

# জি. সি. তোংব্রাগী তাইবঙ

তোংব্রাগী তোখায়রবা অমসুং মরম্লাইগী মরমচং চেনজবা তাইবঙ অমা লৈ। মাগী তাইবঙ অসি মী অয়াম্বনা মশক খঙবা ঙমদে। অদুনা মাবু শেরাম্লনা উই, শেরাম্লনা লৌই অমসুং মখল-মথা কয়াগী শেরাম্লরদা শক্লোন পুথোক্লরক্কই। কনানা হায় — তোংব্রাদি চুম্না ফাগি তৌবা নিপা অমনি। কনানা তোংব্রাগী মশক তাকই— সমাজগী অশোয়বা, অরানবা চুমথোকপা মীশক অমনি (মাগী লোন্দা ধোবী লেখক)। থরনা মাবু চৈ— তোংব্রাদি জি. বি. শোগী মতৌ তম্বনি। মাগী লীলাশিং অসি মতম মতমগী থৌদোক্তা ইবনি, কুইনা পুন্সিগদবা অমত্তা য়াউদে। অরিবা মীরোম্না শাউই — মাগী লীলাশিং অসি মথোংহুক্কবনি। য়েংবা য়াবা নত্তে। ইয়াং য়াংই। অসিনচিংবা কয়া কয়া। পূম্নমক অসিগীসু অচুম্বা থরদি লৈ। মরমদি মখোয়না তোংব্রাগী মচেৎ ওইবা শক্তম থরতবু য়েংই। তোংব্রাগী মপূম ওইবা মশক অদুদি ঙসিফাউবা কনানসু পুথোকপা ঙমদ্রি। তশেংবমক, তোংব্রাবু মশক খঙবা অরায়বা থবক নত্তে। মরমদি মাগী রাখন্দা চাউরবা নোংচুপ সাহিত্যগী প্রভাব কয়া য়াউরি। মাগী মীৎয়েং অমসুং ফিরেপ্তা অম্রিবা অমসুং অনৌবা পরম্পরা অনী থেঙ্গাইনবদগী থোক্লকপা অনৌবা মশক কয়া লৈরি। মাগী থুৎইগী শৈলীদা অনৌবা মফোঙদোক অমসুং মতমসিদগী হেন্না মাঙজিল থাগ্রবা রাখল-পরীং কয়া য়াউরি। পূম্নমক অসিগী মথক্তা তোংব্রাদা তোংব্রাগী ওইবা তোপতোপ্পা তোংব্রাগী মশক অমা লৈরি। তোংব্রাদি মাইথোং কয়া লোংবা মণিনি। যুগসিগী মীহুল শুরিবা অমসুং মাংজিল থানা হিংলিবা মীশক অমনি। অদুনা তোংব্রাগী তাইবঙ খঙনবা হোৎনবা হায়বা অসি মণিপুরী

সাহিত্যদা অচৌবা শীংনবা অমা ওইরি। ঙসিফাউবদা তোংব্রাগী তাইবঙগা ঐখোয়গা শন্নরিবা অমদি মরী লৈননবা পুল্লিবা লীপুন্ন অসিগী মশক পুথোকপা ঙমদ্রি। Breton না হায়, "লোনগী মখাদা মহাদেশ অমা লুপশিন্দুনা লৈ। মতুনা মীগী অশেংবা মশক্কি।" হৌজিক ঐখোয়না তোংব্রাগী অশেংবা মহাদেশ, অতোপ্পা লৈবাক অসি থিবগী খোঙচৎ অমদা লৈরি।

তোংব্রানা মণিপুরী ড্রামাগী জগত্তা থোক্লকপা অসি ধূমকেতুগী মশক্কি। মহাক্না মণিপুরী ড্রামাদা রিয়্যালিষ্টিক সোসিয়েল প্লেনচিংবা অহোংবা কয়া পুশিল্লকপদ নত্তনা ড্রামাগী পরিকর পাকথোকহন্দুনা ঐখোয়না ড্রামাদা য়েংলম্বা মীৎয়েং অমসুং রাখলগী সীমানসু হোংহল্লকই। ঐতিহাসিক, পৌরাণিক, লাইতীন অমসুং অকন-অথৌগী রারী তৌকুনা মানা সমাজদা হৌজিক হৌজিক মায়য়োক্লরিবা সমস্যা কয়া লীলাগী মচাক ওইনা পুশিল্লকই। (মণি-মমৌ, ইম্ফাল থোইবী, মেত্রিক পাস, য়াওশং কংঙৌ, তাইবং গাইত্রং, হিংমিন্নবা, লমজা পরশুরাম, চেঙনী খুজাই, তিংবতাই করিগুম্বা পাম্বৈ, মণি থিবা, তপ্তা, ঙবোংখাউ, অসিনচিংবা লীলাশিং)। সমস্যাশিং অসি চুম্নগী পুথোক্লকপা নত্তনা মখোয়বু খন্ন-নৈনদুনা, মরৈ তৌদুনা, খন্থহন্দুনা ষ্টেজ অসি অরুবা সমস্যা খন্নফম মফম অমা ওইহল্লকখি। (চেঙনী খুজাইদা গণতন্ত্র অমদি পার্টি সিষ্টেমগী মরমদা মরৈ তৌনবা, হিংমিন্নবদা— ইমুং অনীনা, লৈকাই অনীনা ধর্ম্ম অমসুং চৎনবীগী মরমদা য়েৎনবা, তপ্তাদা চাউখৎপগী মরমদা খন্ননৈনবা, য়াউশং কংঙৌদা য়াউশংগী অফ-ফত্তগী মরমদা ডিবেট তৌনবা অসিনচিংবা।) মসিদ নত্তে— ষ্টেজদা অঙকপা, অনৌবা, ওইবা য়াবা-য়াদবা ময়াম হাপচিল্লকুনা ষ্টেজগী সংজ্ঞা অমসুং মীৎয়েং হোংহল্লকই। লীলাগী লোন্দা অচৌবা অহোংবা অমা পুরকই। ফজবা মরৈ, অথৌবা বুদ্ধি, অর্থ চেল্লবা ফাগি কয়ানা মণিপুরী ড্রামাগী লোন অসি অৱাংবা সাহিত্যগী

থাক য়োনা কাখৎলকই। তোংব্রা থোক্লকপদা মণিপুরী ড্রামাগী জগৎ অসি থংপাক পাকথোকহল্লকই।

তোংব্রানা মাগী লীলাশিংদা নৈনরিবা সমস্যাশিং অসি করিনো? হৌজিক্কী সমাজ অমস্তুং পুন্সি। হৌজিক্কী সমাজনা মাগী ইনবগী মচাক হুল্লি। তোংব্রানা হায়,— "সাধুহুগি [ত্রিলিঙ্গ স্বামী] মমীৎত জগৎ পূম্নমক বিষ্ণুঙাক্ত ওইন উবগুম ঐগি মীৎতদি তাইবংপান্সি অচেংবদ মেৎলগ থাও শুম্ব ঙাক্ত উই। লম্বী, খোংবান, সম্বন, থাও-থুম, চেং হৱাই, ললোনব, ঠিকাদার, লৌমী শিন্মী, ছাত্র ছাত্রী, উঝা, রাজনীতি, এম. এল. এ., অঙম অথৌ, প্রজা, ভোট্টর, হোটেল, বাজার, দোকান্দার, বস, রিক্সা, চে, টেক্সবুক, লাইশং, লাইনীং থৌরম, স্কুল কোলেজ, বিজুলী, থাউমৈ, টোটি ঈশিং, চিনি অঙৌব ফাওব ঙবোংথাউ পায়বা বিষ্ণু অবতার ঙাক্ত। লাঙ্গোই চন্দুনা মাইকৈ মরীমক্ত থৎলিব বিষ্ণু ময়ামসিবু হান্ন পেলহন্দন ঐন ইদৌব করিনো? ... ... ... ... মণিপুরদ হৌজিক লৈকং থরোইন নোংম-নোংমগি শন্দোক্লকপগুম শেঞ্জা-থুমজা, মীওৎ-মীনৈ, অকি-অখঙ নোংম নোংমগী হেঙ্গৎলকই। থাজহল্লগা হাৎপ, তৌবিমল খঙদব, অচুম-অরান য়েংদন ওইজ-ওইথক ফংলগ লোইরে খন্নহুন মীওইবগী মমল হন্থনব থবক হেঙ্গৎলকই অরেপ্প লৈতন।" অতুনা হৌজিক হৌজিক ফোং ফোং শারিবা রাজনীতি, সমাজনীতি, অর্থনীতিগী সমস্যা কয়া, শেমজা থুমজা, মীবু নমথবা চাহৎপীবা, য়ুম্বাল্লোন, শক্তি লান্না শীজিন্নবা, মোর‍্যালিটি, অমনবা চৎনবী পথাপ অসিনচিংবা অসি তোংব্রানা মাগী লীলাদা নৈনরিবা সমস্যানি। মাগী লীলাগী বিষয়নি। "হুজিক লীলা ইনবসি হুজিক হুজিক্কী থেংনবা উনব ঙাক্লি। কনানসু মশু শুথাংশিংগি ইনদে"— তোংব্রাগী লোন্নি। সমাজগা পুন্সিগা তোংব্রাগী কলমগা মরী য়াম্না লৈনৈ।

ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা, হৌজিক্কী হিংবগা মরী লৈনবা সমাজগী হীরমশিংদা মাগী কলম্না শোক্কবা বিষয় লৈতে। তোংব্রানা নৈনরিবা সমস্যা পূম্নমক অসিগী মরূ ওইবা হৌরকফমদি মীওইবগী নীংতম্বা অমসুং সমাজদা মান্ননা পূম্না হিংমিন্নবা হায়বা ৱাখল অসিদগী লাকপনি। মহাক্না তাইবঙ মীগী নীংথা তম্বগীদমক য়াম্না ইথৌ লাংই অমসুং মীচঙ-মীখায় নাইদবা, মী পূম্নমক চপ মান্ননা হিংমিন্নবা য়াবা সমাজ অমা পৃথিবীদা লিংবা পামই। অদুগা, মানা পামজরিবা পান্দম অসি থুংনবগীদমক্তা সমাজ সংস্কারক অমা ওইনা সমাজ শেংদোকপা লাম্লেংনবা মীশক অমা ওইনা লেপ্লদি নত্তে। মাদি মীওইবগী নীংখাতম্বা অমদি অধিকারগী মরমদা চুম্না নৈনদুনা ৱাফম অসি মীয়ামদা ভাব তাহনবতনি। মানা হায়বা পাম্লিবদি— পূম্নমক অসি ঐখোয়গী লৈঙাকলোনগী চৎনবী অসিনা থোকহনবা ঙাক্তেনি। মীওইবগী অপঙবা অমসুং চাউখত্তবা ৱাখল্না সমস্যা পূম্নমক্কী মরূনি। সমাজ অসিদা শোয়-দনমক অরানবাঃ অশোয়বা খরা লৈরে। মদুনা ওইহনবা থোকহনবা সমস্যা ঙাক্তেনি। অদুনা তোংব্রানা সমাজগী চৎনবী পথাপকা তাইবংমীগী মশাদা চেনজরিবা অফবা গুণগা অনী অসি মুকথায়নবদগী থোক্লকপা মশক অসি মাগী লীলাশিংদা তত্তনা পুথোক্লকই। "তাপ্তা"দা পূকচেল শেংবা, মশা মশানা অফবা মী অমা ওইবা হায়বসিনা চাউখৎপনি হায়বসি নৈনবগা লোয়ননা ময়াম্না ঙাউরবনি হায়না লৌরিবা বাবানা মপাম্লেংগী মকুদা হুংঙাইবা অমসুং নোংচুপকী মতৌ তম্বা চাউখৎপগী ৱাখনগা কন্না লাম্লেংনৈ। 'উপু বাক্সি'দা মায়কৈ মরীদা মনথাক, লোনম ঙাক্তা ঙাইরবা, ওইদবা মীনম্বা কয়ানা, হিংবগী পাম্বে ওইনা শীজিন্নদুনা লৈরিবা হৌজিক্কী সমাজদা শেপ্লেংনা লাম্লেংনৈ। শেপ্লেংনা হায়— "খঙত্রাঃ ঐন হন্দক তৌরিবসি মীয়ামগী চাউখৎনবনে। ··· ···

পুন্সিদ অনৌবা য়াওল অম, চাউথৎনব লম্বেল অম থোনব হৌরে।”
‘মেত্রিক পাশ’দস্থ মেত্রিক সার্টিফিকেট পায়বা ঙমদবা অন্থুগা
হিংনবা হোৎনবগী সার্টিফিকেটতি পায়বা ঙম্লিবা প্রতাপ্পা সমাজগী
অরানবা ভেল্যু সিষ্টেম অসিবু করেম্নহুনা শীংনৈ। মেত্রিক সার্টি-
ফিকেটকী চেক্জেৎ অত্থু মাগী মুপী থারিকথাদা লংশিল্লম্লগা চৎখি।
লংশিল্লম্লিবা সার্টিফিকেট অসি থারিকথাদা নত্তে। অরিবা
থাজনবী, অশোয়বা পথাপ অমস্থুং অরানবা মীৎয়েংবু থাজনা
শাগোম্লরিবা থারিকথাগী মশক ওইরবা মৈতৈ সমাজগী মায়-
য়োক্তা শীংনহুনা লংশিল্লম্বনি। তোংব্রানা মাগী লীলাসিগী
মরমদা হায়জে— “মেত্রিক পাশ” লীলাদ থারিকথান সার্টিফিকেট
ফংখি, মতৈ প্রতাপপুন মিস মণিপুরন চেন পুখি। হেমিংওয়েগি
“The Old Man and the Sea” ছু করম্ব চহিদ ইখিবনো?
মেত্রিক পাশ উরগ ইখিব জাৎলা? ফন মাম্নৈনে হন্নুবহুন ঙাজাও
ফারগ ময়ুম য়ৌবদ— মরূ মপুন ওল্লম্বদো—? প্রতাপ্প থারিকথাদ
ঙাইখো হায়রম্বহু Backett কি Godot পু নক্রাও?” মাগী
লীলা অয়াম্বা (মরু ওইনা ইম্ফাল থোইবী, চেঙনী খুজাই, কেকু
লোৎপী, কাও ফাবী, হিংমিম্নবা, মেত্রিক পাশ, লমজা পরশুরাম,
মেমথোইবী, লৈশাবী চিঠিখেলা, ঙবোংখাউ অসিনচিংবা) সমাজগী
চৎনবী পথাপ, অমনবা থাজনবী অমস্থুং নীতিজ্ঞাননচিংবগী
মায়য়োক্তা শীংনহুনা ইবা থেংনৈ। মসিগা লোয়ননা অনৌবা
ইনাম (ভেল্যু) অমা পুথোক্লকই। অসিগুম্বা নীংখাতম্বা, চাউ-
খৎপা, অঙ্কবা, অনৌবা সমাজ অমা শেম্বদা অপনবা ওইরিবা
সমাজগী চৎনবী পথাপ, অরানবা নীতি, থাজনবী, ধর্ম, মীৎয়েং,
রাখল পূম্নমক মীক্লুংশি লৈত্তনা য়েন্দেম থরাক শোইবগুম করি
অমত্তা ঙাকপীবা লৈতনা শোইদৎলি। অসিগুম্বা অরানবা,
অশোয়বশিং অসি য়াম্না শাথিনা লক্লৈ, করেম্নৈ, শীদোকই,
থিনা থিনা চৈ, মতৎ মতৎ কককথৎলি। মসিদা তোংব্রাগী

কলম অসি অঙকপা ফংনা ময়া থোই হায়বসি থঙবা ঙমই। (মণি থিবদা নিংথৌ ওইবিনিংঙাই লৈত্রদুনা নূংনা নিংথৌ ওইহনবা, চেঙনী খুজাইদা গণদেবীবু আর্টি তৌদুনা পূজা তৌবা, তপ্তাদা হুই মমৈ চুমথোকপা, রসগুলা মন্ত্রীদা ফম তারবা মন্ত্রী-শিংবু করেম্নবা, হিংমিন্নবদা লুহোংবদা চাদিং তৌববু করেম্নবা অসিনচিংবা কয়া কয়া)

অদুনা তোংব্রাদি পক্কা সোসিয়েলিষ্টনি। য়াম্না শেংলবা রিয়্যালিষ্ট অমসুং অকনবা র‍্যাশন্যালিষ্ট (যুক্তিবাদী) অমসুনি। অদুম্নদি ওইরগা মাগী সাম্যবাদকী রাখল অসি দর্শনগা শাগোম্নবা, থিওরি অমদা চেৎনা থাজদুনা অকক্নবা আইডিওলোজি অমদা শাগৎপা নত্তে। মার্ক্সিষ্ট আইডিওলোজিগী ক্লাস ষ্ট্রগল নত্রগা জি. সি. শোগী ফেবিয়ান সোস্যালিজম অদু পামদুনা ইন্‌বসু নত্তে। মাগীদি চুম্না কলাকার অমসুং অইবা অমগী মীৎয়েংদা ফাউরকপা তাইবং মীওইবগী অপাকপা মাম্নবা মীৎয়েং অমসুং মনীংমথা তম্বদা চেৎনা থাজজবদগী পোক্লকপা য়াম্না পৌবা সাম্যবাদকী রাখল অমনি। অদুনা তোংব্রানা হায়— "লীলান সমাজগী অমোৎপা পাক শূদোকপ য়াদে। লীলান তৌবদি মীয়ামগি পুক্লিংদ থম্মোইদ ঈনোৎ অম পীব, নুংঙাইব অচুম্ব উহনব থলহনবচিংবদনি। ... ... ... লীলান কান্নবদি পুক্লিং থম্মোইগি চিলহাও হেঙ্গৎহনবনি, শেল-থুম য়ুম্বান কৈবান ফগৎ-হনবদ পান্দম ওইদে।" অদুগা সোস্যালিজম অমসুং মণিপুরগী সমাজগী মতাংদা হংবা রাহং অমদা তোংব্রানা খুমখি,— "... ... ঐখোয়গি সমাজসি Socialism য়োনব চৎত্রে, তুংদ লৈহৌরে নত্রগা ডিমাপুর য়োনবনি হায়দুন কাংপোকপীগি লমথাই তমেং-লোংলোমদ থৌরমানে ... ... ... কৈদৌডৈ Powerism দা গ্রুং তারদগে মুংশা থিরি। Socialism গী থাক ওনগে হায়রবদি মীচম অমনা নোংমদ পুং ৩/৪ দং থবক শূরগ চাক অমসুং ফিরোল

ফংলবদি নক্লে থনব য়াই, য়ুমিৎ চুপ্প থবক শূব ফংদব, ফংলবস্থু পুক থন্দবসিদি Socialism গি মঙ কায়দে, থবক শিংনবনি, পুক থন্জনবনি। চেঙ, চিনি য়েনব হৈতব মণিপুরদি লায়রি, চাউথংলব India বু Socialism গি মরমদ মঙ মঙলগ, বায়ী শারগ স্বর্গদগি মছু তারকপ য়াই থাজরি। মণিপুরদি ভারতকি লৌজানি, থবক্তগি উবনি, মীন ইরম্বদগি শিন্দোকপ নচ্চদে।" শম্না তোংব্রানা সমাজদা social justice, social equality পামই। তৌইগুম্বস্থুং হায়রিবা বাথল, সমস্যাশিং অসি উৎপা মতমদা তম্নাই তরাই ফাগিদোনা উৎপা নত্তে। য়াম্না থরায় শোক্লা উৎলি। অদুনা তোংব্রানা তত্তনা লাউজে,— "ঐন থবাই নাত্থন কপচব, লাউজব বাহৈশিংদ তাবিব পাবিব ভাবোকশিংন ফাগি ওইন নোকপ মসিনি ঐগী লাইবক্ত য়েকপিরম্ব শাপ।" তোংব্রামা চথরিবা লম্বী, পান্দম অমস্থুং থৌওংশিং অসি ক্রি-অমত্তা চীংনবা লৈতনা ময়েক শেংলবা থৌরাং অমনি। মসিদা মাগী অচেৎপা থাজবা লৈ— "ঐন সমাজগি, মীগি ফগৎনবা লম্বী থাজব অছু মীন য়েংবিগে য়েংবিয়ু য়েংবিরোই তোকউ, শেল ফংগে ফংউ মাংগে মাংজো উৎকনি, দুনিয়ান পাম্বিদ্রবস্থু ঐদনদি পামজে।" মসি তোংব্রাগী থম্নুংদগী থোক্লকপা, য়াম্না ঈংথনা থল্লবা, ভাব তারবা অচেৎপা বাথল্লি।

তোংব্রানা নৈনরিবা সামাজিক সমস্যাশিং অসি আইডিয়্যা-লিষ্ট নত্রগা রোমান্টিসিষ্ট অমগী ফিরেপ্তা লৈরগা নৈনবা নত্তে। নৈনবগী মওং থেম্নে। ইনাক খুনবা, শক্তি পায়বশিংনা লায়রবা অত্তোনবশিংবু ওৎনৈবা হায়বসি অইবশিংগী য়াম্না পাম্জবা হীরম নত্রগা থিম অমনি। হায়রিবা বিষয় অসি রোমান্টিক ওইবা লেখকশিংগী মখুত্তদি কল্পনা ময়াঙ কায়না শীজিন্নদুনা হেম্না বাহনবা, হেম্না কপহনবা, হেম্না থম্মোয় নোথহন্নবা হোৎলে। তৌইগুম্বস্থুং হায়রিবা চপমান্নবা থিম অসিদা তোংব্রানা নৈনরকপা

অমদি উৎলকপা মতমদদি ইনৌ শ্লৌবা মওং অমদা পুথোক্লকই। মরমদি তোংব্রানা মীওইবগী পুন্সিগী মপাঙ্গোংগী থৌলোকশিং অসি ভাইবদা থোকপা অচুম-অচুম্বদু হেক্তা য়াম্না উৎপা পামদে। তোংব্রানা সমস্যা অদুগী মমুংদা চওহনা থি অদুগা মচুগী মর ওইবা মশক, মচি, মচল অদুত পুথোক্লকরবা হোংনৈ। 'ভবোং-খাউ'দা তোংব্রানা উৎনবা হোৎনরিবা অসি ওক্তবী সনাজাউবীগী লমচৎ নৈনবা নত্তে। অইবগী লোন্দা হায়রগা— "সনাজাউবীসি ভবোংখাউ পায়বী দেবীগি শক্তম্নি হায়বা য়াই; মীচম মুপীসু বংলমদবা য়াই। ... ... ... সনাজাউবী মী নত্তবসু য়াই, কলিগুন্ম মীহৌচাউবা লিচীংগি শক্তম উৎপসু য়াই। ... — চুম খেম্বদ য়াদ্রেগ কিহল্লগ ওইজব তানবগি শক্তম্নি ভবোংখাউ হায়বসি। ... ... ... ভবোং খাউ corruption গী satire ওইনা ইবনি খণ্ডবশিংনা অমুক হেন্না নুংঙাইন উবিব য়াই। তোমালোন মনীং ভম্নব লাকুবদ রাজথিব মায়খিখিবদু তাইবগু লীচৎ নোক্লিংব উৎলি। মণি-মমৌ লীলাদ মচা-মমৌ খৎনব অদুগী ফাগি অদু নত্তে উৎলিংলিবদি। মণি-মমৌদা খৎনবা হেক লেপপদ চীকপদু য়েংখিহৌ— মদু স্বর্গনি, মুৎলবা ইমুংদ খৎনাখিবগি ঈনিজ (echo) তাবিদ্রা ?" রাকম থরা অসি অইবা মশানা মাগী লীলাশিংদা মতৌ করম্না সমস্যাশিংগী মচঙ ওইবা মরু অদু ফোঙদোকপগে হায়বদু তাকপনি। অইবনা হায়রিবা রাকম অসি অচুম্বমক্লি। মাগী অনৌবা লীলা "চাংয়েং মাঞ্জ"দা মহাভারত অমসুং রামায়ণগী কুন্তি অমসুং ভরাবু করেম্নহনা নোক্লবা নত্তে। হাম্না ভমগ্রবা, য়াত্তনা শেমগ্রবা মহাকাব্যশিংগী চরিত্রশিংদা নৈরিবা লমচৎ, নীতিজ্ঞানগী মশকা হৌজিকী মতমগী হিংবা অমসুং নীংতম্বগা খেন্নবগী মশক অদু উৎপনি। 'মণি থিব'দা নৈনরিবা মমুঙগী রাথন্দি— মীওইবসি শক্তি পায়বা য়াদে, শক্তি শেরাম্না হেক্তা শীজিন্নরকই হায়বসি উপনি। তোংব্রাগী লীলাদি মপাঙ্গোংগী

অচুম্বগী মতৌতদ্বা অচুম্বা-কুরাংপান অহু নত্তে। মহুভদা য়োন্নবা লৈরিবা তাইবঙ লিচংকী, হিংবগী অমসুং পুন্সিগী মচঙ অহু উৎপনি।

তোংব্রানা সমস্যাশিংগী মচঙ ওইবা মশক অসি মতৌ করম্না করম্বা লীলাগী মউত্তা ফোঙদোকুনা উৎপগে হায়বসি ঐখোয়না খরা কুপ্না নৈনফম থোকই। মসিদা তোংব্রাগী লীলাগী মওং, মাগী ষ্টাইলগী ৱাফম চঙলকই। তোংব্রাগী ড্রামা অসি ইবসেন অমসুং জি. বি. শোখোয়গী 'ড্রামা ওফ আইডিয়াজ' (বাখল লীলা) নত্রগা 'প্লোব্লেম প্লে' (সমস্যা নৈনবা লীলা) হায়বহুগী শাগেদা চীংই। মাগী লীলা অয়াম্বা অরিবা মওংগী প্লেট খুৎশেম অহু ইনবা ডাক্তনি। অ্যাবসর্ডিষ্টশিংদোনা প্লেট, বারী, লমচৎ য়েক-পনচিংবা অমত্তা য়াউদ্রবা খুৎই মওং অহুসু নত্তে। ("ঐখোয় বাজি নচিংবা অ্যাবসর্ড ড্রামাগী মওং লৌবা লীলা অমা অনী ইরবসু।) প্লোব্লেম প্লেগী হৌনবা অহানবদা হায়গদবা ৱাফম থাঙ্গৎলি। মহুদগী ফল পুথোকই অদুগা অরোইবদা ৱাহং হংদুনা থনম্বা অসি তৌগল্লি। নৈনবা অমসুং আইডিয়ানা হেন্না উৎপা পাম্বা ড্রামাটিষ্ট ওইবনা অৱায়-অথুম্না (ডায়্যালোগ) হেন্না মরু ওইনা লৌই। মসিনা লীলাগী মচাক পুন্নমক্কী মথক্তা কাখল্লুনা লৈবা য়াউই। লীলাগী থৌদোক-ৱাথোক্তগীসু আইডিয়ানা হেন্না মরু ওইনা উৎপা মতাংসু য়াউরকই। অদুনা মাগী লীলাগী মুক্রবা (কনফ্লিক্ট) অসি চরিত্রশিংগী মরক্তা নত্তে— আইডিয়াশিংগী মুকথায়নবনি। অদুনা মাগী লীলাশিংদা ঐখোয়না মমাঙউগী অরিবা লীলাশিংদা তত্তনা থেংনবা নায়ক, নায়িকা, খল্বা-নোং-বানগী মশক নাইনা য়াৎলবা চরিত্রশিং অহু থেংনদে। (মহৌশা রূপমহলদা তৌখিবা লীলা অমদা হীয়ো মশক তাকপা ঙম্বদা মনা পীগনি হায়দুনা তোংব্রানা লাউথোকখিবা য়াউখি।)

তোংব্রাগী লীলাদি মকোক মমৈ ওন্থোকপা লীলানি

ইবসেন অমসুং জি. বি. শোগী মওং লৌতুনা তোংব্রানা লীলা উৎপদা মথক-মখা ওস্থোক্লগা উৎপা টৈক্নিক অসি পাম্না চথে। ইব্সেনগী ফোটো নেগেটিভ অমদি শোগী 'tubsy-turby' গী ড্রামাটিক মেথোড অসি তোংব্রাস্থ শীজিন্নৈ। ষ্টেজদা উৎলিবা থৌদোক অমদি চরিত্রশিং অসি তশেংবা অচুম্বা নত্তে— ফোটো নেগেটিভকুম্বনি। উৎলিবশিং অতুগী মরুমদা অচুম্বা, ফজবা অমা লোত্তুনা লৈ। Nicoll না শোগী মরমদা হায়— "Mr. Shaw loves to show that other side in order that he may point a moral." শোনা অতোপ্পা নাকন অমরোমদা কান্নবা বা অমা লৈ হায়বসি থিন্দুনা ভাকপা পামই। তোংব্রাস্থ মাগী লীলাগী মরমদা হায়,— "হান্নগী অমনব পামদতুন অওইব মান্নব লাক্লবতুদ ওইদবা কয়া হেন্ন চুম্ব মান্নব হাপচিল্লে। ... ... ... ওইদবন অওইব মালহনব কমেডীগী লাইরানি।" অতুনা তোংব্রানা মাগী লীলাদা অমসুং মতুবু ষ্টেজদা উৎপদা "ওইদব কয়া", "ওইদবদ অওইব মালহনব" থৌদোক কয়া হাপচিন্দুনা ওইদবশিংগী মরক্তা হেন্না চুম্বা পুন্সিগী অর্থ থিন্নি। ফোটোনা পোৎশিংগী অচুম্বা মশক অতুমক ইকোক কোক্লা উৎপা অতুগী মহুত্তা পোৎশিংগী মমুংদা চঙতুনা মতুদা লৈরিবা 'চুমদবা মশক' (unreal elements) অতু হান্না উৎলগা মতুগী মমুংদা লোত্তুনা লৈরিবা অচুম্বা, মচি অতু পুথোক্লবা হোৎনৈ। অতুনা তোংব্রানা মণিপুরী ড্রামাদা হৌজিক মতমগী পুন্সিগী অচুম্বা মশক উৎনবগীদমক্তা 'অচুম্বা মান্দবা থিয়েটর' (unreal theatre) অমা পুশিল্লকই। মাগী অওইবা মান্দ্রবা থিয়েটরগী ফম্পাক অসিদদি থাজদ্রবা, ওইদ্রবা, ওইথোকপা য়াদ্রবা মচাক, থৌদোক লোইনা হানজিনবা য়াই। মাগী লীলাদা ওইথোক্তবা হায়বা অমতা লৈতে। অতুনা মাগী লীলাশিংদা ফার্সস (farce) অমসুং ফ্যানটাসিগী (fantasy) মচাক মরাঙ কায়না য়াউবা থেংনৈ। "কয়া

লুন নত্রগ বাংন মীবু করম্না ঙকহনব ঙম্বগে ? ... ... অঙকপন থল্লব তাইবংপান্দ অঙকপগী মঙান উব ফংবমুক ম্নুংঙাইব করি লৈফম থোকপগে ?" —তোংব্রাগী বাহংনি। ঙকহনবা, অওইবা— ওইদবা, মথক-মখা ওন্থোকপা, ভাবনা অমস্তুং ইঙ্গিংনা নাকোয়ননা ফোঙদোকপা অসি তোংব্রাগী লীলা ষ্টাইলনি। অদুনা মাগী চরিত্র অমস্তুং থৌদোকশিং অসিগী ওন্ন-তৈনবা মশক কয়া ঐখোয়না তত্তনা থেংনৈ— অফবা, আদর্শ ওইবা নেতা, অঙম্বা কয়া মন্নুংদদি ইহো হোবা মীশক ঙাক্তা ওইরম্মী; থৌনা ফবা, অকন-অথৌ মানবা কয়া মীকিথি ওইহল্লি; ধর্ম্ম লৈবা, পুকচেল চাউবা কয়া সাধু চেঙচঙবা ওন্থোকই; অশোনবা মানবা মীচম, মীনাই, লায়রবা, খোঙমী লান্মী কয়াস্থ অঙকপা ফংনা মতিক মগুণ, শক্তি লৈবা মীশক্তি হায়বা উৎলি। মপাগা মচাগা লৈনবা ফজরবা মরী অসিগী ওন্নতৈনবা মশক অমা 'উপুবাক্সি'দা উৎলি— অশেংবা মচা অমস্তুং নুপীবু থাজদ্রদুনা মচা অমস্তুং নুপী লৌনবা খবরদা কৌই। থায়নগী সতী সীতা অমস্তুং তরা নত্তবা অনৌবা শাইওনগী মশক অমা "চাংয়েং মাঞ্জ"দা থেংনৈ। মথৱায় পাম্মুবা মান্দ্রবা নহারোল লানহৌবশিং অমদি থৌনা ফরবা জৱান কয়া নোংমৈ পায়বদা মথুৎ নীকপা কয়া 'চেঙনী খুজাই'দা উৎলি। ঐখোয়না লৌরিবা থৌনাফবা অমস্তুং লানগী ওন্নতৈনবা মশক অমনি। অদুনা, বারীগী থৌদোক্তা, ঐখোয়না হান্না খঙদুনা লৈরবা বাখল, ভাব কয়াদা, আদর্শ ওইরবা মীশক অমস্তুং মীওই লমচৎশিংদা মথক-মখা ওন্থোক্লনা, অচুম্বা মান্দবা মশক অমা ওইনা ষ্টেজদা কোরোংচাক য়ুংদুনা থমই। মসিগী মতাংদা তোংব্রানা শোগী মতৌগুম্না তত্তনা হায়— রামায়ণদা য়োং, শওমশিং বা ঙাংহল্লি। শোনা হায়খিবদু মাস্থ চেৎনা থাজে— "You could not have Aesop's fables unless animals talked." শাশিংদু বা ঙাংহন্দ্রবদি এসোপকী বারীশিংদু পাবা

ফংলম্লোই। তোংব্রাগী লীলাদা মথোং হুক্কবা থোদোকশিং, নাতৈ চাদবা চরিত্রশিং য়াউদ্রবদি মাগী লীলা ওইরম্লোই। "For Shaw as for Ibsen the real was a phrase used in antithesis to the ideal." তোংব্রানা উৎলিবা 'অচুম্বা' অসিসু সমাজনা য়ানরবা 'আদর্শ ওইবা' হায়বা অদুগী ওন্নতৈনবা মশক অমনি।

মাগী মথক-মথা ওস্থোকপা, অচুম্বা মান্দবা লীলা অসিবু তোপতোপ্পা শক্তম্নরবা কলাগী থুৎশেম অমা ওইনা উহল্লিবদি মাগী ফাগিগী মতেঙননি। ফাগি মাগী লীলাগী মতেঙ অমনি। ফাগিনা অরোয়বা পান্দম নত্তে। ফাগিগীদমক ফাগি তৌবসু নত্তে। মসিগীমথক্তা তোংব্রানা সমাজগী অশোয়বা কয়া করেম্নহুনা নোক্কনীংলিবা অদুগী য়াম্না থুৎলোয়বা, নাতৈ চারবা থুৎলাই অমা ওইনা শীজিন্নবনি। তোংব্রানা হায়,— "মুংশিদব ফত্তব অঙম অথোদি ফোংন চৈক্করবদি শাঙগদবনিন ফজন লক্করবদি নোকহল্লগ জ্ঞান তাহনব। নোক্লবদি অতৈনসু মতেং পাংলৈ নোকমিন্নৈ, কপ্লবদি অতৈন নক্কনিংদে লাপথোকখি।"

অপাম-মুংশি, থম্মোয় নৌথবা, অৱা-অনা হৈনদবা তোংব্রাগী ফাগি, কমেডিগী মশক অসি এরিষ্টোটলনা হায়বা ক্লাসিকেল কমেডি অদু নত্তে। জি. বি. শোগী ফাগিগী মরমদা অথঙ-অহৈ-শিংনা হায়বা 'Comedis of Purpose' নত্রগা 'Purposeful fun' হায়বহুনি। মীওইবগী অপঙবা, অশোয়বা, কান্নদ্রবা, ওইদ্রবা ৱাখল ময়াম অদু ফাগি তৌহুনা, করেম্নহুনা উৎপা অদুগা ভাব তাহনবা অসিনি। তোংব্রানা হায়, "কলম্ন তমথীব মীবু হাৎপ য়াদবনিন মুংশেলদ মমি উহল্লগ মশানা উজৱক মীদু ফগৎলকপ্র য়েংবনি। সমাজদ লৈরিব মীশিং তিম্নব লৈমিন্নব মুংঙাইনব ফগৎহন্নব শিংগৎহন্নব থর হোৎনবদনি।" অদুনা তোংব্রানা তাইবঙ মীগী অচুম্বা লীচিং উত্তুনা মনল লৈৱা, অৱাংবা

থাক্কি ফাগি তৌই। নত্রবদি চুম্নগী মী নোকহন্নবা তৌবা অনেম্বা মথলগী ফাগিজাৎনা তাইবঙ মীবু অৱাংবা থাক অমম্বা পুথৎপা ঙমদে। অতুনা তোংব্রানা অচুম্বনা তৌবা, ফজবা, অরুবা ৱাথল পোকহনবা ফাগিগী মওং অসি শীজিন্নৈ। Meredith না হায় —"The comic spirit breathes in a purely intellectual atmosphere : its weapon are wit and commonsense, its butt is human vanity, egoism, pride and all un-social traits."

তোংব্রাগী ফাগি, করেম্নবা, ফাগি-জুগাই ময়াম অসিদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা, প্রমাণ-পান্থৈ, লক্লবা, শীথবা ময়াম অসি মণিপুরী সাহিত্যদা তোপ তোপ্পা মশক অমা ওইরি। মসিদা তোংব্রাগী মশাগী ওইবা মফোঙদোক অমম্বুং ফজরবা অনৌবা খুৎশেম কয়া থেংনৈ। মাগী ফাগিগী মতাঙদা তোংব্রা মশানা হায়জবা ৱা লৈ— "মাগী [তোংব্রাগী] লীলান খ্বাইদৈ থর তোপ্প উবদি ফাগিন মপূং ওইরগ রস অতৈন মোসলা ওইনৈ। মাগী লীলা পাব অমম্বুং য়েংব কাঙবুন জঙ্গলদ চংলগ উজাও ঙাক্ক উতুন জঙ্গল উরক্তে হায়নবগুম ফাগি ঙাক্ত উরক তারক্কুন লীলা নত্তে হায়নব য়াউই। নোক্লিংবগ কপ্পিংবগ মান্নমন্দুন মাগী লীলাদ কপকদ্রা নোকদ্রা মফম খঙদবা য়াউই।" তশেংবমক, মাগী ফাগিগী মরুমদা অরুবা ৱাথল কয়া ফুমদুনা লৈ। মাগী ইপৌ পোৌবা, ইয়াং য়াংবা মানবা ফাগি অসি য়াম্না অরুবা কলাগী (serious art) খুৎশেম ঙাক্তনি। য়েংবদা ইচম চম্বা মানবা মাগী অরায়বা অসিবু শারিবা অরুবা মচাকশিং অসি থিবদা তোংব্রাগী হৈশিংবা গুণ অমম্বুং শেমজিন শাজিনবা হৈবগী মহৈ অদু মশানা অত্থুম চোংথোক্লকই। মাগী অরায়বদা ফজবা লোত্তুনা লৈ। মাগী অচম্বদা অরুবা কয়া য়াউরি।

শ্রীনীলকান্তনা মতাং অমদা তোংব্রাগী লীলাদা মরমদা "... ... ... নায়ক নায়িকা অয়াম্বা আইডিয়ানা মূর্ত্তি পান্দুনা থোরকপনি। অসিনা প্রোপাগণ্ডাগী শরুক থরা য়াওই" হায়দুনা তোংব্রাগী লমচৎ রেকপগী মতাংদা অশোয়বা থরা পুথোক্তুনা হায়রুবদা তোংব্রানা য়াম্না নানা খুম্নকখি— "অসুম্বা রাতাসি G.B. Shaw গি plays শিংদা William Archer and other English critics না ইখিবদু শিন্দোক্লগা ঐঙোন্দ থাগৎপনি। ফন নোক্লিংব ফাগী অমনি, রাথল থেনবশিংদা। Ideal characters শিং রাম, দুষ্যন্ত, সীতা, সাবিত্রী, ভীষ্ম, যুধিষ্ঠির, কংস, রাবণ ... ... idea গী মূর্ত্তিনি হায়ব য়াব্রাও? Idea গী মূর্ত্তিনি হায়ব য়াদব করম্ব character কনান কৈদৌউঙ ইপ্রবগে? অমন ইবদৈ অমন শিন্দোক্লগ, অমদ হায়ব রাদু অমদ অমুক থোঞ্জিনববু সমালোচনা ইব কৌব্রাও? অহিংবা মানব character নত্তে হায়রবদি অইবদু হৈত্তবনি। করি করি খুদম পীবগে? Shaw বু charaterization হৈতে হায়সিরা? ঐবুদি হৈতেদা। ঐন হৈত্রিব মতাংদু লীলা মীকোক্তু তাকপিরবদি মুংঙাইজগনি।" য়েৎনরিবা রাফম অসি অরুবা মতাং অমনি। অনীমক্কি অচুম-অরান লৈনবা ঙাক্কি। তোংব্রানা মরৈ লীলাদা কম্না থাজবা ময়মা সমাজদা লৈরিবা সমস্যাশিং অসি থম্নৈনদুনা, মরৈ য়েৎন-দুনা, ভাব তাহন্দুনা শেংদোকপা য়াগনি হায়বসি চেৎনা থাজে। অদুনা, লীলাগী সমস্যাশিং অসি মাগী চরিত্রশিংনা মুম্না থম্নৈন-হল্লবা মতুংদা ফল অমা পুরক্কবা হোৎনৈ। মসিগী মতাংদা অইবনা হায়বা পাম্লিবা রাথল, আইডিয়া অসি মাগী চরিত্রশিংনা মহুৎ শীন্দুনা ফোঙদোক্লকই। মসিনা মরম ওইদুনা মাগী আইডিয়া অদু মাগী চরিত্রশিংনা মহুৎ শীন্দুনা উৎলি হায়না লৌবসি য়াবা লৈ। তৌইগুম্বসুং আইডিয়ানা মূর্ত্তি পান্দুনা থোরকপা চরিত্র খুদিংমক অহিংবা মান্দে হায়বদি য়াদে। তোংব্রাগী লমচৎ

য়েকপগী মরু ওইবা মশক্তি—হান্নগী অফ-ফত্ত, খন্না-নোংবান খায়বা লমচৎ থুংয়েক অদু থুগায়রগা কেরেক্টর খুদিংমক চাং মান্নন থন্বনি। হান্নগী অমনবা চৎনবী থাজদবা, সমাজগী অরানবা ভেলু সিষ্টেম য়াদবা, মণ্ডলান্দা তাউদুনা হিংবা নত্তবা— পুন্নমক অসিদগী নাম্থোক্তুনা লৈবা ওন্না, মশাগী নীংতম্বা রাখল চেৎনা লৈজবা, মরম্নাই লেপচনবা হোৎনবা কেরেক্টর কয়া শেম্না ওমই। অসিগুম্বা কেরেক্টরশিং অসি য়াম্না হৈশিংই, ভাব তাই, থৌনা ফৈ, সমাজগা লাম্থেংনবা ওমই। 'উপু বাক্সি' গী শেঞ্জেং, 'মেত্রিক পাশগী প্রতাপ, 'তাপ্তা' গী বাবা অমদি অতৈ লীলাদা য়াউবা মুপা অয়াম্বা য়াম্না শিংবা, অচুম-অরানগী বিচার লৈবা, সমাজগী অরানবা নীতিবু ভাব তানা শীংনবা ওন্না ঙাক্তনি। শেঞ্জেং, বাবা, প্রতাপপু অহিংবা কেরেক্টর মান্দে হায়রুরবদি অরানবা ওইগনি। মখোয় তোংব্রাগী য়াম্না ফজবা কেরেক্টর ঙাক্তনি।

অদুগা তোংব্রানা মাগী চরিত্রশিংবু অফ-ফত্ত হায়দুনা মচু শংউদ্রবসু আইডিয়া অনী মুকথায়নবদা শরুক য়ানবা হায়দুনা সমাজগী চৎনবীদগী নাম্থোকপা ওমদবা, অমনবা চৎনবীগী লাংদা থুদুনা লৈরিবা কেরেক্টরশিংসু শেমই। তৌইগুম্বসুং মখোয় অইবগী মথা পোন্দুনা মশাগী রাখল লৈজদবা মীওইদি ওইহন্দে। তোংব্রাগী কেরেক্টর খুদিংমক বুদ্ধি থৌবা, তোথায়বা মোত কয়া লৈবা, মরম্নাইগী ফিরেপ লৌবা ওন্না ঙাক্তনি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি তোংব্রানা মাগী কেরেক্টরশিংদা অচুম্বগী মচাক (elements of reality) হাপ্পবা হোৎনৈ। অদুনা লাইরিক-লাইশু হৈতবা মীচম, মীনায়নচিংবা অতোনবা কেরেক্টরশিং ফাউবা থোইদোক-হেন্দোক্লা হৈথোই শিংদোইহল্লি।

তোংব্রাগী মুপী চরিত্রশিং অসি মণিপুরী সাহিত্যদা য়াম্না ফজরবা অনৌবা থুৎশেম ওইরি। ইমামচা (ইম্ফাল থোইবী), সনাজাউবী (খবোং খাউ), থারিকথা (মেত্রিক পাশ), কুমারী

রম্ভা (কুমারী রম্ভাগী মঙ), মেমথোই (মেমথোইবী), নুপীমচা (লৈশাবী চিঠিখেলা), কুমারী বসন্তী (কাউফাবী) অসিনচিংবা কয়া অসি নিপানা লাকচবা য়াদ্রবা, মথৌনা-মরোশিং চঙখোল্লবা নুপী ঙাক্তনি। George Meredith না হায়বা রাক্ষম অমা লৈ— "Comedy can exist only where women have a high status, since it depends upon a battle between the sexes—'unwomanly' heroines." নুপীনা থাক রাংলবা মতমদা কমেডি হিংবা ঙমই। তোংব্রানা অৱাংবা থাক্কি নুপী কয়া মাগী লীলাদা পুথোকই। মণিপুরী সাহিত্যিদা 'অনৌবা নুপী' (new woman) গী ঈহৌ অমসুং মসিগী খুৎশেম অসি তোংব্রাগী মথুক্তগী থোকখিবনি। তোংব্রাগী নুপীদি সমাজদা অধিকার চপ মান্নবা তাল্লিবা, অপাম-নুংশিগী মঙলান্দা ঙাউদবা, নিপাশিংনা মরম চাদনা নমথবা য়াদবা, লৌশিংশিংবী, থৌনা লৈবী, নিপা মরাইমা হেল্লবা নুপী ঙাক্তনি। G. B. Shaw না হায়— "... good women are all menly, good men being equally all womanly men." য়াম্না নোক্লিংনা চুমগ্রবা রানি।

তোংব্রাদি থিয়েটরগী মীনি। চপচাবা কলাকার অমনি। মহাক্না "লীলাবু লীলাগুম" উন্নরম্বা মীৎয়েং অদু থুগায়তুনা লীলানা মীবু নুংঙাইহন্নবা অমদি শিংগৎহন্নবা কলা অমা ওইনা শীজিন্নবা হৌরকখি। লীলাগী পান্দমগী মতাংদা মানা হায়— "সমাজদ লৈরিব মীশিং তিন্নবা লৈমিন্নব নুংঙাইনব ফগৎহন্নব শিংগৎহন্নব থর হোৎনবদনি।" ইবসেননচিংবা পাত্রিঙৈদা ইবা 'মণি-মমৌ' (ইং ১৯৪৫-৪৬) অমদি মথাদা ফোঙলকপা 'মেট্রিক পাশ', 'হিংমিন্নব'নচিংবা লীলাশিংনা চহী কয়া লাম্থোক্তুনা ঙসি-ফাউবা হিংতুনা লৈবা, মীয়াম্না পাম্নবা লীলা ওইরিবসিনা তাকপদি তোংব্রাগী লীলা খৰদি মতম মতমগী ওইবা পংখৈ লাম্থোক্তুনা

মতম কুইনা হিংবা য়াবগী মওংদা লৈরে হায়বসিনি। লীলাশিং অসিনা মতম কুইনা হিংবগী মরমদি— অতুক হাক্লা অরুবা চাংয়েং অমসুং নন-রিয়্যালিষ্টিক টেক্নিক পংশি শীজিন্নদনা মণিপুরী সমাজ অমসুং পুন্সিগা য়াম্না নকশিন্নবা সমস্যা খরবু নুংঙাইবা ফাগি অমদি অচম্বা মউত্তা ফোঙদোক্তুনা ইবা অসিননি নীংই। তোংব্রানা কপচবদা ময়াম্না নোকপা, ময়াম্না মাগী লীলা খর য়াংতক উবগী মরম মাগী লীলাগী ফজবশিং অতু য়াম্না লুথনা, মন্নুং হুনজিন্না উবা ঙমদবগীসু ঙাক নত্তে। করিগুম্বদা আইডিয়ানা কাহেন-জিন্না হাখিতুনা মাগী লীলাগী ফজবা কয়া মাঙহনবা য়াউই। ফাগিদা হেনজিনবা, নাত্তৈ চাদবা কয়া শীজিন্নতুনা মাগী লীলাবু রাংনা কাথৎকদবদগী চীংথে। ভাবোক্কী অমসুং মাগী ফজনা, মওং তানা লৈতবা লীলা পার্টিগী য়েংতুনা মাগী কলমবু মনীংমথা তম্না শীজিন্নবদগী থিংই। পূম্নমক অসিগী মথক্তা তোংব্রানা নৈনরিবা পুন্সিগী সমস্যা খরদা অরাৎপা লৈবা থেংনা মহাক্লা হৌজিক হৌজিক ফোং ফোং শারিবা সামাজিক সমস্যা অসিনা পূমলোই লোইরবনি খল্লি অমসুং মসিগী পরিকরদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রি। ধর্ম্মগী বিষয় ময়ামগী মরমদা মশীং লাকঙমদনা ইরিবা লাইরিকশিংগী মন্নুংদা উপনিষদ, গীতানচিংবনা য়াম্না রাংবা থাক্তা লৈবগুম পুন্সিগী মন্নুং হুনজিন্না লৈরিবা সমস্যা নত্রগা দর্শনগী মরমদা ইরকপা লীলা থেংনদ্রি। মহাক্লা হৌজিক, মাগী অকোনবা লীলা খরদা এক্সপ্রেশনিষ্টিক টেক্নিক খরা শীজিন্নতুনা (মরু ওইনা— ঙবোংখাউ, উপুবাক্সি লীলাশিংদা) পুন্সিগী খরা লুবা সমস্যাদা চঙশিনবগী মওং খরা উরবসু তয়াং তশোইবা, করেম-কথাইনবা খরা থাদোক্তুনা পুন্সিগী অরুবা, অরাংবা, মরেপ লুবা সমস্যা খরদা খুৎ থাবা দরকার ওইরি। পূম্নমক অসি লৈতুনসু তোংব্রাদি মণিপুরী সাহিত্যদা য়াম্না তাঙবা অমসুং তোপ তোপ্পা ড্রামাটিষ্ট অমনি। মীনা চৎনদ্রিবা লম্বীদা

চত্তুনা, য়ৌনড্রিবা লমদমদা চঙত্নুনা, উনড্রিবা মফমদা য়েংত্নুনা অনৌবা খুৎশেম, মীৎয়েং কয়া ঙসিফাউবা অয়েপ্পা লৈত্তনা পুথোক্ল-ক্লি। তোংব্রানা মণিপুরী সাহিত্যদা লৌরিবা ফিরেপকী মরমদা শ্রীনীলকান্তনা হায়বা,—"ড্রামাগী জগত্তা নাইতোম থোরকপা—মতুং ইনবীনবা য়াওদবা, ইনব ফাউবা ঙমদবা— মীশক অমনা গীতচন্দ্র তোংব্রা" অসি মণিপুরী সাহিত্যদদি অচুম্বা ওইরি।

# ইনডেক্স

( অইবশিং তাকপা )

অ

অঙাংহল (হিজম), x, ৪০-৫, ৮-৯, ১৫, ২৭, ১০৭, ২০২-২০৪, ২০৯, ২১১-২১২, ২১৬

অবীর (ভেলেম), ৪৬

অরবিন্দ (শ্রীঅরবিন্দ), ৬৫-৬৬, ৬৭

অম্বরলাল সকারলাল, ৭২

Einstein, Albert, ১২২

অজ্ঞেয়, ১২৮

অভিনবগুপ্ত, ১৩৪

অগ্ঘা রঙ্গাচার্য্য, ১৩৭

Avinash, Goyanacharya C. Pandey, ১৪০

Awasthi, D. S., ১৪৭

অভোখাপু (ফুরাইলাৎপম), iii, ২০৮

অমুবী (অকোইজম), ২১০

Aesop, ২২৯

আ

আনন্দ শঙ্কর রায়, ৬৯

আর. ভি. আর. নাইদু, ৭৩

আর. এস. রাও, ৭৩

আনন্দমূর্ত্তি, য়ু. আর, ৮৯

আনন্দ, মুল্ক রাজ, ৮৯

আনন্দকান্দ, ৭৩

আর. সি. মজুমদার, ১৬৪

ইরাবত (হিজম), ৩-৫, ১১-১২, ৭৫, ১০৭-১০৮, ১১১, ২০৭

ইবুংঙোহল (লাইরেনময়ুম), iii, ২৭, ৭৭, ১০৭, ১১০, ২০৫

ইবোমচা (য়ুম্লেম্বম), ৬০, ৮২

Emerson (Ralph Waldo), ৬২

ইবোপিশক (থাংজম), ৮২

ইন্দ্রমণি (শগোলশেম), ১০৩

Eliot, George, ১২৪

ইবসেন, হেনরিক, ১২৫, ২২৮, ২৩০, ২৩৪

ইবোহল (খিরাম), v

ঈ

ঈশ্বরচন্দ্র গুপ্ত, ৬৩

উ

উপেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়, ৬৯

উমাশঙ্কর জোশী, ৭২

উতকলমণি গোপালবন্ধু, ৭৩

এ

Anderson, Sherwood, ১২৪

এরিষ্টোটল, ১৫৩, ১৭৭, ২৩০

(অইবশিং তাকপা)


ক

কমল, ড'. (লমাবম), ৪–৬, ৮, ১৩, ১৫, ২৭, ৪৬, ৫১, ৯৪, ১০১, ১০৯

কালিদাস, ৬, ৯১, ৯৩-৯৪, ১০৭, ১১৬, ১১৮

কালিপ্রসন্ন ঘোষ, ৬

কৃষ্ণমোহন (সিনাম), ৪৬, ৯২, ২০৭

কুঞ্জমোহন (নোংখোম্বম), iii, ৫৩-৫৬, ৫৯, ৭৭, ৯৫

Cooper, James Fenimore, ৬২

কে. এম. মুনশি, ৭২

কুবেনপু, ৭৩

কুন্দকুরী কুরেসলীঙ্গম, ৭৩

করন্ঠ, কে. শিবরাম, ৮৯,

কামনী (রাইরোকপম), ৯০

Crabbe, George, ১১৬

Kipling, Rudyard, ১১৬

Keats, John, ১১৬

Conrad, Joseph, ১১৬

কাজি নজরুল ইস্লাম, ৬৯

Kingsley, Sidney, ১২৫

কুম্ভক, ১২৬

কৃষ্ণসোবতী, ১২৯

Keith, A. B., ১৩৮

কাহাইলাল (ঐচ), ১৫৯, ১৬১

কুমারস্বামী, আনন্দ কে, ১৬৪

কুলশেখর, পেরুমাল, ১৮২–১৮৩

কুঞ্জবিহারী (কৈশাম), i

খ

খাদিলকর, ৭২, ৯১

গ

গুন (হিজম), ৫৩, ৫৭, ৯১–৯২, ১৩১

গোর্কি (মেক্সিম), ৬২, ১২৪, ১২৭

গঙ্গাধর ভট্টচার্য্য, ৬৩

গোবিন্দ পাই, ৭৩

গোপাল কৃষ্ণ ভারতী, ৭৩

গৌরদাস (হাওবম), ৮৩

গান্ধী, এম. কে., ৯৫, ৭২-৭৩

Gargi, Balwant, ১৪৫

গিরিশচন্দ্র ঘোষ, ১৯৩

Grousset, M., ১৭০

চ

চাউবা (খুইরাকপম), x-xi, ৪-৭, ১৩, ১৫–১৬, ১৮–১৯, ২০–২৫, ২৭–২৯, ৩১, ৪৫, ১০১, ১০৭, ১০৯-১১০, ১১২

চিত্রেশ্বর শর্ম্মা (অরিবম), ৫৩, ৫৭-৫৮, ৯২

চিত্রেশ্বর শর্ম্মা (বি.), ৫৩

চৈতন্য (হাউদিজাম্বা), ১১০

Chekhov, Anton, ১২৫

চৈতন্য দেব (শ্রী), ১৪১

চন্দ্রসিংহ (মোইরাংথেম), iii

জ

জে. সি. ঘোষ, ৩১

জি. সি. তোংব্রা, viii, ৭৭, ৮৬-৮৭, ৯০, ১৩১, ১৬৫, ২১৯-২৩৫

(অইবশিং তাকপা)

জয়চন্দ্র ( লাংজম), ৮৩
Zola, Emila, ১২৩–১২৪
জয়দেব, ১৪০–১৪১
জিয়ামী (Zeami), ১৭৭
Johnson, Samuel, ২১৫
Jonson, Ben, ১১৮

ঝ

ঝুলোন (মুতুম), ৪৫
ঝিনভাই দেশাই, ৭২

ত

তারাশঙ্কর বন্দোপাধ্যায়, ৫৫, ৬৯
তোলষ্টোয়, লিও, ৬২, ১২৪
তিলক, (বাল গাঙ্গাধর), ৬৫, ৭২
তোমচৌ (অথোকপম), ৮৯-৯০
তন্দন, প্রকাশ, ৯৫
Turgenev, Ivan Sergeevich, ১২৪
তুলসিদাস, ১৪২
তোলন, ১৮২

থ

থানিল (নোংমাইথেম), ২০৭

দ

দরেন্দ্রজিৎ (অরাম্বম), ৪–৬, ৯, ৪৫, ৭৭, ১০৭
দ্বিজেন্দ্রলাল ৬, ১৯৩
দীনবন্ধু মিত্র, ১১, ৬৩, ১৯৩
দীনমনি (এলাংবম), ৫৩, ৫৭–৫৯, ৯২–৯৩
দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর, ৬৩
দেশাই, ৭২
দামোদর (লৈমপোকপম), ৯৩
দ্বিজমণি দেব শর্মা (হিয়াংময়ুম), ১০৯, ১১০
Defoe, Daniel, ১১৮
Darwin, Charles Robert, ১২১
দণ্ডী, ১২৬,

ধ

ধীরেন (অকোইজম), ৯০
ধনঞ্জয়, ১৩৪
ধর্মবীর ভারতী, ১৯৪
ধনচন্দ্র (খোংড্রাম), ২০৭

ন

নবদ্বীপচন্দ্র (হেরাইবম), x, ৪–৬, ২২, ২৭, ৯৭, ৯৯, ১০০–১০৭, ১০৯–১১২
নীলকান্ত (এলাংবম), iii, ৪, ১৮, ৮২, ২৩২, ২৩৬
নীলবীর শর্মা (শিজগুরুময়ুম), ৫৩, ৫৭–৫৮, ৮২, ৯২
নন্দলাল, ৭২
নাইপাল, ভি. এস., ৯৫
নেহরু, জরাহরলাল, ৯৫, ১৬৪, ১৬৫
নিরাদ সি. চৌধুরী, ৯৫
নোংমাই (থাইদেম), ১১০
নন্দকেশ্বর, ১৮৯
নারায়ণ ভট্ট, ১৪১
Nicoll, Allardice, ২২৮

(অইবপিং তাকপা)

নদীয়া (পজেনবম), vi

ট

টোড, ৬

Thomson, Edward, ২০০

প

পাচা, মীতৈ (লোইতোংবম), v, ৩৬, ৪১–৪২, ৯০, ১১৬, ১৩১

প্রকাশ (খুমন্থেম), iii, ৫৩, ৫৬

প্রেমচান্দ, মুনশি, x, ৫৭, ৭০–৭২, ৮৯, ১২৭–১২৯

প্রেমচান্দ (লাইতোঞ্জম), ৫৮, ৯২

প্রিয়োকুমার (কৈশাম), ৬০

Poe, Edgar Allan, ৬২

পারশুপে, ৭২

পিল্লাই, শিবশঙ্কর, ৮৯

পরিজাৎ (পুখ্রম্বম), ১০৭

পন্ট, ১২৮

পদ্মকুমার (কাংজম), i, v–vi

ফ

ফুকন, এন, ৪৮

ফকিরমোহন সেনাপতি, ৭৩

Freud, Sigmund, ১২২

Flaubert, Gustave, ১২২–১২৩

Faulkner, William, ১২৪

Frost, Robert, ১১৬

ব

বাইরন, লর্ড, ৬

বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়, ৬, ১০–১১, ১৯, ২৪, ২৮–২৯, ৩১, ৫১, ৬৩–৬৫, ১২৭, ১৯৩, ২১১

বিনোদিনী, এম. কে, iii, ৫১–৫৩, ৯০, ৯২

বনফুল, ৫১, ৬৯

বীরেন (শ্রীবীরেন), ৫৫, ৮২–৮৫, ৯২

বিভূতিভূষণ বন্দোপাধ্যায়, ৫৫–৫৭

বীরমণি (লমাবম), ৫৭–৬০, ৯২

Bancroft, ৬২

বিনায়ক, ৭২

বিন্দরে, ৭৩

Balzac, Honore, ১২৩

বারর্স, ফোবিয়ান, ১৬৫, ১৬৭–১৬৮

ব্রেগুণ, জেমস আর, ১৬৫

বেকেট জেমস, ১৬৫

Breton, Andre ২২০

Beckett, Samuel, ২২৩

ভ

ভর্জিল, ৯

Voltaire, Francios, Marie Arouet, ৬১

ভবানী চরণ বন্দোপাধ্যায়, ৬৩

ভল্লালর, ৭৩

ভেনকতা শর্মা, ৭৩

ভামহ, ১২৬

ভরত মুনি, ১৩৪–১৩৭, ১৭৭, ১৭৯

ভোজরাজ, ১৩৪

ভবভূতি, ১৩৫

ম

ময়ূরধ্বজ (চোংথাম), ৪–৫

মীনকেতন (অপাংবম), ৪–৫, ২৭, ৮২, ৮৬, ৯৫–৯৬, ১০৭–১০৮

(অইবলিং ভাকপা)


মাইকেল, মধুসূদন, ৬, ৯, ১০, ১১২, ১৯৩
মাণিক বন্দোপাধ্যায়, ৫৫
Montesquieu, de, ৬১
মনমথ রায়, ৬৯
মহাবীর প্রসাদ দ্বিবেদি, ৭০
মৈথিলী শরন গুপ্ত, ৭০
মখনলাল চট্টুবেদি, ৭০
মস্তি, ৭৩
ময়ুবাম বিদ্যানয়াগর, ৭৩
মঙ্গীপুদি, ৭৩
মধুবীর, রা. কু., ৮২
মেহতা, বেদ, ৯৫
Moore, Georga Edward, ১২২, ১২৪
Maupassant, Guy De, ১২৩
মোহন রাকেশ, ১২৮, ১৯৪
মাসেল, জোন, ১৭১
মহেন্দ্রবমন, ১৮২
Meredith, George, ২৩১, ২৩৪
বরটোলড ব্রেট, ১৭৮

য

যোগেন্দ্র (থাকচোম), ৮৩
যাদবচন্দ্র চক্রবর্তি, ৯৯

র

রাজ নারায়ণ বাবু, ১
রাজা রামমোহন রায়, ১১, ৬১ ৬৩
রজনীকান্ত (এলাংবম), iii, ৪৯–৫০
রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, ৫১, ৬৬–৬৮, ৮৩, ১২৭, ১৪৯, ১৯৩–১৯৪, ১৯৬–১৯৭, ১৯৯–২০০, ২০৮
রমেন, বা. কু. ৫৩
রাজেন্দ্রলাল মিত্র, ৬৩
রঙ্গলাল বন্দোপাধ্যায়, ৬৯
রাম নরেশ ত্রিপাথি, ৭০
রাজা গোপালচারী, ৭৩
রামলীঙ্গ, ৭৩
রাজেন (য়ুম্নাম), ৯০, ১৫৯ ১৬০
রাঘবন, ভি, ১৩৭, ১৪৬
রতন (থিয়াম), ১৫৯–১৬০
রামনারায়ণ, ১৯৩

ল

ললিত (সোরোকথাইবম), x, ৫, ২৭, ১০৭, ২০৫, ২০৯
লক্ষ্মিনাথ বেজবরুয়া, ৪৮
লৈরেন, ডা., ১১১
Levine, George, ১৩১
Lukacs, George, ১৩১
Levin, H., ১১৮
Lebedeff, Herasim, ১৯১
Longfellow, Henry Wordsworth, ৬২

ব

Wells, H. W., ১২২
Yeats, W. B., ১৭৮, ২০০

শ

শীতলজিৎ (রা. কু.), iii, ১৫, ২৭, ৪৫–৫০
শ্যামসুন্দর (অয়েকপম), ৪৬, ২০৭, ২০৯

(অইবশিং তাকপা)

শরতচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়, x, ৫১, ৫৫, ১২৭, ১২৯, ১৯৩
শরতচন্দ্র (লোংখোম্বম), ৫৭–৫৮, ৯২
শস্তুকবি, ৭৩
শারদাতনয়, ১৩৪
শঙ্করদেব, ১৪১
শ্রীভাস, ১৮২–১৮৩
শক্তিভদ্র, ১৮৩
শো, জি. বি., ১২৫, ২১৯, ২২৪, ২২৭–২৩০, ২৩২, ২৩৪

স

সিয়োন্দস, জোন এডিশন, ১
স্কোট, সার, ৱালটর, ৬, ৯
সুকুমার সেন, ৩১, ৬৫
সোনামণি (এলাংবম), ৫৭–৫৮, ৯২
Stowe, Harriet Beecher, ৬২
সত্যেন্দ্রনাথ দত্ত, ৬৯
সর্ভাকর, ৭২
সি. সুব্রামান্য ভারতী, ৭৩
সুরেন্দ্রজিৎ, রা. কু., iv, vi, ৮৩
সমরেন্দ্র (অরাম্বম), ৮৭–৮৯
সমরেন্দ্র (লাইশ্রম) ৮২
Spenser, Edmund, ১১৬
সেক্সপীয়ার (ৱিলিয়ম), ১১৮
Strindberg, August, ১২৫
সুরেন্দ্র বর্ম', ১২৮
সাগরনন্দিন, ১৩৪
সোম বেনেগল, ১৩৮
স্কোট, এ. সি., ১৬৫
স্বামীগল, ৭৩

হ

Howthorne, Nathaniel, ৬২
Holmes, Oliver Wendell, ৬২
হেমচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়, ৬৮
হরি নারায়ণ আপ্তে, ৭২
Howells, William Dean, ১২৪
Hemingway, Earnest, ১২৪, ২২৩

# ইনডেক্স

(হীরম তাকপা)


অ

অঙনবা মণিপুরী ৱারী মচাগী শক্তম, ৪৭, ৫০

অহিংসা, ৬৮

অনৌবা উপন্যাস, ৯০–৯১

অভিনয়, এক্তিং (কুডিয়াত্তমগী), ১৮৮–১৮৯

অঙাংহলগী সামাজিক লীলা, ২১০–২১১,

অঙাংহলগী দান (মণিপুরী থিয়েটরদা), ২০১–২১৭

অনৌবা নুপী (new woman)গী ঈৎহৌ, ২৩৪

আ

আমেরিকাগী সিভিল ৱার, ৬১

আহার্য্যআভিনয়, ফিজেৎ–লৈতেং (কুডিয়াত্তমগী), ১৮৮

আঙ্গিকাভিনয় (কুডিয়াত্তমগী), ১৮৯

ই

ইংরেজী থিয়েটর (ভারত্তা), ১৯৩

এ

এন্টি হীরো, ৩৭

এসিয়ান থিয়েটর, ১৬৩-১৭৮

এসিয়ান থিয়েটরগী ৱাখল (কনসেপ্ট), ১৬৬–১৬৭

এসিয়ান অশেংবা (থিয়েটরগী মীৎয়েংদা), ১৬৭–১৬৮

এসিয়ান থিয়েটর শাগৎপদা ভারতকী মুক্ষম: ১৬৯; ধর্ম্মগী মুক্ষম, ১৬৯; ক্লাসিকেল ওইবা মুক্ষম, ১৭১; রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী মুক্ষম, ১৭২

এসিয়ান থিয়েটরগী মান্নবা মচাক্শিং, ১৭৪–১৭৫

এসিয়ান থিয়েটরদা কোরস অমসুং ৱারী লীবগী মথৌ, ১৭৫

এসিয়ান থিয়েটরদা (লীলা শান্নরম অমসুং ষ্টেজগী চৎনবী), ১৭৬–১৭৭

এসিয়ান থিয়েটরগী ৱাঙাং–শাঙাং, অভিনয়, শাজৎ, লিচৎ, ১৭৭

এক্টর (ভারতকী নাট্যকলাগী পরম্পরাদা), ১৫৩

এক্টর (কুডিয়াত্তম সংস্কৃত ড্রামাদা), ১৮৩–১৮৪

এক্তিং, ১৯৪

এক্সপ্রেশনিষ্টিক টেক্নিক (জি. সি. তোংব্রাগী), ২৩৫

(হীরম তাক্পা)

ঐ

ঐতিহাসিক উপন্যাস, ১৮–১৯

ক

ক্লাসিকেল নত্রগা এলিজাবেদ মতমগী সাহিত্য, ১২০

কাবুকি, ১৭৫

ক্লাসিকেল সংস্কৃত ড্রামা, ১৭৯–১৮০

কুডিয়াত্তম, ১৭৯–১৯১

কেরলাদা কলাবিদ্যা (চাউথংপগী মরম), ১৮১–১৮২

চ

চাউবা, খ্‌ৱাইরাকপম, উপন্যাসকার অমা ওইনা, ১৩–৩১

চেক্‌োঙ. পত্রিকানচিংবগী (দান), ৪৫–৪৬

চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির, ২০৯

জ

জাতীয়তবাদ, ৬৭

ত

তোংব্রাগী তোখায়রবা তাইবঙ, ২১৯–২৩৬

তোংব্রাগী রিয়্যালিষ্টিক সোসিয়েল প্লেশিং, ২২০

তোংব্রানা নৈনরিবা নম্বস্থাশিং, ২২১–২২২, ২২৫–২২৭

তোংব্রাগী সাম্যাবাদগী বাথল, ২২৪–২২৫

তোংব্রাগী লীলা মউৎ (ড্রামা ওফ আইডিয়াজ, প্রোব্লেম প্লে), ২২৭–২২৮

তোংব্রাগী মকোক মথৈ ওহ্নোকপা লীলা, ২২৭-২২৯

তোংব্রাগী ফার্গি, ২৩০–২৩১

থ

থিয়েটরদা চঙবা মচাকশিং, ১৫২

থিয়েটরগী ফজবা নৈনরোল (এরি-ষ্টোটল, ভরত মুনি অমস্থং জিয়ামী), ১৭৭–১৭৮

দ

দেশ প্রেম, ৬৮

ন

নোংপোক এসিয়াগী কলচর, ১৬৩

নোংচুপকী কলচর অমস্থং সভ্যতা, ১৬৩

নো লীলা, ১৭৫

নোংচুপকী লীলাগা এসিয়ান থিয়েটরগা খেন্নবা, ১৭৬

নন–রিয়্যালিষ্টিক ড্রামাগী ঈহৌ (নোংচুপকী), ১৭৮

নাট্যশাস্ত্র, ১৭৯–১৮০, ১৯৮

নির্বহণম্‌ (কুডিয়াত্তমগী), ১৮৭

ট

ট্রেডিশনেল অমস্থং ফোক থিয়েটর, ১৩৩-১৩৪

ট্রেডিশনেল অমস্থং ফোক থিয়েটর (মণিপুরগী), ১৩৩-১৩৪, ১৫৯-১৬০

ট্রেডিশনেল থিয়েটর হিংহল্লকপদা (সুতগী দান), ১৩৯-১৪৯

(হীরম তাক্পা)

ট্রেডিশনেল থিয়েটর (মথং মথং চাউখৎলকপা), ১৪০-১৪১

ট্রেডিশনেল থিয়েটরগী মাম্নবা অপূনবা শক্তম, ১৪৪-১৪৫, ১৪৬-১৪৮

ট্রেডিশনেল থিয়েটর, ১৪৯-১৫১ : ট্রেডিশনেল থিয়েটরদা হকচাং শীজিন্নবা, ১৫৩-১৫৪ ; চাংয়েং তৌরিবা, ১৬১-১৬২

টোটেল থিয়েটর, ১৭৪

থ

থিয়েটরদা লোকনাট্যগী মচাকশিং শীজিন্নবা, ১৫৮-১৫৯

প

প্রতিবাদ তৌবা লীলা, ৬৩

প্রোগেসিভ লিটেরেচর, ৭০-৭১

পার্সী থিয়েটর, ১৯৪-১৯৫

ফ

ফোক্সা ক্লাসিকেল (থিয়েটরগা) থেন্নবা, ১৪৫

ফাগি (এসিয়ান থিয়েটরদা), ১৭৫-১৭৬

ব

বৈষ্ণব মোর‍্যালিটি, ১৩-১৭

বাংলা সাহিত্যগী প্রভাব, ২৫-২৯

বৈষ্ণব ধর্ম্ম, ১৩-১৫, ২৫, ২৮

বিপ্লব (ফ্রেন্স রিভোল্যুশন), ৬১

বাংলা সাহিত্যগী অনৌবা যুগ, ৬২

বন্দে মাতরম, ৬৫-৬৭

বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজি অমদি বাইওলোজিগী প্রভাব (১৮শুবা শতাব্দীদা), ১২১-১২২

বাচিকাভিনয় (কুডিয়াত্তমগী), ১৯০

বিদূষক (কুডিয়াত্তমগী), ১৯০

বাবুপাড়াগী বেঙ্গালী থিয়েটর, ২০৪-২০৫

ভ

ভারতকী নীংতম আন্দোলনদা (সাহিত্যগী থৌদাং), ৬২

ভারতকী থিয়েটর (হৌরকপা), ১৩৪-১৩৭

ভারতকী থিয়েটরগী অনৌবা যুক্ষম থোনবা, ১৩৮

ভাবোক, ১৫৬

ভারতকী সাহিত্য অমসুং কলাবিদ্যা শন্দোকপা (নোংপোকলোমদ), ১৬৪-১৬৫

ম

মণিপুরী সাহিত্যদা প্রতিবাদকী ঈহৌ, ১১-১২

মধ্যযুগকী রোম্যান্স, ১৭-২১

মণিপুরী য়ারী মচা, ৪৫-৬০, ৯১-৯৩

মোর্দন সেন্সিবিলিটি, ৬০

মাস কলচর, ৮২

মণিপুরী শৈরেংগী অনৌবা চুংশিং, ৮৩-৮৫

মোর্দন ট্রেজেদি, ৮৬

ময়াম ওইবা থাক্তি মীওইশিংগী ভেল্যু, ৮৭-৮৯

(হীরম তাকপা)


মণিপুরী সমালোচনা সাহিত্য : ৯৩-৯৪ ; নোংচুপ সাহিত্যগী নৈনবোল, ৯৩ ; ভারতকী আ-লঙ্কার শাস্ত্রগী মীৎয়েং, ৯৩ ; ভারতকী পরম্পরাগী ঈচেল, ৯৪, ভারতা রে'মান্টিসিজম, রিয়্যালিজমগী মশক, ৯৪

মণিপুরীদা নৌনা খোঙদারকপা : ৯৪-৯৬ ; লমকোয় ৱারী, ৯৫, পুন্সি ৱারী, ৯৫-৯৬

মণিপুরী লোন্দা পেসিভ ভোইস, ৯৯

মণিপুরদা নোংচুপকী শিক্ষা, ১০০-১১০

মৈতৈলোনগী ঈহৌ, ১০৯-১১০, ১১২

মরায় ওইবা থাক্তি মীওই কাংলুপ (middle-class), ১২১

মুতিয়ক্তিত্তম, পোলোই (কুডিয়া-ত্তমগী), ১৮৭

মেলোড্রামা, ২০৪

মৈতৈগী ওইবা থিয়েটর, ২০৬

র

রেনাসন্স (রিনাসঁ), ১-১২ : ইটালিগী, ১-২ ; ভারতকী, ২ ; মণিপুরী সাহিত্যদ', ৪-১২, ১০৭-১০৮ ; বেঙ্গলগী, ৬

রোম্যান্স (মধ্যযুগকী), ১৭

রিয়্যালিজম (মণিপুরী সাহিত্যদা), ৮০-৮১

রিয়্যালিজম (সাহিত্যদা), ১১৫-১৩২ : নোংচুপ সাহিত্যগী ঈহৌ, ১১৯-১২০, রিয়্যালিজম, ১১৫-১১৯ ; থিয়েটরদা, ১২৪-১২৫ ; মণিপুরী থিয়েটরদা, ২১০-২১১ ; ভারতকী সাহিত্যদা, ১২৫-১২৭ ; মণিপুরী সাহিত্যদ', ১৩১ ; ২০শুবা শতাব্দীগী, ১৩১-১৩২

রোমান্টিক স্কুল, ১২০

রিয়্যালিষ্টিক নোভেল, ১২৩-১২৪

রামায়ণ থিয়েটর, ১৭৩-১৭৪

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী দান (ভারতকী অনৌবা ড্রামাদা), ১৯৫-২০১

রবীন্দ্রনাথকী অনৌবা রাথল (থিয়েটরগী), ২০০-২০১

রোমান্টিক থিয়েটর, থিয়েটর অফ রোম্যান্স, (অঙনবা মণিপুরী থি-য়েটরদ'), ২০৩-২০৪

রিয়্যালিজম (অঙনবা মণিপুরী থি-য়েটরদা), ২০৬-২০৭

ল

লমজিং লাইরিক (ছাত্রশিংগী), ১০০

লাল্লুপ কাবা, ১০৬

লোন অমসুং সাহিত্যগী ঈহৌ, ১০৯

লোকনাট্যদা ইমপ্রোভাইজেশন : ১৫৪ ; রা ভাওবগী ষ্টাইলদা, ১৫৪ ; শায়গদবা লীলাদা, ১৫৫ ; লীলা শায়ফমদা, ১৫৫

(হীরম তাকপা)

লীলা শঙ (ভারতকী), ১৭৯
লীলা শাম্নফম (কুডিয়াত্তমগী), ১৮৪–১৮৫
লীলা হোবা, পূর্বরঙ্গ (কুডিয়াত্তমগী), ১৮৫–১৮৬

র

রারী লীবগী ট্রেডিশন (ভারতকী), ৪৬

স

সিম্বোলিক অমসুং এলিগোরী (মণিপুরী রারী মচাদ'), ৫৯
স্পিরিচুয়েল নেসনেলিজম, ৬৭
সাহিত্যদা আন্দোলন ; ৭২, হিন্দী সাহিত্যদা, ৭২ ; মারাঠী সাহিত্যদ', ৭২ ; গুজরাতী সাহিত্যদা, ৭২ ; কানাড়া সাহিত্যদা, ৭৩ ; তেলেগু সাহিত্যদা, ৭৩ ; উরিয়া সাহিত্যদ', ৭৩ ; মণিপুরী সাহিত্যদা, ৭৪–৭৭
সনাম্নহি লাইনিং, ৮১
সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী ঊহো (অঙনবা ২০শুবা শতাব্দীগী), ১০৬–১০৭
স্কুল লিংথৎপগী ঊহো (মণিপুরদা), ১০৮–১০৯
সাত্ত্বিকাভিনয় (কুডিয়াত্তমগী), ১৯০
সংস্কৃত লোন অমসুং সংস্কৃত থিয়েটর শীথরকপা, ১৯২

হ

হৌজিক্কী উপন্যাস (হৌজিক্কী নোভেল), ৩৫–৩৬
হিষ্টোরিকেল রোম্যান্স, ২৯–৩০
হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য, ৭৮–৯৬
হকশেল, ১০৪
হিন্দু থিয়েটর, ১৯৩
হস্ত (কুডিয়াত্তমগী), ১৮৫–১৮৬

য়

য়াইস্কুল ড্রামাটিক য়ুনিয়ন, ২০৭
য়াইস্কুলদা থিয়েটরগী থবক, ২০৭-২০৮

—:(০):—

# ভী আই পব্লিকেসন্স ইম্ফাল

॥ ফোঙলবা লাইরিকশিং ॥

য়ুমলেম্বম ইবোমচা :

১। শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নহুম পোঞ্জেন শাবীগে
(শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইরিক ; ১৯৭০)
ইং ১৯৭৪ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা ফংগ্রবা।

লমাবম বীরমণি :

২। পিক্লিক পিক্লিক
(ৱারীমচাশিংগী খোমজিনবা লাইরিক ; ১৯৮০)

৩। চেক্লা পাইগ্রবদা
(ৱারীমচাশিংগী খোমজিনবা লাইরিক ; ১৯৮১)
ইং ১৯৮৪ দা নেসনেল সাহিত্য একাদমী মনা ফংলবা।

থাংজম ইবোপিশক :

৪। নোরোক পাতান পৃথিবী
(শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইরিক ; ১৯৮৫)

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ :

৫। তীর্থ যাত্রা
(শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইরিক ; ১৯৮৫)

নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ :

৬। মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং অমা
(মণিপুরী সাহিত্য অমসুং থিয়েটরগী নৈনবা ৱারেংশিং ; ১৯৮৫)

---

মরী লৈনবা চে-চাংশিং পদ্মা প্রিন্তরস, পাউনা বাজার, ইম্ফাল— ৭৯৫০০১ ঠিকানা অসিদা থাবিরকপা য়াগনি।



শ্রীমোংম্নাইথেম ভোম্বী সিংহ খৃঃ ১৯৪১, মার্চ ২১ দা কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি হৌদোক্লকপা মেম্বর অমনি। খৃঃ ১৯৬৮ দা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী অমস্তুং খৃঃ ১৯৮৩-৮৪, ৮৪-৮৫ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনরেল সেক্রেটরী ওইখি। চহী তরাণিথোল (১৯৬৭-১৯৮৫) ইম্ফাল কলেজদা লেকচরর ওইরম্লবা মতুংদা মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মণিপুরী লোন অমস্তুং সাহিত্য বিভাগতা ফেলো ওইনা থবক তৌই। হৌজিক হৌজিক, এডভাইজরী বোর্ড, মণিপুরী লোন, সাহিত্য একাদমীগী মেম্বর, জেনরেল কাউন্সিল, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী মেম্বর; দি বোর্ড ওফ সেকেণ্ডরী ইডুকেসন, মণিপুরগী মেম্বর অমস্তুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা থোকবা 'সাহিত্য'গী চেকোড়গী সম্পাদক ওইরি। "পরিষদকী থক্কৎলবা বারী মচা" (১৯৭০) গী সম্পাদক অমনি।